খোজুলদা তারুরবী
(বারী মচাগী লাইরিক)

অইবা : ময়ামলম্বম কান্দেশ সিংহ, বী এস সি, এল এল বী,
পি জি দি ইনভাইরনমেন্টেল সাইনস।

শিনফম : সেনিয়ার টেক্নিকেল এসিস্টেন্ট, লাইফ সাইনস দিপার্টমেন্ট,
মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, কাঞ্চিপুর।

লৈফম : শিংজমৈ চীঙা মখোঙ চোংথাম্ লৈকায়, ইম্ফাল মণিপুর,
টেলিফোন : ২৪৪৪৬১১

ফোংজবী : ময়ামলম্বম ওংবী রাজকুমারি থোইবীম্না দেবী,
বী এস সি, বী এদ।

শিনফম : হেট মিস্ট্রেস, বাইথৌ প্রাইমারি স্কুল, থৌবাল জিলা,
মণিপুর।

লৈফম : শিংজমৈ চীঙা মখোঙ্ চোংথাম্ লৈকায়, ইম্ফাল মণিপুর
ফোন নং : ২৪৪৪৬১১

অহানবা ফোংবা : ইঙাগী থাসি, শগোলশেল নুমিৎ জুন ১৭, ২০০৪ ইং।

কোপী মশীং : ৫০০/-

লমাই : ১৬৩

মমল : ৭০/-

লাইরিক্ ফমফম : অইবগী য়ুম, সঙ্গমবুক স্টোর, পাওনা বজার, শিন্দম বুক
স্টোর শিংজমৈ, রাজেস বুক স্টোর গভর্নর্স রোড।

---

নমফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক্, ইম্ফাল।



ঐগী বারী মচাগী অহুমশুবা

"খোঙ্গুলদা তাক্লরবী"

হায়না মিংথোঙ্গরিবা লাইরিক অসিমদি

মনুং মতম চাদনা পুন্সি চেংজেল লোইদুনা

তাইবংগী শিক্ষা লেপল্লবী, ঈশ্বরগী

য়াথং তুংইন্না মপুগী লৈকোলদা লৈরাং-লৈনম ওনল্লবী,

মতম চুপ্পগী ওইনা তাইবংপানসিদা ঐখোয়গী

ইরক্তা অমুক হন্না উররোইদবী,

মাগী মবাহৈ নুংশিবা তাররোইদবী, মতম অমগী

ঐগী নুংশিরবী ইনাও ইবেম্মা রাজকুমারি শকহেনম্নাগী

মফমদা কখোকচরি।

# ৱাহৈ অমা-অনিদং

ঐদী ৱারেঙ, শৈরেং পাবদগীদি ৱারীমচা পাবনা য়াম্না নুংঙাইজে। ইশাগী ইথৌনা চিনবনিনা ৱারী মচা পাখিদবসু কুইরে। অদুবু লাইবক ফবদগী হন্দক ঐগী মরূপ নুংশিজরবা শ্রী ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহনা মহাক্কী ৱারী মচা ১১ (তরামাথোই) গী অপুনবা লাইরিক মমিংনা "খোঙুলদা তারুরবী" হায়না থোনবা অসিগী খুৎই (Script) অমা পাজনবা অমসুং প্রুফ (Proof) লৌজবগী খুদোংচাবা পীবীরকপা অসিদা ওহ্থোক্লা নুংঙাইজখ্রে। লাইব্রেরীগী শিনফমদা লৈজরবা ঐখোয়গী ethics তি "Service before self" হায়বা অসি লৈবনিনা মীনা হায়বীরকপগী পাজরুবনি, সাহিত্যগী লমদা থোইনা খঙজবা নত্তে। অহানবদদি খল্লম্মী ঐনবু করি Service পীবা ঙম্মুগবনো। অদুবু লাইবক ফবদগী হায়গদ্রা, হৈখিবা মহৈদি লেম্না মাঙদে, নোংম নত্রগা নোংমদি শোয়দনা শিজিন্নরকই হায়'গুম্মদনা ঐনা চহি তরামুক চুপ্পা মণিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন্না ফোঙবা "লাইব্রেরীগী ঈহৌ" কৌবা জর্নেল অমা অমসুং লাইরিক তরুক খক্কী এডিটর ওইনা Proof কয়া লৌখিবগী হৈনবী অসুম লৈখিবদগী বানান লানবা চুমথোকপা অসি অদুম হৈনখ্রে; মরম অসিমক্তনা মরূপ কান্দেশকী লাইরিক অসি Proof লৌবদা শোইরম্বা অমসুং ৱাহৈ-ৱাতা খরা হোংদোক-হোংজিন তৌবগী খুদোং চাবা পীবীবদা য়াম্না নুংঙাইজে। মণিপুরদা সাহিত্যগী প্রতিভাদি ইরৈ লৈজদবা, পামজবদগী পঙই- ইবা মী য়াম্না লৈ। ঐদি মরূপ অসিসু অদুগুম্বা মী ওইরমগদ্রা খল্লুবনি, অদুবু ওন্ন-তৈনবদা মহাক্তি য়াম্না মরৌশিং লৈবা মীগী থম্মোইবু কপহনবা, নোকহনবা অমসুং মোরেল ইডুকেসন পীবা ঙম্বা সাহিত্যগী গুণ মতিক চানা লৈবা অইবা অমা ওইরম্লে।

লাইরিক অসি পারুবদা পুক্নিংদা ফাওরকপা ঈহন খরা মথাগী অসুম্না পাউদমজগে —

অহানবগী ৱারী মচা "য়াওশঙগী আবের" হায়বা অসি রাগীনি কৌবী মশক-মতৌ ফজবী লৈশাবী অমনা নন্দকিশ্বর কৌবা লৈকায়গী পাখঙ মহাক্সু

নুংশিজবা অমবু আবের তৈবগী বাহৌদা থীনা চৈরুবদগী কোন্না নিংঙমলক্তবা অদুগা নন্দকিশ্বরনা ইকায়-নুংশি য়াম্নবদগী মপান-ইপান থোক্তনা লাইরিক কন্না পারগা মমৈথংদা অচৌবা ডাক্তর অমা ওইখিবগী বারীনি। বারী অসিদগী ঐখোয়না তমজগদবদি অশাওবনা পুন্নমক মাঙহল্লি অমসুং বাখল চোয়থোকপা তৌদনা লাইরিক তম্লবদি মহৈ চায় হায়বসিনি।

অনিশুবগী বারী "মরোল থোকখিদ্রবী পোনগী চেক্লা" হায়বা অসি, মালা তৌবী শক-চু চঙখোল্লবী লৈশাবী অমনা মমা অতোনবীগী শরৈদগী মাগী নুংশিনজবা রোসনগা থুঙনখিদবগী বারীনি। অসিগুম্বা মীওইবনা মীওইবগী হক মৎপীবা থৌদোক অসি থোকহন্দনবা সমাজদা পীবা পাউজেল অমনি হায়জনিংই।

অহুমশুবগী বারী "খোঙ্গুলদা তারুরবী" হায়বা বারী অসি শকহেনবী কৌবী মশক মতৌ য়াম্না ফজবী লৈশাবী অমনা ইঙোতোম্বা কৌবা পাখঙ অমথক্লা বারুনি কাবদা খঙনখিবা অদুগা চহী খরা উনরুদ্রবগী মতুংদা নোংমা মীনা ইজ্জৎ মাঙহনখিবদগী হিঙবগী মহাও য়াওদনা মন্দোমচাগী য়ুমদা লৈরিঙৈদা মবুংগা তিম্নবা ডাক্তর তম্লিবা ইঙোতোম্বনা কোয়থোরকপদা অমুক উনদুনা নৌহৌনা অমুক নুংশিনখিবগী বারীনি। বারী খুৎলি অসি বিক্রম বেটালগী বারী মাল্লি, য়াম্না Nature তাই। অমাঙবা মরক্তা তারবসু সনাবুদি খুনগনি হায়বদু বারী অসিনা নীংশিংহল্লি।

মরিশুবগী বারী "বসন্তগী তোমাল পাম্বী" অসি, খোগেন কৌবা পাখঙ অমনা মানা পামজবা তোমাল পাম্বী অমগী মখোঙদা শঙদুনা য়েংজরকখিবা বসন্তিগী ফোতো অমা লোম্না লৌরুবগী অৱাবা দযানি। পিক্রুবসু চাউরবসু হ্রান-লিচৎ অমতং চৎলুবনা পুন্সিনা পিখন্নরবা ফাওবদা তাখিবা দযাগী বারীনি।

মঙাশুবা বারী "তৎলুরবা ঈগী মরী" মসিগী বারী অসিনা মীরাইরুরবা মীশক অমনা মপুন্সিদা মায়-পাকপা মী অমা ওইরক্তুনা লোম্নবী মমাদা অচৌবা পারা অমা তম্বীখিবগী বারীনি।

তরুকশুবগী বারী "বারৌগ্রবা থম্মোই" হায়বা বারী অসিনা হিন্দু ধর্ম্মা চৎপা নিপা অমনা মচানুপা ইবোহলবু শিলোংদগী খৃষ্টান ধর্ম্মা চৎপী নুপী অমা লৌরুবগী ইম্থোকখিবা অমসুং পুন্সি-চুপ্পগী ওইনা ময়ুমদা হল্লকখিদবগী বারীনি। ধর্ম্মগী মিংদা কা-হেন্না অমাং-অশেং খায়রুবগী অৱাবা দযা অদু মীয়ামদা পীবা পাউজেলনি।

তরেৎশুবগী ৱারী "অহীং অমগী ৱারী" হায়বসি N.H. 39 দা ইকোনোমিক ব্লোকেট তৌবা কান্দা চেন্নরীবনা কনানো অদুগা বদনাম চারিবনা কনানো হায়বদু খঙহন্নবা হোৎনবগা লোয়ননা মীগী থম্মোই চেনবা মীদা ঈশ্বরনসু থৌজানবী হায়বদু উৎলি।

নিপালশুবগী ৱারী অসি তিনবু-তিন্নরবদি হুই-হৌদোংদসু নুংশিনরকই হায়বদুনি। সহরগী কৈথেল কাবী অমনা লবাইগী পুকচেল শেংবী মনা-মশিং য়োনবী মতা অমবু ঙসি-হয়েং ঙাইরিঙেদা উনবা ফংহৌদনা শিখিবগী ৱারীনি।

মাপলশুবগী ৱারী অসিদি ফত্তবা থবক তৌবগী ফত্তবা ফল অসি য়াম্না থুনা ফংই হায়বা অঙাংশিংদা মোরেল ইডুকেসন পীবা য়াবা ৱারীনি।

তরাশুবগী ৱারী অসিমদি মৈতৈ ৱাহৈদা তিন্নবনা মরূপ হাৎলি হায়বদুগী প্রামান পীবা য়াম্না ফজবা ৱারীনি। ফত্তবা মরূপ তিন্নগদবগী শরুক মরূপ লৈতবনা হেন্না ফৈ হায়নবসু লৈ।

তরামাথোইশুবগী ৱারী অসিনা পৈশা পায়বা অমনা পৈশা পায়দবা, থবক ফংদ্রিবা ময়া নিপাবু কয়াম হুম্বনা য়েংবিখিবা অদুগা মমৈদা ময়ানিপানা থবক ফংদুনা মকুবোক্কী ৱারবা কান্দা পুকচেল তিংনা মতেং পাংলকপদা মকুবোক্না ইকায়খিবগী ৱারীনি। পৈশানা পুন্নমক ঙম্মি হায়নৈ অদুবু মীনা মীবু মশক খঙবনা মমৈদা লাকচরকই হায়বগী পাউজেলনি।

অসিগুম্বা লাইরিক কয়া পুথোকপীদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈ থলহনবদা অইবনা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌবিরকখিগনি নিংজে।

অদোমগী
**থৌনাওজম খোমদোন সিংহ**
ডিপুটি লাইব্রেরিয়ান,
মণিপুর য়ুউনিভর্সিটি

# অহৈবগী ৱারোল

পূক্লিংদা ফাওরকপা ইথিলবু মথুম খুম্বা য়াবা পাত্র অমগুম চান্নবা মথুম অমা থিদুনা মতম কুইনা পূক্লিংবু মথুম খুমজিন্দুনা থম্বা কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্রোই। সমুদ্রগী ঈমাইনা থাজগী মঙালদা ঈথক-ঈপোম হৌনা হরাওজবগুম তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী থম্মোইদসু মতম-মতমগী ঈথক-ঈপোমশিংনা থম্মোইগী লৈরায়দা গুথু-থেঙথুরমদবা নত্তে। অসুন্না মফম-মতম নাইদনা ফাওরকপা পূক্লিংগী ফজবা ইথিলশিংদুবু ফাজিন্দুনা থমহৌরগা শৈরেং নথক্রগা ৱারেং ওইনা ইথোক্রগা লৈপাক মীয়ামগী মফমদা খুদোল তন্নক্লিবা মচাকশিংদুবুনি গুসিগী সহিত্যগী লম্মী হায়নরিবশিংসে। মীয়াম্না শকখঙবা অহৈবা অমা ওইরুদ্রগসু ঐগীসু পূক্লিংগী ইথিলদি মরক-মরক্তা অদুম মফাওরকই। ইথিলশিংদুবু নীংশিং-ফাজিগুহৌরগা শেমজবা ৱারী মচা তরামথোইখক্কী লাইরিক মমিংনা "খোঙ্গুলদা তারুরবী" অসি মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলদা লৈরাং-লৈচল অমা ওইনা লৈথেৎচনবা খুদোলজবনি। মশক- নাইবা অহৈবশিংগী মতৌগুম মান্নবা হোৎনবগী ৱাখলসু থোইনা হেন্না খম্থজরুদে। অহাংবা অতিয়াদা পীক্রবা লংলা অমনা তিংলগা মপাং-কনা য়াওদনা পাইরিবা তেলঙ্গাগীসু ফজবদি অদুম মরৈরি। অদুগুম্বা অহাংবা মালংদা পাইরিবা তেলঙ্গা অদো লংলা অদুনা য়ানবা ঙমদনা তৎখিবসু কনানা খঙবা? মহৌশানা ইথৌ চিঙ্গবা মীশক অমা ওইনা হৌরকপগা হিংনবা লম্বীগী অরুবা শিনফমসু নাকোইননা থম্নম্বা য়াদ্রি। অমরোমদা পূক্লিংদা মতম-মতমগী ফাওরকপা ইথিলবুসু মনীং তমহঙ্গনীংই। তাইবং শিনথানদি য়াম, হকচাংনদি অঙম্বা চীংমায়দগী কুমথরকপা মতম য়ৌরকপগা "চহী য়াংঙৈ থবক য়াংখৈ" হায়বদু তারে। ইজরিবা খরসিদি ফজহন্নীংই, অদুবু শেমদোক-শাদোক্নবা তাঙ্গাদি ইফং-ফংজদে। নক্লা থেংনবা, খঙন-চান্নবা খরদা ঐগী ৱারী পাবীনবা হায়জরুবদবুদি হরাউ-হরাউ অদুম য়াবীরকই। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী দিপুটি লাইব্রেরিয়ান, ওজা ডাঃ থৌনাওজম খোমদোন সিংহদা ৱারীশিং অসিবু পাবীনবা, ৱাহৌদোক ইবীনবা হায়জরুবদা হরাউ-হরাউ য়াবীরক্নুনা ৱাফম খরা ৱামাং-য়ানবীবগীদমক ওজা খোমদোনগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

ইনাও বীরেন হৈথম্বা, এপ্রুভ লিরিসিস্ট, ওল ইন্দিয়া রেদিও ইম্ফাল, ঐগা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা থবক মফম পুনবনা মাগী মতেংদগী মা মশা অমদি ড্রামাগী ডাইরেক্তর, শ্রী শামুরাইলাৎপম সিংহজিৎ শর্ম্মা, এপ্রুভ আর্টিস (ড্রামা), ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফাল, কোংবা নান্দেবম লৈকায়দা লৈবা ওজাসিগা ফোংগদৌরিবা ৱারী মচাগী লাইরিক অসিগী মতাংদা অয়ুক অমা মথৌ চিনবা ওজাসিগী অমদি ইনাও বীরেনগী মতম খরা ঐগীদমক লৌজরুই। সজেসন কয়া পীবীরকপদা নৎত্তনা শিংতোক-নানথোকপগী থবক্তসু থৱায় য়াওনা মতেং পাংবীরকখি। খুদিংমকসি ঐগী পুক্নিদদি শিংবা ঙম্নরোইদবা লম্মন তোনশিঞ্জরবা ঙাক্তনি খঞ্জে।

লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফালদা লৈবনা ঐগীদি খ্বাইদগী চান্নজবা মফম অমা ইনাও তাওরেম মঙ্গি সিংহনা পীবীদুনা ঐবু নুংশিবীদুনা মাগী প্রেসকী কমপ্যুটর পায়রিবা ইবুঙোশিংগা লাইরিকসিগী মতাংদা নম্বা খোৎপা, শেমদোক-শাদোকপদা ইনীং-তম্বা পীবীদুনা শোয়দনবা হোৎনবদা চাউনা মতেং পাংবীবসিনা ঐবু অইবগী শিনফমদা চংশিল্লকপদা চাউনা মতেং অমদি লেপ্তুনা পীবীরি। ইনাও মঙ্গি অমদি মাগী প্রেসকী মীওই খুদিংমক্কী মফমদসু হায়নীঙাই লৈতনা থাগৎপা ফোংদোকচরি।

অরোইবদা থমজনীংবা ৱাফমদি ঐগী ৱারীমচাগী লাইরিকসিবু নুংশিবীদুনা পাবীগদৌরিবা লমদমসিগী মৈতৈলোনগী লাইরিক পাবদা থৱায় য়াওবীবা মীওই পূন্নমক্কী মফমদা লাইরিক অসিবু পাবা লোইবীরগা লাইরিক অসিগী মরমদা য়াবীনীংবা, য়াবীনীংদবা অপাবগী পূক্নিংদা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা তোঙান-তোঙানবা ৱারেং তরামথোইসিগী মরমদা ফাওবীরকপা মত খর-খরদং ফোংদোকপীরক্লবদি ইজরিবা ঐহাক্কী পুক্নিনা হিংলিমখৈ অদোমবু নীংশিংদুনা লৈজগনি। বনান্দা, ৱাহৈদা অমদি খোঙ্গোক্তা লান্দনবা ফম থৱায় য়াওনা হোৎনজে। অদুবু খরদি হেক্তা লাল্লম্মী। গোবীন্দগী চরন্দা কৎননবা থৱায় য়াওনা হোৎনজদুনা পুখৎলকপা পাৎকী থম্বাল ফজবা, পুম্রিগী থরো নীংথিবী, গুলাবকী থোৎলবা লৈনাদসু মহিক্লা নপ্তুনা য়াম্নরগা গোবীন্দগী কোকথোন য়ৌজে হায়নবগুম; য়াওখিবা অরানবা বনানগী শরুক, ৱাহৈগী খোঙ্গোক্কী ফজদবা শরুকসু লাইরিকসি ফোংবদা য়াওশ্লবদি ঐনা মপুগী চরন্দা কৎনবা হোৎনবদা য়াওখিবা মহিক্কি হায়না খনবীগনি। পূন্নমক্লা অশোয়-অঙাম খুদিংমক ঙাকপিগনি।

ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

# য়াওফম তাকপা

# "য়াওশঙগী আবের"

রাগীনি মবুং অনীগী মরক্তা নাইতোম ঙায়জবী চহী ১৫ মপূং ফারক্লিবী ক্লাস নাইন তম্লিবী ছাত্রিনি। মপা মঙ্গি কারবার চাওনা তৌদুনা শিংজমৈ অশোমদদি ইনাক খুনবদা মমিং কন্না লৈখৎলক্লিবা নীপানি। রাগীনিগী মপু-মবেন অনীমকসু লৈরি। মখোয়গী য়ুমদি মখোয়গী লৈকায়গী হেক মচিন থংবনি; দলান মথোল অহমগী চাউনা শাই। রাগীনি নুংতিগী ময়ুমদগী মাগী স্কুল তানা মখোঙ্না শাংনা চৎলি।

শোমদা রাগীনিখোয়গী লৈকায় পুনবা মখোয়গী লৈরক মনুংদগী নন্দকিশ্বর অঙাং ওইজরবসু মরম মোক্লা মমানা হায়বা ইন্দুনা য়ুমগী থবক-ইনখাং নীংথিনা পাংদুনা লৌ পারী অমা লৈবদুদগী কারকপা ফৌ খরদুগা মমানা ফি-য়োনফম ফমদুনা তাঙ্গবা খরগা চাবা-থকপা, মাগী মহে-মশিং তম্বদি থোইনা অবাবা য়াওদে। নন্দকিশ্বর মরম মোকপনা লৈকায়গী মরুওইবা থৌরম খুদিংমক অমৎতা চিংথদনা য়াওই। মীনা মরম মোকই হায়রগা মানা য়াম্না হরাউজে। অদুগী মথক্তা অহল-লম্মন, থকশি-খাশি য়াম্না খঙনা চৎচৈ। মতমদু নন্দকিশ্বর ক্লাস টেন্দা তম্মী। মা নুংতিগী মখোঙনা ময়ুমদগী মাগী স্কুল য়ৌনবা শাংলবা লম্বীদুদা মতোমতা চথলি। রাগীনিসু মাগী স্কুল ইউনিফোর্ম হঙ্গামপাল মচুগী ড্রেশতু শেৎলগা স্কুল চথলি। রাগীনি মাইকৈ অদোমদগী অতৈ মমান্নবী অমত্তা মাগী স্কুলদুদা তমদবনা নুংতিগী মতোমতা চৎপা উই। নন্দকিশ্বরসু ইতৎ-তত্তনা রাগীনিগী মতুংদা লাপ্তক্লা লম্বীদুদা চথলি। মখোয় অনীগী স্কুলদু খরা নক্লনা লৈবনি। মশক-মতৌ ফজবী, কুচু ঙৌবী মশম ফবী রাগীনিনা অয়ুক্তা চেংহী-শম্বাল লাংলগা মশমদু খাং য়ৌনীং তৌনা থাদরগা মখোঙনা শাংলবা লম্বীদুদা নুংতিগী স্কুল চৎপদু উরগা নন্দকিশ্বরগী পুক্লিংদা মাসু রাগীনি খঙহন্দনা রাগীনিগী মতুংদা লাপ্তক্লা য়েংজরগা মাগী স্কুল য়ৌথিবা খঙহৌদে।

অসুম্না ইনখৎলকপা মশেন্নিনা পূক্লিংদা অমনা খনবা অমনা তৌবা থবক খরা-খরা লৈকায়গা ওইবগা তোয়না উনবনা খঙনবগুম তৌরক্লে। নোংমা য়াওশঙ মনুংদা নুংথিলদা রাগীনি লৈকায়গী মমান্নবী লতাগা ইনে চাউবীগী শিংজু-বোরা, (মতমদুগী লৈকায় মনুংদা লৈবা হোটেল) মফমদুদা ফান অশাংবা অমদা মখোয় অনী ফম্নগা শিংজু-বোরা চাদুনা লৈ। নন্দকিশ্বর মতমদুদা শোরোক্তা অঙাংশিং ময়াম আবের তৈনবা য়েংদুনা লৈবা উই। মা রাগীনি মমান্নবী লাতাগা হোটেলদা শিংজু-বোরা চাদুনা লৈবদু উরুরমাক্লে। মবুক্তা করি খল্লুরবনো, মা রাগীনিবু অসুম য়েংদুনা লৈনীংলকপা ৱাখল অমা ফাওরক্লে। তাঞ্জাদুদা অঙাং ময়াম্ নুপী মচাশিং লাকপা ঙাইর-ঙাইরগা কোইতান-তান্নদুনা আবের তৈনরি। নন্দকিশ্বর মাগী মবুক্তা নুংতিগী রাগীনিনা স্কুল কাবদা মাগী মাংদা লাপ্তক্লা চৎলবসু তুং হন্না হেক-হেক য়েংলকলিবদু মাবু য়েংলিবনি খঞ্জখি। ৱাখলদুনা মাঙ্ থারগা রাগীনিনা করিসু শাওরক্লোই খল্লুদুনা অঙাং অমগী মখুত্তা আবের খরা হৈরগা আদগী শিংজু চারিবী লৈশাবী খরা ঙৌবী মশক ফজবী রাগীনিগী মমায়দা তৈরুচো ইনশিল্লুরে। অঙাংদু প্রপ-প্রপ চংখিদুনা মীনা শিংজু হাউনা চারিবা তাঞ্জাদুদা রাগীনিগী মমায়দা আবেরদু তৈশিল্লুরে। রাগীনি মৈ হৌনা শাউরে। অঙাংদু তান্নরগা মখুৎ নাম্মদা ফারে। কনানা ইনশিল্লি, হায়রগা অঙাংদুবুসু মনঙ্গন্দা খুপাক্লা অনীরক থাবীরে। অঙাংদুনা আদা লেপ্পিবা তাদা নন্দকিশ্বরনা ইনসিনবনি হায়রুরে। রাগীনিসু নন্দকিশ্বর আদা লাপ্না য়েংদুনা লৈবদু উরে। মখুৎ খুদোম্বী থিন্দুনা নং খঙগনি হায়বগী মওংদা নন্দকিশ্বরবু য়াম্না শাউনা চৈবগুম তৌবদু নন্দকিশ্বরসু উরে। মা ইকাইবনা মফমদু থাদোক্লগা থুনা চৎখ্রে। মবুক্তা খল্লি, "মবুং অনীদা তাক্লুরো, নত্রগা মপাদা মমাদা তম্লুরো, মখোয়দি লৈকায়সিদা ইনাক খুনবদা মমিং চৎলিবনি", ঐ করম্না অঙাংদুদা ইনীশল্লুরিবা ! মা-ইকাইবনা ময়ুমদা হঞ্জিনবা ফাওবা রাগীনিখোয়গী মপা ফাওরগা চৎকদবনা কিজরে। মানা খল্লি, "হোরেন মানা হঞ্জিল্লকপদা রাগীনিনা লৈরক মচিন্দা থত্তুনা লৈরমগদ্রা মাবু থীনা অমুক্তা চৈবীরকদ্রা ? শোমদা রাগীনিসু তুমিন্না তোকত্রে, মমান্নবীদুগা চৎলগা নন্দীকশ্বরগী মমা ইবেতোন্দা" ইনে! নচানুপাদু খরা ৱারকউ" হায়রুরে।

ইবেতোম্নাঃ "ইচানা করি তৌরম্লবগে ইবেম্মা ?"

রাগীনি : মীনা শিংজু হাউনা চারিঙৈদা অঙাংদা ইনশিল্লগা মীগী মায়দা আবের তৈহন্দুনা তৌজশারিয়ে! শকতাদুগা!

ইবেতোন ঃ "য়াওশঙদা পাখঙনা লৈশাবীদা আবের তৈদনা কনাদা তৈরুদোইনো? ইচাদো মমায় শোঞ্জবনী, মানা তৈবা ঙমজদদুনা অঙাংদা ইনশিনবা ওইরমগনী।

রাগীনি ঃ "ঙকচরেদা! নচা নুপাগী শকতাদুগা মীগী ইনাকখুনবা মচাগসু পামলিমাগ্রে?"

ইবেতোন ঃ "হো ইবেম্মা! ঐখোয়দি পাম্মী, নশক্লে, নতৌনে, ইনাকসু খুনবনিনা নংনবু য়াবীনি হায়রদি ইনেদি নংবু ইমৌদুম ওইনীংই।"

রাগীনি অকোনবগী অহন্দুগী হেঞ্জিল্লকপা বাঙাংদুদা ইকাইরমাগ্রে, মখা অমুক তারমদনা ময়ুমদা হনখ্রে।

নন্দকিশ্বর নুমিৎ তাবা ঙাইরগা ময়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা রাগীনিখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌরকপদা রাগীনি উদনবা মমায় খুল্লগা প্রপ-প্রপ ময়ুম তানা চংখ্রে। ময়ুম য়ৌবগা মমানা ঃ- "নংবু কদাই চৎলুই, অশুক থেংনা হল্লকইবদি"? মখা তানা - "নংবু ইনাক খুনবা মঙ্গিগী মচানুপী রাগীনিদা লংনরুবরো"? নন্দকিশ্বর করিমত্তা খুল্লমদে মমানা মখা তারকই "ইচাশিদি করিমত্তা খল্লুনু! ইমা লৈরি ইচানা পাল্লবদি ইমা তৌগে নংগী লাইরিক্তুদা কম্না হোৎনৌ?"

নন্দকিশ্বর নুমিত্তুদগী ইকাইখিবনা য়াওশঙকা অমত্তা থোকখিদ্রে। মা রাগীনি উগনি খল্লুবদা কিজবা অমা কম্না পোকখ্রে। য়াওশঙ মনুংদা মপাল থোকপা ইকাইদুনা উপাই থিবদা লাইরিক পাগে হায়দুনা লাইরিক অমা ফাক্তোক্লুই অদুবু রাগীনিগী মীচৈ, শিংজু-বোরা ময়োমদু মমাংদা লংথোকখিবা, রাগীনিনা থীনা-থীনা চৈখিবা, অমুকসু ইংনা-তপ্না মাগী মাংদা স্কুল চৎপগী শকফম, মুর্ত্তি অদু হেক্তা চোংথোরকই। মাগী মমিৎনা নোকপা মীনোক্তু ঐনা উবদদি ঐঙোন্দা নোক্রিবোই নীংলুই; অদুবু মাদি ঐঙোন্দা নোকপা নত্তবোইরে? নুমিৎ খরনিদি মাগী মশক্তু নীংশিংলম্মী অদুবু মাগী মীচৈ, মাবু শাউনা ঙাংখিবা, মমাদা ফাওবা পাউহোম্বা লাক্রম্বদুনা ঐবু মানা করিসু ওইনা খল্লমদবোইরে খল্লুদুনা মাবু শুকয়েং য়েংলরোই খনখ্রে। য়াওশঙ লোইখ্রে। হান্নদি নন্দকিশ্বর অশাংবা রাগীনিনা চৎপা লম্বীদুদা মা থেক্লকপা লোম্না ঙাইরগা মাগী মতুংদা লাপ্না য়েংল-য়েংলগা চৎলম্বদু হৌজিক্তি রাগীনিনা উরোইদবা অশম্বা লম্বীদা ফাওজিল্লগা মাগী স্কুল য়ৌব্রা চৎলে। মা মপাল ইপালসু ইথোক-থোকখিদ্রে।

রাগীনি লৈকায়দুদা লৈমিন্নবা মাবু পামজবা পাখঙ অমদা থীনা চৈবীরুবা, মমাদা পাউহোম্বা চৎলুবদগী নন্দকিশ্বরগী মশক শুকউ উরক্তবা, মরক-মরক্তা স্কুল কাবদা মানা তুংদা লাপ্না লাকপা উরম্বদুসু উরক্তবদুদা মবুক্লিংদা নুংঙাইতবা অমা ফাওরক্রে। মানা শিংজু চাফম, ইনে চাউবীগী হোটেলদা মরক-মরক্তা মমান্নবী লাতাগা শিংজু অদুম চামিন্নে। নোংমা রাগীনিনা— "লাতা! য়েংউ মোই তা-নন্দকিশ্বরদো য়াওশঙদা ঐখোয় অনীনা চৈরুবদগী মশক্কা অমত্তা উখিদ্রে; মাবু ময়ুমদগী মপালকা অমত্তা থোক্রুবজাৎলা? মা হান্নদি ঐনা স্কুল চৎপা লম্বীদুদা হেক-হেক উরম্বনি; অদু হৌজিক্তি মা লম্বীদুদা নোংমতসু চৎপা উদ্রে; মানা ঐগী তুংদা য়ান্না লাপ্না লাকপদু উরগা মীনা ফত্ত-নুংদা, লংন-খোৎনবা তৌরবসু লৈকায়গী ইবুং অমদি তুংদা লাক্লি খল্লম্বনি। নুমিত্তো ঐসু ওহ্বোক্লা থুনা শউনীংবা পোক্লুরে; অঙাংদুনা মীনা শিংজু হাউনা চাবা হৌরকপদা ঙাইরিঙেদুদা মীগী মায়দা আবের তৈশিল্লকপদুদদি খাংবা ঙমদদুনা চৈরুবনি।"

লাতানা : "হায়রিসিবু নংবু মাবু নুংশিরকপগী বারা? মমা-মচাদা তরক-তরক লৈজবদুদা নংনা ধমকা তৌদুনা চৈরুবদুদা লৈকায়গা ওইবগা ইকাইজবা ওইরমগনি। মাবু 'মুনি' গুম্না লাই নীংদুনা লৈব্রবজাৎলা?"

রাগীনি : "নংনা হায়বদু অচুম্বা ওইরমদুনা লাইকা নীংব্রবজাৎলা মি? মখোয়গী মপা ফাওদং চৎলগা সুম য়েংলুসিরা?"

লাতাসু য়াইনে, হায়দুনা মখোয় অনী নন্দকিশ্বর খোয়গী মনাক্তা লম্বী মচা অমা ফাওরিবদুদা চৎলগা নুমিদাংবাইদুদা নন্দকিশ্বর লৈব্রা হায়দুনা কোইয়েং-কোইয়েং য়েংলকই। মতমদু নন্দকিশ্বর বালটিন অমা পায়রগা পুখ্রিদা ঈরুজবা থোরকপনি। মা রাগীনি উবদা বালটিন্দু থনম্লগা ইমুংদা প্রপ-প্রপ মমায় লুকথরগা চেনশিনখ্রে। মা রাগীনি উবদা তিল্লাইখোম্বী উবগুম হঙোইজরে।

রাগীনি : "ইস! করিনো, মাগীসিবু ঐগী শকসি য়েংলরোই হায়না বশকখ্রবজাৎলা?" মাদি মীওং অমনিদনা! রাগীনি লাতাগা থুনা ময়ুমলোমদা মমায় ওন্দুনা অমুক হল্লক্রে। রাগীনি শকফম পুরা হঞ্জিনখ্রে। মা মখোল থোক্লা কপ্লিংবা পোক্রকই। নন্দকিশ্বরগী বাখলদা মথৌ-চিনবা, তোয়না উনীংবা অমদি নন্দকিশ্বরনা মপাল থোকখিদবগী মরম খঙনীংলকই।

নোংমা নন্দকিশ্বরগী মমানা কৈথেল খরা ঙন্না কুন্নকপদা শিংজু-বোরা খরা লৈরগা চেদা নীংথিনা য়োন্নগা মাগী য়েনশাং-নাপী লৈরকপা খাউদুগী মথক্তা হাপ্লগা পুরকই। মতমদুদা রাগীনি মমান্নবী লাতাগা ইনে চাউবীগী শিংজু-বোরা য়োনফমদা মহৌশাগুম ফমদুনা শিংজু শুবা ঙাইদুনা লৈরম্মী। নন্দকিশ্বরগী মমা ইবেতোম্না মখোয়গী মপাদু য়ৌরকপদা রাগীনি উবদুদা— "ইচাশিং ফন্নিব্রা ? শে, শে! ইনেনা শিংজু খরা লৈরকই শিসু হাউব্রা য়েংউ! মীনদি মাগী শিংজুসি হাউবদা মমিং চৎলি হায়নবনি, হায়দুনা মাগী খাউদগী ময়োমদু লৌথোক্লগা রাগীনিদা পী।

রাগীনি : "য়ানিদা ইনে! ঐখোয় ইনে চাউবীদগী শুম চাগেদা"!

ইবেতোন : "লৈকায়গী ইচা-ইমৌনি-কৈনো! ঐখোয়সু কৈথেল ফন্নিবনি, ইচাশিংদা নোংমা-ফাদোক অহাউবা পোৎ অমত্তং পীজবদি য়াইনা! চাও-চাও! ইমৌসিদি ইনেনা পীজনীংদুনা লৈরকপনি।"

ইবেতোন শিংজু ময়োমদু পীরম্লগা ময়ুমলোমদা চংখ্রে। রাগীনি শিংজু ময়োমদু হাংদোক্লগা লাতাগা মহাও য়েংশি হায়দুনা চামিন্নে। হায়বগা তৌবগা মান্নরে, শিংজুদু মহাও অমা হেক তৌই। নুমিত্তু লাতাগা রাগীনিগা ইনে চাউবীগী শিংজু চাদনা ইবেতোম্না লৈরকপা শিংজু চারগা হনখ্রে। মথং নোংম-নীনি লৈরগা ইবেতোন নুমিত্তুসু খরা ঙন্না কৈথেল কুন্নকই। লৈশাবী অনীদু ঙসিসু ইনে চাউবীগীদা শিংজু চাদুনা লৈরম্মী।

ইবেতোন : "ইবেম্মা! নহান ইনেনা লৈরকপা শিংজুদুবু চাবা য়াদব্রা?"

লাতা : "ইনে! ইনেগী শিংজুদু করি লৈকাইগী কন্নানা য়োনবা শিংজুনো? মতা অমা ওইনা হাউইবো! ঐখোয়দি ইনেদা অমুক্তং হংগে-খঞ্জরম্মীবনি"।

ইবেতোন : "এ! হাউবু হাউরবদি ইনে হয়েংসু লৈবীরক্কে!"

অসুন্না মথংগী নুমিত্তুসু ইবেতোম্না শিংজু লৈরকপা লাতাগা রাগীনিগা ঙাইদুনা লৈরম্নে। ইবেতোন নুংশিনা :- "শে, শে! ইচাশিং ইমৌশিংনা চানীংববু"!

লাতা : "ইনে! হয়েংসু খরা লৈবীরকউ!" ঐ খরা তপচগে হায়দুনা লুপা তরা চৎপী অমা পী।

ইবেতোন ঃ "করিগী পৈশানো? ইনে পৈশা লৌরোইয়ে! নোংমা য়াওশঙদা ইচাশিং-ইমৌশিংদা ঐগী ইচানুপা লাইরবা নন্দকিশ্বরনা অঙাংদা ইনশিন্দুনা আবের তৈহনখি হায়বদো; মদুগী মমন্নি খন্দোকউ! ইচাদু - ইকাইবদগী নখোয় উগনি কিদুনা লম্বী অচুম্বা চৎপা ফাওবা ঙমজদ্রে। নখোয়না ইচাবু অমুক চৈবীরনুকো!"

অহন্দুগী ৱাঙাংদুদা রাগীনি শিংজুদু ঙসিদি চাবা ইকাইরে। মা ইকাই-নুংশি য়ান্নরে, কপ্লিংবা অমসু য়াওরে। মা নন্দকিশ্বরদা করি উপাই তৌরগা মানা চৈখিবদো লাক্লে হায়সিগে খল্লি। অহীং কয়া তুমদনা খঙ্গরে; স্কুল কাবগী লম্বীদা লাক্লরোইদবা মাবু লাক্লমগদ্রা তত্তনা খলহন্লে। করিগুম্বা মথংগী য়াওশঙদা নন্দকিশ্বরগী মখুত্তুনা আবের খুবাম অমা থন্না পায়রগা মাগী মমায়দা তৈহন্লগা মানা ৱারৌরিবদু কোক্কদ্রা? অদুবু নীংহন্নখ্রবা মাগী ৱাখল, ময়া কুমথ্রবা মাগী থম্মোই অদুগা ইকাইদুনা লোৎখ্রবা মহাক্তুদা কনানা অমুক হৌদোকপীরুগনি।

মতমদু থৱানগী নোং কন্না চুবা মতমনি। নোংমা অহীংদা রাগীনিখোয়গী মবুবোক শিরে। নুমিদাংদা মী ময়াম লৈকায় পাউ চেন্দুনা অশিবা সংসকার তৌনবা লাংই। নন্দকিশ্বরসু রাগীনিখোয়গীদা নোং মরক্তুদা ছাটিন অমা তুপ্তুনা চংলকই। ময়াম লাংবা থবক তৌরিবা ময়ামদু পাংশিল্লি। রাগীনি কপ্না-কপ্না নন্দকিশ্বরবু উবদা হরাউজে। মতম কুইনা উরুদ্রবা মহাক অদুনা মখোয়গী মবুবোক শিবগী থবক্তা চংলক্তুনা থৱায়-য়াওনা পাংলবদুদা রাগীনি মবুক্লিংদা নুঙাইবা পোকই। মশাদু নোংনা পুমচোৎ চোৎপমখৈ অহন্দুগী সংসকার য়াওদুনা ময়াম পুন্না অহীংদুদা সংসকার লোইশিনখ্রে। ঙরাং অহীংদা মানা পুবা ছাটিন্দু রাগীনিখোয়গী শঙ্গোইগী ফক্লাংদা ঙাদুনা লৈহৌরে। ছাটিন্দু রাগীনিনা মফম খঙনা থম্বীরে। নুমিৎ মঙানিগী তুংদা হয়েংদি আস্থি থোকই, নোংমাইজিং নুমিৎসু ওইবনিনা মাঙোব খনবগী অমুক ময়াম লাংই। নহান নুমিদাং অশিবগী সংসকার য়াওরুবদগী নন্দকিশ্বর ইকাইবা খরা ফবগুম তৌরে। মী ময়াম ৱা মথং-মথং উখুল তৌদুনা য়ুংলগা মথক্তা ফৈবগী ৱা পুনবদা চোংখৎলগা কাখৎকে তৌবদগী নন্দকিশ্বর ৱা অমা তুথরক্তুনা মকোক্তা পানবদগী জ্ঞান তাদদুনা ময়াম চংদুনা ঈশিং থাদুনা লাক্লে। ডাক্তর কৌরু! ডাক্তর কৌরু! হায়দুনা পুন্নাং লাংই। শোমদা ফমুং অমদা ঙাইহাক্তং পোৎথাহনসি হায়বদুদা ময়াম চংদুনা ইমুংদা থাংজিন্নগা রাগীনিগী ফমুংদা হিপহল্লি। ঙাইহাক্তুদা ডাক্তর নুংশিসু য়ৌরক্লে। ডাক্তর লাকপা মতমদদি মা জ্ঞান খরা

তারক্লে। ডাক্তরনা করিসু তৌররোই! অদু ঈশিং অয়াংবা খরা ফদিদা লুপ্লগা অপোম্বা মপাসিদা থম্বীয়ু। রাগীনি ফ্রিজদগী ঈশিং অয়িংবা লিক্রিদগী লৌথোক্লগা ফী অমদা হৈরগা মমাদা পী। মমা একাসিনিনা ফদিদু পায়দুনা লৈ। লাংলম্বা ময়ামদু মপালদা লোইনা থোক্লখিদুনা মশোব খনবা মথা চৎথখ্রে। রাগীনি শঙ্গোম গিলাস অমা লোল্লগা পুথোরকই। মমানা; থকউ-থকউ! ইবুঙো! ওহ্োকপা দশা হায়বদুনি, শোয়বা হায়বসি তাক্লম্বা নত্তে; মতুংদদি মুন্না-মুন্না য়েংলগা চেকশিন্না তৌকো!" ঙাইহাক্তুদা অশিবা হংবা নুপী খরা লাকই। মমাদু মী লাক্লিবদু উনবা থোকখি। রাগীনি ঈশিং অয়িংবদু অমুক শিল্লগা নন্দকিশ্বরগী অপোম্বদা থমলিবা ফদিদু মানা ওইনা পায়হৌরে। নন্দকিশ্বর ইকাইদুনা য়ানি, য়ানি, ঐ য়ুমদা ইমাবু তৌহল্লুরগে হায়জে।

রাগীনি ঃ "ঐনা তৌবসি তোইম্নীংদবগী বারা?"

নন্দকিশ্বর ঃ "অদুই বা নত্তেদা?" নম-নমদুনা রাগীনি অপোম্বা জগাদু মখুৎনা পায়দুনা য়েংই। "অস! সিদি ওহ্োক্লা চাউনা পোল্লেদা !" করিগুম্বা বাদুনা শাফু কল্লা ফুরমদুনা তা-নন্দকিশ্বর নং ফত্ত-নুংদ থোক্লল্লবদি ... ইনেদু করি ওইরমগনি?"

রাগীনিগী বাহৈদুদা নন্দকিশ্বর ইকাইজদুনা ফমুংদগী মখুৎ শৌরগা হৌগৎকে তৌই। রাগীনিনা হৌগৎতনবা মশা পায়দুনা খাম্মী।

শোম্থাংননা রাগীনিনা হায়রকই ঃ- "ঐবু য়াম্না হৈনদবগী বারা? ফমুংসিদা ঙাইহাক্তং পোৎথাদুনা অনাবা খাঙবা ফাওবা ঙমজদবগী বারা? তা-নন্দকিশ্বর! ঐবু অদুক য়াম্না হৌন-খঙদবীসু তাহনবীনুদা! চৎখিবা য়ারোইকো, ঐদি হায়রিসিনি"।

নন্দকিশ্বর অমকুসু ঃ- "সে ! ঐ য়ুমদা চৎলগে" হায়রগা হৌগৎলকই। রাগীনি অমুকসু নন্দকিশ্বরবু চৎখিবা য়ারোই হায়দুনা খাল্লগা হায়রকই ঃ- "শাউবা কুইমল্লিকো! নুপানবু অদুম্না কুইনা শাউবা পকচদে ইঙো! শে! শঙ্গোমসিসু ইংগ্রনি থকচিল্লো!" হায়দুনা নন্দকিশ্বরগী মখুত্তা শঙ্গোম গ্লাসতু নমদুনা পীরে। নন্দকিশ্বর ইকাই-ইকাই শঙ্গোম গ্লাসতু লৌরগা তংখায় অমা থক্লগা থম্মী।

রাগীনি ঃ "চৎথিবা য়ারোইকো"! হায়রন্নগা নন্দকিশ্বরগী অপোম্বা পায়রম্বা খুৎতু ঙাইহাক থাদোক্লগা চাকশঙলোমদা চংখি।

নন্দকিশ্বর খরা ফরে খন্দুনা তপ্না অমুক হৌগিংলগা মপান থোরকপদা মকোক ঙাওরক্লুনা তুগে তৌই। রাগীনিগী মবুং অহল রাবৈনো মখুৎ শমদুনা ময়ুম ফাওবা থিনবীরুরে। রাগীনিনা চাকশঙদগী অমুক থোরকপাকান্দদি নন্দকিশ্বর চৎখিরম্লে। রাগীনি পুক্লিংদা নুংঙাইতবা ফাওই। মাগী ফমুং তানা চংশিল্লগা ফমুং মথক্তা ঙাইহাক্তং ফন্নগা ব্বাখল তৌদুনা লৈ। নন্দকিশ্বরনা তংখায় অমা থক্লগা লেমহৌবা শঙ্গোম গ্লাসতুদা মমিত্তু চাগদবগুম য়েংলম্বদগী করি খল্লুরবনো শঙ্গোম গ্লাসতু পায়দুনা থাঙ্গৎলগা নন্দকিশ্বরনা থক্লম্বগী অরেম্বদু য়াম্না পাম্না থকচিনখ্রে। মবুক্তো খরা ইংবগুম হেক তৌই। খল্লকই, "মাগী থম্মোইদা তংখায় অমা তাখ্রগা লেমহৌবা শরুকসিনা ঐগী থম্মোইদা চংখ্রবনিনা ঐখোয় অনী চান্নরনিদনা।

রাগীনিগী ফমুংদু নন্দকিশ্বর তুন্নম্বগী ঈশিং থাদুনা লাক্লবগী ইচোৎ-চোৎলে, মোৎপসু য়াম্না মোৎলে। রাগীনি ঙাইহাক্কী মমাংদা পামজবা মানা হিপ্নম্বা হাংলবা ফমুংদুবু উরগা মবুক্তা নীঙমদবা ব্বাখল অমা ফাওরকই । কদোমদগী করম্না মাবু করি-করম্বা লাই অমনা ইনশিল্লক্লুনা ঐগী ফমুংদা তুন্নরিবা! ঐগী থীনা চৈবা মীচৈ অমদগী ইকাইদুনা ঐগী ইশক উজররোই হায়দুনা মতম কুইনা লোক্তুনা লৈরুরগা ইবুবোক শিবগী মাঙোব খনবদা করম্না মাবু মঙোবকী ব্বা তুরক্লুনা মকোক্তা পাল্লুরিবা! ঐখোয় অনীগী খৎনরুবা অমুক চান্নবা ঈশ্বর মানা শিল্লক্লিবা? ফমুংদুবু মরাইবক ফৈদা খঞ্জদুনা মখুৎনা অমোৎপশিংদু নাল্ল-নাল্লগা-তৈথোকচৈ।

নন্দকিশ্বরসু মাগী অশোকপা মকোক্লুদা রাগীনীগী অমোনবা মখুত্তুনা নানবিখিবদো নীংশিংদুনা মবুক্তা হজিন-হজিন নোকচৈ। খল্লুরগা "নহান নোংমা মানা অঙাং অমদা য়াওশঙদা মাগী ফজবী মায়থোংদুদা আবের তৈহল্লুবদা মানা কয়াদা শাউনা ঐবু চৈখিবা! অদুগা ঙসিনা কয়াদা ওল্ল-তৈনবা পুকচেল অমনা ঐঙোন্দা থৌজালগী মিথয়েংনা য়েংবীরকখিবা! অদুগা অমুকসু ঐনা লৈশাবী মাগী ফমুংদা অনাবগী মৈচাক খাংলুরবা! মাদি হৌজিক করি খল্লমগনি?"

রাগীনিগী মবুবোক্কী শোরাৎ লোইখ্রে। রাগীনি তল ময়োম খরা নুমিদাংবাইদা পুরক্লগা নন্দকিশ্বরখোয়দা মমান্নবী লাতাগা লোয়ননা থিনবা লাকই। মানা নহান মবুবোক শিবা নুমিদাংদা কাউরম্বা ছাটিন অদুসু য়াওরকই। রাগীনি নন্দকিশ্বরবু নহান মাগী ফমুংদা তুম্লম্বা মকোক্তা বানা থোমদুনা অনাবা খাংলম্বা নুমিত্তগী উনীংবনা মাগী থম্মোই মথুম-মরাং হৌরম্মী। নন্দকিশ্বরগী মমা ইবেতোনসু-রাগীনিগী হোংলক্লিবা পুকচেলদু উরগা পুক্লিংদা হরাউজে। অদুবু রাগীনিনা উজনীংবা নন্দকিশ্বরদি লৈরমদ্রে। মমাদা ছাটিন অমদি তল পীরম্লগা নীংবা কায়না হনখ্রে। ইবেতোম্না খল্লি, "মচানা কাউরম্বা ছাটিন ফাওবা লোত্তুনা থম্লগা ঙসি থিল্লক্লিবসিনদি মানা ইচাগী মফমদা অনৌবা বাখল অমা লাক্লব্রা"।

অদুবু নন্দকিশ্বর হান্নগুম্না মপাল-ইপালদি অদুম থোক্লক্তে। মঙোন্দা মপাল থোকপা হৈনদবা বাখল অমদি রাগীনিগী মীচৈদগী পোকহনবিখ্রে। মতম্নদি কনাবুসু ঙাইবীরমদবনা নন্দকিশ্বর ক্লাস টেনগী পরিক্ষা থাখ্রে। তুম্বা-চাবা, অহীং-নুংথিল খঙদনা হোৎনবদগী মা পরিক্ষাদা ফজনা তৌখি। শোয়দনা পোজিসন লেপকনি হায়না খল্লি। মানা খল্লি — "কনা লৈজদবা মাগী উপাইদি লাইরিক্তা মকোক তারকপা অসিনি। মতম অমদা মমানা হায়খিবা নংগী লাইরিক্তা কন্না হোৎনৌ ইমা লৈরি, ইমা তৌগে হায়খিবদো।"

তপ্না-তপ্না রাগীনিসু লাইরবা মচা নন্দকিশ্বরগী বাখলদা নোংমা-নোংমগী নকশিল্লক্লি। মমৈদা নন্দকিশ্বরনা অমুক চেনগদৌরি। নোংমা ফাদোক রাগীনিনা মঙোন্দা য়েংলুবসু মাই হেক্তা লৈথোকখিবা।

নোংমা কাং মনুংদা লৈকায়দুদা শুমাঙ লিলা অমা তোই। রাগীনি নুংথিলদগী নন্দকিশ্বরখোয়গী থংনবা লম্বী মচাদুদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্মী। নন্দকিশ্বরদি উদে। রাগীনি লিলাদি য়েংদনা নন্দকিশ্বর লিলা য়েংব্রা হায়না কোইয়েং-য়েংই। লৈকায়দুগী পাখঙ মচা অয়াম্বা লিলাদু য়েংবা উই অদুবু নন্দকিশ্বরদি উদ্রে। রাগীনিনা খল্লি — "মাবু নুংশিগী লম্মৈনা চাকখ্রবা পাখঙ হায়বদুরা?" নোংমা মানা য়াওশঙদা আবের খর অঙাং অমগী মখুত্তা হৈরগা মানা লোম্না য়েংলগা ঐনা শিংজু চারিঙৈদা অঙাংদুদা ইনশিল্লগা ঐগী মায়দা আবের তৈহনখিবা! ঙসিনা ঐনা ঐগী ইমায় থাঙ্গত্তুনা মানা তৈনীংবা য়াওশঙগী পামজবা অবের আবের তৈজররো হায়রবা মতমসিদা মানা কদাইদা অমুক লোত্তুনা লৈখ্রবা! তাঙ্জা হায়বসিগু হেক্তা

লাক্তবোইরে? ওহোকপা পুকচেল হায়বদুনি, — ঐগী থম্মোইদা ফাওরিবা ৱাখল ময়ামশিংসিবু মঙোন্দা করম্না ফোংদোক্কনি। মাবু পোকপী ইনে ইবেতোম্না ঐনা শাউনা নচা ৱারকউ হায়রুবদা— "ইচানা নংবু পামদুনা তৌরিবনি; য়াওশঙদা পাখঙনা লৈশবীদা আবের তৈদনা কনাদা তৈরুনি" হায়খিবা! ঐনা শাউনীংদুনা নচাগী শকতাদুগা ইনাকখুনবা নুপীকাসু পামলিমাম্লে"। ইস! ঐ লানখ্রে! মমাদুনা অমুক থীনা চৈরকপগী মহুত্তা "পামই-পামই ইবেম্মা! নংনা য়ারবদি ঐদি ইমৌদুম, ওইনীংই" হায়খিবা! অদুগা অমুকসু ইনে ইবেতোম্না ঐবু পীজনীংদুনা শিংজু বোরা - য়োমদুনা পুরক্লগা পীজখিবা মদুসু অমুক্তসু নত্তনা কয়ারক হম্না! অশুক ফবা মনেম্ অমা ফংজবসি ঐগী লাইবক ফবা নত্তবরা? অদুগা মাগী অহানবা নুংশিগী ৱাখল থম্মোইনা কদাইদা লোইনা মাংব্রবা?

কাং মনুংদা চহীদুগী মেট্রিক্কী পরিক্ষা হায়দোক্লে। নন্দকিশ্বর মেট্রিক পরিক্ষাদা মণিপুর পুম্বগী সেকেন্দ পোজিসন তারে। ছাত্র-ছাত্রি, মমাম্নবা মথং-মথং মাগী য়ুম হংবা, থিবা লাকপনা মশীং খঙদ্রে। পাখঙ মচা মমাম্নবা চংখিবদি রাগীনি শাউনীংবা পোক্লুদে। অদুবু লৈশাবী মশক ফজবী পুন্না-পুন্না চংখিবদি মা প্রোক-প্রোক চাকই। রাগীনিখোয়গী ইমুংদা নুমিদাংগী চাক চানবা মতমদা মপাবুংনা মমাদা হায়, - "য়েংউ! মখোয়গী ইবেতোনগী অমত্তা পোকচবা মচানুপা নহান ঐখোয়গী বাবাগী কর্ম্মগী মাগোব খনবদা বা তুরক্তুনা ৱানা পান্দুনা লারুখিবদু হন্দক্কী মেট্রিক পরিক্ষাদা সেকেন্দ পোজিসন তাই হায়নৈনে! মসিগী অঙাংসি মরম মোকই মী ওইগনি"! ইমুংদুগী মীশিংদু তুমিন, তুমিন লৈনৈ। মমানা — "ফৈ-ফৈ, মীগী মচাদি মমানা হায়বা ইন্দুনা মপাল থোক্তনা লাইরিক্তা তৌদুনা লৈবনিনা মমা লুখ্রাবী ওইজরবসু মচাগী মপাল চাদৌরি। ঐখোয়গীদি মপা মরম মোকপনিনা ইচাশিংসে শুসু-শুনীংদে, লাইরিকশু পানীংদে!" রাগীনিদো মমাগা মপাবুংগনা শানরিবা ৱারীদুদা হরাউবা পোকচৈ।

ঙসিদি রাগীনি নন্দকিশ্বর থোরক্লবদি থৎলগা ৱা অমত্তং হংহৌগে খল্লি। মা লাতাগা ইনে চাউবীগী হোটেলগী ফালদু থাংদোক্তুনা ফমদুনা লৈ। হায়রিঙৈদা নন্দকিশ্বর মমাম্নবা অনীখক থিন্দোকপা থোরকই। লৈরক মচিন ফাওবা থিন্দোক্লুরগা অমুক মতোমতা চংলকই।

রাগীনি ঃ "তা-নন্দকিশ্বর! ৱা অমত্তা হংজগে?"

নন্দকিশ্বর ঃ "করি বানো?"

রাগীনি ঃ "পরিক্ষাগী বানীদা" ! অদু, পোজিসন লেপ্লবনিনা ঐখোয়বুদি করিসু খনবীপোৎ নত্রেনে" ? মখা তানা রাগীনিনা, "অদু করিনো চানীংবা অমত্তংদি লৈজগে?"

নন্দকিশ্বর ঃ "য়ারেদা"!

রাগীনি ঃ "য়াবা য়ারোই" !

নন্দকিশ্বর ঃ "করিগীনো ? কিজরেদা"!

রাগীনি ঃ "তা-নন্দকিশ্বর! পীরক্কাদা সেকেণ্ড পোজিসন লৌরগা ঐখোয়বু কাউবা য়াব্রনে? নবুক ফত্তবা হৌরক্নু!"

নন্দকিশ্বর ঃ "অদুই বা নত্তে," (মবুক্তা লৈকায়গী মীনা উগ্বগা করি খনখিনি কিজদুনা) ঐ হৌজিক মদুগী মতম য়াম্না বাৎলি!"

রাগীনিদি ইকাই-ইকি খংলক্তবগুম তৌরে।

রাগীনি ঃ "অচাপোৎ চাববু মতম লৈব্রনে? অদু ওইরবদি করিগী অঙাং থাজিন্দুনা নংনা য়াওশঙদা আবের তৈহনবীরিবা"?

নন্দকিশ্বর ঃ "মদু ঐনা লানখিবনি, ঐবু ঙাকপীয়ু, মতুং তৌজরোই; ঐদি নখোয়বু কিজদুনা মতমদুদা লোৎখিবনি; মদুগী মীচৈদুননি ঐনা ঙসি ফংলিবা পোজিসনসিসু, নখোয়বু হন্না-হন্না থাগৎচরি, ঐ চংশ্রগে?"

নন্দকিশ্বরগী বাঙাংদুনা রাগীনিগী থম্মোইবু কায়হল্লম্লে। মা তৌফম খঙদদুনা মমিত্তা মাপি তারক্লে। তশেংবদি নন্দকিশ্বর রাগীনিবু নুংশিদবা নত্তে, থম্মোইদদী মানা রাগীনিবু য়াম্না লুনা খঞ্জরিবনি।

ময়াম কলেজ মিং চনবা হৌনদুনা নন্দকিশ্বর ডিঃ এমঃ কলেজদা পিঃ ইউঃ সিঃ সাইনসতা মিং চন্লে। হৌজিক্তি মা সাইকল অহনবা অমা লৈদুনা মদু তোংলগা কলেজ চৎলি। রাগীনিদি ক্লাস টেন্দা মাগী হান্নগী স্কুলদা অদুম তন্নি। হাওবম মরক্তগী নবকুমার কৌবা পাখঙ অমনা মানা স্কুল কাবা, কুম্বা নুংত্তিগী ঙাইরগা মাবু পামজবগী, চান্নবা হৌবগী বাঙাং তত্তনা তারক্লি। মা নোংমতসু নবকুমারগী পাঙথুম পীরুদে। খর-খরদগী নবকুমার রাগীনিখোয়গী লৈরক মচিন য়ৌরগা

হেক-হেক হনখিবা উই। ঙসিদি মহৌশা মাগী মতুংদা য়াম্না লাপ্পা নীপা অমা মতম অমদা উরম্বদুসু উখিদ্রে, মপাং কায়নরবী চেক্লাগুমলে রাগীনিদো। নন্দকিশ্বরনা মাবু থৌশাদবগুম, মাগী ব্বা তাবীনীংদবগুম, তৌবদুদা রাগীনি শাওনীংবা পোক্লকই। মা করিগুম্বা চাংয়েং অমত্তং নন্দকিশ্বরগী মফমদা তৌবা পাম্মী। মাবু নুংতিগী শেন্নবা নবকুমারনা তোয়না ইন্নবা, মাবু পামজবদুদা ঙসিদি রাগীনি নবকুমারদা শিংজু চারুশি-ঐখোয় লৈকায়দা ইনে চাউবীগী হোটেলদা হায়জিল্লুরে। নবকুমার লৈশাবীনা অদুম্না হায়রকপদুদা হরাউদুনা ইনে চাউবীগী হোটেল মমাংগী ফালদা ফমদুনা রাগীনিগা ব্বারী শাদুনা লৈরম্মী। তাঙ্গাদুদা নন্দকিশ্বর মাগী সাইকল তোংলগা কলেজ কুম্নকই। নন্দকিশ্বর রাগীনিগা নীপা পাখঙ অমগা নোক্তুনা ব্বারী শানরম্বদু উরুবদা ঙকপা পোক্লম্মী। ময়ুমদা সাইকল থম্লুরগা অমুক থুনা থোরকই। মানা থোরকপদু রাগীনিসু উই। রাগীনি নন্দকিশ্বরগী থম্মোইগী চাংয়েং তৌনীংলকই মতাং চাদনা হৌরপ-হৌরপ নোকই। মা নন্দকিশ্বরনা চংশিল্লক্লিবদুসু য়েংই; করিসু নাচুংদবগুম তোই।

নন্দকিশ্বর ব্বারী শানরিবা রাগীনিদা য়াম্না শাউনা ঃ-"রাগীনি! নং য়ুমদা চংঙো"!

রাগীনি ঃ"তা নন্দকিশ্বর ! থৌ নৈতনা থৌ শানগুমসি"!

নন্দকিশ্বর মথব্বায় য়াম্না চাক্লা " ও! ঐ ভাব তারে", হায়রম্লগা থুনা মমায় লৈদুনা অমুক ময়ুমলোমদা প্রপ-প্রপ চংখ্রগা লিচৈ অমা পুথোরক্লগা রাগীনিগা ব্বারী শানরিবা নবকুমারগী মনঙ্গন্দা "ঐ কনানো খঙব্রা" হায়রগা লিচৈদুনা অনীরক কন্দুনা ফুরম্মী। মীগী ইংখোল চংদুনা হব্বাইমতোন চারুবগুম ফুদুনা তাল্লকপদুদদি নবকুমার সাইকল ইল্লগা হৌদুনা চেনখ্রে। রাগীনিসু কপ্পা-কপ্পা ময়ুমদা চেনশিনখ্রে। রাগীনি ময়ুম য়ৌরগা ফমুংদা চংলগা কপ্তুনা লৈরে। মাগী মবুক্তা নন্দকিশ্বরগী পুকচেলগী মরমদা তাংদাংবা অরেপ্পা অমত্তা মাগী ব্বাখলনা লাম্বা ফংলমদে। নন্দকিশ্বরনা থম্মোইদদা নুংদা লোম্না থুপ্পা মবানিগী নুংশিববু মখোয়-মখোয়না মতিক চাবা মী অমমম্ ওইদ্রিমখৈদি থমজনীংলি। রাগীনিনা কল্লকচদুনা করিগুম্বা নন্দকিশ্বরগী অহেনবা অমা লৈবসিনা অতোপ্পা মগুং-মমাম্নবী কনাগুম্বী অমনা মঙোন্দগী মুনবীথিগদ্রা খনবদা ব্বাজরি। মাসু তৌফম খংদদুনা নন্দকিশ্বরগী পুকচেল খঙনীংবনা লাংতক্লখিবনা নন্দকিশ্বরগী মমাংমক্তদা অতোপ্পা পাখঙ অমগা নোক্লা

খেনা ৰারী শারুবনি, থোইনা নীপাদুবু পামদুনা শারুবা ৰারী নত্তে। হৌজিক্তি খঙলে, মদুদি নন্দকিশ্বরনা মাবু থম্মোই শেংনা নুংশিরি। মরমদি রাগীনিনা অতোপ্পা পাখঙগা ৰারী শানবদা খাংবা ঙমদদুনা শাউনীংমনখিদুনা ময়ুমদগী লিচৈ লৌরুরগা ৰারী শারম্বা নীপাদুবু মনঙন্দা অনীরক লিচৈনা কন্দুনা ফুখ্রে। করি থোক্লগবা? উহৌবা য়াওদুনা লৈকায়দুদা ইবেতোনগী মচা নন্দকিশ্বর হন্দক মেত্রিক্তা সেকেণ্ড পোজিসন তাখিবদুনা নীপা অমা ইনাখুনবা মঙ্গিগী মচানুপী রাগীনিগা ৰারী শানরম্বা উরুবদগী ফুখ্রে হায়বা পাউদু নীমফুং নীমফুং ঙাংনবা হৌরক্লে। রাগীনিগী মমা-মপা মবুং অনীসু ঙাংনবদু তায়। মখোয়সু খল্লি রাগীনিগা নন্দকিশ্বরগা হান্নদগী মরী খরা লৈনজব্রা? নন্দকিশ্বরগী মমা ইবেতোনসু মীনা তম্বদগী তাদুনা মচানীপাদা করিগী মীগী মচাদা ফুরুরিবনো, মীনা তুংদা অমুক মদুগী লম্মন খুম্নক্লবদি ঐখোয়গীদি মীচংশু লৈজদবসিদা হায়না মচাবু থেমজিনজে।

হন্দক্তি রাগীনিসু মপাল কয়া থোক্লকখিদ্রে। মানা শিংজু চাফমদা হেক-হেক ফমদুনা লৈরম্বদু নন্দকিশ্বরগী মমা ইবেতোন্না কৈথেল কুম্নকপদা উবদা পূক্লিং নুঙাইজদুনা হরাউনা হেক-হেক কৌরম্বনি রাগীনিসু ইনে কৈথেল কুম্নক্লব্রা হংজবনি। অদুবু নন্দকিশ্বরনা পাখঙ অমা ফুরুবদগী রাগীনিসু মপাল কয়া থোকখিদবনা উখিদ্রে। লৈকায় মশেলগা ওইবগা নন্দকিশ্বরনা রাগীনি পাম্বনি হায়বীবসু য়াওরে। অমরোমদা রাগীনিনা নন্দকিশ্বরনা মেত্রিক পরিক্ষাদা সেকেন্দ পোজিসন লৌবদগী পাম্বা ওইরমগনি। অসুন্না মীবা ঙাংননীংবা কাংবুনা মখোয় অনীগী মরমদা শানরিবশিংদু মখোয় অনীগী নাকোংদসু তানরক্লে। অমুক্তা হেন্না উনদ্রগা অচেৎপা মরী অমদি হান্নদগী হেন্না চেৎশিল্লকপগুম তৌরি।

কলেজ চত্তবদি য়াদবনা নন্দকিশ্বর সাইকল তোংদুনা নুংত্তিগী কলেজ চৎলি। মা হন্দক্তি নোংমতা লম্বী অমত্তদা চৎতে। নোংমনা লম্বী অমদা, নোংমনা অতোপ্পা লম্বী অমদা চত্তুনা মানা ফুখিবা নীপাদুগা থেংনদনবা হায়বদি মানা লাল্লুরবনিনা কন্না মিৎকুপ-নাহম, শিংনা চৎচবনি। নোংমদি মানা ফুখিবা নবকুমার মাগা লম্বীদা দোং থেংনরে। মখোয় মমান্নবা অনী সাইকল অমমম, তোংদুনা চৎলম্বনি। মখোয় উবদগী নন্দকিশ্বর মাগী সাইকলদু খরা কন্না থৌগৎলি। মা কলেজদা প্রাক্টিকেল তৌবদগী খরা থেংনসু হল্লকপনি। নীপা অনীদুনা মাবু ঙাইখো হায়দুনা পিশুম থোঙ মনাক্তা থৎপনি নন্দকিশ্বর সাইকল কন্না থৌদুনা নাম্থোরুবা হোৎনদুনা মানা মাং থাদুনা সাইকল থৌগৎলকই। নীপা অনীদুসু সাইকল লমজেল তান্নবগুম

কন্না তান্নরকই। অদুবু ময়ুম য়ৌগদবা খরদা ঙাইরবা কান্দা বামন্দুনা লৈরক্বী মচিন্দা রাগীনিখোয়গী থোংগাল মপা য়ৌরকপদুদা সাইকলদু মমাং চাকানা নুঙ অমদা পন্দুনা তুশিল্লি। মাগী ফত্তবা মতম অমুক লাক্কুনা মনাক্তা তারম্বা নুং অমনা নীপাদুনা নন্দকিশ্বরগী মকোক্তা থাবদা নন্দকিশ্বর মকোক কায়দুনা তুদুনা লৈ। নীপা অনীদুদি নন্দকিশ্বর মকোক থুগায়রন্নগা মীগী লৈকায় ওইরনীনা থুনা খুদক্তা চেনখ্রে। নন্দকিশ্বর জ্ঞ্যান মাংদুনা ঙাইহাক লৈরে। রাগীনিগী মবুং রাবৈ ইমুংদগী ময়াম, লাংই হায়দুনা চেম্ব্রোরকপদা নন্দকিশ্বরনা তাদুনা লৈবদু উরে। ঈশিং পুথোরক্কুনা লৈকায়গী মী মথং-মথং থোক্লরক্কুনা ঈশিংনা মকোক্তা থাদুনা জ্ঞ্যান খরদি লাক্লে। ফি অমনা অশোকপা ঈ থোক্লিবা জগাদু চেৎনা পুন্সিল্লগা রাগীনিগী মবুং রাবৈনা মখোয়গী জীপ থৌদোরক্কুনা নন্দকিশ্বরবু হোসপিটালদা পুখ্রে। মমা ইবেতোনসু কৈথেল কুম্লকপদা পাউদু তাবদগী রিক্সো অমা তোংলগা হোসপিটালদা চৎখ্রে। রাগীনি পাখত্তুনা মমাদা, "ইমা ! কয়াম থীনা শোকখিবগে ইমাবু উহৌব্রা" হংই। মমানা — "নংগী হাক্তক্তা বাথোক ওইরে, ফজবে. মীগী মচা পরিক্ষাদা সেকেন্দ পোজিসন লেপচরিবা লাইরিক্তা থবায় য়াওজবদু নংগীদমক মকোক থুগায়বীরেদো ! করিগুম্বা ফিভম থীনা শোক্লমদুনা ব্রেন বেরা তৌরবদি মমা অসিদি করন্না লেনগনি ?" রাগীনি করিমত্তা খুমদনা মানা পংবদগী থোক্লিবনি খল্লুবদা হিক্লা-হিক্লা লোন্না কপ্পী। ডাক্তরদা কায়রিবা মফমদু নীংথিনা ফোংলগা হিদাক অমা কাপ্লগা হিদাক খরা থুনা ওইশিন্নবা ইরগা বেন্দেজ পুন্নগা দিসচার্জ তৌরক্লে। মমা-মচা পুন্না রাগীনিগী মবুং রাবৈনা ঙাইরগা মাগী জীপতা অমুক পুবীরক্লে। ময়ুম য়ৌরগা রাগীনিগী মবুং রাবৈনা হায়রম্মী — " নন্দকিশ্বর ! ইয়াম্বদি নংনা মেত্রিক পরিক্ষাদা অনীগুবা পোজিসন লেপ্পুনা লৈকায়গী ইজৎ পুরকপগী হরাউজবনি; অদুবু নংনা অসুম্না মীগা য়েক্লবা থমদুনা খৎন-চৈনবগী থবক তৌরকপসিমদি ইয়াম্বা মঙদা ফাওবা খল্লুদে"। রাহৈদু হায়রন্নগা ময়ুমদা জীপতু অমুক থৌজিনখি। মমানা মচানীপাদা — " মীচং-শঙ্গ লৈজদবা নংনা মীঙোন্দা হান্না ফুরুবদগী মীনা লম্মন খুম্লকপনি; মতুংদা অসিগুম্বা থৌদোকসি অমুক হন্না থোক্তনবা নশানা হোৎনজরো !"

নুমিৎতুদগী নন্দকিশ্বর মমাগী পাউতাক মতুং-ইন্না মীগা অমুক হন্না খৎনখিদ্রে। মা রাগীনিগী বাখলবুসু মতম খরগী ওইনা থাদোক্লগে খন্নে। অদুবু রাগীনিদি নন্দকিশ্বরগী বাখল কাউবা ঙমগদৌরিব্রা ?

মতম্না অসুম মথং-মথং হৌখিবনা রাগীনিসু মেট্রিক পাশ তৌরে। কলেজ কারে। অনৌবা মরুপ, অনৌবা শঙ্গ কয়া তিম্নজরে। সাইকল অহনবা তোংদুনা জি: পি উইমেনস কলেজদা নুংতিগী চৎলি।

নন্দকিশ্বরসু পিঃ ইউঃ সিঃ সাইন্স পাশ তৌরে। কুমসিদি মা পোজিসন খরা হন্থরে, নিপালশুবদা লাক্রে। মথবায় কয়া নুঙাইরমদে। মা মেডিকেল এন্ট্রানসতদি ফার্স্ট তারক্তবা য়াদে খন্না কন্না হোৎনৈ। মানা খনবগা, হোৎনবগা পিঃ ইউঃ সি সাইন্সতা নিপালশুবা পেজিসন্দা লাকখ্রবসু মেদিকেল এন্ট্রান্সতদি মানা নীংবা থুংলে, নন্দকিশ্বর ফার্স্ট তারে। মৈতৈ মচাগী তৌবা ঙম্বদু মা তশেংনা উৎপা ঙম্মী হায়বদু তাক্রে। মেদিকেল তম্বগী সেলেক্সন ফংলবনিনা মা কলকটাদা তমগে হায়না খল্লি। বেঙ্গলি মচাশিংগী হৈশিংবা মরক্তা তম্নগা হেন্না ফগদ্রা হায়না মানা কন্না থাজে। মানা অঙাং ওইরিঙৈদা বেঙ্গলিগী অফাওবা মীওই কয়াগী মরমদা থেংনখি। মদুদা মাগী ৱাখলদা মখোয়গী মরক্তা তিম্নরগা ৱাখল লৌশিং হেন্না ফরকপদু মহাক্না পামখি।

রাগীনি নন্দীকশ্বরগী খৎন চৈনবা অনীরক মাগী ৱাহৌদগী থোকখিবদগী ইকাইজদুনা মপাল কয়া থোক্লমদবদু হৌজিক্তি অমুক কাউরক্রে। অদুবু মানা মমান্নবী লাতাগী মচিন্দগী তারে, মদুদি নন্দকিশ্বর কলকটাদা ডাক্তর তম্বা চৎকদৌরি। পৈশা নুংশাদি মশানা লাইরিক ফরকপনা স্কোলার্সিপ ফংবনা থোইনা ৱারোই। অদুগী মথক্তা মাম্মা অমনা পাংবীগনি হায়না তায়। রাগীনি নন্দকিশ্বরবু অমুক্তং উনদুনা চৎলমদাইগী মতমদা মানা খঞ্জবা, নীংজবা ৱাফম, অমত্তংদি হায়জনীংবনি। মা ইকাই-ইকি হন্দোক্লুনা লাতা হৌরগা নন্দকিশ্বর হয়েং চৎকনি হায়বগী নুমিদাংৱাইদা নন্দকিশ্বর উনবা চংলকই। নন্দকিশ্বর মশাদি লৈরমদ্রে।মমা লৈরম্মই।

ইবেতোন ঃ "ইচাশিংবু করি হায়নীংবগে?"

লাতা ঃ "ইনে তাদা নন্দকিশ্বর হয়েংদগী কলকটাদা ডাক্তর তম্বা চৎলনি হায়না তাবদুদা শুম, উননীংদুনা লাকপনি"।

ইবেতোন ঃ "অদু মাদি মাগা হয়েং চৎমিন্নগদবা মমান্নবা অমা উনরুগে হায়রম্মী, ইচাশিং ঙাইহাক ঙাইগদ্রা?"

রাগীনি : "ঙাইররোই। অদু, ইনে তাদা নন্দকিশ্বরদা খাউ মচাসিমত্তা খরা শিন্নবীয়ু" হায়দুনা খাউ অমা পী। মমানা "ইমৌনা পীরম্বনি হায়না ইনে মঙোন্দা তমগে, চৎলো, চৎলো!"

রাগীনি অমদি লতা পুক্লিং ইনুং নুঙাইতনা হল্লক্লে।

মমানা রাগীনিনা পীরম্বা খাউদু মচানা পুগদবা ইয়ারবেগ হাংদোক্লগা হাপচিল্লে। শুপ্নগী বাহৈনা নুমিদাং মচানা চাক চারিঙেদা ইনাকখুনবা মঙ্গীগী মচা রাগীনিদো নংবু উনবা লাক্রম্বনি হায়বদমক তল্লে।

নোং ঙাল্লে, অয়ুক্কী পুং তরামথোই মথায় দা কলকটা ফ্লাইটতা তোংদুনা চৎকদবনি। রাগীনিদি পুংফমসু খঙদবনা চৎলমদাইদা নন্দকিশ্বরবু বর পীহৌগে, মখুৎ অমুক্তং হাইহৌগে খন্দুনা অয়ুক ঙন্তদগী লৈরক মচিন্দা শেন্নদুনা লৈরবনি। ঙাইবা বারবা মিৎলি চোকথরবা মতমদা ওটোরিক্সো অমদা মাগী পোৎ ইয়ারবেগ, শুইটকেশ হাপ্লগা থৌদোরক্লে।

নন্দকিশ্বরসু খল্লি – "চৎলমদাইসিদা মাগী মশক্তু অমুক্তং উরগদি - ঐ নুঙাইগনিদা!" রাগীনি ইনে চাউবীগী শিংজু-বোরা হোটেল মমাংদা ঙসাইদগী অঙাওবীগুম নন্দকিশ্বরবু উজনীংদুনা ঙাইজরক্লিবীদো লেপ্তুনা লৈবা উরুরে। রাগীনিগী মপা য়ৌরকপদা ওটোরিক্সোদু ঙাইহাক্তং খামহল্লগা নন্দকিশ্বরনা – "রাগীনি! চৎলুখিগেকো! ঙরাংসু নহাক ঐখোয়দা লাক্রম্মী হায়না ইমানা তম্মী"। রাগীনি করি খুমগদবনো খঙজদরে। ঙসাইদি করিনো খরদি হায়গে খনখিবনি, অদুবু মশক উরুবদগী লোইনমক কাউথোকখ্রে। "ঔ!" হায়রগা লৈহৌরে। ওটোদু অমুক থৌখ্রে। লৈরক্তগী ম্যেন রোড য়ৌবগী লৈথোরকপদা নন্দকিশ্বরনা মখুৎ হাইরম্বদু উরুবদা রাগীনি মখুৎ হাইবা ঙমদনা মখুৎ অনীনা মমিৎ অনী খুল্লগা পিরাং ফাজিন্দুনা লৈহৌরে। মানা মখুৎ হাংদোরকপা মতমদদি নন্দকিশ্বরদি য়াম্না লাপ্লা মানা উবা ফংদবা মফম য়ৌখ্রে। তন্দে-মান্দে তৌনা মখোঙ তপ্না-তপ্না থাংদুনা মিৎলুগী পিরাং ইহৌরকপদু ফাজিল্লগা ময়ুমদা চংখি।

নন্দকিশ্বর কলকটা য়ৌবগা মাগী তমগদবা কলেজ য়ৌরগা কলেজগী হোস্টেলগী মিং-নুং চন্দুনা কা অমদা চংলে। নুমিদাং বাইদা য়ুমদগী পুরকপা পোৎ-চৈ মথং-মথং হাংদোক্লুনা লৌথোকই। ইয়ারবেগ মনুংদা খাউ মচা অমা






তোঙাম্না য়াওরিবদু মমানা করিকরি তোঙাম্না হাপ্নকপগী হায়দুনা হাংদোক্নুনা য়েংলুই।

চে অমনা মথক্তা য়োম্নগা মপুন অম্না য়াওরম্মী। রবর অমনা মথক্তা অমুক পুল্লম্মী। মনুংদুদা রাগীনিগী ফোটো অমনে, রুমাল অমনে, লুপা লিশিং অনীগা, চেং-থোইদিং গোবীন্দা খুরুম্লুবগী লাইগী নির্মলা খরগা, চিঠি অমগা য়াওরম্মী। তপ্ন-তপ্না, মথং-মথং লৌথোক্লুনা য়েংলম্বদগী চিঠিদু ফাক্তোক্লগা পোৎ লৌথোকপা লেপ্লুনা পাবা হৌরকই।

তাদা নন্দকিশ্বর!

ইকাইবা খঙদ্রবী লৈকায়গী নচনবু ৱারৌবীনুকো! ইবুংনা চৎলমদাইদা ৱাহৈ খরদং ইচিনশিনা ইবুংগী মাংদা হায়জনীংবনি। অদুবু তাঙ্গানা, লৈফম্না খুদোংচাবদু ফংখিদ্রে। ঐগী খাউ মচাশিদা হাপচরিবা পোৎলম খরশি লৎনদনা লৌশিনবীয়ু! ঐনা নীংজবা অমা লৈদুনা শীন্নজবনি। ঐনা ইবুংগী মফমদগী পামজবা কয়ামরুম লৈ, অদুবু ইচিনসিনা হায়জনবা তাঙ্গা অমত্তসু পীবীদবনা ফোংদোকচবা ঙমজদ্রে। ইবুংগী খঙহৌদনা হৌরকপা থম্মোইগী অশাওববু কিজদুনা নচন্না কয়াগী মতিক ৱাজৈ। ৱারৌখিবা থম্মোইদুবু থেমজিনবা হৈত্রবা ঐগী থম্মোইনা করম্বা মফমদা থিদুনা ৱাহৈ মঙা-তরাদং হায়দুনা তপথনবা হায়জরুনি। য়েংজগে খন্না কোইথি থিদুনা লিলা শান্নফমদা, স্কুলগী মহৌশাগী লম্বীদা ঐনা তত্তনা নহাকপু লাক্রমগদ্রা খঞ্জদুনা য়েংজরুই। অদুবু নংদি য়ুমদা তুমিন লোত্তুনা লাইরিক্তা তৌদুনা লৈখিবনা য়েংজনীংবা মতমদা নোংমতসু উজবা ফংখিদ্রে। হল্লক্রগা নহাক্না ৱানা পান্দুনা লোংনা হিপ্তুনা চৈনা খাংলম্বা ঐগী ফমুংসিদা কয়ারক হন্না অবা-মৈচাক খাংজখি। নংদি করিমত্তসু খংবীখিদে। নংবু অমুক নবকুমারনা নুংনা থোমদুনা কোক কায়খিবা নুমিত্তুসু ঐ কয়াম ৱাখি। ইবুংনা য়াওশঙদা অঙাং থাজিন্দুনা আবের তৈহনবদুনা শৈহৌ ঈশৈ ওইরগা ঙসি ফাওবসিদা ঐগী মায়সিদা করম্বা য়াওশঙ অমদা করম্বা মী উদবা জগা অমদা ইবুংনা মতম অমদা পামজনা তৈবীগে খনখিবা নচনগী মায়সিদা আবের খুবাম থন্না পায়দুনা তৈবীরগনি? মতমদুদা ইবুংবু ৱারৌখিবা থম্মোই অদুনা ঙসিদি ইবুংগী করম্বা যাদুগী হৈ-শিংবা থম্মোই অমনা নচনবু তুমফম-চাফম খঙহনবীদ্রে। ঐ অঙাওবী হায়বীদো ওইরে ঙসিদি। ইবুংগী ডাক্তর তম্বা মপুং ফারবা মতমদদি

য়াওশঙগী তাংথক নাইনা কাখৎলকপা থম্মোইগী ইথক-ইপোমদুসু মনীং হন্দুনা চৎখিরোইদ্রা? পাম্মু-পাম্মু থম্মোইগী ইথক-ইপোমশিংসে মনীং তন্না শান্নজনীংবা মতমসিদা কন্না মনীং মমাং থত্তুনা থম্বীবা তারেদো! পামদি পাম্মুইদা! অদুবু ঐগী থম্মোইগী নুংশিজবসে মফম হোংহনবীনুকো! ইবুংগী নীংবা থুংনবা ডাক্তর তম্বা লোইবা ফাওবদংদি ঐসু পূক্লিং ফাজিন্দুনা ঙাইজরমগে?

লোইজরগে!

নন্দকিশ্বর রাগীনিগী চিঠি, রুমাল, ফোটো অমদি পৈশাদু থম্মোই শেংনা লৌশিল্লে। মাসু খল্লি — "রাগীনিগী থম্মোইনা অসুন্না শেংনা মাগীদমক লেপ্লবদি মাসু শোয়দনা নোংমদি রাগীনিগী অপাম্বসি থুংহনগে। মা চিঠিগী পাউখুমদি হনবীদ্রে। মাগী তন্নিবা মহৈগী লম্বীদা অকায়বা লাক্কনি কিবদগী। অদুবু রাগীনিনা খুদোল তৌরক্লিবা পোৎয়োমদুদি হান্নগী ফিভম কায়দনা মাগী শুৎকেশতা চেৎনা মফমচানা হাপচিনখ্রে। অসুন্না নুমিৎ কয়া, থা কয়া, হৌখিদুনা চহী অহুমগী তুংদা অহোংবা কয়ানা মথং-মথং মীওইবগী পূক্লিং ৱাখল লেপ্পা লৈতবা থৌদোক-ৱাথোক কয়ানা হুমদুনা পুখিদুনা চহী অহুমসিদা অহোংবা কয়া লাকখ্রে। রাগীনিগী লুনা তিন্নবী মরুপ লতাসু ময়ুম পানখ্রে। রাগীনি বীঃএঃ লোইরে। অহল ওইরবী মবোকশু লৈখিদ্রে। মবুং অনীমক লুহোংলে। মমাসু অরুবা লায়না কেন্সরনা কন্না নারক্লে। মপাবুংগা লুনা তিন্নবা কৈশামথোংদগী কারবার চাউনা তৌবা ওইনাম্ জাতিশ্বরগী মচানুপা ইঞ্জিনীয়ার পাশ তৌদুনা এঃ ইঃ ওইনা ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্টমেন্টতা থবক পুরিবা শান্টোশকী মৌ ওইনবা কন্না তকশিল্লকপদগী মমাগী অনাবগা কনশিল্লকপগা রাগীনি নন্দকিশ্বরনা অসুক-কুইবা মতমসিদা ঈ-পাউ অমত্তসু পীরক্তবগা মাসু মমাগী ফিভম য়েংদুনা য়াবা তারক্লে। মানা নন্দকিশ্বরগী মরমদা তাবা হায়ববু মাগী সেমিস্টর অয়াম্বদা মানা ফার্স্ট তাই হায়বমখৈ মঙাইরে। নুংশি - নুঙোলগী মতাংদদি নোংমতসু চিঠি অমা থারক্তুনা ঐনা নংবু থম্মোই শেংনা নুংশিরি, ঐগী ৱাখল হোংদরি, নং ঐবু শোয়দনা ঙাইরম্মুদং হায়রকপদা রাগীনিনা মপাবুং অমদি মমাদা তশেংনা ফোংদোক্তুনা নন্দকিশ্বরগীদমক অখাং-কন্না পূক্লিং হোংদনা ঙাইজরম্বা য়াবনি। অদুবু নন্দকিশ্বরনা ঈশিংদা থাদখিবা নুংগুম মখোল থোকখিদবনা রাগীনি কপ্পা-কপ্পা মাগী ৱাখলনা মমা-মপানা হায়নরিবা শন্তোশকা লুহোংবদা য়ারে।

নোংমা নুমিদাংবাইদা রাগীনি নন্দকিশ্বরখোয়গী য়ুমদা লাকতুনা নন্দকিশ্বরগী মমা ইবেতোনগা উনরে।

রাগীনি : "ইনে! ঐ লুহোংবা তারে! ইমাগী অনাবগী ফিভম ফংথচিন্নকুবা কয়াসিনা মরম ওইরগা ঐ ঐগী পুক্নিংগী ফিরেপ হোংবা তারে হয়রগা মপি শিন্থদুনা ইবেতোনগী মমাংদা কন্নী ।

ইবেতোন : "কপকনু! ইবেম্মা, ইমৌগী পুকচেল ইনেনা খঙই, ঐ ইচানুপাদা অমুক্তং থোক্লরুবা হায়খিসিরা?"

রাগীনি : "ইনে! তোক্লসি, তাদা নন্দকিশ্বরগী মহৈ মপৃং ফারমদাইসিদা ঐনা অমুক অকায়বা পীনীংদ্রে"।

ইবেতোন : "অদু ওইরগা নং চিঠি অমত্তং ইগেরা?"

রাগীনি : "ইনে! ঐ ইররোই, চৎলগে, অদু ইনে! ঐবু ৰারৌবীনুকো! ঐনা লানখিবা য়াওরবসু নচানি-নমৌনি খন্না ঙাকপীয়ুকো! নোংমা য়াওশঙ নুমিত্তা ঐনা ইনেদা ঙাংখিবা ৰাঙাংশিংদো ঙসিদদা ঐ স্তান লাকই, ইনেনা ঐবু চৈবগী মহুত্তা " ঐদি নংবু ইমৌদুম ওইনীংই" হায়খিবদো ঐ ঙসিসু কাউদ্রি ইনেগী মৌ ওইনা নোংমা শোয়দনা লাক্কে খঞ্জরুবনি; ইনেনা নুংশিনা পীজখিবা শিংজুগী মহাওদুসু ঐ কাউদ্রি। ৰাহৈশিংদু হায়রগা নন্দকিশ্বরগী মমা ইবেতোনগী মখোঙদা নোম্থদুনা রাগীনি মখোল থোক্লা কপ্পুনা খুরুমই।

ইবেতোনসু রাগীনিবু নুংশিনা মকোক্তা নানবীদুনা বর পীরম্মী। মাসু ফিজি চিংখত্থুনা মিৎলুদগী তারক্লিবা পিরাংদু তৈথোকই। রাগীনি তপ্না-তপ্না নন্দীকশ্বরখোয়গী য়ুমদগী থোরক্লে। থোংগাল য়ৌরগা অমুক্তং য়ুমদুবু নুংশিনা য়েংলম্মী। ইবেতোন ৰাখল নুঙাইতনা লৈহৌই। মথংগী নুমিত্তা রাগীনি লুহোংবগী ৰারোইপোৎ পুখ্রে। ইবেতোন মচানুপাদা য়ুমদা অমুক্তং থোরকপা য়াব্রা য়েংউ হায়খি। রাগীনি লুহোংবগী মতাংদদি করিমত্তা পনখিদে। অদুবু মতমদু মাগী সেমিস্টর তরেৎশুবগী পরিক্ষা মনুং ওইখিবনা মা থোরকখিদ্রে।

মতমদি নোংমা নোংমা হৌখিদুনা রাগীনি মিৎলু পিরাং মরক্তা মাগী মতম অমগী নন্দকিশ্বরনা ৰা তুরক্তুনা মকোক্তা পানবদগী ৰান্থদুনা মৈচাক খাংলম্বা

রাগীনিগী ফমুংদুবু কয়ারক হন্না মখুৎনা নাম্ন-নাম্নগা মৈচাক খাংজখি। থম্মোই চেৎনা ফাজিন্দুনা নুমিদাংদু অবা-মৈচাক খাংন-খাংনা মাগী হয়েংদগী কায়নরগদবা মোল্লাংদুদি পিরাংতনা চোৎখি। মমল য়াম্বা অউনপোৎ কয়াগা লোয়ননা রাগীনি ইঞ্জিনীয়ার শস্তোশকা লুহোংলে।

ঙসিদি মঙানি চাক্কৌবা নুমিৎনি। ইনাক খুনবা মঙ্গিগী য়ুমদা অয়ুক ঙস্তদগী চাক্কৌবগী পুজারী নিপালনা চাক থোংগৎপা হৌগ্রে। লম্বী মপান ফাওবা কর্নাট খাদুনা শেম্মী। পুং তরামথোই তারক্নুনা নুপী কাংবুদি য়ৌরকপা হৌরে।

নন্দকিশ্বর মমানা অমুক্তং থোরকপা য়াব্রা য়েংউ হায়বদুদা মাগী পরিক্ষা লোইবগা থোক্রকপনি। মাদি নুমিত্তু রাগীনিগী চাক্কৌবা নুমিৎনি হায়বদি খঙদে। অদুবু মানা মতম অমদা পুবদা য়াওখিবা রাগীনিনা মঙোন্দা পীখিবা পোৎ ময়োমদুদি মানা পুরকপদা য়াওরকই। ইয়ারপোর্টতা এরোপ্লেন্দগী কুমথবগা টেক্সি অমা বায়রগা ময়ুম তান্না তোংলগা লাকই। মানা খল্লি, "মানা ডাক্তর তম্বা চংবা নুমিত্তা রাগীনিনা ইনে চাউবীগী শিংজু-বোরাগী হোটেলদা লেপ্লগা লৈহৌবদু ঙসিসু মাবু মফমদুদা লেপ্পুনা ঙাইরমগদ্রা "? অদুবু লৈরক্কী মচিন্দগী হৌনা উরে, কর্নাট ময়াম খারিবা, চৌকি ময়াম পরেং শানা থারিবা, কনাগী করি থৌদোক্কী ওইরিগবা? রাগীনিখোয়গী থোংগাল মপা য়ৌবদা শুমাংদা সেমিয়ানা খল্লিবদো উবদা করিনো, মী শিবগী শোরাৎকী থৌদোক্তি মান্দে - রাগীনিদুবু নহান ইমানা য়ুমদা অমুক্তং থোরক্কেরা হায়খিবদুবু .... ? কারনা লেপ্তুনা থৌবনা মখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌদুনা কারদু খাম্মী। মপোৎ-মচৈ থাংথবা লোইদুনা টেক্সিগী ভারা পীথোকখ্রে। মমা ইবেতোন থোরক্নুনা মৈ ওকই। মমাসু রাগীনিগী চাক্কৌবা চৎকদবগী ফি হোংলমলে। নন্দকিশ্বর:- "ইমা কদাইদা চৎপীদোইনো, ফি কা হোংদোক্রিদুবো?" মমাদু ঙাইহাক খুমদে। "ইচাসিদি থোইনা বারুনীঙাই ওইদে, ইচাগীসু হৌজিক্তি অফ-অফবা ডাক্তর পাশ তৌগদবী ময়াম অমা ইমাদা পাউ হায়রকপা য়াওরবনি রাগীনিদো লুহোংলে, মাগী ঙসি চাক্কৌবনি।"

নন্দকিশ্বব – "অস! ঐনা ঙরাং মঙ্ অমা মঙই হায়বদু চুম্মীদনা"? অদু ঐদি মাগী করিনা পোৎপাং পীগনি? মানা-ঐবু, মাগী ফমুংদা জ্ঞান মাংদুনা তাদুনা লৈবা মতমদা ঐগী কোক্কী অপোম্বা জগাদুদা ঈশিং অইংবনা ফদিদা লুম্লগা পায়দুনা থম্বীখিবা ! মাগীদমক মী ফুখিবা, মাগীদমক কোকশু কায়খিবা। মা মদু পুন্নমক

লোইনা কাউথোক্তুনা মাগীদমক ডাক্তর অমা ওইরগা মাবু ইমাগী পামজবী যুমগী মৌ ওইহনগে খন্না ঐনা অহীং কয়া তুমদনা লাইরিক পাখিবা, মীকোক থোংনবা হোৎনখিবা। ও! লোইনমক অরেম্বা তারবা? ব্বানা আ লোকুংদগী ঈশিং শোক্তুনা হাউই হায়দুনা পুরকপা লোক্কি ঈশিংনা যুম য়ৌরগা ঈশিং খৌরাংবা ফাওরক্তুবা মতমদা ঈশিংগী মহাও মাংখিবগুম ঐগী ডাক্তরগী সারটিফিকেটকী চন্নফম মঙোন্দদি করিসু কান্নররোই ইমা! ঐবু মানা ব্বারৌখিব্রা? মমিত্তা মপি শিন্থদুনা কপ্পা-কপ্পা ঙাংলিবা মচাগী ব্বাহৈশিংদু তারগা ইবেতোন! "ইবুঙো! মা লাক্রম্মী, - ইমাদা হায়জরম্মী - অদুবু মানা নংগী নফমদা অশেংবদু হায়রুরনু, নংগী নহৈদা মাগী মরম্না অকায়বা অমুক পীনীংদ্রে হায়জরম্মী মাসু য়াম্না কপখিবনি, খল্লুরনু ইচাসিদি"!

নন্দকিশ্বর – "ও! ঐ ভাব তারে, মসিরা মীওইবগী ব্বাখল, ঐনা ঐনা খল্লিবদুনা চুম্মী খল্লুবসু লাল্লিদনা! ডাক্তর ওইনীংলবদি ডাক্তর ওইনবা হোৎনরিঙৈদা নুংশিবীনা মীগী ওইখিবা, নুংশিবীগা থুংনরগনা ডাক্তর ওইদবা তাবা ! অনীগী মরক্তা অমদি থাদোকপা তাবা ! ঐদি হান্না খংলমদ্রবসু অনৌবা পারা সিমদি ঐ তশেংনা ময়েক শেংলে। মানা ঙসি ঐবু উরগা হান্নগুম কল্লকচবা ব্বাখলদুবু লৈরমখিগদ্রা ? মানা মীগী ওইখ্রবা মতমসিদা অমুক মাবু ঐগী ওইনীংবগী ব্বাখল পোক্লুখিগদ্রা? অদুবু ঐদি মাগী মতম অমগী থোৎলবী, নৌরবী মখুত্তুনা ঐগী পোন্নবা কোক্তা নানবীখিবা, অঈংব ঈশিংনা থোমদুনা হোৎনখিবদুগী লমন্দি শিংহৌদ্রে। ঐনা খল্লুবদি মানা ঐগী ইনাক্তা ঐগী ওইনা লৈরবা কান্দা নোংমা শোয়দনা মানা নাবা য়াওরকপা তাঞ্জাদা শেবা তৌবা মতমদা লংন-লংননা মাগী লমন্দু শিংগে খনখিবনি। নীঙমহৌদেদকো! ফংলরোইদো! মাবুদি ঐনা ঐগী শোয়দনা ওইরগদবনি খল্লুবদগী য়াম্না ব্বাহনবীখ্রে। মাগী চিঠিদুগী পাউখুম অমা ফাওবা থাবীখিদে। মাদি মতমদুদা শোয়দনা ঙাইজরমগনি। ঐনা মঙোন্দা চিঠি ইরুরগা নুংশিগী ব্বারী-ব্বাতাই তোইনা শারুরগা ঐগী লাইরিক্তা পূক্লিং-চংনা হোৎনবা ঙম্লোইদ্রা খল্লদুনা মঙোন্দা চিঠি ইখিদবনি, মতমদুদা শোয়দনা ঐবু শাউরমগনি। ঐনা ফংলিবা সার্টিফিকেটশিং, মার্ক ব্বাংনা ফংলিবশিংসি মঙোন্দা য়েংহল্লগা ঐগী নুংশিবা, মাগী নুংশিবা অমুক হল্লকখিগদ্রা? অদু, মাগী ফোটোসিমদি ইনাক্তা লৈহৌরবা! পুম্নমক খল্লুরগা নন্দকিশ্বর মমিত্তা মপি শিন্থদুনা চৌকিদা ফম্নগা কপ্পকই। মমানা মচাগী নুঙাইতবা শকফমদু উরুবদা, "হেরা! ইচাসিদি ফজবী চাম্মা -চাম্মনি, করিসু খল্লুরনু।'

নন্দকিশ্বর — "ইমা! ঐনা ডাক্তর তম্বা চৎলমদাইদা ঐগী ঈয়ারবেগতা হাপ্লম্বা মাগী পোৎয়োমদু ঐ মাগী মফমদা অমুক পীনীংই। ইমানা মখোয়গীদা চাক্কৌবা চৎলবদি খরা অমুক্তা পুবীখ্রো; ঐ থোক্রকইদি হায়বীরুনু! মতম অমদা মানা পীরকপা পোৎ ময়োমদু ফিভম করিমত্তা কায়দনা মাগী ফোটো, রুমাল, মাগী চিঠি, লুপা লিশিং অনী, লাইগী কংলবা নির্মলা খরদুগা খাউ মচা অমদা হাপ্লগা য়োমখিবা মওংদুমক্তদা মমাদা পীখ্রে।

ইবেতোন রাগীনিগী মনাক্তা চংদুনা নন্দকিশ্বরনা থারকপনি হায়দুনা খাউদু রাগীনিদা পীরুরে। রাগীনিনা মবুক্তা খল্লি," করি পোৎ ওইরিগবা? মাদি ঐ লুহোংবগী পাউসি তারন্নগদ্রা?" ঙসাই নন্দকিশ্বর চংখিবদা লতানা উহৌবদগী রাগীনিগী মনাক্তা লাতা চংলক্নুনা — "রাগীনি! তা-নন্দকিশ্বরদু হৌজিক্তা টেক্সি অমদা চংখিবা উহৌই" তম্লুরে। রাগীনি ময়াম মরক্তা নোক্লা-খেনা, হরাউনা লৈজরম্বদো পাউদু তারুবদগী মমায়দু শকফম, হঞ্জিনখ্রে। হৌগৎলগা মনীংলোমদা চংলগা ঙাইহাক কপ্লুরে। মপি তারুরবা মমিত্তু শেংনা তৈথোকচৈ, অদুবু অদুক কেনা লাকপা শকফমদু ফিভম অমদি কায়বগুম তৌরে, চন্দোনসু মচেৎ - মচেৎ কোক্রে। থবায় নুঙাইত্রবনিনা ময়াম চাক-চানবা মতমদসু উংদুনা চাক্তু ইচা চাদ্রে। মবুক্তা নন্দকিশ্বরনা ময়ুমদা হৌজিক-হৌজিক লৈরমগদবা মতৌ, খল্লমগদবা বাখলদুদা মকোক ঙাওবমখৈ খনবা হৌরক্রে। অসুম খল্লম্বদগী খনবা হেঞ্জিল্লক্নুনা থংনরিবা মমান্নবী লতাদা — "লাতা! ঐগী কোক্তা ঈশিং খিত্তা থাবীয়ুবা! ঐ কোক-য়াম্না ঙাওরে!" লতানা ঈশিং খরা থাই, ময়াম পূন্নমক করি তৌরে, করি তৌরে," পূন্নাং লাংই। রাগীনি চাবা তোক্লগা ফমদুনা লৈরে। অমুকসু খল্লকই, - "ইনে ইবেতোম্না পীরম্বা খাউদুবু করি করি য়াওরমগদবা!"

অসুন্না চাক্কৌবা লোইদুনা ময়াম চৎনখ্রে। রাগীনিসু অনৌবা নুপা ময়ুমদা হনখ্রে। অনৌবা ময়ুম য়ৌবগা ঙাইঙমদনা নন্দকিশ্বরগী ইবেতোম্না পীরকপা খাউদগী পোৎশিংদু লোইনা হাংদোক্নুনা য়েংই। মানা মতম অমদা পীখিবা পোৎশিংদো অমত্তা ফিভম, কায়দনা হন্দুনা পীরকপদুদা, অদুগী মথক্তা চহী অহুমগী মতুংদা করিগুম্বা ফিভম অমত্তা কায়দনা হল্লকপা মওংদুদা রাগীনিনা খল্লি — "ও! মাগী নুংশিবদু তাৎ ওইরবোইরে"? কয়াদা থম্মোই কনগ্রবা নীপানো? মতম অগুক কুইবসি ঐনা পীখিবা পোৎশিংসি মানা য়েংদনা থল্লগা ঙসি অমুক চপ মান্নবা ফিভমদা হন্দোরক্লবা! মাগীদমক ঐনা মতম কয়া চংনা ঙাইজরকপা,

বাজখিবা অদুগা মাদি করিসু ঐবু খনবীরমদবা! মাগী করম্বা থম্মোইনো? অদু ওইরগা মানা করিগী য়ুমদা ঐগী চাকৌবা নুমিৎসিদা থোরক্লিবা? অশুক থম্মোই কনবা নুপীগী থোৎলবা থম্মোইবু মশক খঙবীদবা নীপাসু লৈবোইরে? ফরে, ঐসু মাগী বাখল খল্লরোই, ঐবু লুনা তৌবীরিবা ইপুরোইবগী বাখলদা হিংবনা ফরে।

**চহী তরাগী মতুংদনি ঃ-**

মতম অমগী নন্দকিশ্বর ঙসিদি ডাক্তর নন্দকিশ্বর এমঃ দিঃ লোইদুনা ডাক্তর নলিনিগা লুহোংদুনা অফাওবা গাইনিগী ডাক্তর ওইদুনা রিমসতা এসোসিএট প্রোফেসার ওইরে। মতৈ-মনাওমক গাইনিগী ডাক্তর ঙাক্তনি। নোংমা রাগীনি মচা অহুম পোক্লবা তুংদা মাগী হকচাংদু ইনুং-নুংঙাইতে হায়দুনা ডাক্তর ধনেশ্বরদা য়েংনবা মাগী নুপাগা লোয়ননা লাকই। ডাক্তর ধনেশ্বরদা অনাবগী বারী মরিক চুম্না লিরুবা মতমদা মাগী অনাবদু গাইনিগা মরী লৈনবনি হায়দুনা গাইনিগী ডাক্তর নন্দকিশ্বরদা য়েংহনশি হায়দুনা কেশতু ডাক্তর নন্দকিশ্বরদা ওইনা রিফর তৌরকই। ডাক্তর ধনেশ্বরগী বাহৈদু তারুরগা রাগীনিনা পুক্লিংদা খল্লি— "ঐবু মঙোন্দা ঐগী অনাবসি য়েংলুবা তারবা! ঐবু মাগী ময়ুমদা চংদুনা মাগী মফমদা ঐগী অনাবা য়েংবীয়ু হায়দুনা করন্না ইচিনশিনা.... ? উনদবদি কুইরে, মাবু মহৌশাগী থৌদোকশিংদুবু কাউরমখিরোইদ্রা? ঐখোয়গী শুমাংদা মাঙোব খনবগী বানা পান্দুনা বাহুদুনা ঐগী ফমুংদা অনাবা খাংখিবা! অমুকসু নবকুমারবু ঐগা বারী শারম্বগী শাউবা হেনমনখিদুনা ময়ুমদগী লিচৈ অমা লৌরুরগা ফুখিবা; মদুগী লম্মন খুম্বদা অমুক ঐখোয়গী থোঙ্গাল মপাদা নবকুমারনা নুংনা শুদুনা মকোক থুগায়বীখিবা! অদুবু ঙসিদি অহোংবা কয়া লাকখ্রবা, ঐনা ইচা অহুম পোক্লবা তুংসিদা মাগী মনাক্তা চত্তুনা ঐগী হকচাং ঙমদ্রে য়েংজগে লাক্লিবনি হায়রুবা তারবা! ঐগী ইপুরোইবদি পৃমচম-চমজবা থোকখিবা থৌদোকশিংসিগী মরমদদি করিসু খঙবা নত্তে।" পুন্নমকসি পুক্লুংদা লোৎশিল্লগা রাগীনি নন্দকিশ্বরগী য়ুমদা অনাবা য়েংবশি চংদি চংলগে হায়না মাগী পুক্লিংদা লেপ্লে।

অসুম্না ডাক্তর ধনেশ্বরগীদগী ময়ুমদা অমুক হল্লক্তনা রাগীনি মপুরোইবনা থৌবা কারদা তোংদুনা মপামগী লৈকায়দা ডাক্তর নন্দকিশ্বরগী য়ুম য়ৌদুনা থোঙ্গালদা মতৈ-মনাও চংলকই। নৌনা শাবা লোইবদা ঙাইরিবা মথোল অহমগী

ফজরবা দলান, মতম অমদা মানা মনে ইবেতোন্দা হায়খিবা "নংগী নচাগী শক্তাদুগা ইনাকখুনবা নুপীকাসু পামলিমাগ্নে", মা মতোমতা ইকায়জে।

মী মথং-মথং য়েংবা লোইদুনা রাগীনিগী পালি য়ৌরক্লে। রাগীনি কৌশিল্লক্তুনা ডাক্তর নন্দকিশ্বরগী চেম্বরদা চংখি। লায়েংবগী থারিবা বেট মথক্তা লোংনা হিপ্পু হায়বদগী রাগীনি বেট মথক্তা কাখৎলগা হিপ্লী। ঙসাই মখৈদি ডাক্তর নন্দকিশ্বর অনাবা মথং-মথং য়েংলকপগী অনাবদা পুক্লিং হেন্না চংলুবনা রাগীনিগী বাখল তৌরুদে। অদুবু মানা স্টেথোসকোপ পায়দুনা য়েংগে তৌরুবা মতমদদি মাগী মতম অমগী রাগীনি ওইরম্লে। রাগীনিদা ওনশিল্লগা, - "হৈমা! রাগীনি নঙ কমদৌরি, নুঙাইরিদনা?" রাগীনি অনাবা য়েংনবা ফমুং মথক্তুদা লোংনা হিপ্লগা মমাইদু নাকন্দা লৈথোকখি। মপি তারক্তুনা তৈথোকই। নন্দকিশ্বর স্টেথোসকোপ রাগীনিগী থবাক্তা থম্লগা য়েংগদবদু ঙমদ্রে। করম্বা মাগী মরাল লৈবননো? অনাবা য়েংবগী মহুক্তা হৌখ্রবা স্কুল তম্লিবঙৈগী, য়াওশংদা ইকায়বা নংখিবা পুন্নমক লোইনা নীংশিংলক্লে। রীগীনিসু মচা অহুমগী মমা ওইদুনা চহী নিফুগী মমা ওইরবা মতমদুদা মাগী মশাদা ডাক্তর নন্দকিশ্বরনা শোক্লকদ্রা খল্লুবদা মিহুল তিং-তিং চোংলিবদুনা করিগীনো? অনীমক মরাল লৈরবা মীশকুম অমনা অমবু মিকুপ খরগী মতমসিদা অকিবা পোক্লরি।

নন্দকিশ্বর ঃ "ঐ নংগী অনাবা য়েংবা লোইরে"?

রাগীনি ঃ "কমদৌনা লোইরিবা, মী খুদিংমক্কী হকচাংদা খুৎলাই থাদুনা, মশা শোক্তুনা য়েংলগা ঐবুদি করিগী ঙম্বীদ্রিবা?"

নন্দীকশ্বর ঃ "খঙদে, ঐ নঙবু শোক্লদবা কিবা ফাওই, ঐগী ইরাল অমা লৈবগুম তৌরে।"

রাগীনি ঃ "মরম অমা শোয়দনা লৈরমগনি?"

নন্দকিশ্বর ঃ "মরম য়াম্না চাউনা লৈ, অদুবু ঐ নংগী অনাবদি ফনবা য়েংগনি। ঐ নংগী শেবা অমগী লম্মন তোল্লি"।

রাগীনি ঃ "ঐ নংগী থম্মোইদো তশেংনা ঙকই"।

নন্দকিশ্বর ঃ "রাগীনি! নং হৌখিবা বারী অমুক হৌদোরক্লনু! ঐ খাংবা ঙমদে। শে, য়েংউ নংগী অনাবসিগী অল্ট্রাসাউন্দ অমা লৌনবা ঐ ইরগে।

অল্ট্রাসাউন্দা শোয়দনা অশোইবদু উগনি, মতমদুদা ওপরেসন দরকার লৈরগদি ওপরেসন তৌনবা তৌশি!"

নুমিৎ খরানি চংনা আল্ট্রাসাউন্দনচিংবা লৌরগা অমুক য়েংবদা রাগীনিগী উমগী ফিভম য়াম্না শোক্লে। মা ওপরেসন তৌবদা তারে।

নোংমা অফবা নুমিৎ অমদা রাগীনিগী ওপরেসন তৌননবা ডাক্তর রাধাকিশ্বরনা অনেসথেসিয়া পীরে। মা মশা জ্ঞান তাদ্রবা তুংদা ডাক্তর নন্দকিশ্বরনা রাগীনিগী ওপরেসন মাই-পাক্লা পাংথোক্লে। রাগীনিগী মতম অমগী ইনখৎলকপগী লম য়ৌনা ফজরম্বী মায়থোং, নন্দকিশ্বরনা য়াওশঙদা আবের তৈজনীংখিবা, ঙসিদি থাংনা লেনবগী অনাবা খাংবগী হুমাংনা নপ-নপ লাউনা কাদুনা শম্লাং খরনা মমাইদা চাইথরক্লিবদু নন্দকিশ্বরগী কনশিল্লবা চহী নিফুনিথোইগী খুৎতুনা নুংশিনা শম্লাংশিংদু হাইগৎপিরগা মাগী রুমাল লৌথোক্নুনা রাগীনিগী মমায়দগী হুমাং তৈথোকপীখি। নন্দকিশ্বরগী থম্মোইমনুংদা অইংবা নুংশিৎ অমনা তপ্না-তপ্না হুন্নকপগুম তৌখি। মাগী পুক্নিংদা খল্লকখি, "ঐ ঙসিদি মাগী লম্মল অমুক তোঙ্গ্রেকো!" অদুবু অহানবা মথোৎ কারকপা শাবী-শানৌগী পুক্নিংদা নুংশিগী লান কম্না শোক্লরিঙৈ বসন্তগী অয়ুক্কী মতমদুদা থম্মোইগী মচি খুদিংদগী ফাওরকপা বাখলশিংনা পুন্সিল্লগা আবের খুবাম পায়দুনা ফজরবা রাগীনিগী খোইথুম্নরবা মায়থোংদুদা তৈজবদি ফংখিদ্রেদো! মমিদুদি লৈহৌরি, থম্মোই অনীদা লেংদনা অমুক হল্লক্লরোইদবা, মতমগী ইচেলদা তাউথথ্রবা ইরৈশিংদুনা মখোয়বুদি হন্দোকপীরম্লে তুংওইননা ঙসিগী থেংলবা বসন্ত লোইখ্রবা মখোয় অনীগী তাইবংদা।

তাং ১০/১২/২০০৩

# “মরোল থোকখিদ্রবী পোনগী চেক্লা”

নোরেন এলাহাবাদতা বি এস সি এগ্রি সেকেন্দ ইয়ারদা তন্নি। ময়ুমদি খোংমন্দগীনি। নোরেনগী রুমমেট রোসন কাকৈথেলদগীনি। মখোয় অনী বেটচ অমত্তনি। চহী অমা লৈমিন্নরকপদগী লৈকায়, য়ুম্নাক, মরী-মতা, মরুপ-মপাং তিন্নরকপা কয়াগী মরমদা ৱারী তোয়না শানদুনা অয়াম্বা খঙনরে।

হন্দক নোরেননা ময়ুমদা থোক্লুবদা পুরকপা এলবুম অহনবা অমা নোংমা রোসন্না ফাক্লুনা মথং-মথং য়েংলুবদা নুপীমচা অমগী ফোটো অমা থেংনরুরে। মমান্নবী অমগী লেংজুমদা পায়রগা মশমদু নাকন্দা তংখায় অমা থাদরগা কেমেরামেন্দা মোমোন নোক্লুনা য়েংলগা নম্বা ফোটোনি। ফোটোদা তারিবা শকফমদুদা রোসন মিৎফম হোংবা য়াদরে। মীত্তুনা মোমোন নোক্লগা মশমদুনা মমাংদা তংখায় অমা থাদরগা লিথলিবা ফুরিৎ, শেথলিবা ফনেক রোসনগী পুক্লিংদা লাংতক্লবা অমা পোকখরে। মানা খল্লি, — “মানা গুসি উরুরিবা নুপীমচাসি নোরেন্না পামজবী নুপী ওইরমদ্রগদি ফগনিদা”! অদুবু মানা নুপীমচাসিগী মরমদা নোরেন্দা হৌদোকপদি ঙমদ্রে। নোরেন লৈতবা তাঙ্গাদা মানা নুংতিগী নোরেনগী এলবুমগী ফোটোদু তত্তনা য়েংজরগা মাগী অপেনবা অমদি পুক্লিংগী পোৎথাফম ওইরক্লে। নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা অয়ুক্কী চাক তোক্লগা এলবুমদগী ফোটোদু ফাক্তোক্লগা ফমুং মথক্তা লোংনা হিপ্লগা য়েংলম্বদগী রোসন তুমথখ্রে। মাগী ফমুংদা এলবুমদু মথবাক্তা ফাক্তোক্লগা থম্লগা নুঙাইনা তুম্লিঙৈদা নোরেন্না চৎথোক্লবা হল্লকপদা উরুরে। নোরেন চিংনদুনা এলবুমদু লৌরগা য়েংলুবদা মাগী এলবুম ওইরম্লে। ফাক্তোক্লিবা এলবুমদা য়াওরিবা মালাগী ফোটোদু উবদা “উম! নীপাসি মালাগী ৱাখলদা ঙাওরবা জাৎলা” খল্লি। নোরেন্না মমাংগী ৱারী মথং-মথং নীংশিংলকই - “মালা ঈং তপ্পী মশক ফজবী, মাগা হৌমিন-কামিন্নরকপা নুপা কয়ানা পামজনা খোয়দানা য়েংজবা, নুংশিবা পোকপা থম্মোই চেনবী-নুপীমচানি। মালাগা নোরেনগদি লৈকায়নি, শাগৈদি নত্তে। অদু ওইরবসু মচিন-

মৌপ্পাগুম লোইনদুনা পীক্লিঁঙদগী স্কুল কাবদা হৌনদুনা চৎখিন্নবা, শান্নমিন্নবা কয়া তৌরকই। মালাগী মমাদি চীংমী নীঙোলনি, তাংখুলনি। মনেম-মকুগী চকৃদগী মচানুপী মালা থনম্নগা মপাম লমদম শোমদলদা চৎখিবদগী অদুম হল্লকখিদ্রে। মাগী পাবুং মঙলেম্নসু অমুক চত্তুনা থিরুদবনা মমৈদা মরী অসুম-অসুম লাপথোকখরে। মমাদু অতোপ্পা মখোয় খুলগী নীপা অমদা অমুক ময়ুম পানখ্রে হায়না তাখি।

মঙলেম মাগী অহানবা নুপী কায়নখ্রবা মতুং চহী অনীরোম লৈরগা অতোপ্পা মৈতে নুপী অমা নীঙোম থোংজাওদগী মমিংনা মোমোন কৌবী অমা অমুক লুহোংদুনা লৌখি। মোমোনসু মচানুপী অমা হান্না পোকখি, মমিংনা বালা কৌই। মালাগা বালাগা চাউবা চপ মান্নরে। মশকসু হাইফেৎ য়েংবদদি মান্নবগুম তৌই। মমানদি ইচা-মীচা খায়বা মিৎয়েংনা খরা য়েংলগসু মালাগা বালাগা মমা তিন্নদে হায়বা ঙম্মোই। মচেনসু মনাও নুপীগীদমক ৱাজে, মনাওনসু মচেগী য়ান্না খল্লি। মপা মঙলেমগী মিৎয়েংদি চাউয়েংনী, অনীমক চপ মান্ননা য়েংই। মমানা লোন্না মচানুপী বালাগী সনা শাবদা মনাওনা মপাদা তমদুনা মাগীনি হায়না শাবদু মচেগী ওইহনসি ঐগী অমা কোম্না শাবীয়ু হায়জে।

মঙলেম সরকারগী থবক তৌই, এস ও নি চান্দেলদা তারি। মোমোন মানা হেক পোকপা মচাদি নত্তবনা মচাগী মিৎয়েংদসু মমাগী তৌথোরকপা থবকতা মান্নদবা খরদি অদুম উরে। মালানা মীশিং ওইবা জ্ঞ্যান মপুং-ফানা লৈবদগী ৱা ঙাংদবা খুমদবদগী খৎনা-চৈনবা মীনা উবদা অরানবদু চাউনা উবদি ঙমদে।

মালাগা নোরেনগা ক্লাস মান্নরকই, মিং অদুম কৌনৈ। নোরেন্না এলাহাবাদতা এগ্রি তম্বা লাক্লগা মালানা জি পিদা বী এ ওইনা তমহৌবনি। মনাও নুপী বালানা এলেভেন ক্লাসতা টি জি দা তল্লি। মখোয় অনীগী মখাদা মৌপ্পা অমসু লৈ। মমিংনা লোবঙ্গো কৌই। নুংতিগী মচেনা লাইরিক তাকপী মৌপ্পানসু মচেবু কিনা চৎলি।

মশক-মতৌ ফজবী, চুং-ফিরাল চানা ফজবা শকফম পুবী মগুনসু লৈবী মালা মমা মোমোনদা মীনা কম্না তক্লকপদগী য়েংবা লাক্লগে, মশক্লে-মতৌনে ওম্থোক্লা নুংশিখ্রে, ইমৌ ওইরগা ইচাগুম লুনা তৌজগে হায়বদগী মচা মালাদা মমা মোমোন্না নোংমা ৱা হৌদোরকই। মনাও বালাগা পুন্না লৈবা মতন্নি।

মোমোন ঃ "ইমাগী ইবেম্মা, মালা! ইমা বা হায়গে - নুপীনা লাইরিক য়াম্না তমদুনা করিবু কান্নগবনো? মীনা ইচাবু পামজ্জে মমৌ ওইজরগে হায়দুনা ইমাদা কন্না তকশিল্লক্লে। নীপাদু সেক্রেটরিএটতা ক্লার্ক ওইরি, পৈশা য়াম্না থোকই, মারুটি কারকা তোংই, নং ইমানা হায়রিবসে য়ারোকো! ঐ পাউ পীখ্রগে?" (বালানা শাউনা খুম্নকই )

বালা ঃ "ইমানা হায়রিবদু য়ারোই! ঐখোয় ইচেদি এম এ তমহনখিনি। হয়েং কলেজ - ওজা ওইরগা ইচেনা তলব চারগা ঐদি মপান্দা তমদোইনি"।

মোমোন ঃ "অঙাং নংনা করি খঙই! মনুং-মতম চারে, নুপা অফবা, তান-চাবা পাক-পাক ফংপোৎ নত্তে।"

অসুম্না মমানা তত্তনা মালাবু থেম্নকপদা মনাও বালাগা মমাগা ওনশিন্নদুনা লাউনবা মালানা কলেজ কুম্নকপদা তায়। বালানা মচেগী হাকন চংদুনা "ইমানা পোকপা নচা ওইরম্লবদি ইমাসু ঐনা হায়রিবসিদা য়ারমগনি, ইচেগী মহুত্তা ঐ ওইনা লুহোংলগে, মীনা লাইরিক ফত্তদুনা ফেল ওইরবসু হঙ্জিন-হঙ্জিন পরিক্ষা থাদুনা মখা তমথনবা হোৎনরি; অদুগা ঐখোয় ইচেদি পরিক্ষা অয়াম্বাদা ফার্স্ট দিবীজনদা পাশ তৌরগা করম্না লাইরিক তম্বা তোক্লগা লুহোংগদৌরি? ইমা নখোয়গী নপামদো লাইরিক-হৈবা কয়া-লৈত্রিবদো, নংসু মখোয়গী মতৌ লৌনীংলিবদু তুংগী খরদি খনবা ফৈ"। মচাগী বাদুদা শাওনীংদুনা মমা মোমোন্না বালাগী মনঙ্গন্দা খুপাক্লা অনীরক থাদুনা ফুবীরে। মমাগী অশাওবা মতৌদু উবদা মালানা তপ্না-ইংনা মনাওবু থেমজিল্লগা— "ইমা! ঐ ইমানা হায়বা ইল্লগে, ইমা ঐ লুহোংলগে!" বালাদু শাওদুনা কপ্তুনা মচেনা চাক-চাশি হায়বকা অমত্তা য়াদনা ফমুংদা তুমদুনা অদুম লৈখ্রে। স্কুলসু চৎলরোই মাসু লাইরিক তম্নরোই, নীপা অমা থিবীরো, ইমাগী নীংবা থুংলসনু হায়দুনা তেংথারক্লে।

নোংম-নীনী শাউরম্নবসু মচে মালানা তপ্না থেমদুনা চাক-চাদুনা স্কুল অমুক চৎপা হৌরে।

মপাদি চান্দেলদা পোস্টিং তাদুনা মফমদুদা মতম শাংনা লৈখিবনা থৌদোকসিগী মরমদা থোইনা খঙদে। মাগী মতনা কমদৌবা হায়বদুসু খঙদ্রি। পামজবা, য়ুদা ঙাওজবা পাম্বনিনা থোইনা লুনা খনবীগদবা মান্দে। মমানা শীল্লিবদুদা অদুম্ য়াখিদৌ মাল্লি।

নোরেন এলবুমগী মালাগী ৱারী মথং-মথং অসুম নীংশিংলম্বদগী রোসনবু হৌদোক্লম্মী। রোসন ইফিং-ফিংনা হৌগৎলকই।

নোরেন ঃ "করিগীনো মরুপ্না ঐগী এলবুমদা য়াওবা ফোটো অমা য়াম্না থৱায় তানা য়েংলিবসিবো?"

রোসন ঃ য়াম্না পাখৎনা "সোরি! মরুপ"!

নোরেন ঃ "মরুপপু ফোটোসিদা ঙাওরুরব্রা ? মদুগী ফোটোদু মী য়াম্না ঙাওনরিবনি।"

রোসন ঃ "কদাইদৈনোদা, চুম্না শুম য়েংবা নুঙাইবদুদা!"

নোরেন ঃ "নংনা থৱায় তানা য়েংলিবা মোমোন নোক্লিবা নুপীসিগী মমিং মালা কৌই"।

রোসন্না খল্লি, "ও! মমিংদি মালা কৌবোইরে, শক্কা মিংগা কয়াদা চানরিবা" মাগী খুৎ অসিনা লৈপরেং পায়রবদি কয়াদা পকচগনি।"

নোরেন ঃ "মালা ঐগী লোনগানি, লৈকায় অমত্তনি, ঐখোয় অনী পীক্লিঙৈদগী লোইনরকই। মা য়াম্না ঈং-তপ্না ফজবী, হৌনা-খঙবী নুপীনি। ঐখোয় ইমানসু ঐনা মাগা তোয়না তিন্নবদুদা পামজৈ। মমাদি-চীংমী নীঙোল তাংখুলনি, শোমদলদগীনি। মপানা উখ্রুলদা পাখঙ ওইনা পোস্টিং তারিঙৈদা লৌরকপনি। হৌজিক্তি মপাগা মমাগা খাইনথ্রে, মমাতোন মোমোন্না য়োক্তুনা মনাও নুপী বালাগী মখাদা মৌপ্পা অমসু লৈ। মরুপপু মালাগী মশকশি ফজদ্রনে?"

রোসন বা ঙাংথোকপা ঙমদদুনা উরু-রু লৈরগা ঃ — "ঐদি মরুপকী লুনা তিন্নবী, চান্নজবীনি খঙদদুনা য়েংলুবনি"।

নোরেন ঃ "রোসন! মরুপ্না খল্লিবদু লাম্রে। ঐদি মাবু হেক পোকমিন্নবা ইচিল-ইপ্পাগুম ঐনসু মানসু খল্লিবনি। মা লাইরিকসু য়াম্না ফৈ, অয়াম্বনা ফার্স্ট ক্লাস ফংবনি। খঙদে, মমাদু লাইরিক কয়া হৈরক্তবগী হৌনবা মালাবু নীপা অমদা থাজনবা কন্না তৌহৌবনি। ঐনদি মনাও বালাদা মমাগী ৱাদু য়াদনবা মালাবু এম এ পাশ তৌহল্লগা কলেজ ওজা

ওইহন্নবা তৌসি হায়রম্বনি। অদুবু মমাগী মতৌদুদা থোক্কা লুহোংথোকখিবগুী......!"

রোসন্দু নোরেনগী অকোনবগী বাহৈদুনা মাগী বাখলদা চৈনা অমা পীবগুম তৌই।

নোরেন : "মরুপ্না করিগুম্বা মাগা খুণ্ডননীংবা লৈরগদি ঐনা হন্দক চিঠিদা মরোল অমা ইখিগে?"

রোসন : য়াম্না লাংতক্লনা "অওইবৈরো?"

নোরেন : "ও! ঐ ভাব তারে, ঐনা খল্লম্বদু শোইদ্রে, গুসাইনা নবুকচেলদু অদুম্না শেংলম্লবদি ফরোইদ্রা? মা শোয়দনা ঐনা হায়বা তাগদ্রা খল্লি। তৌবদবু ঐ মাবু অফবা নীপা অমদা মঙোন্দা পুন্সিগী নীংতম্না হিংজবদা অপনবা পীবীরোইদবা, য়ু থক্তুনা ওৎপীরোইদবা, খুপাক্লা শেৎ- লাওনা থারোইদবা জ্ঞ্যান ফজনা তাবা মীশক অমদা লৈজরুবা পাম্মী। মদু মরুপ্পু ঙম্বীগদ্রা?"

রোসন : "মরুপ্না খনবীরিবদুমক ঐ শোয়দনা ঙমজগনি।"

নোরেন : "অদুদি ঐখোয়নী এগ্রিমেন্ট অমা ইনবা তারেনে?"

রোসন : "য়েস!"

মখোয় অনী হরাউনা নোকমিন্নে?

নুমিদাংবাইদু নোরেন্না হায়বদগী রোসনগা মখোয় অনী স্টুদিওদা চত্তুনা মখোয় অনীগী অপুনবা ফোটো অমা নম্লুরে। হন্নরুগা নোরেন্না মালাদা চিঠি অমা ইরে।

মালা! নং কমদৌরি? নুঙাইরিদনা? ইমা, পাবুং, বালা অমদি-ইনাও লোবঙ্গো লোইনমক নুঙাইরমগনি খল্লি। ঐ নীঙোল চাকৌবদা থোক্রক্কে খল্লি; অদুবু ঐখোয়গী সেমিস্টরগী পরিক্ষা মতমগা ফাংনরগদি থোরক্ক্রোই। করিগুম্বা খরা লাপ্নরগদি লাকপা ঙম্রা য়েংগে।

ঐগী হোস্টেল রুম মেট 'রোসন' কাকৈথেন্দগীনি, ঐগা কোম্নদুনা নল্লিবা ফোটোসি মাগী মশক্তি। য়াম্না পুক্লিং-তপ্পা লাইরিক ফবা, বাখল হোংলোইদবা, তুংদা শোয়দনা মহৈ চাগদবা, তিম্নবা নুংঙাইগদবা মীশক্তি।

ঐখোয় অনী ঙসিদি ঐগী থম্মোই মানা খঙবা, মাগী থম্মোইসু ঐনা খঙবা, য়াম্না থাজনবা মরুপ হায়বদু ওইরে। ঐগী পামজবা পোৎ অমা মঙোন্দা ঐনা পীবদা ঐ করিসু চিংনদ্রে। মানসু মাগী লৈজবা পাম্মুবা পোৎ অমা ঐঙোন্দা পীবদা মানসু চিংনরমগদবা মান্দে। মানা ঐঙোন্দগী পোৎ অমা পাম্বগুম তৌই। করিনো হায়বসু হায়য়ু য়াদে। নোংমা নংগী ফোটো অমা বালাগা নখোয় অনী নম্বদো মানা তোয়না-তোয়না হাংদোক্তুনা লোম্না ঐ উহন্দনা য়েংই। নোংমদি-ঐনা মাবু নংগী ফোটো য়েংলিঙেদা ফারে। অদু, লুনা তিন্নবা মরুপ ওইরবনিনা কন্না অসুম হংলুবদগী অশেংবদু হায়দোরক্লে। নংগী ফোটোদা ঙাওজবা ওইরম্নে। অদু, ঐনা ঐগী অঙাং ওইরিঙেগী লুনা তিন্নরকপা থম্মোই মশক খঙনবা ঐগী মরুপ্পি ঐনা হায়বদা মানসু শোয়দনা য়াগনি হায়না প্রোমিজ তৌরুরে। নং মাগী ফোটোদা তারিবা শকফমসি উরগা খঙগনি-করম্বা থম্মোই পুবা নীপা-অমা-ওইরমগদগে হায়বা!" নংগী থম্মোই খঙবা ঐনা ইরাই-লাইনা হায়রুরিবা ঝাফমসি নংনা ইরাই-লাইনা ইম্থোকপীরক্লুবদি মাদি শোয়দনা ঝাজগদবা মাল্লি। ঐনা নংগী অফবা ঝারী কয়া শারুবদগী মানা নংবু নুংশিবগী থাক্তি "সংজুক্তা অমদি পৃথ্বীরাজ চৌহান" অনীগী অয়েকপা ফোটো উনরুবদগী ঙাওনখিবা ঝারীগুম ওইরে মঙোন্দদি।" অদু, নং অশেংবা ঝাফম অমত্তংদি খঙহল্লকউকো!

লোইরগে

নহাক্কী মরুপ
নোরেন

নোংঙানবগা ঙরাং নম্লুবা ফোটোদু স্টুদিওদা চত্তুনা লৌরুরে। কয়াদা ফজবা ফোটো হায়বদু ওইরে। ময়া উরপ তৌনা মোমোন নোক্লুনা নমখিবা রোসন্না নোরেনগী লেংবান্দা পায়রগা মালানা মনাও বালাদা পায়বগুম হাইফেৎ মওং লৌরগা তৌরিবা এক্টিংদু য়াম্না মান্নবগুম তৌরে। এনভেলপতা ফোটোদুগা চিঠিদুগা পুন্না হাপ্লগা থাখ্রে।

চিঠি থাখিবগা রোসনগী থম্মোইদা লাংতক্লবা, ঙাইঙমদবা করি মপাউবু পীরক্কদবনো খল্লুবদা তুমফম-চাফম খঙলমদে। নুমিৎ মশীং থীবদা ঙসি মরিনি শুরবা, মাগী খুত্তা য়ৌরম্লগদ্রা? য়ৌদনা লম্বীদা মাংলমগদ্রা? ঙসি তরানি শুরবা পাউখুম থারক্লুম্লগদ্রা হায়না খৌরাংনা ঙাইজরকই।

অশোমদা চিঠিদু মনাও বালানা ফংলে। মচে কলেজদগী কুপ্লকপা ঙাইরগা এনভেলপতু হাংদোক্তুনা য়েংই। ফোটো জুরা অমা য়াওরিবদু লৌথোক্লগা হান্না য়েংই। বালানা মচেদা — "ইচে! ইচে! য়েংউ! দাদা নোরেনগা লেপমিন্নরিবা নীপাসে ফজদ্রা?" শকসি চুন্না উদ্রা! মী ফরমগদবা মাল্লিবো? মালাসু মনাওনা হায়বদুদা ফোটোদু পায়রগা য়েংই। 'উম! মানা য়েংলিবসি ঐঙোন্দা মুন্না য়েংবা মাল্লিকো!" "অশেংবগী ওইজরম্নি"। মনাওনা — "চিঠিদু করি হায়রিবনো পারোনে ইচে?"

চিঠিগী ৱারোলশিংদু মথং-মথং পাথরকই। ঙসাই ফোটো য়েংলুবদা ফাওখিবা ৱাখলগী পরিংদুমক চিঠিদুদা করিমত্তা কায়দনা রোসন্না মালাবু পামজবগী নুংশিবগী ৱারী ঙাক্তা ইরম্বদুদা মালাসু পোৎথাফম খঙজদ্রে। তশেংবমক মাগী ৱাখলদু নোরেন্না নীংথিজনা ফোংদোরক্লিবা চিঠিগী ৱারোলদুনা রোসনবু নুংশিবা অমা পোক্লক্লে। কদোমদগী নুংশিগী পাউজেলনো ওম্বোক্লা হৈনা তপ্না ফোটো অনীগী নুংশি মরী অমা তপ্না-তপ্না শাগৎলক্লি। মানা থাজজবা নোরেম্না লীরকপা ৱারীদুনগা অমুক্কা হেন্না থাজবা হেলহল্লে। পুক্লিংগী ইথিলদা ঈগী খোংজেল য়াংখৎলকপগুম তৌরক্লিবসিনা করিগীনো?

হৌদুনা চেল্লগা রোসনগা উনরগা পূক্লিংগী ৱাহৈ ফজ-ফজবা ঙাক্তা মাগী মফমদা ফোংদোক্লীংলক্লে। কন্না মঙখৎলক্লিবা নোংশে চুরমদনা পাইখিবা তাবনি।

মালা চিঠিদি ফজনা পারুরে। রোসনগী থম্মোইগী অশেংবা পাউদমসু নোরেন্না তম্বদগী তারুরে। নুংশিগী ৱাখলসু থল্লুরে, রোসনগী মফমদা। অদুবু মমানা হায়বা ইনগে হায়দোকখিবা ৱাহৈ অদুনা পল অমদি ৱাংনা খাররে মাগী থম্মোইদা। মা চিঠিগী পাউখুম পীগে থন্না ইরুরগা পীবা ঙমদ্রে। করিগুম্বা পাউখুম অদুনা রোসনগী থম্মোই কায়খিবা থোক্লবদি নোরেনগী য়েংদুনা মদু তৌনীংদ্রে। নুংশিবা থম্মোই অমা নৌনা য়েন্নীং হুক্লবসু ঈশিং চাইবীদুনা মশা তেকখৎহনবদি ঙম্লোইদৌরে। মদুনা মাবু থম্মোই পান্দবী, নুংশি মশক খঙদবী তাহনবসু পামজদ্রি মাগী থম্মোইনা। রোসন অমদি নোরেনগী ফোটোদু য়েংলগা পাউখুম পীফম খঙদদুনা মিৎলুদা পিরাং শিষ্ণুদুনা কপ্পা হৌরক্লে। মথংগী য়ুমশকৈশা নুমিত্তদি নুপা ময়ুমগী ইবোতোম্বগী মমানা মাবু য়েংবা লাক্কনি হায়রি। ফিভমসিদা করম্না থম্মোই শেংনা হায়জরকপা ৱাফম্নি ঐ শোয়দনা মায় ঙাক্কে রোসনবু নুংশি হায়রুগদৌরি?

অসুন্না নোংমা-নীনি হৌখ্রে। ঙসিদি য়ুমশকৈশা নুমিৎনি। ইবোতোম্বগী মমা নুংশিবী মালা য়েংবা লাক্লে। ইংনা-তপ্না রাসি-গুন্না চংখোল্লবী, শক্লা লম-য়ৌনা ফজরবী মালা উবদা নুপী য়েংবা লাক্লিবী কাংবুদু লোইনমক পুক্লিংদা হায়নীংঙাই লৈতনা পামজরে।

অশোমদা চিঠিগী পাউখুম ফংমল্লক্তুবদুদা নোরেন অমদি রোসন নীংবা কায়রে। চাক্কৌবদা পুন্না থোক্লসি হায়দুনা মতম ঙাইরকপদু চাক্কৌবা অমুক য়ৌরক্লে। মচন-মচেগী পোৎ পীনবা মতম্লিনা মাগী-মাগী লৈজবা মচে-মচনশিংগী পোৎ-চৈ ফি-রোল কয়া লৈনরে। রোসন মালাদু লাইরিক য়াম্না ফৈ হায়বদুদা কলম ওইনা অহানবগী প্রজেন্ট অমদি পীগে খন্দুনা কলম পার্কর অমা লৈরে। মদু মানা নোরেন্দা পীরগা মালাগী খুত্তা হান্না য়ৌহনবীয়ু হায়রম্মী।

ময়ুমদা থুংলবা নোংঙানবগী অয়ুক ঙস্তানা রোসন গাড়ী মচা অমা তোংলগা খোংমনগী লম্বীদা নোরেনখোয়গী য়ুমদা লাকই। নুমিৎনা লংনা নোংপোক চিংখৈদগী থোরকই। লম্বীদু বার্কিং চৎপা মী নত্তনা অতৈদি চৎপা উদে। রোসন গাড়ী মচাদু থৌন-থৌনা খোংলম অদুগী নোংপোক থংবা মপানগী কোয়লাসকী লম্বীদুদা চুমদ্রিং লাকই।

হিদেন তাফম অমদা লৈশাবী অমা ঈরু-লুজদুনা লৈরম্মী। ফনেক্তু হংগামপাল মচুনি, বালটিন অমনা ঈশিং চাইথদুনা মশাদু লুপ্পা চোৎলে। ফদিদু শুল্লগা মশাদু তৈথোক্লগা শোরোক্তা বালটিন্দা ঈশিং থন্না শোক্লগা মখুৎ য়েৎনা পায়দুনা মঙক্তা ফদিদু য়াল্লগা শোরোক্তু লানথোক্কে তৌরকপগা রোসন মালাগী মনাক হেক য়ৌরকপনি। মশাদু ফোটোদা তাখিবা মমিদু উখ্রবনিনা মশক মুন্না খঙনরে। রোসন গাড়ীদু ব্রেক ফারগা লেপ্লী। নোরেন্দগী বারী ময়াম অমা মালাগী মরমদা তাখিবদুগা হান্না খঙনখ্রবা মীগুম খল্লদুনা মালাবু উবদা রোসন্দু নোকই। মালাসু পংকুই কুইদ্রিঙৈদা ফংখিবা চিঠিগী মরোল অমদি উখিবা ফোটো, ঙরাং নোরেন্না থুংলবগা পীরকপা পার্কর কলম নীংশিংলুরগা রোসন্নি খঙদুনা মাসু রোসন্না নোক্লকপা মা উবদা গাড়ী ব্রেক ফাদুনা লেপ্লদুদা মাসু মোমোন তৌরুরে। অদুবু মাগী ওইরিবা, ঈরু-লুজরুবগী চোৎলিবা ফিভমদু খল্লুরগা চোৎলিবা মশাদু হুমাং কাংবশুম তৌরক্লে। রোসন্না মমিৎ কুপ্তনা য়েংলকপদুদা অমুক্কা হেন্না পাখৎখ্রে। রোসনগী থম্মোইদা মিৎকুপ অমগী মতমদুদা খনখি, "অশুক- ফজবা

মালাগী শকফমসিবু ঐবু করম্বা মতমদা করম্বা তাঙ্গাদা অমুক উবা ফংগনি"? ওষ্ট্রোক্লসু ফজখ্রেদা। অস! আ- খঙহৌদনা মচিন্দগী থোরকপা বাহৈনি। মাগী 'আ!' হায়বদু মালাসু তাদুনা চপ লেপ্লগা করি তাকপীগদবা?

রোসন : "ঐ রোসন্নে!"

মালা : "আ ... হোয়! ঐ খঙই"।

রোসন মমিৎনা মালাগী ঙকশমদা লিক মরী অমা য়াম্বুরিবদুদা মুন্না য়েংলগা, মদুনা মাবু কৌবগুম খল্লুরি। মখা তানা অমুক হায়রকই — "ঐ নোরেন উনবা লাকপনে!"

মালা য়ুম তাকচগে হায়বগী মওংদা খোঙকাপ খরা থাংই। মাগী ওইরিবা ফিভমদুনা মা ইকাইসিরা, করি তৌগদবনো হায়ফম-তৌফম খঙজদে। লংনা হুন্দোরক্লিবা নুমিৎকী মঙালদুনা হংগমপাল মচুগী ফনেক্তুদা য়ৈবদা থক্তোরক্লিবা মালাগী মঙাল, মায়থোং লোইনমক হংগামপাল ঙাক্তা ওইনা উবগুম তৌরে। অদুক পকচবা শাবান-মুর্ত্তি, কুচু-কুমেন হেলোই তরেৎকী মনুংদা খাইদগী ফজে হায়নরিবা হেলোই অতোম্বীনা মচে তরেৎমক লোইনা হান্না কাখৎখ্রগা মানা ইকোন-কোন্না ঈশিংদা ইরোইদুনা শান্নরিঙেদা উরুই হায়বা মতৌদু রোসন্দসু থোক্লুরমাক্লে। মা মফমদুদা পুংজা কয়া যুগ কয়া লেপ্তুনা মালাবু য়েংদুনা লৈরবসু পেক্লোইদৌরি। মা খোঙফম লেংনীংদ্রে। মালাবুসু মাগী ফিভমদুদা লেপহল্লগা পুক্নিগী খারী কয়া শাননীংখি।

ইকাই-ইকাইনা মালাসু হায়দবা য়াদবনা হায়রকই — "নোরেনখোয়গী থোংগান্নি আদা - অশংবা গেৎ অমা উরিবসি!"

রোসন : "খারৌবীবা য়াদেকো!" হায়রম্লগা মাগী গাড়ীদু স্টার্ট তৌরগা মাংলোমদা থৌবা হৌরে। মালাসু তপ্না-তপ্না চংখ্রে। মালানা খনখি, "ও! মানা লাক্লিবসিবু ঐবু উননীংলমগদ্রা?"

রোসনসু নোরেনখোয়গী থোংগাল য়ৌদুনা গেৎতা গাড়ী খাম্লগা চংলকই। নোরেন থোক্লক্লুনা উনরে।

রোসন : "ভায় ঐ মালা থেংনরুরে।"

নারেন : "কমদৌনা? নংদি ডাওদি য়াইহে!"

রাসন : "মা গুন্ত্রনা নখোয়গী পুখ্রি পরেংসিদা হিদেন্দা ঈরুলুজদুনা লৈরম্বনি।"

নারেন : "অসুক গুন্না ? নংদি করম্না মানি খঙলিবা?"

রাসন : "পামজবা হায়বসিদি খঙবা থুম্রবজাৎনি; অদু মানসু ঐবু খঙবগুম তৌরম্লে। নখোয়গী য়ুমসু মানা তাক্লকপনি। অদু ভায়! ঐ মাগী মশক্তু অমুক্কা য়েংনীংঙিবো?"

নোরেন : "অদু ওইরগা চংলুসি লাকও" হায়রগা ফুক হৌগত্তুনা মখোয় অনী মালাখোয়গীদা চংলকই।

মালাসু রোসন্দু ফৎ লাউনা উহৌদনা চৎখিগদ্রা নুংশা থীবা অমা পোক্লুরমাম্লে, মফি থুনা হোংদোক্লগা শামচেৎ অমনা মশমদু হাৎল-হাৎলগ থোংগাললোমদা রোসন চৎখিবা য়েংবা মাম্লি, লেপ্তুনা লৈরম্লে।

নোরেন : "মালা! ঐখোয় নখোয়দা চা-থকপা লাক্লিবনি। ঐনা হায়বা মরুপ রোসন হায়বদো মানি!"

মালা : "ঐসু নংনা ইরকপা চিঠিদগী খঙলে, অদু চংলসি হায়রগা মখোয় অহুম চংমিন্নখ্রে।

মনাও নুপী বালানা নোরেনগা রোসনগা পুন্না উবদা মচেদা লোন্না - "ইচে! অসিবু নহানগী তা-নোরেন্না থারকপা ফোটোদা য়াওবা রোসন হায়বদু নত্রো?"

মচেনা : "মানি, ঐখোয়দা চা থক্কনি হায়রি - চৎলো! চা খরা লোম্লকউ! ইচে বারী শানরমগে!"

মনাওনা চা লোনবা চংখ্রে। মালা, নোরেন অমদি রোসন মখোয় অহুম ফম্মিন্নদুনা বারী শানৈ।

নোরেন : "মালা! করম তৌরি? বাবাদি চীংদা অদুম তারিব্রা?"

মালা : "ঔ! বাবাদু ইম্ফালদা তানবা খরা হায়নরো হায়বনি, অদুবু মাগী থকপা-চাবা খরা পামজবদুগা য়ুমদগা তোয়না লাক্তে"।

নোরেন ঃ "অদু নখোয়গী পীরক্ষাদি কয়াম ৱাৎলি? চহী মাংবীকাদু তৌগদৌরিব্রা?"

মালা ঃ "হৌজিক্তি খরদি ফরে, চহী মক্তি মাংগদবা মাম্রে অদুবু ঐ মখা তমথবা ঙমগদবা মাম্রে নোরেন।"

নোরেন ঃ পাখৎনা — "হা! করিগী, বাবানা তম্নু হায়বগীরা?"

মালা ঃ "অমত্তা নত্তে, ঐনা অসুম লাইরিক পাবা তম্নকপগী ৱানী"।

নোরেন ঃ "মালা! ঐ নংগী নচিন্দগী অদুগুম্বা ৱাহৈ থোরক্কনি হায়বা থাজদে।"

মালা ঃ "থাজরমদবা ওইথোক্লমদবা কয়া ওইথোরকপা হায়বসিসু তাইবংগী চৎনবী নত্রনে?"

নোরেন ঃ "চৎনবী হায়বসি মী ঐখোয়না চৎনহনবনি, তপ্না-তপ্না চৎনবী হোংদোকহনবা য়ারিসিবু।"

মালা ঃ "অদু সিচুএসন হায়বা অমসু লৈরিদনা ? হায়বদি নুপাগা নুপীগা খেন্নবা, মশাগী অপাম্বা, অনীংবা, লোইনমক মশানা লেপচবা ঙমজদবা।"

নোরেন ঃ "হায়রিসিবু নংগী পাঙ্গল-লৌশিং মীনা লোইনা খুদুম চনবিখিবগী ৱারা?"

মালাদু ঙাইহাক্তং খুন্নমদনা চা লৌরুখিগে হায়রম্লগা চংখ্রে।

রোসন্না খল্লি, — "মালাগী ৱাঙাং পাউদমশিংদু মুন্না তারবা তুংদা মা মমা অতোম্বীনা য়োকই হায়বদুদা মমাগী য়াথং লৈরবা জাৎলা?"

মালা চাগা প্লেট অমদা বীসকুট খরগা পুরগা মনাওগা পুন্না থোরকই, মালানা রোসন্দা মনাও বালাবু মাগী মনাওনি হায়না শক তাকই।

বালা ঃ "তা-নোরেন এলাহাবাদতা লৈবসিবু নুংঙাইব্রা?"

নোরেন ঃ "ঐখোয়না মপালদা লৈরিবসে নুংঙাইবা শাবনি, নুংঙাইবজাৎ নত্তেদা! য়ুমমুক নুংঙাইবা মফম অমা মালেমসিদা লৈরমগনি নীংদে। নুংঙাইবা অমদি লৈ য়ুমদা অমুক্তং থোক্কনি খল্লুরবা হৌদুনা হেক্তা চেম্নীংলকই।

ডিমাপুর য়ৌরক্লবা লম্বীদা বন্দ, ব্রোকেটনা লম্বী থিংলি চৎপা য়াদ্রে হায়দুনা নোংমকা লম্বীদা পনবসিদি থবায়কা থানীংবা জাথনি। অদু ফন ওইদুনসু য়ুম হেক য়ৌবগা ঐখোয়গী চেং অহাউবা, য়েঙ্গাং ইরোনবা চারুরগা ঙসাইগী অবাবা থেংনরকপা নুংঙাইতবা পূন্নমক লোইনা হেক্তা কাউখি।"

রোসন্দু বা অমত্তা ঙাংদবদুদা নোরেন্না মরুপকী ফজবা ফাগীদু অমত্তংদি তৌরম্মদুনা হায়রকই।

বালা : " তামোবু ফাগী হৈব্রো?"

রোসন : "কদাইদৈনোদা!"

বালা : "হৈরমদৌ মাল্লিবো"!

রোসন : "অদু মিংগৌসু খংদ্রে, মরুপ নোরেনগা লুনা তিন্নবা মরুপ্নিনা ঐগীসু মরুপ তারেনে?"

মালা : "নুপীগা নুপাগা মরুপ শান্নবসে নোংমদি শোয়দনা বাদৌ মাল্লিকো"!

রোসন : "করি মরমগীনো খঙজবা য়ারোইদ্রা"?

নোরেন : "ঐখোয় মরুপ রোসনগী ব্যাবহারসি ফজদ্রা? মসি মখোয় ইমুংগীনি"।

মালা : "তিন্নরবনিনা পুক্লিংগী, থম্মোইগী মরী নোংম-নোংমগী নকশিন্নরকপা য়ায়। মদুনা অসুম নোংম-নোংমগী নকশিন্নরক্লুনা পীক্লবা পোন অমগী মনুংদা চেক্লা অনীখক পুন্না ফাজিন্দুনা থম্বগুম ঈশিংগী পাত্র, চিঙ্গাকী পাত্র পুন্না-পুন্না মপুনা থাবীদুনা চামিন্নরনি, ঈশিংসু পুন্না থকমিন্নরনি। কয়াদা নুংশিনবা পুন্সি অমদা মখোয় অনী মতম থরা হিংমিন্নরম্লগা মপুদুনা নোংমা চেক্লা অনীদুগী মরক্তা চেক্লা অমা মাগী নুংশিবা মরুপ অমদা নত্রগা পৈশা পায়বা অমনা পামজৈ লৈজরগে হায়রবদা মপুনা ঙম্বনিনা চেক্লা অমা অতোপ্পা পোন অহনবা অমদা মাগী অনৌবা ঈশিংগী পাত্র, চিঙ্গাকী পাত্র পূন্নমক হোংলবদা হান্নগী পোন অমনবগী চেক্লাদুনা করম্না লেলহৌগনি? চৎখিবা মানা করম্বা থম্মোইনা কায়নবগী মৈচাক্তু খাংগনি? ঐদি পুন্সিসিদা নুপী-নুপাগী

মরুপসে শান্নগদবা কিজেবো! মশাগী অরেম্না লৈতবা নুপীগী পুন্সিনি।"

নোরেন : "ভায় রোসন! মালাসি সাহিত্য্য য়ান্না বাংবনিকো! ঐখোয় অনীনা মেট্রিক পরিক্ষা থারমদাইদা ঐনা মণিপুরিদি মঙোন্দগী তমখিবনি। মাদি মণিপুরিদা লেটর চৎখিবনি"।

রোসন : "অদু, মীওইববু চেক্লাগা চপ মান্নবা ৱাখল অমদা পুশিন্নবা অৱাবগী মাইগেরোমদা খোঙ থাংজিল্লগা ৱাখল খনবগী মহৎতা ঙসাইগী চেক্লা অনীদো মীঙোন্দা পীথোক্লোইদবা চেক্লা অনীমক মচাগুন্না খনবা ঙম্বা জীববু য়ান্না নুংশিজবা মপু, পুন্সিগী চেক্লা অনীদুবু পোন অমত্তদা থম্বীগদবা, নুংশিনা মবুক থন্না অরাম-খৌরাং পোকহন্দনা শেন্নবীগদবা মপু অমা ওইনা খনবীবদি কমদৌই?"

নোরেন : "ভায় রোসন! নংসু মেট্রিক্তা মণিপুরিদা লেটর চৎলকপ্রা?"

মালা : "অদু শক খঙনরবনিনা মরুপ্পুদি অদুম ওইরবনি, অদুবু"।

রোসন : "অদুবু কৈদৌরবা? - ঐনা তাখি - রেদিওদা ড্রামাদা কয়ারক হন্না 'অদুবু' হায়বা ৱাহেশে মসি নীংহন্নবগী ৱাহেনি। ৱাহেসি শীজিন্নরোইসিদা?"

নোরেন : "ফজে মরুপ রোসনগী ৱাহেসিসু য়ায়। হায়গুমদনা নুপীশিংনা 'অদুবু' হায়রিবসি অশোনবা ৱাহে ওইরে, ঐদি নহানখৈদি খঙদেদনা!"

মালা : "হায়বা ইনবা-মমা-মপাগী য়াথং-ঙাকপা হায়বসিসু-তৌদবা য়াদবা মথৌ অমদি ওইনরি - মদুসু হেক হিকতোকপা য়াদ্রি।"

নোরেন : "খঙদে - মালা নং লাইরিক তম্বা তোকপা য়াদেকো! এম এ ফাওবদি লোইখিসি। নংনা কলেজগী ওজাকা ওইদুনা মারুটি কারদা চৎপদু ঐ য়েংনীংই। ঐগী মরুপ অমদি ঐখোয় অনীসু বী এস সি এগ্রিসি লোইরগা মাস্টর ফাওবদি এলাহাবাদতা লোইশিনসি ঙাংনরি।"

মালা : "নুপাগা নুপীগা খেন্নবা লৈরিবসি সমাজসিনা মমা-মপা ওইবশিংনা চপ মান্ননা লাইরিক-লাইশু হৈরন্নবদি খেন্নহন্দবা য়ারম্বনি। অদু, মতম

খরদি চংখিগদৌবা মাল্লি"। নোরেন! হায়সু হায়বনি ঐ নুংশিরবা য়ুমসিদা কুইনা লৈগদবা মাল্লক্তে। ৱারী শারিঙৈদা মমা মোমোন চংলকই। - "ইবুঙো নোরেন! নংদি কৈদৌঙৈ থোক্লকই? ঐননে-মালাসে নুপা অফবা, থবক তৌবা ঐখোয়গী ইপামগী হেক থংননা লৈবা ইবোতোম্বা কৌবা মারুটি কারগা তোংবা সেক্রেটরিএটতা ক্লার্ক ওইবা পৈশাকা য়াম্না থোকপা নীপা অমদা থাজরগে খল্লি। নীপাদুগী মমাদু ঙরাং মালা য়েংবা লাক্রম্বনি। নংনসু য়ানবা খরা-ঙাংনেরম্মু। মা মশানবুদি হোয় হায়রবনি। নখোয় ৱাবাদো অমুক্তং থোক্রক্লবদি নুংঙাইগদবনি। নুপীনা তলব ফন চাউনা চারবসু চহী নিফু-য়াংখৈ শুবী ঙাক্তা লাইরিক য়াম্না তম্লুরগা ময়ুম পানবা ফংদদুনা লৈরিবশিংসে নখোয়সু উরেদনা? নুপীদি মতম চানা মশক-মতৌ ফজরিঙৈ মীনা পীয়ু-পীয়ু হায়রিঙৈদা পীহৌবনা ফত্রনে ইবুঙো? ঐখোয়দি চহী ১৮ দা য়ুম পাল্লকপনি। মালাদি চহী ২১ শুরে, পানবা য়ারে, খরা লৈরগদি মনাও বালাগী অমুক লাংদবা য়ারোই। ঐদি নুপাসু ফরবনিনা তান চারে খল্লিবনি"। মোমোনগী ৱাদু ঙাংবা হৌরকপদা হৌগৎলগা ইমুং চংখিবা মালা কপ্তুনা লৈখ্রে।

শোমদা রোসন নোরেন অনীমক আশা লোইনা কায়রে। ঙসাইদগী মালানা লৈ-লৈদুনা খুমখিবা ময়ামদু মিৎকুপ্তা লোইনা ভাব তারক্লে।

নোরেন : "মালা! ঐখোয় চৎনবা তৌরগে হায়না হৌরপ্পা কৌই। মালা কপ্লুবগী মমিত্তু ফিনা শেংনা তৈথোক্লগা মোমোন নোক্লগা "অদুদি অমুক য়ৌবীবা তারেনে?" মাগী কপ্লুবগী মায়থোংদুনা নোকচরবসু মনুংদা চেল্লিবা ইচেলদুদি রোসন্না চৎলমদাইদা য়েংলুবদা উখিবা মালাগী শকফমদুনা লোৎপা ঙমখিদ্রে। নোরেনগা রোসনগা তপ্না-তপ্না থোঙ্গাল্লোমদা থোকখি। মমাগী ৱাহৈদুনা মালা থোঙ্গাল তানা থিন্দোকপা ঙমখিদে। মাসু মাঙ্গোলদা অদুম লৈহৌরে।

রোসন মালানা ঈরুজরম্বা, থোংগ্রাদা লেপ্তুনা লৈরম্বা মালাগী ঙসাইগী মুর্ত্তিদু খৌরাংবা থম্মোইদা য়োমদুনা পুনীংবা ফাওরকই। নুংতিগী মানা ফিভমদুদা মুর্ত্তিদুদা মফমদুদা লৈরমগদবা লৈরবদি নুংতিগী য়েংবা লাকনীংখি। মফমদুবু

মাগী মনাক্তা লোইনা পুশিন্নীংখি, লাপথোকহন্নীংখিদে, পোৎ খুদিংমক লোইনা নুংশিবা হৌরকখি।

মথংগী নুমিত্তা রোসন লৈবা ঙম্লক্তবা, নুংশিগী মৈনা চাকপা হায়বদু ওইরমাল্লে, মানা নুংশিজবী নুপীমচা অদুনা মাবু পান্না-পান্না মমাগী য়াথংনা কনখিবনা মাগী নুংশিববু থাদোক্লমদুনা চৎখিগদৌরবী মালাবু মিৎকুপ অমত্তা ওইরবসু মানা চৎলমদাইদা উন্নদুনা তোঙানবা মী অতোপ্পনা তাদবা থাহে অমনীদং হায়রমগে খন্দুনা মালানা তম্বা জি পি কলেজগী গেৎ মনাক্তা হৌবা উখোঙ অমগী মনাক্তা মালাদু করিগুম্বা কলেজ কারক্লবদি খন্দুনা ঙাইদুনা লৈ।

মালা মমান্নবী নন্দীনীগা লোইননা বসতগী কুমথরগা মখোঙনা তপ্পা কোলেজ তন্না চংলকই। রোসন লাপ্পা মালাবু উই; মালাসু রোসনবু উই।

রোসন : "মালা! বা অমত্তা হংজহৌগে? ঐ হয়েং চৎপা তারে, মরুপ নোরেননসু তন্নমগদবা মাল্লি।"

মালা : "হোয়, ঐ তাজরে, অদু মঙ্গল ওইবীয়ু।"

রোসন : "মালা! ঐ নংগী নফমদা লনাইগী ওইবা বা অমত্তং হায়রমগে?" ঈঙ্গিৎ খঙবী নন্দীনী ঐ চংলম্লগে হায়রগা মাং থানা চৎখ্রে। মালাসু খোঙকাপ খরা তপথহৌরে। তপ্পা-তপ্পা লম্বীগী মতাইদা রোসনগী মনাক্তা নকশিল্লকই।

রোসন : "মালা নংগী বাঙাং, নংগী নতৌদা নংহৌরোইদবগুম য়ান্না থুবা পাম্বগী ইহুল অমা ঐনা উবগুম তৌই। ঐদি নং খন্থবা, তপথবা খরা তমহন্নীংই! ঐ সংসারসি লোইনমক ইমা-ইপা, লাইরিক-লাইশু তম্বা পূন্নমক তোকপা ঙমগদবা মাল্লক্লে। অদুবু নংবুদি থাদোকপা ঙমগনি নীংদ্রে। মসিবু ঐগী ইরাল্লা? করম্না নংনা মরুপ নোরেনগী মফমদা নংগী ফোটো পীরগা মাগী লাইরিক তমফম এলাহাবদতা পুদুনা চৎহন্নুরি। অদুগা করিগী ঐনা ফোটোদুবু উরুরিবা! নংগী ফোটোদুনা চিংদুনা পুরগা মণিপুর অমুক য়ৌরক্লে। নংগী খোঙ্গুল লিরকপদা অমুক অয়ুক্তুদা নংনা হিদেন তাফমদুদা ফনেক হঙ্গামপাল মায়থোং ফাওবা নুমিৎকী অরংবা মঙালদুনা য়ৈবদা পূন্নমক হঙ্গমপাল মক্তা

উখিবা। ঐ নংগী মুর্তি অমা অহৈবা কলাকার অমবু য়েকহল্লগা ইনাক্তা থল্লগা নুংতিগী য়েংশিরা হায়না খল্লক্লে, নং উদ্রবদি ঐ লৈবা ঙমগদবা মাল্লক্তে। অদুবু নংদি মীগী ওইখিবা তারে। নুংশিবা হায়বা পোৎশক, মশক্তি উদবা, মগুন ওইনা লৈজবা, মুৎনাইদনা লাই হাক্তক্তগী চৎনরকপা ঈশ্বরনা মীওইবা ঐখোয়দা নুপী-নুপা অনীগী ইনখৎলকপা মতমগী খুদোল ওইরিবা পোৎশক অসিমদি লম্মাংনহৌবা তারেদো! থুংনবনা নুংশিগী পম্বুংদি নস্তে হায় অদুবু কায়নবনদি নুংশিগী পম্বুং ওইব্রা? ঐ নংগা কায়নগনি খল্লুবদা অশুক ৱারিবসিবু করিগীনো?"

ঐ নংগী ৱাখলদা পুক্নিসিমা ঙাওজবদা নংনা মীগী ওইখ্রবসু ঐ নংগীদমক ঙাওজবগী অয়াবদুদংদি পীবীরম্মুকো! মতম অমদা ঐনা নং ঐ থুংনখিদ্রবা, ঐনা নংবু পামজরুবা, নুংশিরুবা কয়াগী মরমদা থারগা ইরকপা ৱারেং, শৈরেং, কয়াদু নংনা মতম মতমগী পাবীয়ুকো! মতমদুদা নংনা মোমোন মীনোক্লা ঐবু উরবদি কৌনবা ঙমদ্রবসু নোক্তদি নোকপীরকউকো, নংসু চংখ্রো ক্লাস হৌরম্লগনি! নংগী অয়াবসিমত্তং লৌগে ঙাইজরম্বনি।

মালাদু মমিৎ অনীমক পিরাংনা লোইনা থুমহৎখ্রে-। মায় উরুরু লৈদুনা খাংজে। রোসনসু মমিত্তা মপি ইরা চেল্লি।

রোসন : "ঐখোয় অনীগী ৱারীদি অহৌবনা অরোইবা ওইরে। ৱারৌননুসিকো! নংগী নীংথিরবী চিম্বালদুনা পাউখুমদু পীদ্রবসু মিৎস্না অনীদুনা পীরবনিনা ঐ য়ারে হায়না লৌজরগেকো!

"ঐ চৎলে!" হায়রম্লগা রোসন কায়রবা থম্মোই পুরগা ময়ুম তান্না হনখ্রে।

নোংঙানবগা গান্ধী এভেন্যুদা নোরেনসু য়ৌরক্তুনা এলাহাবাদতা চৎননবা উম্নররে। বসতা কাখত্তুনা সিৎ অনীদা থংননা ফমলে।

নোরেন্না : "মরুপ মালানা চিঠি অমা পীরকই নং পানীংব্রা?"

রোসন : "অওইবৈরো?" কদায়নো য়েংগেনে?"

এনভেলপতু হাংদোক্লগা য়েংলুবদদি - পোন অমগী মনুংদা তেনবা অমা পোনগী থোং লোইনা লোনশিল্লগা য়াম্না শুকথনা লৈবগী মওংদা য়েকপা লাই অমা ওইরম্লে।

বাহে ওইনা করিগুম্বা বারোল অমত্তসু য়াওরমদ্রে। অয়েকপা লাইদু এনভেলপতা অমুক হাপচিল্লগা মাগী বেগতা হাপচিনখ্রে। খল্লরোই হায়বদি ঙমদে - মালাগী হংগামপাল মচুগী মুর্তিদুবু হেক্তা নীংশিংলকই। হৌদুনা মনাক্তা হেক্তা চেন্নীংলকই। লেপ্তনা গাড়ীনা মথং-মথং পুরক্লুনা গুবাহাটি অমুক য়ৌরে। হোটেল অমদা অহীং অমা লৈরে। রোসন মালানা পীরকপা অয়েকপা পোনগী চেক্লাদু য়েংনা-য়েংনা চিঠি অমা ইরম্মী।

মালা, লাপ্নরগা হেন্না থম্মোইদা নকশিল্লকপগুম তৌরিবা নংগী নীংথিরবী মায়থোং অয়ুক্কী অরংবা নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবদা হঙ্গামপাল মক্তা ঙাইখিবা নংগী অয়ুক্কুগী মুর্তিদুনা ঐবুদি লাংদা থুরবা উচেকুম, খুৎ-শা লোইনমক ফাজিনখিবগুম তৌরে। নংগী অয়েকপা পোনগী চেক্লাসিবু নহাক্কীরা, নৎত্রগা ঐহাক্কীরা ? পুন্সিচুপ্পা পোন্দগী পাইথোকপা ঙমদনা অসুম খাংবা তারবা চেক্লারা ? চেক্লাসিনা করিগুম্বা নহাক্কী পুন্সিগী অয়েকপা শক্তম ওইরগদি লোন্না অহীং অমা লাক্লগা পোনগী থোংদু থুদেক্লগা চেক্লাদুবু অমুক্তংদি মনীং তন্না পাইথোকহন্নীংইদা !

মানা চিঠিদু গুরাহাটিদগী মালাগী মফমদা য়াম্না চেকশিন্না থাজখি। অদুবু মাগী চিঠিদুগী পাউখুমদি মালানা অমুক হল্লকখিদ্রে।

তাং ২১/১০/২০০৩

# "খোঙ্গুলদা তারুরবী"

ইঙোতোম্বা ডাক্তর তল্লি হায়দ্রবাদতা। ফোর্থ সেমিস্টর কাদুনা মাগী রুম-মেট কোংবদগী বাবুচাউবগা য়াম্না নুংশিননা লৈমিন্নরি। মমাংগী চহীদদি ইঙোতোম্বা উদয় সিংহ কৌবা ইউঃ পিঃ মচা অমগা লৈমিন্নরম্বনি। বাবুচাউবা লাইরিক ফৈ, মানা সবজেক্ট অয়াম্বাদা ফার্স্ট তাবদুদা ইঙোতোম্বনা তাথোক-তাশিন তৌনীংবদগী-মখোয় অনী কুমশিদং লৈমিন্নবনি। ইঙোতোম্ববু পোকপা হাউবম থম্বাল এসঃ ইঃ ওইনা ইলেক্ট্রিক্সিটি দিপার্টমেন্টতা থবক পায়রি। মমা পুজারিনা হায়স্কুলগী ওজানি। মচন নুপী তোন্দোনদি ক্লাস এলেভেনদমক তমলি।

শোমদা বাবুচাউববু পোকপা পঙম্বম ধন্না স্কুলগী হেট মাস্টরনি। মমা রাধেনা লৈকায়গী মৈরা-পায়বী-প্রসিদেন্ট ওইরি। মচা নুপীনা অহন্নি, ময়ুম পাল্লে, মচানুপা অনীনি। মচানুপা অহল পবিত্রা নুপী থিরে, থবক তৌরে, য়ুমসু তোঙান শাদুনা লৈরে। মচা বাবুচাউবনা ইঙোতোম্বগা ডাক্তর তম্মিন্নরি হায়দ্রবাদতা।

ইঙোতোম্বা ঙরাং ময়ুমদা থোক্লকপনি। বাবুচাউবনা ময়ুমদা পোৎ অমখক্তা পীবীরম্মু, চিঠি অমগা হায়বদুদা কাইনেটিক হোন্দা অমা তোংলগা সগোলবন্দদগী কোংবা তানা-লাকই। হান্না অমুক্তা লাকখিদবনা লম্বীদা লৈরম্বা নীপামচা অমদা হংবদা বাবুচাউবখোয়গী য়ুম তাক্লুনা থোঙ্গালদা চংলকই। য়ুমদো চেক্কী পীকতক তৌবা য়ুন্নি, মমাং শঙ্গোয় অমসু লৈ। মমাং শঙ্গোয়দা শকহেনবী কোন্দা ফি কন্না শাদুনা তান অমদা তাবদা মতা অমা ওইনা নুংঙাইবগুম তৌই। য়ুমদুগী শুমাং-মাংগোলদা কনাসু লৈবা উদে। ইঙোতোম্বা লৈ-লৈদুনা য়েংলকই। ফি শারম্বী লৈশাবীদু মী অমা লাকপা উবদুদা ফি শাবা লেপ্লগা তপ্পা শঙ্গোয়দগী শুমাংদা কুমথরকই।

শকহেনবীঃ "কনা হংবীবনো?"

ইঙোতোম্বা মতুংদা নুপী অমনা বাহং অমা হংখিবদুদা লৈদুনা য়েংলকই। মা শকহেনবীবু উবদা হরাউনা মোমোন নোক্লগা ঃ- "ও! ইথা-থাজদনা!"

নুপীমচা শকহেনবীদি ইঙোতোম্ববু হেক উবমক্তদা মমায়দু ঙাংশং ঙাংশিনখ্রে। মিৎকুপ্তুদা ইকাই-নুংশি য়াম্নবা, হৌখ্রবা মমাংগী অকি-তুজুংবনা থল্লবা থৌদোক মথং-মথং লোইনা নীংশিংলক্তুনা মাগী মকোক্তো লুম্বনা পুবা ঙমজদ্রে। ইঙোতোম্বা নুপীদুনা করিমত্তা খুমদবনে অদুগা মমায়দু শকফম হঞ্জিনখিবদুদা য়াম্না চিংননা ঃ- "শোম্বু ঐবু শক খঙবীদব্রা?"

শকহেনবী য়াম্না খঞ্জাননা মমায় লৈমায়দা লুকথরগা ঃ- "খঙজদে!"

ইঙোতোম্বাঃ "ও! য়াম্না মান্নরম্বদুদা, সোরি! ঐ লানখ্রে, পোৎসি বাবুচাউবনা হায়দ্রবাদতগী পীরকপনি, ঐ মাগা তম্মিন্নবনি, চিঠি সিমসু মানা পীরকপনি, অদুদি ঐ অমুক য়ৌজরগে?" শকহেনবী করিমত্তা খুমদনা চা কপ অমা থকখিসি হায়গদবা ফাওবা লোইনা পুন্নমক কাউথোকখ্রে। ইঙোতোম্বদি শকহেনবীনা করিসু ঙাংদবা, খুমদবা মতৌদুদা তপ্না-তপ্না থোঙ্গাল্লোমদা শকহেনবীগী মশক্তু উরুবদগী মাগী থম্মোইদসু বাহং কয়া লেপ্তুনা হংবগুম তৌরি। "মাগী মশকসিবু করম্না অনী শুরমগদ্রনে? অসুক মান্নবা শকফম্ মানদি ঐবু খঙদে হায়রি, অদুগা করিগী মানা মাগী মায়থোংদা শকফম হঞ্জিন্দুনা ঐগী মাংদা বা হংবদা করিগী অদুক কিফম থোকপগে? মাবু বাবুচাউবগী মচল্লা? মতমদুদা মানা হায়খিবদি মাদি নোংমৈবুংদগীনি হায়খিবনি; লৈকায়সিদি কোংবনি। কনাদা হংলগা কমদৌনা মাগী অশেংবা বারী খঙগনি?" ঙাইহাক্তুদা ইঙোতোম্বগী থম্মোইদা শকহেনবীবু উরুবদগী বাহং কয়াগী পাউখুম থিরক্লি। থোঙ্গাল য়ৌদুনা মাগী গাড়ীদু স্টার্ট তৌগে তৌরকপদা য়েংনীংবা পোক্লক্তুনা শাঙ্গোয়গী থোংনাউরোমদা হন্না অমুক্তং য়েংলকই। শকহেনবীসু শকফম হঞ্জিন্দুনা মীনা বা হংবদা মীনমদুনা চিম্বালথোংদা ইঙোতোম্ববু খঙদে হায়খ্রগসু থম্মোইনদি খঙবনিনা য়ানীংদদুনা মিৎতা পাউথাং পীরুদুনা অমুক্তংদি য়েংহৌদা হায়বদুদা ওইরমাগ্রে ইঙোতোম্ববু হ্রান্দুনা থোংনাউদগী য়েংলুরি।

শকহেনবীনা থোংনাউদগী য়েংলুবদো ইঙোতোম্বনা থোঙ্গালদগী য়েংলকপদুগা মপা চানরুরে, থম্মোইদসু পাউ তম্লুরে। ইঙোতোম্বনা খল্লি, "মানা ঐবু খঙদে হায়রগা করিগী অমুক থোংনাউদগী য়েংলক্রিবা?" শকহেনবীসু মানা হুরান্দুনা থোংনাউদগী য়েংলুবদা ইঙোতোম্বনসু মাবু য়েংলকপদুদা ইকাইজদুনা থোংনাউ মরুমদা অমুক লৈশিল্লগা লোংচে। মদুনা হেন্না ইঙোতোম্ববু ৱাহনবীরে। তাঙ্গাদুদা বাবুচাউবগী মমা রাধে কৈথেল্দগী য়েনশাং-নাপী লৈরুবগী খাউ অমা পায়দুনা হল্লকপদা ইঙোতোম্বনা মখোয়গী থোঙ্গালদগী থোক্লকপা উবদুদা; "ইবুঙো! কনা উনবা লাক্লম্বনো?"

ইঙোতোম্বা : " ইমা! বাবুচাউবখোয়গী ইমা ওইবীরব্রা?"

রাধে : "মানি, ইবুঙো!"

ইঙোতোম্বা : 'ইমা! ঐ বাবুচাউবনা পীরকপা পোৎ অমা চিঠি অমগা থিনবা লাকপনি, ঐ মাগা হায়দ্রবাদতা ডাক্তর তম্মিন্নবনি।"

রাধে : " ইবুঙো! চা থকখিসিদনা?"

ইঙোতোম্বা : "য়াজরে ইমা, কোন্না থকচরগে ?"

রাধে : "য়ারোই, ইবুঙো! নংগী মরুপ্পা হয়েং ইচানা নোংম-ফাদোক ঐখোয়গীদা লাকপদা চা ফাওবা পীথক্লক্তে হায়গনি, য়ারদি ইমাদি-চাকপু চাথ্রসি হায়রিনি"।

রাধেনা ইঙোতোম্বগী মখুদাং পায়দুনা লাকখো হায়বদুদা ইঙোতোম্বা অমুক হন্না চংলক্লে।

শকহেনবীদো থোংনাউদা লোন্না ইঙোতোম্বা য়েংলুবগী ইকাইজরিঙেদা ইঙোতোম্বনা অমুক্কা চংলকপদুদা হেন্না ইকাইবা পোকচে। মাদি ইঙোতোম্ববু অমুক উবা ফংলরোইদ্রা মানসু খঙদে হায়রুবদুদা থাঙ্গেশেংনা মাবু য়ান্না ৱারৌথ্রব্রা খঙ্গদুনা পাম্মুনা য়েংজরুবনি। অদুগা অমুক চংলক্কুনা হান্নগুম শুমাং য়ৌশিল্লক্রবা? ফিশু শাদে, উংদুনা ঙাইহাক লৈরিঙেদা মন্দোমচা রাধেনা :- ইবেম্মা, শকহেনবী! ইন্দোমচাদা চা অমগা চানবা খরগা পুথোরকউ করিনো নবুংগী মমান্নবনি, ডাক্তর

তম্মিন্নরিবনি হায়দ্রবাদতা, ঐনা য়ুমসিদগী থোকথ্রবদি নংগু চা-কপ অমত্তং নবুংগী লোল্লগা পীথক্রম্বা য়াবনি, নংবু ফন-শিংবগুম তৌবদাইনে?”

“ইবুঙো! মোরাসিদা ফম্মু! চা থকখিসি!”

শকহেনবী হন্দক্তি মানা হৌন-খংদবী অমগুম, তৌখিবদো চুমথোকচনবা তাঞ্জা অমা পীবদুদা মন্দোমচানা হায়রকপদুগা মপা চারুদুনা ইমুংদা প্রপ-প্রপ চংখ্রে। মাগী থম্মোইগী অবাবা থৌদোক্কী কাউবা ঙমদ্রবা মৈচাকশিংদুগী মরক্তা অয়িংবা ঈশিং খরা ইঙোতোম্বনা হায়দ্রবাদতগী পুরক্লগা খিকপীদুনা মুৎহনবীবগুম, অশোকপদা হিদাক তৈবীরবগুম, পূক্লিংদা খজিক্তং যৌবোনগী য়েন্নীং হুন্নকপগুম তৌজরি। মানা কিজরিবনা লৈবাক ৱাথোক ওইখ্রবা মাগী ৱারীবু চীংলোন মাপন্না কোয়শিল্লিবা মণিপুরদা করম্বা মশুং-মমান্নবী, মমান্নবা কনানা তাদবা য়াওরমগদগে খল্লুদুনা ৱাজরম্বনি। অদুননি মানা লুনা খঞ্জবা পাখঙ্ অমনা খঙহৌদনা মমাংদা লেপ্পরবদা শকফম্ হঙ্গিন্দুনা লৈখ্রিবা। খবরদা নুংতিগী নুমিৎ হুন্নি লেপ্তুনা মাগী ৱারীতনা মাগী ফোটোতনা ৱাই চাইখ্রবনি। নুমিত্তুদগী হৌনা শকহেনবীগী পুঙ্গিনা ঙসি ফাওবসিদা নোংমতা মোমোন নোক্লক্তবনি, অদুবু ঙসিদি মায়থোংদা মোমোন নোক্তবসু থম্মোইনুংদদি মচি-মচিদা আশা মচা-মচা পোক্লক্তুনা ইঙোতোম্বনা মাবু য়ান্না চম্বা মরাল য়াওদবা মিৎয়েং অমদি ৱাহৈনা-“শোম্বু ঐবু শক খঙবীদব্রা” অমুকসু “ও! য়ান্না মান্নরম্বদুদা! সোরি! ঐ লানখ্রে, মাবু তশেংনা ঐগী ৱারীসিবু তারম্লোইদ্রা? তাদ্রগনা কান্নবা করিনো? খোঙগুলদা তারুরবী লৈরাংবু নুংশিনা অমুক খুনগৎপীগদবা থম্মোই অমা মাগী মফমদা চেল্লমগদ্রা? মাদি ডাক্তর হায়বা মী কয়ানা য়ান্না পান্না মতমসিগী মুন্নরিবা শিনফম অমগী মপুসু ওইগদৌরি।” চা লোন্না-লোন্না মোল্লং চুরুরিবনা করিগী? অমুক নীংশিংলক্তুনা শৌরবা শঙ্গোম য়াল্লবা ঈশিংদুদা চিনি, চামনা থাক্তুনা চুমথোক্তুনা কপ অমদা হৈরে, প্লেট অমদা বীসকুট খরা হাপ্লগা ত্রে অমদা হাপ্তুনা থম্মী। ঙাহাক্তুদা উপু হাংদোক্তুনা ফনেক হিগোক্কী অহনবা অমা শেৎচিল্লে; মশমসু নীংথিনা হাৎতোক্তুনা রবর অমনা ফাজিল্লগা চাদু পুথোরক্তুনা টেবলদা ইঙোতোম্বগী মমাংদা থম্লগা ঃ- “তামো! চা থকশি!” হায়রকই। হন্দকমুক্তি চেনবা য়াদ্রে, শোয়দ্রে,- ইঙোতোম্বনা মখোয় অনী ৱারুনীগী অহীংদা অহানবা থেংনবদা মৈঙালদা উখিবা, শেৎখিবা ফিজোল অদুনি। মাগী শকফমদু উরুবদা ইঙোতোম্বগী পূক্লিংদা নুঙাইবা, নুংশিবা, পাম্মুবা,

শকহেনবীবু মনাক্তগী চৎথোকহন্নিংদবা, অসুম য়েংদুনা লৈনীংবা ঝাখল অমা ফাওরক্লিবসিনা কদোমগীনো? মসিবু মী অতৈদসু তৌনরমগদ্রা? নীংশিংবগী মমি অমনা ইঙোতোম্বগী থম্মোইদা বাহং অমগী পাউখুম ফংবগুম তৌরক্লি। ঙাইহাক্তুদা শকহেনবীনা হিগোক মচুগী ফনেক হোৎলগা শেৎনীংলুরিব্না করিগী? ঙসাই বাবুচাউবগী মমানা ঃ- "ইবেম্মা! শকহেনবী, নবুংগী চা কপ অমত্তং লোল্লকউ .... হায়খিবা! মাগী মমিংদুবু মতমদুদা মাগী মৌপ্পা অদুনা মখোয়গী মমিং হংবদা পনখিবা মমিংদুবু - মানিদা "শকহেনবী" হায়বনীদা! চা লোল্লগা পুথোরক্তুনা "তামো! চা থকসি" হায়রম্বদুনসু ইঙোতোম্ববু মহাউ অমগা পীরম্লে। শকহেনবীনা লোনবা চা থক্কদৌরে খল্লুবদা ওইরমাল্লে। শকহেনবীসু মতম কয়াগী মমাংদা অমুক্তং উরবদি খঞ্জরম্বা; অদুবু নোংলৈ নুংশিৎ অকনবা অমা নংলুবদগী য়ুম-কৈ লোইনা তেক্লুরবা নৌনা শেমজিন-শাজিনবা হৌরকপদা ঙাইবগুম তৌরিবা শকহেনবীগী ঝাখলদা মাগী য়ুমগী অতেক - অকায় শেমজিনজবদা ইঙোতোম্বনা লাক্তুনা মতেং পাংলবগুম খল্লুরি।

চা পুথোক্লম্লগা মাগী শারম্বা কোন মনাক্তা চংদুনা অমুক ফমখ্রে। ঝাখলদি মওল-মওলনি, অমুক্লা তুংদা লাক্কদবা অফবা ঝাখল, অমুক্লা হৌখ্রবা তমথিরবা কাউবা য়াররোইদবা অবাবতনা থল্লবা মাংগী ঝাখল। মাংগী খল্লুই ঝায়, তুংগী খল্লুই ঝায়, লম্বী অনীমক্লা মাবু লম্মুক্লহল্লি। মরক-মরক্তা মিৎম্না অনীদুনা ইঙোতোম্ববু মঙক থাঙ্গত্তুনা অমুকসু য়েংলুরি। ইঙোতোম্বা চা-থকপা লোইদুনা, "ইমা! নচা অমুক চৎচরগে? ঐহাক তাং ১৫ দা চংগদবনি, নোংমা ঝাৎলিঙৈদা অমুক লাকচগে?"

রাধে ঃ "য়ৌরো, য়ৌরো ইবুংঙো! হয়েং ইচানা চৎলমদাইদা ইমাগা অমুক্তংদি উনখিসি! নংগী মরুপকী করিনো চানবা খরদি হাপ্লীগে?" ইঙোতোম্বা অমুক থোরক্লে। শকহেনবীদো ইঙোতোম্বদা য়েংলকই, ইঙোতোম্বসু শকহেনবীদা য়েংলগা ঃ- "মেম্মা! অমুক চৎলগে, নোংমা অমুক লাক্কে?"

শকহেনবীদো হন্দক্তি খুন্নগে খন্না " ঔ তামো! হায়হৌরে। মানা "ঔ তামো" হায়হৌবদুনা মাগী অবাবা থম্মোইদুসু খরা য়াংবগুম তৌজরে।

"খোঙ্গুলদা তারুরবী লৈরাংগী অৱাবা খঙবীদে কনানা উবীদে তাইবংদা"! চুম্মী, শকহেনবী খোঙ্গুলদা তারুরবী লৈরাংনি, মাগী অৱাবসু খঙবীদে কনানা, উবীদে তাইবংদা, মদোম ৱাজবা নত্তুনা। অদুবু মতম কয়া অৱাবতনা ফুম্বংনরুরবা শকহেনবীগী থম্মোইগী অৱাবা ঙসিখক্তং থুনা-য়াংনা হরাউ-হরাউ ইঙোতোম্বগী চা লোল্লুবা, ফিজেৎ হোংলগা থোরকপদু উরগা মন্দোমচা রাধেগী ৱাখলদসু খজিক্তং নুংঙাইজবগুম তৌই। শকহেনবীগী মকশিল্লুরবা মায়থোংদা অনৌবা মঙাল অমা ফংজবগুম, মাগী হিংবগী মমি শাল্লুরবা, আশা ময়োন নৌনা চোংবা হৌরক্লে। কুমগী অশিৎ-অৱানথা লাক্লবদা লম্মৈনা তুন্না চাক্লুরবা চীংমায়গী অৱাবা শকফমদু অনৌবা কুমগী নোং অমুক চুরকপদা বসন্তা চংলকপদা হানৌনা লেং-লেং চৎলকপা, মনা-মশা মৈনা চাক্‌লুরবা উপাল কয়ানা অনৌবা মনা চোংদুনা নৌনা য়েন্নীং হুন্নক্তুনা পাম্বীদা মপাল পোমদুনা শাৎলগা মহৈ অমুক য়াল্লক্নগদি প্রকৃতিগী নীয়ম্বু তাইবং কনানা শৈথাদুনা ইনরমগনি? মীওইবা কনাগী পুন্সিদসু অহোইনা শাবী-শানৌশিংগী ইনখৎলকপা মতমগী মথোৎ কারকপা কল্লক-মীহৌবা ৱাখলনা মাং থাখিদুনা ফজবা পূন্নমক্কী মপু ওইনীংবদগী অরানবা ৱাখলনা হেনমনখিদুনা কুমগী অশিৎ-অৱানথাগী লম্মৈ নংহনবীরুরবা শাবী-শানৌ কয়া ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওদবা নত্তে। হৈরাং-লৈরাংগীদি নোক্লবীনবা লৈতবনা চহী খুদিংগী লম্মৈনা চাক্লুরবা পাম্বীদু চহীগী মকুম-মথা য়ৌরগা অনৌবা বসন্তদা নৌনা য়েন্নীং হুন্নক্তুনা পাম্বীদা লৈরাং পোন্নক্তুনা মপাল শাৎলগা খোইমু কয়ানা লৈরাংগী লৈকাদা লৈহি চুপ্পীদুনা লৈরাংগী পীবুক থল্লগা মনুংদা মরুম চংদুনা উহৈ মতুম-মতুম, য়ান্দুনা তাইবংনা মুল্লগা চাদুনা হৈরাংগী মহাও, উহৈগী মগুনবু শীংথানরি।

কদাই? তাইবং মীওইবগী পুন্সিগা হে-লৈগা চাংদম্নরিবা? নোংলৈ-নুংশিৎ অকনবা মায়োক য়ারুরবা, লাইবক্লা তমন্নক্তুনা খোঙগুলদা তারুরবী লৈরাং অমগুম পুন্সিদা খুদোংথিবা নংলুরবী নুপীমচা অমগী পুন্সিদা লম্মৈনা চাক্লুরবা উপালগুম, মীওইবগী করম্বা বসন্তদা নৌনা মনা-মশা চোংদুনা য়েন্নীং হুনবা য়াগদগে? শকহেনবীগী পুন্সিসু মসিনি। মানা পোকপা মচাবু অশেংবা মমাগী মচানি হায়বীগদ্রা? ওক্তবীনি, ওক্তবীগী মচানি হায়বীদৌরি। অদুবু ইঙোতোম্বগী লৌথুপ-লৌকোই লৈতবা ৱাঙাং অমনা লম্মৈনা চাক্লুবগা মান্নরবা শকহেনবীগী ৱাখলদা ঙাইহাক্তং অনৌবা য়েন্নীং হুন্নীংবগুম, থাজনা থাশি য়ৌরুরগা অনৌবা শক্লোন

অমুক লৌরক্তুনা লিরুং মওং মাল্লকপগুম শকহেনবীগী থম্মোইগীসু য়াওল অমদি লাকপগুম তৌরে। খরা-খরা কেবা মৌবা হৌরক্কে। লুরিবদি ফিদা চুবা ফত্তবা মচুদি হিদাক মচল থিরগা কোকপসু ময়াওই; মীওইবদা চুখিবা ফত্তবা বদনামগী মচুদি তাইবংগী অখাবা মিৎয়েংদগী করম্না চামদুনা কোকহনগনি? মসিগী হিদাক মুন্না খঙবা মীশক কনাবু থিশিগে? ইকাই খংদবা, মী কিদবা নত্তনা উপাই অতোপ্পা অমা লৈতে। মদু ঙমগদ্রা শকহেনবগী রাসিনা? থাজদে, মাদি নুপীমচানি, ইকাই থীবীনি, লৈশাবীনি, মশক ফজবীনি, রাসি-গুণ চংখোন্না ইনখৎলকপগী চহী লেংগা মশুং-মমান্নবীশিংনা কল্লক্করম্বীনি। বদনামদুদং লৌথোকপা য়ারম্লগদি ইঙোতোম্বগী মফমদদি মাদি মীওইবা অমগী মিৎয়েং কারন চনজদ্রিবী শেংলবী থম্মোইনা পামজবী থাক বাংলিবী অতিয়াগী থাজগুম ওইরমগদবীনি।

শকহেনবী ইঙোতোম্বগী "মেম্মা! অমুক চৎলগে, নোংমা অমুক লাক্কে" হায়খিবা বাহৈশিংদুনা কৈদৌঙৈনো মানা লাক্কদবা নুমিত্তুবো? তাং ১৫ কয়াম বাৎলি? ইঙোতোম্বা লাক্রম্বা নুমিত্তগী নুমিৎ মশীং থীদুনা কয়ানি শুরবগে মখুৎ থেক্তুনা তত্তনা পাজে। অমুকসু খল্লুই, "ঐনা মঙোন্দা শক খঙদে হায়রগা শঙ্গোয়গী থোংনাউদগী হুরান্দুনা য়েংলুবদা মানসু ঐঙোন্দা য়েংলকখিবা! ঐনা মাবু খঙদে হায়রুবদুদা মানা ঐবু মবুক য়াম্না লুবীনি খল্লমগদ্রা?" অদুবু ইন্দোমচানা অমুক পুশিল্লক্রমদ্রবদি মাবু ইখুৎনা লোনবা চা পীথকপা ফংলমগদ্রা? তাঞ্জাদুনা করম্না ওইহল্লক্রিবা? লাই অমনা ঐখোয় অনীগী নীংনবগী লম্বীগী মমাই চুম্বীরিব্রা? ঐনা হাথু-হাথু ফনেক হিগোক বারুনী কাবা নুমিত্তা মাগী মমাংদা শেৎখিবা ফি-মচুদু শেৎলগা থোরকপদুবু মাবু ঐগী শক লাকশিনবদা লায়না থোক্রমলোইদ্রা? ঐনা শমশু নুমিত্তুগী শকফম মান্নবা রবরনা চেৎনা পুনশিনখিবনি। মদুগী খুদমদুবু মাবু শোয়দনা খংবীরমগদ্রা? অসুম খল্লম্বদগী পুক্লিংদু অসুম-অসুম, পেৎথরক্তুনা মপি শিন্থদুনা হিক্লা-হিক্লা কপ্লক্কে। "ও! ওম্থোকপা লাইবক হায়বদুনি। - মাবু ফাখিবা নুমিত্তু মাদি চৎচরোই মমঙ নুংঙাইতে হায়জবনি, শুম থোকউ হায়বা তাঞ্জা অমনা মতম হেন্দোকখিদৌরে হায়দুনা ইনশিল্লকপগুম মমান্নবী মেমচানা মপাং অমত্তা লৈতে হায়বদুদা নুংঙাইতদুনা চৎমিন্নরুবনি। অদুগদি মেমচাবুনা ভান্দুদগী কুমথহল্লগা অরাকপা বস অমদা তোংহল্লগা ময়ুম তানা চৎহনখ্রগা ঐবুনা মখোয় অনী চংদুনা ঙা য়োকপা মীনা নুমিদাং লৈনবা য়ুমদুদা পুশিল্লগা ঐগী ইজৎপু লৈখা তানা.. । অথেংবা অহীংদুদা অরাপ্পা খুঙ্গং অমদা অমুক পুরগা

অহীং লেকখিবা! ঐনা অহীং-চুপ্পা কপ্পুনা লেনখিবা! নুমিৎ হুম্নি খবরদা ঐগী ফোটো হাপ্পুনা মাঙখ্রে - হায়না রেদিওদা ফাওবা নুংতিগী লাউথোকহনখিবা! নহারোন্দা পাউ পীখ্রে খঙবদগী ঐবু মখোয় অনীগী মরক্তা অমগী নুপী ওইরো ইশানা য়ানা চেনবনি হায়য়ু নত্রবদি হাৎকনি হায়দুনা কিহনখিবা! কদোমদগীনো পাউ ফংদুনা নোংমৈ পায়বা মখোয় অহুম, মফমদুদা লাক্লগা শাগী লমচৎ চৎলুরবা মখোয় অনীবু ফাদুনা পুথ্রগা ঐবুনা য়ুমদা শিন্নরম্বা। মসিবু ঐগী ইরাল করিনো? পূন্নমকসি তামো ইঙোতোম্বনা খঙলক্লগা ঐবু খোঙগুলদা তারুরবী লৈরাংনি হায়বীগনু য়াবীগদ্রা? মাগী মফমদা থোকখিবা থৌদোকশিংদুগী মরিক চুম্বা বারী অমা ঐনা করম্না লিদুনা তাহনগনি? মণিপুরগী মীওই অয়াম্বনা ঐগী ফোটো উখ্রে, ঐগী ইশক-ইমিং লৈকায়গা কোম্ননা খঙখ্রে। অশুক চাউবা বাথোক অমা নংলুরবা ঐগী মোৎলবা লৈখোম তৈরবা পুন্সিসিবু মানা লৈখোম্লুংদগী চিংখৎপীগদ্রা? চিংখৎপীরগনা ঐনা মাগী খুজেং পায়দুনা মানা বারুনীগী অহীংদুদা ঐগী খুজেং চেৎনা পায়দুনা চিংখৎপীখিবগুম, নাম্ব্বোক্তনবা মীনোক চাউবা সমাজসিগী মমাংদা য়ান্নবা ঙমগদ্রা? পামদি পাম্মুইদা! হৌখিবা থৌদোক্তুনা থোক্লমদবা ওইরগদি ঐসি কয়াদা শীংথাবীরমগনি? ঐগী নুংশিবা কয়াদা মশক ফজরমগনি। অদু ওইরবদি ঐনা মঙোন্দগী হেন্না ফবা নীপা অমগী বাখল অমুক খল্লমগদ্রা? নত্তে, খল্লমলোই, ঐগী পুকচেল অনী লোংলমলোই। মা নত্তনা অতৈ কনা অমত্তগী বাখল খল্লমলোই; খল্লক্লবসু ঐনা মাগী মীচংদা শোয়দনা লেপ্লমগনি। ঐগী থোকখিবা থৌদোক্তুবু মঙদা থোকপা থৌদোক অমা ওইরমদুনা তাইবংদা অনৌবা মিকপ অমা নৌনা থোকহনবা য়াররোইদ্রা? মসি খল্লুরগা পিরাংসিনা লেপ্তুনা তারক্লিবসিনা করিগীনো? ও! ওম্বোক্লা নীংঙমখিদ্রেদা।

মিকুপ পুংজা খুদিংমক ইঙোতোম্বগী বাখলদা নীং-মাং চিংনা বাঁজে। ফমুংদা লোংনা হিপ্নগা ইঙোতোম্বগী বাখল খন্ন-খন্না পিরাংনা চোৎলবা মায়থোংনা মানা অমুক্তং লাক্লগদি হায়বা বাখলদা বানা-চাক্না খাংজরম্বীদো কনানসু খঙবীদনা অহীং মমৈদুদা মদোম চিক্না ফমুংদা তুমখুল তানখ্রে।

নোংঙাল্লগা খরা ফগদ্রা খল্লুবনি। নোং ঙাল্লগা হেন্না বারে। ঙরাং নুমিদাং কপ্পুবগী মমায়সু পোমলে। মিংশেল মমাংদা লেপ্পুই। অদুক ফজবা শকফমদুবু য়েংলগা মতোমতা শাউরকই। "ও! ঐগী শকসিবু কয়াম ফজবা শক্নো? মসিগী শকফমসিদা মখোয়না ঐবু কল্লক্তুনা লম্বীদগী ফারিবনিকো! মসিনা ঐগী য়েক্লবা

ওইহনবীখিবা। অদু ঐগী ফজবী মায়শি ঈহিং-নাইহিং শানা ঐগী খুজিনসিনা খোগাইরবদি ঐ শোয়দনা শকথীবী হায়বদুগী মিংথোল ফংগনি। ঐগী থীরবা, য়েংবা নুঙাইত্রবা মায়থোং উরগা ঐবু মীনা নুংশিবীরোই, ঐগী বা কনানসু তাবী নীংলোই, ঐনা পায়বা পোৎ মীনা চাবীনীংলোই। অদু, মীগীদমক্তি, পাপিশিংদুগীদমক্তদি ঐ শকথীবী ওইখিবা পাম্মুদ্রে। অদুবু, তামো ইঙোতোম্বগী নুংশিবা মিৎয়েং বাঙাংদুগী মফমদদি ঐ শকথিবী করম্না ওইগনি? মানা ঐবু থোঙ্গালদগী য়েংলম্বদুসু ঐগী ফজবা মায়থোংসিদা য়েংলম্বনি। মানা ঐগী শক খঙবীখিবসু ঐগী ফজবা শক অসিদনি। ঐগী মায়থোংগী ফজবা মাংখ্রগদি মানা অমুক ঐগী মিৎয়েংগী মাংদা লেপ্পীয়ু হায়বা য়াগদবা মান্দে। মাগী মিৎয়েং ঐঙোন্দগী শোয়দনা হোংখিগনি। ঐ মাগীদমক, তামো ইঙোতোম্বগীদমক শক থীবী অমা ওইনীংদে।

কয়াদা বাজরিবা, কয়াদা চমজরিবা ইনখৎলকপী নুপী-জা ওইবী অমগী বাখলনো? অদুবু সমাজসিনা মাবু করম্না উবীরি? মানা থৌদোক্তু নংলমদবা থোক্রবদি মাগী বাখল, মাগী থম্মোইনা কয়াদা নাপল তৌনা পুক্লিং মকা-লাম্না অহাউবা অমা চাবদা, নোক্লিংবা অমা লৈবদা মনাক্তা কনা লৈ, ইমাগী, ইপাগী, ইবুংগী অমত্তা খল্লুদনা নীং-তম্না নোকচরমগদবনি। অদুবু ঙসিদি থৌদোক্তুনা মরম ওইরগা মানা খজিক্তং নোকপদা মরাল চাম্মা লংশিল্লুরবা মীশক অমনা নোকপগুম,- ইকাই খংদবীগুম ঙাংবীরিবা, উবীরিবসিনা করিগীনো? মসি কনানা থোকহনবনো? সমাজসিবু ঙাকপী শেনবীগদবা ঙসিগী সরকারসিনা মচন-মচে, -মচাশিংগী অসিগুম্বা ইনখৎলকপা মতমগী কামগী ওইবা বাখলবু লাকশিনবীগদবা, নীংথিনা থৌরিমক্লা শা-ষনগুম্না পুল্লুদ্রগসু শম্বল অমগী মনুংদা ঙাক-শেনবীগদবা মখোয়না মথৌ নীংথিনা তৌদবদগী থোক্রকপা থৌদোক নত্তব্রা? শকহেনবীগা মান্নবা দষা নংলুরবী, নৌরিবী নুপীজা ওইবী কয়া অমা অত্মাঘাট তৌদুনা শিখ্রে; কয়া অমনা মীরক-মীচনথি ওইদুনা হরাউ-কুম্মে, কে-মৌবা, চাকচা-হৈজানবা অমত্তা য়াওদনা হিংবগী অর্থ য়াওদনা মাগী বসন্ত লোইখিবা ঙাইরি। সমাজসিগী মী মরক্তা অসিগুম্বা অবাবা দষা অমা নংলুবগী নীংবা কায়রিঙে হেন্না বাবা কোমদা চিংথবীগদবগী শাদোং চাবা থম্মোই চেনবা কয়া অমসু ময়ায়-কাবা হিদাক থকচিল্লগা তাৎকী লাং থাক্লুনা অসিগুম্বা ফজবা শক্লা হকচাংগী য়েক্লবা ওইরবী খোংগুলদা তারুরবী কয়াবু থোংগালদা লেপ্পুনা

খুজেং পায়গদবগী ঙাইহরি; হেন্না শাথিবা কোম অমদা নমদুনা অমুক্তং চিংথবীগে খল্লি। মসিনা কনানা ঙাকপী শেনবীগনি? লৈরাইদা লেপ্পস্বদগী খোঙফম শোয়দুনা তাশিনখ্রবা মহাক অদুনা খুৎ পায়ফমসু লৈত, কাখৎপসু ঙমদবা কোম মনুংদা পুন্সি পিখন্নবা তারদরা? মমা-মপা, মবুং-মপ্পাশিংনা অসিগুম্বা মরাইবক্না তম্বদগী খুদোংথিবা নংলুরবী কয়াসিবু নুংশিনা, লুনা-চান্না তৌবীদ্রগদি মখোয়দি করি ওইগনি?

শকহেনবীদো খরা শাফগদরা খন্দুনা মাগী লৈকায় ৱাংমা লান্না মন্দোমচাগী মনাক্তা নোংমৈবুংদগী খরা লাপ্পা কোংবদা লৈহল্লিবনি। কপ্পতনা অহীং-নুংথিল অনীমক্তা চাউ-থকউ য়ারক্কুবা মাগী মতৌদুদা মমা-ইন্দুমুখিনা মনাও-নুপী রাধেগা তান্নবদা রাধেনা মানা থোকপা তৌরগে ইচাগী করি ৱাথলি ঈন্দোমচা লৈরি হায়দুনা থেমদুনা পুরকপনি। হু চাদুনা নত্রগা থৌরি য়ান্দুনা শিরগদ্রা খন্দুনা মমাসু খোঙকাপ অমত্তা য়ুমদগী চৎথোকপা ঙম্লমদ্রবনি।

মন্দোমচা রাধেদু মচানুপী শকহেনবীনা নহান ইঙোতোম্বা লাক্লম্বদগী খঙহৌদনা হোংলকপগুম তৌরিবা মচাগী ৱাখলদুদা হরাউজবা পোকই।

অশোমদা ইঙোতোম্বসু মতম কুইনা কাউরুরবা মতম অমদা মানা বারুনী কাবা নুমিত্তা গৌরনাগর য়ৌদুনা ঙাইহাক পোথানরবা তুংদা লৈচাক হোৎপীদগী অঙম্বা কাখৎলকপা মতমদা মমাংদা নুপীমচা অনীখক লৈকায়গী মপ্পাশিং খরগা অঙম্বদু কন্না কাখৎনরকপদা মচিন তুম্বা চৈ অমনা শকহেনবীগী খুবোমগী অথোৎপা জগাদুদা থিন্দুনা খরা থীনা শোকপদুদা নারক্কুনা য়েংলুবদা ঈ ঙাংশং ঙাংনা থোক্লম্লে। ইঙোতোম্বনা মখোয় খরা য়োমশিন্দুনা লৈবদুদা করি তৌবা য়াওরে হংলুবনি। শকহেনবীগী মখোঙদা টৌর্চলাইট কাপ্তুনা য়েংলুবদা ঈ থোকপদু উরে। ইঙোতোম্বনা হায়রকই ঃ- "ঙাইখো! ঐঙোন্দা ফার্স্ট এটকী পোৎলম শুনা য়াওরি"। মমান্নবা কাস্তগা পুন্না মাগী বেগ হাংদোকতুনা হিদাক মচল অমদি বেন্দেজ লৌথোরকই। ইঙোতোম্বনা শকহেনবীগী খুবোমগী অশোকপা মফমদু লশিংদা স্পিরিট খর লুপ্পগা শেংনা তৈথোকপীরে। অদুগা হিদাক খরা লশিংদা তৈরগা অশোকপা মফমদুদা নপীশল্লগা বেন্দেজনা পুনবনা ফরনি হায়দুনা নীংথিনা পুনবীরগা অমুক মখোয় অনীসু নুপীমচাশিং অমদি মৌপ্পা অনীদুগা খোঙবু ওইমিন্নদুনা চীঙ কাম্মিন্নরে।

লম্বীদা পোখাদুনা অয়াওবা চান-থক্লবা খরসু পুথোক্তুনা চামিন্নরে। অবা-পোথাবগী ঙাইহাক ফন্নিঙৈদা ইঙোতোম্বনা হংই ঃ-"নখোয়বু করি লৈকায়দৈনো"? অঙাং নুপামচা অমনা তামো! "ঐখোয় নোংমৈবুংদগীনি, অনীসিনা ঐখোয়গী ইচে ঙাক্তনি। ঐখোয় ইচিল-ইপ্পা ঙাক্তনি। তামোদি করি লৈকায়দগীনো?"

ইঙোতোম্বনা ঃ "ঐখোয় অনীদি শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তগীনি। মখা তানা, নখোয়গী লৈকায় খঙলবনিনা মিংসু য়াওনা খঙনীংই হায়বদুদা অঙাংদুনা খুন্নকই, ঐগী মিংনা নাওবা, মাগীনা ইমোচা, ইচেগীনা শকহেনবী, ঐখোয় ইচে বালাগী না বালা। অঙাংদুনা পুকচেল ইতিং-তিংনা লোইনা তাকথোক্লবদুদা মচে শকহেনবীনা মপ্পাগী মকোক্তা লাম্লগা কিম্না শোল্লপ থিল্লি। মৌপ্পা নাওবনা ঃ- "অয়ো! তামোনা ঙসাই নংগী নখোঙদা হিদাক হাপ্লীদুনা বেন্দেজ পুনবীবদু নংগী নমিং তাকপদা ইকাইব্রা?" মচেনা ইকাইজদুনা ঃ- "মসিগী অঙাংসিদি" হায়না ইকাইবা খাঙই। ময়ামদু মখোয় অনীগী মতৌদুদা নোকই।

ইঙোতোম্বনা ঃ "করিগীনো মিং য়াম্না খঙহন্নীংদবগী ব্রারা?"

শকহেনবী ঃ "অদুই ব্রা নত্তেদা!"

মাসু মৌপ্পানা হায়রিবশিংদু লোইনমক য়ানীংলিবনি। অদুদা নুপীজা ওইবীশিংগী পাম্মুজবা অমা লৈবদুনা অমুক্তা লোইনা তাকথোক্লবদুদা ইকাইজবা, ওইনজবা পামজবা থম্মোই অমা তোঙান্না য়াওরিবদুনা ময়াম মমাংদা হায়দোকপবুদি মখোয় অনীদা নোংমা অচিকপা কনা খঙদবা মফম অমদা তপ্না-ইংনা পুক্লিং থৌদুনা হংবা কান্দা য়াম্না পাম্মুনা হায়জনীংবদো।

হন্দকমুক্তি নাওবনা মচেগী মনাক্তগী খরা চৎথোক্লগা ঃ- "ঐখোয় ইচেদি তামোগী মিং খঙনীংলমগনি অমুক্কা হায়রুরে। ময়ামদু অমুকসু নোকই, কুন্দো মচা অমদুম ওইরে।

ইঙোতোম্বনা ফরেনে, ঐসু তাক্কে কৈদৌরগে হায়রগা ঐগী মিংদি-ইঙোতোম্বা কৌই। শকহেনবী ইঙোতোম্বগী মিংদু থম্মোইদা ইশিনবগুম তৌখ্রে। পুন্সিদা অমুক কাউগদবা মান্দ্রে। মানা ইঙোতোম্বগী মিং খঙনীংবদি ঙসাই মাগী

মখোঙদা চৈনা থিন্দুনা শোকপদা ইঙোতোম্বনা মাগী মখোঙ পায়দুনা হিদাক তৈবা, বেন্দেজ পুনবদগী হৌখ্রবনি। মদুনা মাগী ৰাখলদা মশুং-মমান্নবা, নীপা, পাখঙ, ইনখৎলকপা, মশক-মতৌসু ফজবা অমনা অমম্বা অহীংদুদা মশাদা লম্বীদা অশোক-অপন নংবা মতমদা তম্বা ঙমদে খন্দুনা অশোক-অপন থোকপা কনাগীদমক খল্লগা পুকচেল চাউনা মতেং পাংনবা পুরক্লিবা ফার্স্ট এটকী মচলশিংদু খল্লুবদা মাবু নুংশিবগী মমিসু থম্মোই আ... মনুং য়ৌনা চংখিদুনা ঐনা করম্বা মতমদা করিগুম্বা তাঞ্জা অমদা মাগী মতেং অমুক্তং পাংজবা ফংগনি খঞ্জখিবনি।

ঙসিদি ইঙোতোম্বা ৰাখল-মতেক মতেক্লা লৈশিনখিবা পয়াগী পরে অমুক হন্দোকপগুম, হৌখ্রবা মতম অমগী বারুনীগী অহীংদুদা শকহেনবী অমদি মাগী কাংবুগা থেংনখিবা মানা মতেং পাংখিবা কয়াদু অমত্তা চিৎথদনা নীংশিংলক্লি।

অমুকসু নোং খরা-খরা ঙাম্নোরকপা মতমদা অহানবা উনবা চেংলৌ শকতমশিংদু অমম্বদা মৈগী মঙালদা মরক-মরক্তা শেংফাত্তনা উরম্বদু নুমিৎকী মঙালনা থুনা-য়াংনা ঙানথোরকপা মতমদুদদি পুক্লিংশিংদুদা ইকাইবগুম ৰাখল মওল-মওলনি। চীংগী অঙম্বা কুমথবদা ইঙোতোম্বনা শকহেনবীগী মখুৎ পায়দুনা চেৎনা শেন্নরম্বদো নোং ঙানথোরকপসিদা থোইনা হেন্না ইকাইজবা ফাওরক্নুনা মরক-মরক্তা অমুক মুক থাদোক্লবা হৌরক্লে। অদুবু পায়রম্বদগী থাদোক্লমদাইদা থাদোক্লিংদবা ৰাখল অমা ফাওরক্লিবসিনা কদোমদগীনো? ইঙোতোম্বনা মাগী তাবেল পীদুনা শকহেনবীগী মকোক্তু খুমহল্লি। লেপ্তুনা কুমথরকপনা চীংখোঙদি য়ৌরে। চীংখোঙ য়ৌরবনিনা খুৎ শন্নদুনা চৎলম্বদু থাদোক্লবা তারক্লে। অসুম লাকপনা তুরেল খোংবাল য়ৌদুনা খোঙ-খুৎ মায়-মিৎ তাথোক্লবা তুরেল লৈরাইদা কুমথরগা খোঙ খুৎ হামদোক্লুরে। শকহেনবীগী ঙরাং পুনখিবা বেন্দেজদু য়াওরমদ্রে। ইঙোতোম্বনা হংই ঃ- "মেম্মা! অশোকপদু করিসু তৌদ্রব্রা? শকহেনবীদু ইকাইজরম্মী, "করিসু তৌদ্রে খুম্মী"। ইঙোতোম্বা ঃ- "বেন্দেজদুবু য়াওরিব্রা?"

শাকহেনবী ঃ "য়াওদ্রে হায়রগা নোকই।

ইঙোতোম্বা মাগী বেগ হাংদোক্লুনা বেন্দ এদ অমা লৌথোক্লগা; "সি ওইনা নপশিন্নো!"

শকহেনবী ঃ "য়ারনীদা, য়ুমদা ওইনা তৌরুরগে"।

ইঙোতোম্বা ঃ "সেপটিক ওইরগা নুঙাইরোই, সে! ঐ নপ্পীরগে, হায়রগা নমদুনা মাগী হিগোক ফনেক্তু খজিক্তং চিংখৎহল্লগা ইঙোতোম্বনা বেন্দ এদতু নপ্পীরে!"

শকহেনবী ঃ "তামোগী লম্মন য়াম্না তোনশিল্লেকো!"

অসুন্না হৌগ্রবা কাউঙমদ্রবা থৌদোক মচাশিংদু অমমমতা ওইনা নীংশিলুরি। অদুনসু ওইরম্বা তাই-ইঙোতোম্বনা বাবুচাউবখোয়গী য়ুমদা চৎলুবদা শকহেনবীনা হাথু-হাথু চা লোল্লকখিবা মতমদা মাগী হিগোক ফনেক অমা হোংদোক্লগা মদু শেৎলগা থোক্লকখিবা! অদু ঐদি মানা ঐবু শক খঙদে হায়রকপদুদা মাগী মখোঙদা ঐনা মতমদুদা বারুনিগী অহীংদা ঈ থোকখিবা জগাদুগী দাগতুদি কাউদুনা য়েংলকখিদে। ঙসি চৎপদদি ঐ মদু হান্না হৃান্দুনা য়েংলগা মাগী মীনম্বা বাহৈ ঐবু শক খঙদে হায়খিবদুমদি ফারগে। অদুবু মাগী খুবোমদু য়ৌনা উনবা মানা ঐগী ইমাংদা মাগী ফনেক্তু...? মসিমদি য়াম্না লুরিবা বাখলনি, ঐ শোয়দনা মায় পাক্কদবা মান্দে।

অদুবু অমম্বা অহীংদুদা মাগী ঙৌরবা, থোৎলবা খুবোমদুদা টোর্চলাইটকী মঙালদুদা হিগোক ফনেক্কী মপালদুনা খরা চিংখৎলগা মাগী মখুৎ অনীদুনা চেৎনা পায়শিন্দুনা অনাবা খাংখিবা! ঐনা মাগী মখোঙ শোক্লমদাইদা থম্মোইদা ফাওখিবা বাখল! মানা য়াম্না কিজবা মান্না মখোঙ পায়বদুদা খাংজখিবা ইকাইবা। করিগীসু ইকাইদনি, কিদনি, চিংনদনি, ঐদি মতমদুদা লম্বীদা অহানবা থেংনবদা ঙাইরিবা লম্বীগী মফম খঙদবা লমলানবনি।

করম্নসু চৈদুসু অদুক পাম্মুনা শেন্নজরিবা মীনা উখিনি ইকাইজরিবা ঙৌরোক ঙৌবা নুজাগী থোৎলবী খুবোমদুদা কয়াদা পামজনা থিনবীরুরিবা! মাসু য়াওনা শকহেনবীগী খুবোমদুবু মিতারুবনরা?

হয়েংদি চৎলগনি হায়বা নুমিত্তু ঙসি য়ৌরক্লে। হয়েংদি তাং ১৫ নি। ইঙোতোম্বা ঙসিদি য়াম্না কেরে, পাউদরকাদু খরা থাজিল্লি; মশমদা থাউ মনমনুংশিবী তৈশিল্লি; ফুরিত্তা এসেন্স খরসু চাইশিল্লি। মাগী গাড়ীদু লাইবক কৎলগা কোংবা তান্না বাখল অমদা শকহেনবী উনগনি খন্না থৌরকই। হান্না অমুক চৎলুরবনিনা ঙসিদি য়ুমদুদা শকহেনবীদু লৈরম্লবদি ফনিদা খন্না ইঙোতোম্বা মোন্দা

নুংঙাইনা লাকচবনি। বাবুচাউবখোইগী লৈরক মচিন্দা কোনা অমা লৈবদুদা নীপামচা অনীখক মোটোরসাইকল অমদা পুন্না তোংদুনা হায়ফেৎ কন্না থৌদোরকই। মোটোরসাইকলদুগা ইঙোতোম্বগী গাড়ীদুগা থেংজিন্নদুনা ইঙোতোম্বগী গাড়ী তুদুনা খুদাংদা গাড়ীগী ব্রেক্কী য়োৎনা খোৎতুনা খরা তৎলে। ফুরিৎসু উফুল, থাউথি খরা চুরে। লৈরক্তা মী খরা লাংবদুদা করি তৌবা য়াওরবনো হায়দুনা শকহেনবী থোঙ্গাল ফাওবা থোরকই। লাপ্তক্না উরে, ইঙোতোম্বদু লেপ্তুনা লৈ। ও! মা গাড়ী থেংজিন্নরবোইরে, কয়াম থীনা শোক্লিগবা? নুংশো থীজে, মশাদু পুন্নাং লাংই।

ইঙোতোম্বা ইকাই-ইকাই মাগী গাড়ীদু ইল্লগা বাবুচাউবখোয়গী থোঙ্গালদা ইনশিল্লকই। ঙসিসু শকহেনবী নত্তনা কনা অমত্তা য়ুমদুদা লৈরমদে। শকহেনবীনা তথক-তথক ডারি মপান্দা হঙ্গামপাল মোইরাংফি চনবা ফি-মতেক অমা ইন্দুনা নীংথিরবী মায়থোংদা চনদোল ফজনা থিন্দুনা য়াম্না চন্না কেনা লৈরম্বদো উরুবদা ইঙোতোম্বা গাড়ী থেঙ্গাইনবদা শোকখিবগী অনাবগা লোইনা কাউখিবগুম তৌরে। শকহেনবী ঙসিদি খোঞ্জেল থোক্লক্লে:- "তামো কয়াম থীনা শোক্লে?" ইঙোতোম্বাঃ- "নখোয়গী মমাংগী কোনাসিদা উহৌদদুনা মখোয়সু কন্না থৌরকপদুদা শোয়দুনা গাড়ী থেংজিন্নরুরে।"

শকহেনবী : "তামো! ফি কাদু লোইনামোৎলে; ঈসু খরা চুরমাল্লে; ফুরিৎ লৌথোক্লগা হিদাক খরা তৈশিরা" হায়রল্লগা শকহেনবী ইমুংদা হিদাক থীবা চংখি। ইমুংদগী হিদাক হাপ্পা বোক্স অমা পায়রগা থোরকই।

ইঙোতোম্বা : "য়ানিদা! য়ুমদা ওইনা তৈরুরগে? ইমানা হাপকনি হায়বা মরুপ বাবুচাউবগী পোত্তুবু?"

শকহেনবী : "ইন্দোমচাসু লাক্লনি, লৈকায়গী মিটিং অমা চৎখিবনি, তামো লাকঅদি ফমহল্লম্মু হায়রম্বনি, ঐ চা কাসু লোনখিগে?"

ইঙোতোম্বা : "চাদি থক্লসু য়ারেদা!"

শকহেনবী : "ঐনা লোনবা চা থকপীনীংদবগী বারা?" ওইনবগুম তৌরকপদুদা

ইঙোতোম্বা : "ইচন্নদি ঐবু শক ফাওবা খঙবীরম্নদবদুদা?"

শকহেনবী : "তামো! অতৈ লাইব্রি, অশোকপদু হিদাক খিত্তা তৈজগে? ফুরিৎতু খিত্তা তাখৎপীয়ু!"

ইঙোতোম্বা ফুরিৎ খুদাংগী কুদাম লৌথোক্তুনা ফুরিৎতো খরা তাখথলি। ফনা থীনা শাংনা হুবাৎলমলে। শকহেনবীনা স্পিরিৎ খরা লশিংদা লুপ্লগা মফমদু থুংনবা নপথোকই। হিদাক খরা লশিংদা তৈরগা-অশোকপদু থুংনা তৈবীরে।

ইঙোতোম্বা বারুনিগী অহীংদা মানা শকহেনবীগী মখোঙদা শোকপদা তৌখিবা শেবাদু নীংশিংলকই। হায়রকই :- "ঐ থৌদোক অমা নীংশিংলকপগুম তৌরক্লে।"

শকহেনবী : "করম্বা থৌদোক্নো তামো?"

ইঙোতোম্বাঃ "শকহেনবী! নং হায়য়ু! তশেংনা নংবু থৌদোক্তু কাউরব্রা?"

শকহেনবী : "করম্বা থৌদোক্নো তামো"? (মখুত্তু মফম অমদা হঞ্জিন-হঞ্জিন হিদাক্তু তৈদুনা লৈরে।)

ইঙোতোম্বাঃ "বারুনিগী অহীংগী থৌদোক্কো"?

শকহেনবী হিদাক য়াওবা বোম্বতু লৈবাক্তা থম্লম্লগা কপ্লগা ইমুংদা চেনশিনখ্রে। মী অমত্তা লৈতবা ইমুংদুদা মানা ইঙোতোম্বগী মফমদা করম্না ওইনজগদগে খংলক্তদুনা হৌখিবা থৌদোক কয়া মথং-মথং নীংশিংলম্বদগী মরক্তা শাগী লমচৎনা মাগী থম্মোইদা শোকহনখিবা থৌদোক্তু য়ৌশিল্লকপদগী পুক্লিংদা ইঙোতোম্ববু মাগী ওইজবা ফংলরোইদ্রা খল্লদুনা মখোল থোক্লা কপ্লগা ইমুংদা লৈখ্রে। মা মপাল থোক্রক্ত্রে ।

ইঙোতোম্বনা খল্লি, "করিনো, মানা বারুনিগী অহীংগী বাফম পল্লুরগা কপ্লগা ইমুংদা চংখ্রিবসিবো"? ঐনা মাবু অশুক শাংলবা মতমসিদা নোংমতা হংবা লাকখিদে, মানা ঐবু থম্মোই শেংনা নুংশিজরগা ঐনা মাবু মীরাইবীরে হায়রিব্রা?

ইঙোতোম্বা তৌফম খঙদদুনা খোঞ্জেল থোক্লা কৌরকই :- "শকহেনবী! ঐ লাক্লে, নংনা ঐবু শক খঙদে হায়বদুসু ঐ য়ারগে, বারুনিগী অহীংগী বারীদুসু মখা তানা লিররোই, থম্মোইদা অসুম লৈজরসনু! অদুবু বারী মখাদু তাবীনীংগদবা মীশক অমদি লৈখিবনি; ঐনা মাগী অমম্বা অহীংদুদা উখিবা টোর্চ লাইট মঙালদা

লংনা তাখিবা তবারবী ঙৌরোক ঙৌবা খুবোমদুদা পুনখিবা বেন্দেজদুদা ঐগী খুৎকী মমিসু য়াওখিবনি।" অদু হায়রুবদগী শকহেবী কপ্পগী খোঞ্জেল হেন্না হৌগৎলক্লে। ইঙোতোম্বসু মখা তারকই ঃ- "ঐ মাগী মখোঙদা মতমদুদা শোকখিবা মফমদুগী দাগতু অমুক্তং য়েংগে খন্না লাকপনি, উদনা হনবা তারমাম্লে।" শকহেনবীনা খল্লি, "ও! তামো ইঙোতোম্বনা থম্মোই শেংনা ঐবু নুংশিবীরি, ঐগী খোঙদা শোকখিবা দাগফমদুসু মানা য়েংনীংলি, ঐ করম্না উৎকনি ? মানা ঐগী খোঙগী অশোকপা দাগফমসি য়েংবদা থম্মোইগী দাগফম অচৌবসিমসু উবীবা ঙমগদ্রা ? থাজদে"। মপি শেংনা তৈথোক্লগা অমুক তপ্না-তপ্না থোরক্লে। মায়গী চন্দোলসু মচেৎ-মচেৎ কোক্লে; মিৎ অনীসু ইঙাং-ঙাংলে, খজাই অনীদুদি তঙাং-তঙাং অদুম য়েংবা নুঙাইরি। ফজবা হায়বসিগী তোঙানবা শুন কয়া-কয়ানি। মখোয়গী মওং-মতৌদুতবু থারগা ইনীংই। মশম খরা ইফা-ফানা মমায়দা তারক্লিবদুনসু হেন্না পকচবগুম, মাগীদমক কপ্পুবনি খল্লগা য়েংজরিবা ইঙোতোম্বগী মফমদদি শকহেনবীগী অনৌবা কপ্পুবগী, ওইনবগী মায়থোংদুনা হেন্না য়েংবা নুঙাইবগুম, তৌরে।

শকহেনবী থোংবাদা পায়রগা ঙাদুনা ইঙোতোম্বদা নুংশিবা, পামজবা মিথয়েংনা য়েংলগা তপ্না অমুক হায়রকই ঃ- "তামো! ফুরিত্তো লৌথোকপীরো! নচন শুরগা থমজরমগে, মথংগী থোরকপদা শিন্নজগে, ঐখোয় দাদাগী উপুদা ফুরিৎ অশুবা ইস্ত্রি তকপা য়াওরি, অমা ওইনা লিৎপীব্রো! ঐ লৌথোকচরুগে! অমোৎপা, ঈ তৈরবা ফুরিত্তো লিৎপীব্রনু! ঐ তামোগী মফমদা মায়থিরে, ঐনা তামোবু শক খঙদে হায়রুবদুনা মরম ওইরগা ঐগী থম্মোইবু ইমোমতা লৈতাফম খঙহঞ্জদ্রে। মশাগী খোঙদা মশানা শীংজংনা য়ানশিনজে হায়বগুম, থোক্লে। করিগী তামোবু খঙদনি, তামোনা ঐবু অহীংদুদা ইতেং পাংবীখিবা, করম্বা নুমিৎ-থাদা তামোগী মান্নবা শেবা অমুক্তং তৌজগে খন্না ঙাইজরকপনি। ঙসিদি ঈশ্বরনা ইবুংবু ইনাক্তা পুশিনবীরক্নুনা তাঙাদু পীবীররে। নচন্না করি করম্বা শেবানা ইবুংবু পেলহনগদবনো খঙজদবগী হৈজদদুনা পুক্লিংসে নুংশিরক্নুনা কপচবনি। ইবুংবু বারৌজবা নথচদে। মবুং বাবুচাউবগী কাদা চংলগা উপু হাংলগা ফুরিৎ ইস্ত্রি তকপা অমা লৌথোক্লগা থোরক্লে। ইঙোতোম্বা য়ানিদা, য়ানিদা হায়না-হায়না শকহেনবীগী চকৃদগী মাগী ফুরিৎতু লৌথোক্লগা বাবুচাউবগী ফুরিত্তু ওইনা লিৎশিল্লে। মাগী লৌথোকপা ফুরিৎতুনা শকহেনবীনা ইমুংদা পুশিল্লগা নাতোন্দা

লোম্না থাংগত্তুনা মনম নম্নুববু ঙসাই ইঙোতোম্বনা চৎলমদাইদা তৈখিবা পাউদর, এসেন্সকী মনম লোইনা য়াওরম্নবোই নুংশিমন্দুনা শকহেনবীনা ফুরিত্তু মথাদা কোনশিনজে। তপ্না অমুক থোরক্লগা চা লোনখিগে তামো! ইন্দোমচাসু লাক্লনি। চা লোম্না-লোম্না অমুক বাখল তৌদুনা লৈরুরে।

মখোয় অনীতা ঙাইদুনা ঙাইহাক মনীং-তম্না বারী শাজরম্বদু থম্মোইগী বা শুনা ফোংদোক্লদ্রিঙেদা মন্দোমচা রাধে অমুক লাক্লে। ইঙোতোম্বা মাংগোলদা ফম্বা উবদা রাধেনা ঃ- "হায়মা! ইচা লাক্লম্লেদনা! লৈকায়গী মিটিংনি হায়দুনা চৎলুবনি, ইচাদি হয়েং শোয়দনা চংবা তারেনে? ঐসু নংগী মরুপকী পোৎ খরা য়োম্লগা নচন্দা শিন্নরম্বনি ইবুঙোদি কয়াম কুইরে য়ৌরকপা?

ইঙোতোম্বা ঃ "য়ৌরকপদা ঙাইজরি ইমা!"

রাধে ঃ "চা কাদি থক্লব্রা? "ইবেম্মা! শকহেনবী!" কৌই।

শকহেনবী ঃ "ইন্দোমচা, ঐ চা লোল্লিয়ে!"

রাধে ঃ "ফরে, ফরে, খরা হাউনা লোল্লকউ!"

শকহেনবী চা লোনবা লোইদুনা পুথোরক্লগা চানবা বীসকুট খরগা টেবলদা ইঙোতোম্বগী মমাংদা থম্লগা ঃ- "তামো! চা থকশি!" হায়রম্লগা ইমুংদা চংখ্রে। থোং মরুমদা মন্দোমচাগা-ইঙোতোম্বগা করি ঙাংনবা তানীংদুনা ঙাইহাক্তুং লৈ। ইঙোতোম্বনা হায়রকই ঃ- "ইমা ঐদি শকহেনবীগা হান্না খঙনখিবা ওইরম্লে।"

রাধে ঃ "ঐমা! কমদৌনা খঙনরুরিবা?"

ইঙোতোম্বা ঃ- "চহী অনীরোমগী মমাংদনি, ঐ বারুনি কাবা চৎপনি। লম্বীদা শকহেনবীগী মখোঙদা চৈ মচিল তুম্বা অমনা থিন্দুনা ঈ থোক্লুনা লৈরম্বনি। নুমিত্তু ঐদি করিশুম্বা চীংদা জঙ্গলদা অমম্বদা চৎপনিনা তম্বা ঙমদে হায়দুনা হিদাক অশোক-অপন থোকপদা তৈনবা পুরগা চৎপদুদা মাগী অশোকপদু ঐগী হিদাক্তু তৈরগা বেন্দেজ পুনখিবদগী খঙনখিবনি। মাদি নহান লাকপদুদা ঐনা হংবদা খঙদে হায়হৌবনি। অদুবু ঙসিদি মা নীংশিংলক্লমাল্লে"। শকহেনবীদু ইঙোতোম্বনা মন্দোমচাদা তল্লিবা বারীদু তারুরগা মাগী পুক্লিংদো হেম্না-হেম্না নৌথোরক্লে। মখা তানা ইঙোতোম্বনা ঃ- "ইমা! শকহেনবীবু লাইরিক তমদ্রব্রা"?

রাধে : "বীঃ এঃ অনীশুবা লাল্লগা অরোইবা কাব্য হৌরকপদা ইতৈদু (শকহেনবীবু পোকপা) কল্লা নাবদগী হোসপিটালদা মতম খরা লৈদুনা শেবা তৌরিঙেদা বীঃ এঃ অরোইবদি থাহোইদ্রে। ইতৈদুসু লৈখিদ্রে। হন্দক বীঃ এঃ অরোইবা থাহল্লগে। মাগী য়ুমদি নোংমৈবুংদনি, ইচেনা পোকপনি। ঐখোয়গীদা মাগী লুহোং-খোংদোং লোইনা তৌবীরগে খল্লি ইমানা"।

খঙদে, মাগী বীঃ এঃ সিদং লোইরগা তান-চাবা নুপা অমত্তং থিরগা লুহোংবীরগে?

ইঙোতোম্বনা য়াম্না থুজিল্লকপগুম তৌবদুদা হায়রকই :- "ইমা মাবু এমঃ এঃ তমহনবদি করি কায়বগে?"

রাধে : "নুপীনা চাউরক-শাংলকপশে ইবুংঙো য়াম্না লুইনে, মাবু মীনা পাম্বীরিঙে, মশক-য়েংবা নুংঙাইরিঙেদা হোংবনা ফব্রা খল্লি ইমানা।"

ইঙোতোম্বা : "অদু মানা এমঃ এঃ পাশ তৌরগা মতিক- চাবা নীপা অমদা থাজবদা কায়গদ্রনে?"

রাধে : "নীপাবু হেক্তা ফংগদ্রনে ইবুংঙো?"

ইঙোতোম্বদু মবুক্লিংদা মানা মতম শাংনা ডাক্তর তল্লিঙেদা শকহেনবীনা অতোপ্পদা ময়ুম পানখিগদ্রা খল্লুরমাগ্রে হায়দোক্লগে খন্না :- "ইমা নচাখোয়সু লৈরিসিদি?" ৰাহৈদু হায়দ্রোকখ্রবা তুংদা মশাদু হুমাং অম্নগ্নী করক্তুনা রুমাল থিরকই, ফম্নম্বদগী ফুক হৌগৎলকই।

রাধেদু হুরাউবা মায়থোংনা মোমোন নোক্লগা :- "হা! ইচাবু ঐগী ইচাশিবু...?

ইঙোতোম্বা হৌগৎলগা রুমান্না মমায়গী হুমাংদু তৈথোক্লগা :- "ইমা! ঐ বাবুচাউবগা লুনা তিন্নজবনি, অদু অমুক য়ৌজরগে?"

শকহেনবীদো লুমদুনা তারম্বদো মবুক পেল্লমাগ্রে, লোম্না থোং মরুমদগী থোকখিদুনা মাগী কাদা চংলুরগা করিমত্তা তাহৌদবা শাদুনা অমুক মপান্দা থোরকই।

ইঙোতোম্বা ঃ "শকহেনবী! অমুক চৎলগে, হয়েংমুক থোক্লকপদা করি লৈরকউগে?" করিনো অপাম্বা অমত্তংদি হায়য়ুদনা? মন্দোমচাসু পাংশিন্নকই ঃ- "হায়য়ু, হায়য়ু ইচাশিদি নবুংনা নুংশিদুনা হংবীবনি।"

রাধে ঃ "ইহে! ইবুংঙো ঙাইহাক্তং ফমখো! ইমা থংনবা নয়াম্বগী য়ুমদগী নংগী মরুপ্‌কী ফদি ওইনবা খুদৈমচা অমত্তা লৌরুখিগে, নংগী মরুপ্না চিঠিদা হায়রক্পনি"।

মন্দোমচা রাধেদু মচা অহল পবিত্রগী য়ুমদা চংখ্রে।

ইঙোতোম্বা ঃ "শকহেনবী! খঙদে, ঐনা নখোয়গী ইন্দোমচাদা অরুবা ৱাফম অমদি ফোঙদোক্লম্বনিকো!"

শকহেনবী ঃ "করি অরুবা ৱাফম ওইবীরবনো তামো?"

ইঙোতোম্বা ঃ "ঐবু ইচিনসিনা নঙোন্দসু হায়রসিরা?"

শকহেনবী ঃ "হায়বীরো! তামো! ইন্দোমচা অমুক লাক্লনি!"

ইঙোতোম্বা ঃ "শকহেনবী! ঐ তশেংনা নংবু নুংশি"!

শকহেনবীদো মিৎকুপ খরা উন-ৱাইমুক চিক্লা তুমিন লৈখ্রে।

ইঙোতোম্বনা মখা তানা ঃ- "নংগী ৱাখলগী অশেংবা পাউখুমদি নখোয়গী ইন্দোমচাদসু ঐনা হংজখ্রবনি, অদু নংদি পাউখুমদু পীররোইদ্রা?"

শকহেনবী মন্দোমচা অমুক থোক্লক্লবদি হায়না পাখৎপা পোকচৈ। মাসু খুন্নকই ঃ- "তামো! ঐসু তামোবু ............। মা ৱাহৈদু মখা শমথবা ঙমদনা ফন্নবদগী হৌগৎলগা ইমুংদা চংগে তৌই।

মন্দোমচা রাধেদু অমুক খুদৈদু থুপ্ল-থুপ্লগা ৱাহৈ খরা ঙাং-ঙাংদুনা অমুক চংলকই।

ইঙোতোম্বা ঃ "নংগী ঐনা লৈরকদবা পোত্তুবু করি ওইনা লৈরকউ হায়রিনো?"

শকহেনবী ঃ "তামোনা নুংশিনা লৈবীরক্পা অমা অদুম য়ারেদা!"

ইঙোতোম্বা ঃ "ঐ চিঠি অমা ইরগা মরোলপুম্বা খংহল্লক্লগে!"

শকহেনবী ঃ "ঔ তামো!" হায়রন্নগা মন্দোমচা য়ৌশিল্লকপদুদা ইমুংদা চংলগা থোংবাদা অমুক লেপ্লগা য়েংদুনা লৈরে।

ইঙোতোম্বদা ঙসাই পীখিবা পোৎ ময়োমদুদা ফদি ওইনবা খুদৈ মচাদুমসু রাধেনা হাপচিনবীরে।

ইঙোতোম্বা ঃ "অদুদি ইমা নচা চৎচরে! য়ৌরো য়ৌরো ইবুংঙো!

ইঙোতোম্বা শকহেনবীনা থোংবাদা লেপহৌবদু অরোইবা ওইনা য়েংলগা শকহেনবী! ঐ অমুক চৎলুখিগে হায়রন্নগা থোকখ্রে। শকহেনবীসু ঔ! তামো হায়রগা অদুম লৈহৌরে।

মন্দোমচা রাধেনা ঃ- অশোই-অঙাম য়াওদনা য়ৌবগা চিঠি অমা হেক থারকউ! ফনি, ইমা!

ইঙোতোম্বদু হয়েং চৎলবদি মতম কুইনা উররোইদবনিনা শকহেনবীবু পামজরুবনা শকহেনবীবু মানা তশেংনা পাম্মী হায়বগী বাফম খরা বাবুচাউবগী মমাদা থম্মোই শেংনা নীপা থোক্লা হায়রম্বদুনা শকহেনবীনা মাগীদমক ঙাইরমগদ্রা খল্লুরগা নুংঙাইজে। শকহেনবীগী অশেংবা মমাংগী ইঙোতোম্বনা তাহৌদ্রবা লৈবাক-বাথোক ওইখ্রবা থৌদোক্তু তপ্না-তপ্না তারকলগনা কমদৌবা?

অসুন্না শকহেনবীনা পীরকপা মরুপ বাবুচাউবগী ফুরিত্তু লিৎলগা লাকপদুদা মশাদু ভুং-ভুং শাগৎপগুম তোই। মাগী শকহেনবীনা গুবীরগে হায়দুনা পীরম্লবা ফুরিত্তুগী মরমদসু অমুক খল্লুরি। ময়ুম য়ৌরে, মফি-মরোল হোংদোক্লগা ঙসাই এক্সিদেন্টতা শোকখিবা মফমদু য়েংই। শকহেনবীনা হিদাক তৈখিবা মানা থৌদোক অমা নীংশিংলক্রে হায়রুবদা শকহেনবীনা কপ্লগা ইমুংদা চেনশিনখিবদু নীংশিংলকই, শকহেনবীনা কপখিবগী মরমগী অর্থদি মখোয় অনীগী থম্মোইদা তোঙান-তোঙান্না হন্নখিবনা লম্বীদি ইমান মান্নদে। মানা খল্লি, "শকহেনবীনা মতম কুইনা মাগী মরমদা নোংমতসু নীংশিংলুদ্রগা হৌজিক্তদা হৌখ্রবা থৌদোক নীংশিংবীরুবগী কপ্পনি। অমরোমদা শকহেনবীনা মাগী লৈখা-তাবা মীনা তাবীনীংলোইদবা থৌদোক অমগীদমক খল্লুবদা কপ্পী।

অসুন্না নুমিৎতুসু হৌখিদুনা ইঙোতোম্বা ঙসিদি মাগী মহৈ তমফম হায়দ্রবাদকীদমক ইম্ফাল থাদোক্তুনা চৎখ্রে। শোমদা মন্দোমচা রাধেনা

শকহেনবীদা হংই ঃ- "ইবেম্মা! নংবু নংগী দাদাগী মমান্নবা ইঙোতোম্বগা হান্না খঙনখিবা লৈব্রা? শকহেনবী ঃ- নোংমা বারুনিগী অহীংদা ঐগী খুবোমদা চৈনা থিন্দুনা শোক্তুনা ঈ থোকপদা মানা হিদাক হাপ্পিদুনা, বেন্দেজ পুনবীখিবদগী খঙনীখবনি।

ঐদি কাউরুরবনি, অদুবু তামো ইঙোতোম্বনা অমুক বারী লিরকপদগী নীংশিংলকপনি।

রাধে ঃ "মানা ইন্দোমচাদা বাহৈ অমা ফোংদোক্রম্মী, নখোয় অনী হান্নসু খঙনখ্রে। মানা নংবু লাইরিক মখা তানা এমঃ এঃ ফাওবা তমথরগা হয়েং মতিক চাবা মী অমা ওইরবা কান্দা মাগা লুহোংনীংবগী বাবু হৌদোক্রম্মী"।

মন্দোমচাগী বাহৈশিংদুনা শকহেনবীবু অমুক নৌনা কপহল্লে। মমিৎ অনীদু পিরাংতনা পুমথুম থুমহৎখ্রে। মচানুপীগী মতৌ উবদা মন্দোমচা রাধেনা ঃ- "তোক্রো! ইচাশিদি কপকনু"। নংনা পামদবা থৌদোক্তুগীদমক অমুক খল্লুরগনু, মদু ইচানা নশানা য়ানা থোকখিবা থৌদোক নত্তে। নংগী অশেংবা থম্মোইগী পাউদম, ইঙোতোম্বনা শোয়দনা তাগনি, ইন্দোমচানা খনবদা মা মরিল লৈবা কিগন্দবা, ইচং-থৌবা নীপানি। মানা মমাগুম্বা ঐঙোন্দা নংবু লাইরিক মখা তমহল্লগা মহৈ ফজনা হৈরগা মতিক চাবী নুপী অমা ওইরগা মতিক চাবা নীপা অমগা লুহোংবগী বাফম হৌদোক্তুনা মদু মা মশানা ওইবদা অকায়বা লৈতে হায়রল্লিবদুনা তাকপদি মানা নংবু থম্মোই শেংনা পাম্মী, নুংশি হায়বদু ইচং-থৌনা ইমাংদা ফোংদোকলল্লবনি ইচাসিদি নবুকচেলদুদা লেপ্পু লাইনা তম্বা অমা লাকনি।"

শকহেনবীঃ "ইন্দোমচা তা-ইঙোতোম্বনা পুন্নমক্তু খংলক্লগা ঐবু বারৌবীরোইদ্রা?" মখোয়গী অহল-লম্মন্না য়াবীগদ্রা?"

রাধে ঃ "অহলশিংসু মরম অশেংবদু ফজনা খঙলগদি মখোয়সু মচা নীঙোল পোক্লরিবা ঙাক্লি করিগী য়াদনি" অসুন্না বারী ঙাইহাক শানরল্লগা মাগী ফি শাবা লোইদ্রিবা কোন মনাক্তা অমুক চংলগা মোন্দা খরা নুঙাইনা ফি শাগ্রে।

ইঙোতোম্বা হায়দ্রবাদ য়ৌদুনা মরুপ বাবুচাউবগা উনরে। বাবুচাউবখোয়গীদা চৎলুবা, গাড়ী থেংজিন্নবা, শকহেনবী উনবা, হান্না বারুনি কাবদা শকহেনবীগা

অহানবা উনখিবগী ৰারীনচিংবা লোইনা থৰায়-য়াওনা তম্বদু তারুরগা বাবুচাউবসু ভাব তারে। মদুদি ইঙোতোম্বনা শকহেনবীবু থম্মোই শেংনা পাম্লে। বাবুচাউবদু অং অংদগী হেন্না ৰা অমত্তা ঙাংলমদে। মানা ৰা অমত্তা খুমদবা অং অংতমক খুম্বদুদা ইঙোতোম্বনা ঃ- "ভায়! ঐগী ৰারীসিবু নংবু তানীংদবরা? ঐনা লিরিবা ৰারীসিদা নংনা শকহেনবীবু নংগী নচলনি হায়দুনা হায়হন্নীংদবগী ৰারা? নংগা পোকমিন্নবমক্তি নত্তবদুদা ঐগা নংগদি মরুপ্নি হায়দুনা ফোংদোক্লুবগী ৰানী।" বাবুচাউবা ঃ- "অদুইৰা নত্তে, ঐগী ইচলনুপীদো ঐনসু য়াম্না লুনা তৌজবনি। অদুদা...!" ইঙোতোম্বা ঃ- "অদুদা করি তৌরবা?"

বাবুচাউবা ঃ "মখোয়গী ইমুংনা হান্না হায়ন-শীংনবা অমা লৈবদুদা!"

ইঙোতোম্বা ঃ "অদু নীপাদুবু শকহেনবীনা তশেংনা পাম্বজাংলা?"

বাবুচাউবা ঃ "মানা পামদে, নীপাদুদা লৈবা ঙম্লোই হায়রুবগী খৎনদুনা ইমানা শকহেনবীবু ঐখোয়দা পুরক্লগা থম্লিবনি।"

ইঙোতোম্বা ঃ "অদু মরুপ নংগীদি নচন্নি মাবু ঐনা ডাক্তর তম্বা লোইদ্রিবা ফাওবদং মরুপখোয়গীদা থম্বীদুনা ঐগী নীংবশিংদদি থুংহনবীয়ুবা"! মাগা ঐগগী নরুবা মরী অমদি বারুনিগী শুক্লা মম্লবা অহীংদুদা মাগী মখোঙদা চৈনা থিনবদা ঈথোকপদা ঐনা টোর্চলাইট মঙালদা উখিবা মাগী ঙৌরবা খুবোম, খুবোমদুগী মথক্তা মানা শেংপা হিগোক ফনেক মপাল অঙাংবনা পীক্তক্লা চনবদুনা কুপখিবা, অশোকপা মফমদুদা ঐগী খুৎকী মমি তাখ্রবনি মরুপ। নংগী নচল ওইজরবসু ঐগীদি থৰায় ওইরিবীনি। ঐগী থৌদোকসিনা করিগুম্বা মরুপ্না ঐ ওইরমদুনা অদুগা ঐনা মরুপ ওইরমদুনা থোক্লিবা থৌদোকসিনা মরুপ্তা থোকপা ওইরম্লবদি ঐনা শোয়দনা মরুপকী মফমদা ঐগী ইচল পীরমগনি। হায়যু 'মরুপ! নংনা ঐগী নীংজবসি থুংহনবীবা ঙম্বীরোইদ্রা?"

বাবুচাউবা ঃ ফরে নংনা অদু য়ৌরবদি ঐগী মরাইবক থীরবী ইচলসিবু মাগী তুংগী পুন্সিদা নংনা মমিত্তা মপি তাগদবা থবক অমত্তা তৌরোই হায়না হান্না ৰাশকপা তাই!"

ইঙোতোম্বা : "ঐ ইমা-ইপা হাৎপা পাপ পুগে, ঐ শকহেনবীবু করিগুম্বদা ঐগী লোইনবী ওইরবা মতমদা মাবু ঐনা অব্বাবা পীরবা ঐ মরুপ্পা পীবীনীংবা দন্দিদু পীবীয়ু। ঐ ঐবু পোকপী ইমা অমদি ঐগী ইচল নুপীদসু ঐগী চান্নবী অমা কোংবদা লৈহৌরে, ঐগী মৌ নখোয়না থীবীগনু হায়রম্লবনি।"

বাবুচাউবা : "অদুদি ঐ ব্বারী অমা লিগে নং মুন্না তাও। ঐগী ইনেদা থোকখিবা থৌদোক্কী মরমদনি।" হৌজিকপুদি ইনেদু পুকচেল চাউবা নীপা অমা থোরক্লুনা ইনেবু লৌদুনা মচা অহম পোক্লুনা ব্বারীদু কাউনখ্রে। ঐগী ইনেদু মশক খরা ফজরকপা ঐখোয়গী লৈকায়দুদা মীনা খরা পান্নবজাৎনি। মাগা নুংশিনজবা, কোইনজবা নীপা অমসু লৈরম্মানে। নোংমা বজার চৎলুবা হল্লকপদা মতমদুগী গুন্দা তৌবা নীপা অহুম্না মশক ফজবদুদা ঙাওশিন্নদুনা লংনরকপা জাৎনি। ঐখোয়গী ইনেদুসু মহৌশাগী মচিং খরা ফওবদুদা খরা থীনা নীপাশিংদুবু চৈরুরমাম্লে। মখোয় অহুম চংদুনা ফারগা ঐগী ইনেগী ইজৎপু খোঙ্গোইনবীখি। নোংমা নীনী থীনরবা তুংদা থৌবালদা লম্বী অমদা হন্দোকপীরমদুনা পুলিসনা পুরক্লুনা য়ুম য়ৌরকখি। ইনেদু হু চাদুনা শিননবা কয়ারক হোৎনখি। মতমচুপ্পা মাবু মী অমদি শেন্নদুনা লৈখি। ঐগী ইমাদু অদুগুম্বা থেম্বদা পুক্লিং ফাধবীবদা য়াম্না হে হায়না মীনা ঙাংনৈ। ইনেগা নুংশিনজবা নীপাদুসু মাগী মরমদা অমুক নীশিংবীরকখিদ্রে। ঐখোয়গী ইমানা ইনেনা হায়বদগী ময়ুমদা ফাওবা চৎলুবনি। অদুবু মানা লোত্তুনা লৈখিবদগী মাগী ব্বা কাউখি।

খরা লৈরগা ঐখোয়গী লৈকায়গী এসঃ ওঃ ওইবা ইঞ্জিনীয়ার অমনা পুকচেল চাউনা ঐগী ইনেগী ব্বারীশু মুন্না খঙবা, অব্বাবা ব্বারীদু তারুরগা মানা মাগা লুহোংগে হায়দুনা পুকচেল চাউনা হায়বা লাকখি হায়। অহানবদা ইনেদু লৈকায়গা ওইবগা কয়া য়ানীংদবগুম তৌরম্মী। অদুবু এসঃ ওঃ অদুগী লৌথুপ-লৌকোই লৈতবা বাঙাং ব্যাবহার ঐখোয়গী বাবাখোয়নসু মুন্না খংবদগী মঙোন্দা লুহোংদুনা পীখি হায়। অহানবদা মচিন য়াওবা খরনা খরা ঙাংনরম্বদু এসঃ ওঃ অদুনা লৌখিবদগীদি

মাবু পুকচেল চাউবনি, অতাংবা মীনি ঙাংনবা হৌরকখি। হৌজিক্তি মাম্মদু ফম মথং-মথং কাদুনা ইনে লৌবদগী চৈ-কাদুনা মচা নুপী-নুপা গোজুনা এদিসনেল চিফ ইঞ্জিনীয়ার ওইরি। ইনেসু মশকা ফজবগা মেম সাহেব! হায়বা মিংসিতনি তারিবা। মাগী হৌখিবা য়ারীদু ময়াই পুমচম চমখ্রে ঙসিদি।

অদুনা মশক ফজবী নুপীমচাশিংসি মখোয়গী ইনখৎলকপা চহী মতাংদা অসিগুম্বা বদনাম চাবগী চাংশি খরা য়াংগল্লি। করিদগীনো হায়বদা মী পূন্নমক্সা মখোয়বু য়েংনীংই, পাম্মী, মাগী হেক্তা ওইনীংই। য়াদ্রগা ফারগা লৌগনি নত্রগা ইজৎ মাংহনগনি হায়বা য়াখলনা মাং থাখিবদগী নুপীমচাশিংসিগী পুক্নিদা লৈখা তানা মাংখিবা কয়ানি, ঙসিগী ঐখোয়গী সমাজদা। “ভায় ! মসি কনানা চুমথোক্কনি? অদুগা ঐনা লিরিবা ইনেগী য়ারীসিদা মরুপকী করি মত লৈবীবগে?” হায়বদি মরুপ্পা ঐগী ইনেগা হান্না নুংশিনরম্বা নীপাদু ওইবা তারবা মরুপসু ইনেবু থাদোক্রমগদ্রা? ঐগী ইনেনদি মাবু গুন্দাশিংদুনা লংনরকপা মতমদা মাগা নুংশিনজবা নীপাদুগীদমক্তা খন্দুনা লংনরকপা পাখঙশিংদুদা অথীবা মীচৈনা চৈরুবদগী দযাদু নংখিবনি।

ইঙোতোম্বা মুন্না খল্লুরগা মরুপকী য়াহংশি য়ান্না ফজে। মরুপকী ইনেদুদি মাগী নুংশিনজবা নীপাদুগা থুংনখিদ্রে। ইনেদুনা নীপাদুগী খল্লুবদা হু চাদুনা নত্রগা থৌরি য়ান্দুনা শিগে হোৎনখি। অদুগা নীপাদুনদি নোংমতং লাক্তুনা ইনেদুগী অয়াবদা তেংবাংবিখিদে, মানা ইনেবু অদুম কাউবীখ্রে। ইঙোতোম্বনা ঃ- মাগীদু সমাজসিবু কিবদগী, মমা-মপা, মরুপ-মপাংগী হুম্বা মিথয়েংশিংদু কিজবদগীনি। মসিদি অচুম্বদি নত্তে, ঐখোয় অশোয়বসি চুমথোকফম, থোক্তব্রা? ঐনা নীপাদু ওইরম্লবদি ইনেদুবু শোয়দনা অয়াবদুদগী কনবীরমগনি। মদু মাগী মরাল নত্তে। সমাজসিনসু মদুদা লান্না উবীফম থোক্তে। করিগীনো, মখোয়না অসিগুম্বা থৌদোক থোকহল্লিবা, মসি থোকহন্দবা য়াবা ঙাক্তনি। ঐখোয় ইশানা জ্ঞান তাবা য়াৎপদগীনি।

বাবুচাউবনা মখা তানা ঃ-“ইনেবু পুকচেল চাউনা থোরক্লুনা ইনেবু মীয়াম মাংদা লুহোংদুনা মাগী নুপী ওইগনি থোক্রকখিবা এসঃ ওঃ দুগী (মাম্মদুগী) মরমদদি করি মত লৈবীবগে?”

ইঙোতোম্বাঃ "মাদি অচংবা খ্বাইদগী পুকচেল চাউবা মীশক্তি, মাগুম্বা অমনা পুকচেল চাউনা থোরক্নুনা ইনেদুবু সমাজসিগী অখাবা, অয়াকপা, হম্বুবা মিৎয়েংদগী চিংখৎপীরমদ্রগদি ইনেগী পুন্সি ওসিগী ময়ামগী "মেমসাহেব" ওইরমদবসু য়াই"। ঐনা মরুপখোয়গী মাম্মদুবু খ্বাইদগী পুকচেল চাউবা, থম্মোই ফজবা, নুপী ওইবীশিংগী তুংগী লম্বীগী লমজিং মৈরা অহানবা চুখৎপীরম্বা নীপানি হায়না খল্লি।

বাবুচাউবা ঃ "ফরে, হৌজিক্তি ঐ মরুপকী পুকচেল খণ্ডজরে, ঐঙোন্দা ইবাই কৌরো! অদুগা চাক চাবা চংলসি!" ইঙোতোম্বা ভাবনা লাম্বদা বাবুচাউবগী ব্বারীদগী শকহেনবীগী পুন্সিদা করি করম্বা মান্নবা থৌদোক অমা থোকশ্রব্রা হায়বগী চিংনবা হৌরকই।

শোমদা শকহেনবী ইঙোতোম্বনা মন্দোমচাদা ফোংদোক্লম্বা ব্বাফমশিংদু খল্লুরগা মা মখা তানা মহৈ তম্নীংবগী ব্বাখল খল্লক্লে, আশা খরা চাউরক্লে। মিং চন্দুনা মরক-মরক্তা কলেজ কাবা হৌরে। মন্দোমচাসু মচাগী হোংলক্লিবা ব্বাখল পুক্লিংদুদা হেন্না পুক্লিং থৌগৎপা ব্বাহৈতমক শিজিন্নদুনা মচাবু নীংহন্নবা খক পোকহন্দে। নোংমা ফাদোক উপু হাংদুনা মানা লুনা লোৎচবা ইঙোতোম্বগী নহান গাড়ী থেংজিন্নবদা মানা শুগে লৌহৌবা ইঙোতোম্বগী ফুরিত্তু লৌথোক্লগা য়েংজে। মাবু মাগী ফুরিৎসি ঐগী ইনাক্তা নৈহৌবসিবু নীংশিংলমগদ্রা? ঐগী পুক্লিংগী মতম-মতমগী ব্বখলসিবু ফুরিৎ নংবু খণ্ডলিগদ্রা? পোৎতি মাগীনিনা শোয়দনা মপুগী মীচংদি চংলমগনি খল্লগা মথাদা চেৎনা কোনশিল্লি। হায়দ্রবাদতা ইঙোতোম্বদু শকহেনবীগী মন্দোমচা রাধেনা চিঠি অমা হেক থারকউ হায়খিবদু নীংশিংলক্নুনা নুমিদাং অমা শকহেনবীদা থানবা চিঠি অমা ইরম্মী।

শকহেনবী, নংনা ঐগী অশোকপা খুদাংগী ফুরিৎ তাখৎহল্লগা হিদাক তৈবীবদা হৌশ্রবা বারুনিগী অহীংগী থৌদোক অদু নীংশিংলকখি। ঐনা নংগী নীংথিরবী, ঙৌরবী খুবোমদুদা ঐগী খুৎশিনা য়াম্না হঙ্গোইনা হিদাক তৈখিবা, বেন্দেজ পুনখিবা মতমদুদা নংগী খুৎ অনীদুনা নংনা নংগী খুবোমদু য়াম্না পাম্মুজনা ঐনা পায়দুনা বেন্দেজ পুনবদুদা ইকাইবা খংখিবদো; নংগী ফজরবা খুবোম মথক্তা কুপখিবা নংনা নুমিত্তুদা শেৎখিবা হিগোক ফনেক, ফনেকী মপালদা অঙাংবা মচুগী ফিবাল চনবনা কুপখিবা শরুক্তো; ওসিসু ঐগী মিৎমাংদা শেংনা থোরক্নুনা

থৌদোক্তু হৌজিক্তা থোকখিবগুম উরি ঐনা কয়াদা মিতাজখি নুমিত্তুদা তাখিব্বা নংগী খুবোমগী মমিদুনা ঐগী থম্মোইবু ননাক্তা তোয়না লাকউ হায়না কৌবগুম তৌরিবসিনা করিগীনো খঙদে। মীনা হায়নৈ, কল্লকনৈ, কনাগুম্বী শকহেল্লবী লৈশাবী অমগী নীংথিজবী শক্তম, শবান, মায়থোং, শল্লাং, মিৎয়েং কয়াগী মরমদা। অদুবু ঐগীগদি মান্নদে। ঐনা নংনা য়ুমদুদা লৈরমগনি খঙদনা চংলকপদা খঙহৌদনা নংগী নশক উরুবদা চিনশিদগী হায়দোকখি- "ইথা থাজদনা" হায়বা ৱাহেশে। ৱাহৈদুনা ঐগী শক তাকচখি। নংনা ঐবু শক খঙদে হায়রকপদা ঐনা কয়াদা ৱাখিবা। খনখি, নংগী কনাগুম্বা অমা ননাক্তা লৈরব্রা নত্রগা ঐবু ৱারৌদুনা তৌরিব্রা? চমন্নরিঙৈ তাঙ্গাদুদা চৎলেগে থোক্রুবা ঐনা নংবু অমুক্তংদি হন্না মায় লৈদুনা য়েংনীংবা ফাওরকখি। লৈদুনা য়েংলুবদা নংসু নখোয়গী শঙ্গোইগী থোংনাওদগী ঐবু য়েংলমখি। ঐ উবদা নংদি ইকাইবগুম, থোংনাও মরুমদা লৈশিনখীবদাই? নংনা চা পুদুনা অমুক থোরকপদা নংনা নৌনা হোংদোক্রগা শেৎলকপা হিগোক ফনেক, নশমদা ফাখিবা রবরনা পুনশিল্লবা শমলাং; ঐনা খনখি, নংনা ঐবু শক খঙদে হায়রুবদু লানখ্রে, নংনা ঐবু তশেংনা খঙই হায়রি হায়না। মতমদুদা ঐনা কল্লকচখিবা নংগী খুবোমগী দাগতু উরল্লবদি নংনি হায়বা তশেংনা খঙলমগদবনি। অসিগুম্বা নীংশিংনবগী চেৎলবা মরী অমনা পুন্দুনা থমদ্রগদি শাবী-শানৌশিংগী থম্মোইদা করন্না নুংশিবগী পোৎশকসি লৈরমগনি।

নংনা ঐগী খুদাংদা হিদাক তৈরিঙৈদা ঐনা নংগী নফমদা হৌদোক্লিংদুনা থৌদোক অমা নীংশিংলকই হায়রুবদা নংনা কপ্লগা ইমুংদা চেনশিনখিবদো ঐ ঙসিসু চিংনরি। নংনা য়াম্না ৱাবগুম তৌখি। নংগী অতোপ্পা চান্নবা অমগা ৱাশরুখিবা লৈবগীরা? নংনা ঐবু য়াহৌ থেংবা পাখঙনি খনবগীরা? অদুবু ৱাফমদু খঙনীং-খঙনীং খঙবা ঙমদনা অমুক লাপথোরকখি। নংনা ৱাবগী মরমদু ঐ হৌজিকসু খঙনীংলি নংগী নফমদগী? ঐনা পামলিবদি নংগী অৱাবদু ঐখোয় অনী তংখায়-তংখায় পুমিন্নসি হায়বনি। ঐনা ৱাবদা নংনা শরুক তংখায় অমা নংনা ৱাবদা ঐনা তংখায় অমা পুমিন্নরগা তংখায় অনীনা পুন্সিল্লগা নংগী ঐগী অপুনবা পুন্সি অমা শাবদুনি। খঙদে; ঐনসু নংগী খোঙদা শোকপদা হিদাক তৈখি, অদুগা নংনসু ঐগী খুদাংদা ঐগী অশোকপদা হিদাক তৈবীখি। ঐগী ঈ তৈরবা মোৎলবা ফুরিৎ অমসু ননাক্তা লৈহৌরি। ঐসু নংগী পোৎ অমত্তং পুররুগা ইনাক্তা থল্লন্নবসু ফগদবা। নীশিংবা মরকসিদা নংনা মতম খরদি-ঐবু ঙাইবীরম্মু। পুন্সিগী অৱা-

নুঙাই লম্বীদা ঐখোয় অনী বারুনিগী অহীংদা নংগী খুজেং মরক মরক্তা পায়দুনা অঙম্বা চিংখৎথিবা, অঙম্বা কুম্মিন্নখিবগুম, খুজেং পালোয়নখিসিকো শকহেনবী। ঐদি ঐগী মরুপ বাবুচাউবদা কাউথোক্তুনা ইবাই হায়না কৌরুরবনি।

লোইরগে

নহাক্কী ইঙোতোম্বা

তাং ২৭/১/২০০৪

# "বসন্তগী তোমাল পাম্বী"

বসন্তি ক্লাস নাইন্দা তম্নিবী ছাত্রিনি। চহী ১৫ শুরকপগী মথোৎ-কারক্তুনা মমিৎ-মনা তথক-তথক নোংম-নোংমগী অসুম ফজবা হেনগৎলক্লিবী বামোন নুপীমচানি। ফিজেৎ তোয়না হোংবা মায়দা য়েক-খোত্তুনা কেজবা মসিনা মথৌ ওইরকই। মখোয়গী ইমুংদুসু জগোই-ঈশৈ, ড্রামানচিংবদা খরা থবায় য়াওবা ইমুং ওইনা তৌই। নুংতিগী পুং ৯.৩০ দা ঙস্তানা স্কুল চৎলি। মা মতমদু শীংজমৈ গার্লর্স হায়স্কুলদা তম্মী। ময়ুমগা স্কুলগা পঙলাপ লাপ্নবা নত্তে। স্কুল ইয়ুনিফোর্মদি অশংবা স্কৎ নত্রগা ফনেক, অঙৌবা মচুগী ফুরিৎনি। য়াম্না নাম্না ইস্ত্রি মমি তানা তক্লগা ফিজেৎতু শেৎলগা কারকপদু মাগী লোন, খরা মথক্কী পাখঙ ফারক্লবা নুপামচাশিংনা নুংতিগী মখোয়গী থোংগাল ময়াদা মানা স্কুল ঙস্তা কাগনবদুদা মা থোরকপগা ইন্নগদবগী ঙাইদুনা লৈনৈ। ময়ামদুগী মরক্তা খোগেন কৌবা পাখঙ অমসু মাবু পামজনা ঙাইবা য়াওই। মাগী ঙাইফমদি ময়ামগী ঙাইনরিবা মফমগা মান্নদে; খরা লাপ্তক্লা, অশোমবাংমগী বসন্তিখোয়গী মায়োক্লবা মাইকৈদা বসন্তিগী মিৎয়েংফম হেক মপাদনি। বসন্তিগী মমিৎনা নোকপা, মোমোন মীনোক্তু য়েংজরগা নুংতিগী স্কুল কারকপদা অমুক, ছুটি থারকপা মতমদা অমুক য়েংজরগা খোগেন্না পেঙ্গরম্মী।

নোংমদি বসন্তি শীংজমৈগী "রোসন ফোটো স্টুদিওদা মমান্নবী মরিগা পুন্না চংখিবা খোগেন্না উহৌরে। মখোয় পাশ পোর্ট সাইজগী ফোটো অমমম নম্বা লাকপনি। জগোই গ্রুপ দানস য়াওনবা ফোর্ম পীখৎপগীনি। মখোয় ফোটো নম্বা লোইদুনা অমুক থোরক্রে। মখোয়না ফোটো স্টুদিওদগী থোকপ্রবা মতুংদা খোগেন অমুক স্টুদিও মনুংদা চংখি। মানা য়াম্না লায়না চংথ্রিবদুনা স্টুদিওদুদা মাগী মরুপ দেবেন ফোটো নম্বা য়াওরি। মানা মাগী মরুপ দেবেন্দা হায়জদুনা বসন্তিগী পাশপোর্ট সাইজগী ফোটো চাম্বদা মাগী ওইনবা কোপী অমখত্তা হেনবীয়ু মদুগী পৈশা মা তোঙান্না পীজগে হায়দুনা মা বসন্তিগী ফোটো কোপী অমদি ফংলে।

মদু মানা মুন্না য়েংজরগা হরাউনা মাগী আউট বুক অমদা য়েপ্লগা মাগী কাগী টেবলদা থম্মী। মরক মরক্তা চৎথোক্রমদাইদা অমুক হন্জিল্লকপদা অমুক য়েংজে।

শোমদা স্কুল কারকপদা য়েংহৌবা, অমরোমদা মাগী লাইরিক্তা য়েপ্লগা থল্লিবা ফোটোদু অমুক য়েংবা, মদুনা মাগী ৱাখলদা বসন্তিবু পামজবগী থাকসু নোংম-নোংমগী ৱাংবা হেনগৎলক্লি। মানা তোয়না নুংতিগী ৱাহৈনা ফোংদোক্লগসু মাগী মিৎয়েং নোংমতা নত্তনা নুংতিগী অকা-অকুম্ তত্তনা য়েংলকপসিনা বসন্তিসু মাবু লাপ্না স্কুল চৎলমদাই, ময়ুমগী থোংগাল চংলমদাইদা খোগেনবু হন্না য়েংবা, য়েংনীংবা অমদি পোক্লকপগুম তৌরে। মসি লোত্তুনা, ফুমদুনা থম্বা য়াবা নত্তে, ইনখৎলকপা মতমগী চৎনবীনি। ফোটো নম্লম্বা মতুং মঙানি শুবা নুমিত্তা বসন্তি মমান্নবী নহাল মাগা পুন্না ফোটো নম্লম্বা কাংবুদু মখোয়গী ফোটো লৌবা লাকই। মতমদুদা খোগেন তাঞ্জা অমদগী ফোটো স্টুদিওদুদা মাগী মরুপ দেবেনগা ৱারী শানদুনা লৈরম্মী। বসন্তিনা নহানগী ফোটোদুবু লোইবীরব্রা লৌজবা য়ারগদ্রা হংই। দেবেন্না লোইরে, য়ারনি হায়না খুমই।

বসন্তিনা ফোটোদু হান্না অমুক্তা য়েংজবা য়াগদ্রা হংই। দেবেন্না এনভেলপতগী হাংদোক্লগা লৌথোক্লুনা পী। বসন্তি মাগী ফোটোদু পায়রগা য়েংই। দেবেন্না ইচন বসন্তিগীদি শক ফজবনিনা অদুম ফজৈদা। ঐদি ফোটো কোপী অমত্তা ঐখোয়গী দুকান্দা শেমপল ওইনা থেৎসিরা হায়গে খল্লিবনি। বসন্তি দেবেনগী ৱাহৈদুদা খোইরুম মোমোন নোকই, ফজৈ হায়না থাগৎলুবদুদা ওইবা তাই। খোগেনসু শোনথাংননা ঐখোয় ভায়না হায়রিসি য়াবীবসু ময়াবনি হায়না ৱা পাংশিল্লকই। বসন্তি করিমত্তা খুমদে। ফোটো য়েংবদা শোয়দ্রে খঙলবনিনা পৈশা কয়া তারবগে হংই।

দেবেন্না পুন্না লুপা য়াংখৈ দং থম্বীরম্মো হায়। লৈশাবীশিংদু খায়জিন্নবদা, মমান্নবী অমা লাক্তদুনা লুপা নিফুদা ঙাইরে। তারাদি তাবীরো হায়রকই। খোগেন্না ইচনশিংগীবু ঐ হাপচরগে হায়রগা মঙোন্দগী লুপা তরা লৌথোক্লগা মানা হাপ্লে। লৈশাবীশিংদু নোক-নোক্লুনা চৎখ্রে।

বসন্তিগী পুক্লিংদা করিনো নীপাদুবু, মানা কমদৌনা ফোটো স্টুদিওদা লৈরল্লিবা ? মানা কমদৌনা লুপা তরাদু হাপ্পীংলুরিবা ? মাগীদুবু নুপী মমাংদা পাম্বোম তিংলিবা হায়বদুরা ? মথংগী নুমিত্তসু মহৌশাগী মাগী লেপফমদা বসন্তিবু য়েংদুনা লৈরম্লে। বসন্তিসু খোগেন্না য়েংলিবদু মাবুনি হায়বা খঙলক্লে।

অসুম্না মতম খরা হৌখিদুনা হৌজিক্তি বসন্তি ক্লাসটেন কারে। মশক্তি নোংম-নোংমগী ফজবা হেল্লক্রি। খোগেন্দা নত্তনা নীপা কয়া 'মসু মাবু লুমদুনা য়েংবা, তোয়না লংনবা য়াওরি। অদুবু মচিন্না, বাহৈনা বসন্তি নংবু ঐনা পামজে, ঐগা মরী লৈনশি হায়রকপা মীশিংদু বসন্তিনা করিসু থৌশারুদে। মখোয়না হায়রকপা বাহে, বাঙাংশিংদু মফমদুদা অদুম লৈহৌরে, থুনা হেক্তা কাউখি। অদুবু বা-ঙাংদনা নুংতিগী লাপ্পা য়ান্না কিজনা নীপা অমনা ঙাইরম্বা মফম, লেপ্লম্বা জগা অমদি মুর্ত্তিদুবুদি বসন্তিগী থম্মোইদা মমি তাখ্রে। নোংমা ফাদোক মানা লেপ্লমদবা নুমিত্তা পূক্লিংদা ঙসিদি কৈদৌবা য়াওদুনা মা লাক্তবনো হায়বা বাখল অমা খল্লকপগুম তৌরিবসিনা করিগীনো? মা মফমদুদা স্কুল কুপ্লকপদসু হেক্তমক য়েংনীংবগুম তৌরক্লে। থায়নগী "ব্রজগী তোমাল পাম্বীবু মবুঙো কৃষ্ণনি খল্লুই" হায়বদু মঙোন্দসু মানা লেপফমদুবু হেক্তমক উবা হৌরক্লে।

খোগেন মতম খরদি লৈকায়দুদা লাকখিদ্রে। মাগী পি: ইউ: সিগী পরিক্ষা য়ৌরক্লুনা পুক্লিং চংনা অমুক হোৎনদুনা লৈরুরে।

নোংমা মানা পরিক্ষা লোইরগা ময়ুমদা হল্লকপদা মাগী আউটবুক অমদা য়েপ্পা বসন্তিগী ফোটোদু য়েংনীংলক্লুনা হাংদোক্লুবদা ফোটোদু য়াওরমদ্রে। মা য়ান্না ঙক্লা থোক্লে। কনানা লৌরমগদবনো খনবদা মা খনফম খঙদ্রে। মাগা তিন্নবা মরুপ মখোয়গীদা তোয়না লাকপা খরদা হংলে, অমত্তনসু খঙই হায়দ্রে। মশানা য়ানা পীরকপসু নত্তে, মপুনা খঙনরক্লুনা থিগৎলক্লবদি ফোটো স্টুডিওসু চোপকদৌরি। মা বুদ্ধি মল্লম্মী।

ফোটোদুদি মখোয়গী লৈকায়গী কুঞ্জোনা লৌবা ওইরমলে। কুঞ্জোসু নুপীমচাদুগী ফোটোদু উরুবদগী কনাগী মচানো, কদাইদগীনো থিরকপদা নোংমা বসন্তি উরুবদগী মা ফোটোদু বসন্তিগীনি হায়বা তশেংনা খঙলে। মাসু বসন্তিগী মমিৎনা নোকপা মিৎয়েংদুদা ঙাওরুরে। মাদি খরা ইকাই-ইকি খঙদবা, মীনা করি খনখিনি খঙদবা মীতা ওইনা তৌই। মানা মাগী তিন্নবা মরুপ-মপাংশিংদা মানা বসন্তি কোয়রি, মখোয় অনী মরী লৈনৈ, মানা ফোটো অমসু পীরক্লুনা মাগী খুত্তা লৈ য়েংগেরা হায়দুনা মী খুদিংমত্তা য়েংহল্লি। মমায় কনবা শাদুনা বসন্তিগী স্কুল ছুটি থারকপা ঙাইরগা বসন্তি নং ঐনা কোইদোইনি নংগী ফোটোসু ঐঙোন্দা লৈ, য়েংগেরা হায়রুরে।

বসন্তি শাউনীংবনা মথবায় প্রোক-প্রোক চাকচৈ। থুনমক নহানগী ফোটো নম্ফম দুকান্দুদা করম্না মাগী ফোটো অমা কুঞ্জোদা কমদৌনা পীরমলিবনো তথৎলুরে। মবুংদা তাক্লগা দুকান্দুবু বারকহনগনি মীগী ফোটো চুম্না নমজবদা অতোপ্পা মীদা পৈশা লৌরগা য়োল্লি, হায়না দেবেন্দা শাউনা ঙাংলুরে। দেবেম্না থেমদুনা বসন্তিনং শাউরনু! ফোটোদু কুঞ্জোদা পীবা নত্তে, নহান নখোয়না ফোটোগী পৈশা পীবদা লুপা তরা বাৎপদা হাপখিবদো নীংশিংব্রা? মাসু খোগেনবুদি খঙবনিনা নীংশিংই খুমলে। খোগেম্না থম্মোই শেংনা নীজবদুদা মাঙোন্দা মী অমত্তদা উহনগনু হায়রগা পীখিবনি। মাসু ফোটোদু মাংখিবগী নুংশা থিদুনা নংনা খঙপ্রবদি মা শিবা তারে হায়দুনা কন্না থিবা লাক্লরিবনি। বসন্তিনা খল্লি, "মাদি কদাইদা কয়াম কোম্না থম্মুদুনা কুঞ্জোনা লৌথ্রিবা? বসন্তি শাউবা খরা ফদুনা - তাদা! ফোটোদু খরা লৌশিনবীরগা ঐঙোন্দা থুনা য়ৌহনবীরকউ, ঐখোয় তামো তারদি বা থোক্লরনি।

দেবেম্না খোগেন্দা লাক্লুনা ভায় ফোটোদু নখোয়গী লৈকায়গী কুঞ্জো কৌবা অমনা পায়রি, মানা ফোটোদু উৎলগা বসন্তি মানা কোইরি হায়দুনা মী খুদিংগী শন্দোক্লে, বসন্তিদু মখোয় তামোনা শোয়দনা ফুবীবা তারে, কুঞ্জোদগী লৌরগা খরা পীথোকপ্রসি হায়রম্মী।

খোগেন কুঞ্জোখোয়দা কুঞ্জো থিবা লাকই, কুঞ্জোগা থেংনরে।

খোগেন : "কুঞ্জো বা অমত্তা হায়গে?"

কুঞ্জো : "করি বানো?"

খোগেন : "নঙোন্দা লৈবা বসন্তিগী ফোটোদু পীরো!"

কুঞ্জো : "কনানা হায়রিবা"?

খোগেন : "কান্নদে মদুনা বাথোক ওইগদৌরি, ঐগী লাইরিক্তা য়েপ্লগা থম্বা ফোটোবু নংনা করম্না তাক্লমদনা লৌরিবনো?"

কুঞ্জো : "ঐ লৌদে লৈসু লৈতে!"

খোগেন : "তৌনু কুঞ্জো! নং ঐ লৈকায়নি ফরক তারক্লনি।"

কুঞ্জো : "বসন্তিগা নংগা করি থোক্লবগে?"

খোগেন : "মদুগী বাদু তোকসি! মীগীসু মবুং য়াম্না লৈবনি, ফোটোদু

পীথোকখ্রগে? মপুনা ঙসিমক পীদ্রগদি ফোটো স্টুদিও থিংজিল্লনি, হায়রি। নংগীসু নত্তে, ঐগীসু নত্তে, পোৎতুদি ঐনা স্টুদিওদগী লৌরুবনিনা ঐদি ইচেন-চেম্নদৌরি। মমৈদা নংনসু মঙোন্দা ফোটোদু উৎলুরবনিনা নংগী খুত্তা পোত্তু লৈরে হায়বা খঙবদগীনি মানা শাউরিবসু!

কুঞ্জোদু মুম্না খল্লুরগা নুংশা থীবা পোক্লুরমাল্লে, পোৎপুদি লৈনে হায়রগা ইমুং চংখ্রগা পুথোরক্লে। খোগেন ফোটোদু লৌরগা থুনমক মাগী মরুপ দেবেন্দা লাক্লগা ফরে, মরুপ শাউদনবা খরা হায়রগা পীবীখ্রো"!

দেবেন স্কুল ছুটি থারকপা মতমদা বসন্তিবু কৌরগা মাগী ফোটোদু বসন্তিদা শিন্নরে। বাহে অমনা অদু ঐগী মরুপ খোগেন্দু নংবু য়াম্না ইকায়জরবনি, অমুক হন্না উনবা ঙম্নরোই হায়বনি হায়রম্নগা মাগী দুকান্দা হল্লক্লে। বসন্তি; "ও! মানা কমদৌনা কুঞ্জোদা পীরুরিবা, অদুগা কুঞ্জোনা ঐবু কোইরি, ঐনা ফোটোসি মঙোন্দা পীবনি হায়রিবা। মাগী মখুত্তা লেংদনা লৈজবা ওইরম্নবদি ঐসু করিসু হায়রমদবা য়াবনি খল্লি। মাগী শোল্লবা মমায়দুনা নোংমতসু ঐঙোন্দা বাহে অমত্তসু হায়রকখিবা লৈতে। নুংতিগী মাগী লেপফমদা লেপ্লগা য়েংলম্বা খক্তনি। মাবু য়াম্না বারৌরম্নগদ্রা, মা মফমদুদা লাক্তনা তোক্লগদ্রা?"

ফোটোগী বাহৌদগী খোগেন ইকায়খিবনা নোংমতসু বসন্তি উনবা লাকখিদ্রে। অদুবু বসন্তিদি নুংতিগী খোগেন্না লেপ্লম্বা মাবু ঙাইরম্বা মফমদুদা তত্তনা য়েংলুরি। মানা য়েংনীংই হায়দুনা খোগেনবু পাউথাং পীদুনা মফমদুদা নুংতিগী মহৌশাগুম লেপ্লোলাউ করম্না হায়রুদৌরি। মা হায়ফম তৌফম খঙদনা বাজরম্মী।

য়াওশঙ মতম য়ৌরক্লুনা সাবী-শানৌশিংগী পূক্লিং ইরাং-লাংনবা মতম্নি। বসন্তিগী বাখলসু ইরাং-লাংই। য়াওশঙ নোংঙানবদা বসন্তিনা খোগেন্দু মমাম্নবা অমগা মখোয়গী মপাদা চৎখিবা উই। নুমিত্তো মখোয়গী লৈকায়গী থাবল চোংবসু লৈ। খোগেনসু মাবু হাইফেৎ য়েংলম্নগা বসন্তিনা মাবু য়েংলকপদা মহৌশাগী ফোটোগী ইকায়খিবা, লাল্লুবা অমা লৈবদুনা কিজদুনা মমায় ফৎ লৈথোকই। বসন্তিনা খল্লি, "মানা ঐবু উরগা মিৎকুপ ফাদনা ফৎ লৈথোকখ্রিবা মিৎয়েংদুগী মরম্মু, মানা ঐবু ফোটো পীদবা য়ারোই তথৎলুবদুদা য়াম্না ওম্ন-তৈননা মাবু শুকখন-

খন্দবা, মাতনা পামজরগা ঐনদি থৌশাদবা ওইনা খন্দুনা ঐঙোন্দা চিংনবা ওইবা তারে।" করি কমদৌনা পাউশি ফাওদোক্লগনি?

নুমিদাংদুগী থাবল চোংবা হৌরে, বসন্তি থাবল চোংবা য়াওই। কুঞ্জোসু থাবল চোংবা য়াওরম্মী। খোগেন য়াম্না লাপ্না থাবল চোংবদু য়েংদুনা লৈ। বসন্তিদি খোগেন্দু অমুক্তং লাক্লবদি খল্লি। মানদি খোগেনবু উদে। বসন্তি থাবল চোংবা চংখিবদা কুঞ্জোনা চংশিল্লগা পায়। কুঞ্জো পায়রুবদগী রাউন্দ ফাদনা বসন্তি তোকখ্রে। বসন্তিগা তিন্নবী মেমচাসু থবল চোংবদু য়াওই। খোগেন্না খল্লি, "ঐবু থাবলসি ঙাইহাক্তং য়াওশিরা?" চংশিল্লক্লুনা মেমচাগী মখুত্তা পায়রগা থাবল চোংবদু ঙাইহাক য়াওরে। বসন্তি কদোমদগীনো খহৌদনা খোগেন্না মমান্নবী মেমচা পায়রগা থাবল চোংলম্বদুদা ঙক্লা থোক্লম্মী। রাউন্দ অহুম-মরি চোংলবা তুংদা তৌগে হায়বা অমা য়াওনা বসন্তি মেমচাগা খোগেনগা পায়রিবা মরক্তুদা থৎলগা চংলকই। খোগেন ইকায়জদুনা তোকখ্রে। বসন্তি মমায় ঙাংশং-ঙাংনা থাবলদি-চোংই অদুবু মা ওন্থোক্লা নুংঙাইতবা অমদি পোক্লে। করিনো মসিগী নীপাসিদি মবুক য়াম্না লুবা জাৎনিদনা?

নুমিদাংদুগী থাবলদো খোগেন মখা তানা য়াওরমদনা ময়ুমদা হল্লক্লে? বসন্তি খোগেন্দু কদোমদা লেপ্লিবনো হায়না লৈ-লৈদুনা য়েংজে। অদুবু চৎথ্রবনিনা অমুক উখিদ্রে। থাবল চোংবা লোইদুনা য়ুমদা হল্লক্লগা বসন্তি তৌফম খঙদদুনা কপ্লম্মী।

খোগেন তশেংনা বসন্তিবু নুংশিজবনি। অদুবু মাগী মশক-মতৌ ফজবা, নীপা কয়ানা মাবুতা তান্নবা অদুগী মথক্তা বামোনগা ওইবগা হয়েং য়াম্না নকশিন্নরুরগা অহল-লম্মন অমুক য়ানদদুনা হন্দোক্লবা বাগত্রা খল্লদুনা মা তশেংনা নীংহন্নবা পোক্লকপনি। বসন্তিগা তিন্নবা মেমচাসু মশক অদুম ফজে। মেমচাবু নহাল থাবল চোংবা পায়রুবদগী মেমচাসু খোগেনবু হাইফেৎ খনবগুম তৌরে। মাসু খোগেন করিগুম্বদা থেংনরবদি কৌগদবগী মমায় কনবা শাদুনা খোগেনগী মনাক্তা চংলক্লগা বারীককা শাবা হৌরক্লবদি খন্না ঙাইজরকই।

নোংমা খোগেনগা মেমচাগা স্কুল কুন্নকপদা থেংনরে। লম্বীদা ঙাইহাক লেপ্তুনা বারী শানরি। মখোয় অনীনা শানরিবা বারীদুদি চুম্নগী ইচম-চম্না বসন্তিদা ফোটো হন্দোকখিবা, মদুদা বসন্তিনা শাউখিব্রা, মাদি অরেম্বদা ফোটোদু লৌজরুরে,

মীগী মবুক খঙদনা, হায়দুনা শানবনি। মেমচাসু থৈ-থৈদুনা অদুম খুম্মী। মেমচাদি খোগেন্না মঙোন্দা বসন্তিগী মতাংদা হংবসি হংহননীংদবনি মখোয় অনীনা লেপ্তুনা বারী শানবদু বসন্তিনা উরে। মাগী থম্মোইদা খাংবা ঙমদবা চৈনা অমা মখোয় অনীগী নোক-নোক্তুনা শারিবা বারীদুনা পীবীরে। খোগেন্দু বসন্তি উবদা সাইকল মমায় লৈরগা বসন্তিবু য়েংলমদনা অমুক হনখ্রে। মেমচাসু খঙই, খোগেন্না বসন্তি পাম্মী হায়বা, অদুগা বসন্তিনা খোগেনবু পামজে হায়বসু মা খঙই। মরক্তা মাসু খোগেনবু মাগী ওইনা থম্বা পাম্মী। বসন্তিনা ঃ- "মেমচা! নহানগী ফোটো হুরানবদু নঙোন্দা করি হায়রম্লিবনো?" পামদবা শানা।

মেমচা ঃ "ঐঙোন্দা অমুক চান্নবা হৌরক্লিবা!"

বসন্তি ঃ "মদুগী নীপাদু বাদি ইঙাং-ঙাংদনা মীগী থম্মোই শুমহৎপা ঙম্বনিকো। চেকশিল্লু!"

বসন্তিদো পামদবা খঙশিন্নদবা শানা ঙাংখিবা বাঙাংদু ঙাংথোকখ্রবা তুংদা বাজরম্মী, করিগুম্বা মেমচানা মাগা হেন্না নকশিন্নখিদুনা ঐনা মাবু পামদে, হঙ্গোইনা খল্লি হায়না তমশিনখ্রবদি কমদৌবা!"

মা ময়ুম য়ৌরগা অমুক নুংশুক-নুংজাননা খোগেনগী মরমদা খন্দুনা লৈরে।

নোংমা অমুক মেমচানা খোগেন্দা তামো! নংগী ফোটো অমত্তং পীরকউ বসন্তিনা য়েংনীংই হায় হায়জিল্লুরে। খোগেনসু হোয়নে, হোয়নে, মাদি-মশক ফজবনিনা ফোটোদু অমুক হুন্দোকপীখিদুনা মাংলদি?"

মেমচানা ঃ "হুন্দোক্লগা ঐনা খুল্লগা লোইরে হায়"।

খোগেনসু ঃ "অদুবুদি কায়দেদা"।

মথংগী নুমিত্তা খোগেন্না মেমচাদা ফোটো অমগা চিঠি অমগা ইরগা পুন্না পীগে খন্দুনা চিঠি অমা ইরে।

করি হায়নবু কৌগদবনো খঙদে। অপাম নুংশিগী বাখল হায়বসিসু অঙকপনি- ঐনা নংবু হেক উরবদগী ঙাওখিদুনা ইকায়-ইকি-খঙদনা নংনা ফোটো নম্বা চংলম্বা স্টুদিওদগী নংগী পাশপোর্ট সাইজ ফোটো অমা পামজনা ঐগী মরুপ দেবেনদগী নীরুবনি। অদুবু মদু ঐগী লাইরিক্তা য়েপ্তুনা থম্বদগী মাংখিদুনা

থিনবদা কুপ্পোনা পায়রমদুনা ফংবদগী নংগী খুত্তা অমুক শিন্নজগ্রবনি। অদুবু মপু তাক্তনা নুংশিরুবা অমদি মপুদগী নিরগা লৌবা নত্তনা হুরানবা পুকচেল অমনা নংগী নীংথিবী চেংলৌদু নুংতিগী য়েংজনীংদুনা ঐগী মরুপ দেবেন্দগী নিরগা মতম খরা য়ুমদা থম্নুবগী নংনা ঐবু ঙাকপীগনি। নং ঐ জাৎ মান্নদে হায়বসু কোম্না খঙলক্রে। থম্মোইসি কন্না থেমজিন্দুনা নংবু খন্দনবা হোৎনবনি অদুবু ঙমদে। করি করম্বা বাখলনা নংগী বাখল থাদোক্কদগে হায়বা উপাই অমত্তদি তাকপীয়ুবা! অদোম্না হায়রকপগী মতুংইন্না পোৎশক সিমদি পীজগ্রবনি।

অদোমগী

মশা খঙদনা নুংশিজরুবা অমা।

চিঠিদু ফোটো অমগা কোম্ননা মেমচাদা পীগ্রে। মেমচানা চিঠিদু পারে। মানা চিঠিদা য়াওরিবা মরোলদু য়েংলগা বসন্তিনা পীরকপা শাদুনা অতোপ্পা চিঠি অমমুক ইরগা খোগেন্দা পীরে। খোগেন্না পীখিবা চিঠি অমদি ফোটোদুদি বসন্তিদা পীবীদ্রে। ফোটোদু মেমচানা বসন্তিদা উৎলগা খোগেন্না মেমচাদা পীরকপনি, খোগেনগা মাগা মরী লৈনরে হায়না তম্বীরে।

স্কুল ছুটি থানরকপা মতমদা খোগেন্দু মেমচা কৌরগা নহানগী চিঠিদু বসন্তিদা পীগ্রব্রা হংই। মেমচানা পীগ্রে, বসন্তিনা মদুগী মরোল হল্লকপা চিঠিনি হায়দুনা মানা শেন্নগা পুরকপা চিঠি অমা ওইনা খোগেন্দা পীরে। খোগেন চিঠিদু পুরগা বসন্তিবু লাপ্পা য়েংলন্নগা অমুক হনগ্রে। মখোয় অনীগী নকশিন্নবা মতৌদু উরগা বসন্তি হায়ফম তৌফম খঙদনা বাজরম্মী। মাগী বাখলদা মেমচাবু খরা চিংনবগুমসু তৌই। নোংমা মেমচানা হাপ্তা থোকখ্রিঙৈদা মেমচাগী লাইরিক খাউদা খোগেনগী চিঠিকা পীনবদু য়াওব্রা লোম্না লাইরিক ফাক-ফাক্লুনা য়েংবদা খোগেন্না বসন্তিদা ইবা চিঠিদুগা ফোটোদুগা ফংলে। বসন্তিনা ফোটোদুগা চিঠিদুগা লোম্না লৌরগা মেমচাদদি তাকথোকত্রে। ময়ুম য়ৌরগা মেমচানা মাগী পাউ পুবা শারগা শান্নরম্নিবা কয়াদু লোইনা খঙলে।

মেমচাসু ময়ুম য়ৌরগা মাগী লাইরিক্তা ফোটোগা চিঠিগা য়াওরমদবদুদা কনানা লৌগ্রবনো হায়দুনা বাখল তৌরম্মী। অদুবু মানা বসন্তিগী হৈশিংবা বাঙাং খোগেনবু পামদবা শাবা মতৌদুনা মানা বসন্তিবুদি চিংনদে। মেমচানা খোগেন্দা বসন্তিনা পীরকপনি হায়বা চিঠিদু পারুবদগী খোগেন্দু নীংবা পুরা কায়রে। মরমদি

মেমচানদি বসন্তিনা মাবু জাৎ তিন্নদবনিনা অহল-লমন্না য়াগদৌবা মান্দে, বাখন্দু থাদোকপীয়ু হায়না ইথোরকপদুদা।

খোগেনগী পুক্লিংদসু মেমচারোমদা মাগী বাখলদু ওনশিল্লক্লে। মা বসন্তিগী মমাংদা চাং তাবসু ইকায়বগুম তৌদুনা মেমচাদা পুরা ওনশিনখ্রে।

নোংমা মমান্নবা অমদগী গাড়ী মচা অমা বায়রগা মেমচা হাপ্লগা -হাপ্তা বসন্তিগী মমাংদা মেমচা পুরগা থৌদুনা চৎখ্রে। বসন্তিনা খল্লি, "ও! মেমচানা খোগেনবু মাগী মখন্তগী নমদুনা মুনখ্রবা!" মা মেমচানা শান্নরিবা অশেংবা অদুমক্তংদি খোগেনগী মফমদা খঙহন্নীংদুনা চিঠি অমা ইরগা খোগেনগী মরুপ দেবেনগী মফমদা শিন্নরম্মী।

নুংশিরবা ইবুং!

তোল্লবী নচন্না বাহে অমনীদং ইজরি, পাদংদি পাবীয়ুকো! ঐদি লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা হায়জবনি বারৌবীরোই। ঐনা তাদা কুঞ্জোনা মীয়াম মমাংদা মানা ঐবু কোইরি, ঐবু লৌদোইনি হায়না উশিত্তবা বাহে-বাতা শিজিন্নবদুদা শাউনীংদুনা ঐগী ফোটোদু ইবুংদগী নমদুনা লৌখি। তশেংনা ইবুংগী খুত্তা লৈ হায়বা খঙলল্লগদি লৌরমদবসু য়াবনি। ইবুংগী চিঠিদো মেমচানা ঐঙোন্দা পীদে। ঐনা ইবুংদগী ফোটো নীজখিবসু লৈতে। অদুবু পোৎ অনীদুদি হৌজিক ঐগী খুত্তা লৈরে। মেমচা ঐগী মরুপ্নি। মাগা ইবুংগা নুংশিগী মরী চেৎশিন্নদুনা পুন্সি লৈপুল শেমখিবদা নচন্না বারৌজদে। অদুবু ইবুংনা ইতৎ-তত্তনা ঐনা স্কুল কাবা থোরকপা খুদিংগী নুংতিগী লেপ্লগা য়েংলম্বা মফম অসিনদি ঐগী পুন্সিগী অহানবা নুংশিগী মিৎয়েংফম ওইখিবনা ইবুংগী শকতম অমনা নচনবু ভায়রমগদবোয় নীংদুনা নুংতিগী য়েংলুরি। পুক্লিংদা নুঙোনবা মফম, পুন্সিগী কাউরোইদবা তোমাল পাম্বী অমা হৌবগুম নীংজরিবসিদি হন্দক মপোক্কী মুৎকদবা মান্দ্রে। করিগী মফমদুদা লেপ্লগা নুংতিগী নচলবু নুংশি মিৎয়েংনা য়েংবীবা হৌবীরল্লিবনো? মসিমক্তংদি কোকহনবীরম্মুবা!

নহাক্কী লমলানবী
বসন্তি।

দেবেন নোংমা খোগেন উন্নদুনা বসন্তিনা মঙোন্দা খোগেন্দা পীয়ু শিন্নরম্বা চিঠিদু পীরে। য়ুম য়ৌরগা খোগেন বসন্তিগী চিঠিদু পারুবদা মনুংদা চেল্লল্লিবা

ফজরবা নুংশিগী ঈচেলদু খল্লুরগা মাগী থম্মোইদা অনী থোক্না চিংখায়বা হৌরক্লে। অমনা মেমচাগা মাগা নকশিন্নরকপগী ব্বাখল; অমনা বসন্তিনা মঙোন্দা থন্নন্নিবা থাজবা।

চৈরাউবা নুমিৎনি। খোগেন বসন্তিবু মানা স্কুল কাবা থোরকপদা লোন্ন-লোন্না লেপ্লগা য়েংখিবা মফমদুদা ফিজেৎ নান্না শেৎলগা বসন্তি থোক্লকপা ঙাইদুনা লৈ। বসন্তিসু চৈরাউ-চীং কাবগী পুঙৌ-ফনেক ফজনা শেত্তুনা মবুংগী মচা অমা মখুৎ শন্নগা থোরকই। মহৌশাগী মাগী মিৎয়েংফম তোমাল পাম্বীগুম পুন্সিগী কাউরোইদবা মাইগৈদুদা মঙক শৎ লৈদুনা য়েংলুই। মতম খরা উরুদ্রবা মফমদুদা খোগেন্দু মতোমতা লেপ্তুনা বসন্তিবু য়েংদুনা লৈরম্বদু উরুবদা পুক্লিংদা কয়াগী মতিক নুঙোনবা পোক্লক্লিবা মফম খঙদনা নুংঙাইবা পোকচরিবা! কৌগেদি খল চিম্বালদদি থোরকউ য়াদবা কয়াদি ব্বাজে। খোঙদু কদোমদা থাংলগা চৎকদবনো হায়বা ফাওবা কাউরকই। তরং ইচৎ-চৎলি। মখুৎ শন্নিবা অঙাংদুনা নেনে চৎলসি হায়রকপদা ভাব খরা তারকপগুম চীংঙা মাইগৈ তন্না তপ্না-তপ্না চৎপা হৌই। খোঙকাপ মঙা-তরুক থাংদুনা চৎলগা পোৎ অমা চিৎথরম্বগুম পুক্লিংদা লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈহৌরিবা খোগেনবু অমুকসু লৈদুনা য়েংলুরি। খোগেন্দু লেপ্লম্বদগী বসন্তিনা চৎখিবা লম্বীদা লাকপা হৌরে। চিঠিদা মরোল অমা পীরকপদুনা হান্না য়ান্না কোইরম্বদু খরা ফবগুম তৌদুনা খরা-খরা নকশিল্লক্লে। বসন্তিগী মনাক য়ৌরক্লুনা খোগেন্না ঃ- "বসন্তি! চৈরাউ চীং কাদৌইরো?" বসন্তি মোমোন লোকচৈ। মমাংগী থৌদোক মচা খরদুনা ঙাংথোক্কদবা কয়াদু মরাল লৈরুরবা মীগুম ইকায়জে। তপ্না খুন্নকই ঃ- "অঙাংসিনা হৌদুনা থোরকপনি।"

খোগেন ঃ "ঐ বসন্তিগী চিঠিদু ফংজরে"। বসন্তিদু ব্বাহৈদুদা ইকায়জরম্মী।

খোগেন্না মখা তানা ঃ- "ঐ বসন্তিদা অচৌবা অরানবা অমা তৌখিবদু য়ান্না ইকায়জবনি।"

অদু ঐবু শোয়খিবদুগী ঙাকপীররোইদ্রা?"

বসন্তি ঃ "করি অরানবনো হায়বীরিদুবো?"

খোগেন ঃ "অদোমগী ফোটো লৌরুবগী ব্বাফমদুগী ব্বানী।"

বসন্তি ঃ "ও! অদুগী ওইরে। মদুগী ব্বাফমদু তাদা কুঞ্জো তামোগী মরুপ্তুনা

*থোকহনবনি। মানা স্কুলদা তোয়না-তোয়না লাক্লগা ইমান্নবী ময়ামগী* মমাংদা ঐবু মানা কোইরি, ফোটোদু ঐনা মঙোন্দা পীবনি হায়না শন্দোরকপদগী শাউনীংদুনা তৌরুবনি। তামোনা করম্না মঙোন্দা ফোটোদু শিন্নরুবনো?"

খোগেন : "ঐনা মঙোন্দা শিন্নবা নত্তে, ঐগী লাইরিক্তা য়েপ্তুনা থম্বদগী মাংখিবনি। ঐ য়ান্না বারুরবনি। ঐনা য়ান্না য়েংনীংবা শকফম অমা নুমিৎ কয়ানি য়েংনীং-য়েংনীংনা য়েংবা ঙমদনা য়ান্না বানা চান্না খাংখি।

বসন্তি : "তামোগী বাদু অশেংবা মান্দেকো?"

খোগেন : "কমদৌনা?"

বসন্তি : "মেমচাগা গাড়ী মচাদা তোংদুনা চৎমিন্নবা উখিদা?"

খোগেন : "ও! নং মদু লান্না লৌরন্নবোইরে? মাগা-ঐগা শানখিবা বারী খুদিংমক নংগী মরমদনি। নংনা পীরকপা চিঠিদুসু লৈরি।

বসন্তি : "করম্বা চিঠি?"

খোগেন : "নংনা জাৎ মান্নদবনিনা অহল-লমন্না খঙনরক্লগা তুংদা নীঙন্নক্লোই হায়না ইরকখিবা চিঠিদো?।

বসন্তি : "ঐদি পীখিদেনা! অদু তামো মানা হায়রিবদুসু অচুম্বা অমদি য়াওইকো!"

মেমচাদু মমান্নবী অমগা কদোমদগীনো শৎ লাউনা ফাওদোরক্লে।

বসন্তি : "তামো! মেমচাখোয় লক্লবনিনা মানা বারৌগনি, ঐ তোঙান্না লৈজহৌরগে?" খোগেম্না খন্নি," মাগী বাঙাংসিবু ওহোক্লা মরৌ লৈখ্রেদা? মানা ঐবু নুংশিবসু মান্নি, অমুকসু-মেমচা লাক্লবনিনা চৎলগে হায়রিবসিবু মাগীসিবু করি হায়রিবনো ঐবু ভাব তাবা ঙমদেদা"!

বাখল ককঙাওনরিঙেদা মেমচা চংলজুনা :- "তামো কৈনো অমত্তা লৈবীয়ুদনা"?

খোগেন ঃ "করি লৈবীয়ুগে?"

মেমচা ঃ "লাইথি ফজ-ফজবা ময়াম অমা য়োল্লিসে, ঐ অপাম্বা অমত্তা খঙ্গগে লৈবদি তামোনা লৈবীয়ু, হয়েং ফাওবা থমজগে!"

খোগেন ঃ "কদায়নো খল্লুরসি!"

মেমচা অমমম থাংগত্তুনা য়েংই। ওইনবগী মওংদা, - "তামো! সি ফজেকো!"

খোগেন ঃ "হোয়নে, হোয়নে" হায়রগা পৈশাদু মানা পীরে।

মেমচা ঃ "তামো! ঐনা পৈশা তিংহল্লেকো!"

খোগেন মবুক্লিংদা বসন্তিনা হায়রম্নিবা ৱা ময়ামদুনা অশেংবা ঙাক্তা ওইরবদি মেমচানা মঙোন্দা চলাক খরদি শান্নরে হায়বসি মা ভাব তারে। অদুবু মাগী পুক্লিংনদি ৱারী লোইশিনহৌদ্রবা বসন্তিগী মনাক্তা চৎলগা মখা তানা ৱারীদু শানীংবনি। মেমচানা হোটেলদা করিনো খরা চাখিসি হায়দুনা অমুক হোটেলদা চংলে। মখোয়না হোটেলদা চারি থক্লিঙৈদা বসন্তি অঙাং অদুগী বোল অপাইবী অমা পায়হল্লগা ময়ুমলোমদা হনখিবা উই। বসন্তিনসু মখোয়বু উখি। খোগেন মানা তৌরুবা থবক্লা নুং অনীগী মরক্তা হা হায়বদু ওইদুনা ৱাখলদা মফাং-মফাংই। অশুম্না চৈরাউবা নুমিত্তগী মাগী পুক্লিংদা মখোয় অনীগী মরক্তা অমা থাদোক্লগা অমদা নকশিনবা নত্তনা অনীমক মরী লৈনবদি কুইবা য়াররোই হায়বশি মা চপ য়ুংনা খল্লে। অদুবু কনাবুনো মানা থাদোকদৌরিবসে? মাগী নুংশিবদি বসন্তিনি। বসন্তিগা মাগা মরী লৈনদুনা নুংশিগী পম্বুং য়ৌবদি অমুক ৱাগদৌরি-মরমদি মাদি বামোন্নি। মমা-মপা অহল-লম্মন পূন্নমক্লা থিংলকনি। মা বসন্তিবু থাদোক্কে খল্লুরগা হেন্নদুম নকশিন্নীংলকপা অমা ফাওরিবসিনা করিগীনো? মাগী চিঠিদা তামো!-তামোনা নুংত্তিগী লেপ্তুনা য়েংলম্বা মফমদুদা তামোবু লেপ্লিব্রা হায়না হেক্তমক য়েংনীংলুই। 'ব্রজ বৃন্দাবোন্দা রাধানা মতম অমদা উখিবা তোমাল পাম্বীনা মবুঙো কৃষ্ণগী শক্তম ওইরবোই নীংখিবা অদুগুম মাগী থম্মোইবুসু খোগেনগী লেপফম জগা অদুনা অৱাবা পীবীরে হায়রিবা ৱাফমদুনা তাক্লিবদি মাবু বসন্তিনা তশেংনা নুংশি হায়বনি।

মতমদু খোগেন বীঃ এঃ ফার্স্ট ইয়ার তম্লে। মা ইমুংগী লৈত-লাইরা থিবা ওইনা মখোয়গী লৈকায়দগী চীংদা ওজা ওইবা মখুরাশিং থোকপা ইবোবীশক কৌবা অমনা মমাদা হায়বদগী চীংদা ওজা ওইনবা পুদুনা চৎখিম্লম্রে। মাদি লময়েংবো ওইনা মতম খরদং লৈরুরগা হম্লক্কে খন্দুনা য়ারুবনি।

চীংগী লমদুদা য়ৌরগা পুক্লিংদা পংনুংদা নুংশিরক্কুনা ময়ুমদা থোক্লিংই। অদুবু মখুরা থোকপা অহন্দুনা নংদি অহানবা চংলকপনি খরা কুইনা লৈতবা য়ারোই হায়বদগী মা অহানবদা খরা বানা খাংবা তাখি। চীংদসু লৈরাংদি ফজবা অদুম শাথলি। হরাউ কুম্মেসু চীংগীসু অদুম মতৌই। ইনখৎলকপা মতম ওইবনা হরাউ কুম্মে য়েংনীংদবা ফজবা উরগা য়েংনীংদবা পাখণ্ড লৈবা হৌনদে। থংমিলা কৌবী খুনগী কুট কুম্মেদা মিস তাখিবী ক্লাস টেন তম্বী অমা অমুক উরুবদগী খোগেনগী য়ুমদা থোক্লিংবগী বাখলদু অমুক খরা-খরা তপ্না-তপ্না মমায় লৈবা হৌরক্লে। থংমিলানা চীংগী অঙম্বদা শমদা স্নাবুল পুদুনা ঈশিং-শোকপা চৎপদু উরগা পুক্লিংদা অপাম-নুংশিগী বাখলদু থংমিলাদা অমুক হোংলক্লে। থংমিলাদি জোনসন কৌবা খুলগী পাখণ্ড অমগা তিম্নদুনা কোয়দুনা চর্চ কামিম্নদুনা ঈশে শকমিম্নদুনা লৈজবনি। মাগী ছাত্রি ওইবগী খুদোং চাবা লৌদুনা খোগেন্না ঈশিং শোকফম ঈশিং খোংদা চৎপদা থংমিলাগা উনরে। চীংদদি কয়া কোইনদবনিনা থংমিলানা খোগেন্দাঃ- "ওজা! ঈশিং শোক্কেরা" হংই। খেগেননা ঃ- "থংমিলা নং ওজাগী চেংদু ফৌ খরা য়াওদুনা থোংবদা চাবা য়াম্না নুংঙাইতে। অদু নং খরা খৈবীগেরা"? থংমিলানাঃ- "খৈবীগে ওজা!"

খোগেন ঃ "নংনা চেং খৈবীরবদি নংগী খণ্ডবা পারাশিং ঐনা ফজনা তাক্কনি!"
"হোয় ওজা! অদু ওজা, ঐগী ঈশিংসি খরা থোনগৎপীয়ো" হায়রগা খোগেন্না থোনগৎতুনা মখোয় অনী তুংথ-মাংথ অমুক লাকমিম্নরে। থংমিলা ময়ুমদা ঈশিং থম্লুরগা খোগেনগী লৈফমদা লাক্লগা চেং খৈবীরম্মী। তাঙ্গাদুদা খোগেনগী য়ুমদা থংমিলা চংখিবা উবদা জোনসন প্রপ-প্রপ চংলক্কুনা থংমিলাদা মখোয়গী মরোলদা মৈতৈদি মবুক ফত্তবনি, নংনা করিগী মাগী চেং খৈব্রা হায়না ঙাংলুরে। থুনা থোরকউ! বা ঙাংনসি, হায়না খরা শাউরপ্না হায়রম্লগা থোকম্রে। খোগেন মবুক্তা জোনসন্না খল্লিবদু ভাবনা খণ্ডই। খোগেন্না থংমিলাদা মানা হায়রম্বদু মৈতৈগী চেং খৈরুনু, মখোয়দি মবুক লুবনি হায়বা

নত্রা? থংমিলা :- "ওজা! নং ঐখোয়গী লোন খঙব্রা?" খোগেন :- "ঐদি মীওইবগী লোন লোইনা খঙই"। থংমিলা :- "অদুদি ওজা! নংশি লাইগুম্বনিকো! শাউগনু ওজা মানা চুন্না ওজা খঙলমলোই হায়না ঙাংবা ওইগনি। মানা অদুম্না ঙাংলবসু ঐদি শাউদে, অদু চেং খৈবা লোইরবনিনা অমুক চৎকেকো!"

খোগেন : "চৎলো, চৎলো, হায়রগা থংমিলাগী নুংশিবা শকফমদু য়েংদুনা লৈহৌই।

*মথংগী নুমিত্তা স্কুলগী ক্লাস লোইদুনা ছুটি থারকপা মতমদা থংমিলানা :-* "ওজা! ঙরাংদি নংগী চাক্তা যৌ য়াওদ্রবনিনা চাবা খরা হাওরব্রা? "খোগেন :- "ইচন্না চেং খৈবীবদগী য়ান্না হাউনা চারে, অদু হৌজিক খোংদগী ঈশিং খরা শোকপীগেরা?"

থংমিলা : "শোকপীগে, ঐ যুম য়ৌরগা লাক্কেকো!"

খোগেন মাগী লৈফম য়ৌরে। ফমুংদা ঙাইহাক লোংনা হিপ্তুনা হৌখ্রবা মমাংগী বসন্তিগী বারী নীংশিংবা হোৎনরিঙৈদা থংমিলাদু মফি ফজবা চীংগী অহনবা শেৎলগা অমুক লাক্লে। "ওজা! ওজা!" হায়না মপান্দগী কৌরকই। খোগেন মানা খল্লম্বা বাখল লোইনমক থংমিলাগী ফজবা মশক, অহনবা চীংগী ফিচেৎতু উরুবদা খুদক্তা লোইনা অমুক কাউখ্রে। মাদি খোংদগী ঈশিংদু মাগী সনাবুলদা শোক্লগা শমদা হাপ্লগা হান্না পুরক্লবনি। মানা সনাবুলদগী ঈশিংদু খোগেনগী পাত্রদা হৈরমগে হায়দুনা শমদগী লৌথরগা খোগেনগী বালটিন্দা হৈরিঙৈদা থাংমিলাগী য়াম্নবা মশমদু নাকন্দা জ্বায়-জ্বায় লাওনা তারকপদু উবদা খোগেন্দু পুক্নীংদা ইথক হৌবগুম তৌরম্মী।

খোগেন্না : "থংমিলা! নংশি চীংদা শাৎপি ইঙৌম্লেনিহে! নংগী নশকসিদি তমগী লৈশাদগী য়াম্না হেন্না ফজেকো!" থংমিলা হরাউনা নোকই।

থংমিলা : "ওজানা হায়বদু চীংদা শাৎপি ইঙৌম্লে হায়বদি করিরা?"

খোগেন : "লৈ অমগী বারীনি, হয়েং ইঙেন হায়বা থাদুদা শাৎলকনি। চীংদা লৈদুনা ফজনা শাৎপদা তমদগী মীনা লৈদু হেকপা লাক্তবনিনা লৈদু

মতোমতা চীংমায়দা শাৎলগা মৈতৈনা হেক্তুনা মৈতৈগী মনাদা চিন্দনা লৈ পাম্বীদগী "কেন্দুনা মাংবগী বারীনিদা।"

থংমিলা : "ওজা! নখোয় মীতৈসি চীংদা শাৎপা লৈবুসু পাম্মীকো!

খোগেন : "পামদদি কৈনোনে, চীংদদি মী য়াম্না উদবা মফম্নিনা ফজ-ফজবা অতাংবা লৈ য়াম্না ফজ-ফজনা শাৎলি। কনানসু হেকপিরুদে, শোকপীরুদে, লৈরাংবা লৈহেকপা লৈতবনা! অদুগা তমদদি লৈরাংবা লৈহেকপা য়াম্না লৈবনিনা নোংঙানবগা কদায় কদায়দা করি লৈ শাৎলি হেক্কদবগী কোইথি থিরিবনি। পোমশাৎনরকপদগী হৌনা থদৎপীরিবনি। মনা-মশা য়েংবীবা নত্তে, অয়াম্বা মাগী মাগী ঙাইহাক্কী অপাম্বনা লোইনা থুদেকপীরিবনি। য়াম্না খেন্নৈদা ইচন! নংগী ফজবা শকসি তমদা ইম্ফাল সহরদা লৈরম্বা থোক্রবা, ঐনা ঙসি য়াম্না চম্না, অশেংবা লৈশাগী ফজবা শক ওইনা উবা ফংলিবসি ওইরমগনি থাজদে! ফজববু পাম্বা, মুন্নবা, ফজবা লৈ শাৎপগা হেক্তা হেক্কদবগী ঙাইবগুম, মনা-মশা লোইনা থুদেকপীবগুম, নুংশিবগী বাখল য়াওদেনে ইচল! ফজ, ফজবা লৈশা কয়া মনুং-মতম চাদনা নমদুনা ফাবীবা, মুন্নবগী খৎনবা য়াম্না থোকইদা তমদদি ইচন!" চীংগী ফজবা লৈদি সিরোই লিলি, চীংগী খোঙ্গুল মেলৈ, চীংগী উথম্বাল, চীংগী ইঙেন্নৈ ফজবা লৈ ঙাক্তনি মখোয়দি চীংদা কনানসু হেকপীদনা পাম্বীদা মনীংতন্না শাৎলগা মতম লোইরগা মতোমতা কেঞ্জবনি। চীংগী লৈগা চীংগী লৈশাগা ফজবা মান্নৈ হায়দুনা মৈতৈ লাইরিক ইবনা ইরম্বা ফজ-ফজবা বারী লৈরিবনি। নংনা মৈতৈলোন ফজনা তন্নবদি লোইনা খঙগদবনি।

চীংগী লোক্কী ঈশিংনা তরু-তরু লুনা চেনবনা থকপদসু পুক্লিংদা চিংনবা লৈতনা থক্লৈ হাউবসু হেল্লি। অদুবু অদুগুম্বা লোক্কী শেংলবা ঈশিংদু তপ্না-তপ্না অঙম্বা চীংদগী তমপাক তন্না অসুম চেঙ্থুব্রগা ইম্ফাল তুরেলদা চেঙ্খিদুনা সহর য়ৌবা কান্দদি কয়াদা অমোৎপা মচুগী ঈশিং ওল্লুরিবা। মীশু চীংদা ঙসি নংনা য়াম্না চম্না ফত্তবা মীগী মিথয়েং চংদ্রিবসে তমপাক য়ৌদুনা ইম্ফাল সহর য়ৌবগা নংবুসু শোয়দনা মুন্নরক্কনি, নংসু শোয়দনা ফত্তবা ওল্লক্কনি।

থংমিলা : "করিগীরা ওজা"?

খোগেন : "মী য়াম্বগী, ফত্তবা য়াম্না লৈবদগী, মী অদুক্কী মতিক য়াম্বা হেনগৎক্রিবা মখৈ ফত্তবসু হেনগৎলকই।

থংমিলা : "অদু, ওজা! চীংগী লৈগী মরমদা ৱারী নুংশিবা অমদি লীবীগেরা?"

খোগেন : "লীবীগে, অদু নংনা ৱারী তারিঙেদা জোনসন লাক্কুনা ঐবু নংগী ৱারী লীবীবগী ফুররবদি?"

থংমিলা : "ফুরোইদা ওজা! মাসু ঐনা ৱারীদু তাশি হায়গে?"

খোগেন : "মাদি ৱারীদু তারগা শাউগনি, চীংগী লৈশাবু তমগী পাঙখঙনা নুংশিদুনা ময়ুমদা পুবগী লোম্না চেনবগী ৱারীনি।"

থংমিলা : "অদুদি য়াম্না নুংশিগনিনে, ওজা! ঐদি য়াম্না তানীংবনিনে।"

খোগেন : "অদু নংসু ৱারীদু তারুবদগী তমগী পাখঙ অমদা নুংশিরক্কুনা তমদা লোম্না চেল্লসি হায়রক্রবদি নংবু য়াগদ্রা?"

থংমিলা : "অদু তমগী পাখঙদুনা ঐবু লুনা তৌগদ্রকো?"

খোগেন : "করিগী তৌদনি নশক ফজরিদুদি!"

থংমিলা : "ওজা! নখোয় তমদদি মশক ফজবা নুপীবু লুনা তৌব্রা?"

খোগেন : "চীংদা শাৎপা লৈদু হেক্লগা মানসু লুনা তৌবীদ্রদি লৈদুনা শাউরোইদ্রা"?

থংমিলা : "চুম্মী, শাউগনি অদুদি ওজা নখোয় মীতৈসি মবুক ফেকো"!

খোগেন : "মৈতৈদি মবুক য়াম্না ফবনি, পুকচেলসু চাউবনি, মীনুংশি লৈবা জাতিনি হায়নরিবনি। অদু নংগীবু তমগী পাখঙ, লৈজরব্রো?"

অদু হায়রুবদগী থংমিলাদু ইকাইরমাল্লে অসুম্না হায়রকই :- "ওজাদি মীগী লৈজদবা বা হংবদি খুম্বা ঙমদবনি, অদু ঐ অমুক চৎকে, চীংগী লৈগী ৱারীদো হয়েং শোয়দনা লীবীয়ুকো ওজা!"

ঙসিসু থংমিলানা খোগেনগী মনাক্তগী থোরকপদু জোনসন্না উদুনা থংমিলাবু অমুক চৈবীরে।

থংমিলানা ঃ "ওজাগী ঈশিং খরা শোকপীবনি, মানা ঐগী খঙদবা পারা তাকপীগনি হায়বগী মতেং খরা পাংবীবনি, মাদি বারী লিবসু য়াম্না হৈবনি, নংসু মাগী বারী তানীংলবদি ঐখোয় অনী তামিন্নসি!"

জোনসন ঃ "ঐদি মাগী বারী অশেম্বদু তানীংদে, চীংগী লৈশা মশক ফজবা থেম্বগী বারী শোয়দনা ওইগনি, মীতৈগী তাথতি নংনা খঙলোই, নংদি অপংবীনি।"

থংমিলা ঃ "জোনসন! নংনা ঐবু অপংবী হায়বদু ঐ য়ানীংদে। ওজা খোগেন মপুক য়াম্না ফবা মীবুসু নুংশিবা, মীগীদমক বাবা মীনিকো! ঐদি মাবু অসুম খুন্দা লৈহন্নীংবনি।"

জোনসন ঃ "থংমিলা নং ঐগী বা তাদ্রবদি ঐ নংগী ওজা খোগেনবু খুন্দগী শোয়দনা তানগনি! নং য়েংউ" হায়রম্লগা শাউনা চৎখ্রে। থংমিলা নুংশিগী অনৌবা মরী অমনা পুনবগুম তৌরে। শোমদা জোনসন্না মরীদু থদংকদবগী কন্না লাক্লুরি।

ঙসিদি নোংমাইজিং নুমিৎনি, ছুটিনি। চীংগী নুপা-নুপী, অঙাং-অহল লোইনা চর্চদা লাইনীংবা চৎনরি। অয়ুক্তু ঙস্তানা থংমিলাসু চর্চ চত্তুনা লাই নীংবা য়াওরুরগা ময়ুমদা চাক চারগা মতোমতা খোগেনগী মনাক্তা লাক্লুনা ওজা ঈশিং শোকপীরুগে হায়রগা ঈশিং শোকপীরুরে। খর-খরদগী চাকশু মানা মরক-মরক্তা থোংদুনা চামিন্নবা য়াওরক্রে। মখোয় অনীগী মরী নোংম-নোংমগী চেৎশিনক্রি, থদংপা পাক ঙমগদবা মাল্লক্রে ঙসিদি খোগেন মাগী মতম অমগী তমগী বামোন নুবী বসন্তিগী বাখল লোইনা কাউখিবগুম তৌরক্রে। খর-খরদগী থা তরুক পুরা শুরক্রে চীংদা লৈরকপা।

বসন্তি মফম খঙদনা খোগেনগী মবা-মপাও অমত্তা তাখিদবা থা তরুক ফারক্লবা মতমসিদা নোংমা দেবেনগী ফোটো স্টুদিওদা চংলক্লগা খোগেনগী মরমদা করি পাউ তাবগে হংলুই। দেবেন্না ঐসু থোইদোকপা তাদে, মা চীংগী প্রাইভেৎ স্কুল অমদা ওজা ওইদুনা লৈ হায়না তায়, ময়ুমদসু থোক্লক্তে। অদুবু অমুক্তং ময়ুমদা চৎলগা মুন্না হংলুগে হায়রকই। মতমদু মেমচাদি অতোপ্পা নীপা অমদা চেন্দুনা লুহোংখ্রে। বসন্তিসু বামোন এসঃ ওঃ ওইবা অমগী হায়না শীংনবগী কন্না

শিল্লকপদুদা মাসু খোগেনগী মতম অমগী মরীদুনা মাগী অহানবা নুংশিগী হয়েংফমগী তোমাল পাম্বী ওইরুবদুদা কাউবা ঙমজদদুনা হংজরবনি। নোংমসু বেন্দা করি পাউ অনৌবা লৈবগে হংলবদা দেবেন্না মাগী ৰাশি পাউ ফংবা খরা রে হায়রকপদগী বসন্তি মতম অমগী মাগী খোগেন্না পামজরম্বা পাশপোর্ট ইজগী ফোটোদু দেবেন্দা তাদা। তাদনা করিগুম্বা মানা হয়েং থোরকপা কান্দা রা পীবীয়ু মাদি এসঃ ও ওইবা রতন কৌবা ৰাংখৈদগী অমগা লুহোংগদৌরে য়না ফোংদোক্লমলে। দেবেন্না ফোটোদু মা শোয়দনা পীগে হায়রগা লৌহৌরে।

ইঙেন থা য়ৌরক্লুনা নোং য়াম্না চুরক্লে। খোগেন চীংগী কংলায়েন, উচিনা, য়েন হেকপা জঙ্গলদা হেক-হেক চৎলি। নোংমা মানা ফজরবা চীংগী লোকমায় মদা ইঙেল্লে পাম্বী খরদা ইঙেল্লে ফজনা শাৎপা উরুরে। লৈদুবু উরুবদা মানা লদুগী মরমদা ৰারী লীগে হায়খিবা মতাংদু নীংশিংলক্লে। থংমিলাবু মফমদুদা রক্লগা লৈদুগী মরমদা ৰারী লীবীগে খল্লক্লে। মাগী লৈফম য়ৌবগা ঙসিসু ংমিলাদো মাগী য়ুমগী মনাক্তা ঈশিং স্নাবুল থন্না শমদা হাপ্লগা মা লাকপা ঙাইদুনা লরম্লে।

খাগেন ঃ "থংমিলা নংনা তানীংবা লৈগী ৰারীদো ঐ হয়েং শোয়দনা লীবীরগে, লৈদু ঙসি ঐনা মফম অমদা ফজনা শাৎপা উরম্লে।"

থংমিলা ঃ "ওজা! লৈদু য়াম ফজব্রা?"

খাগেন ঃ "লৈদুসু ফজৈ ৰারীদুসু ফজৈ, নং শোয়দনা ৰারীদুদা কপকনিকো"

থংমিলা ঃ "করিগীরা ওজা?"

খাগেন ঃ "য়াম্না নুংশিবগীনিনে!"

মখোয় অনী হয়েংদি চাক চারগা লৈদু শোয়দনা য়েংলুসি, লৈদুগী মনাক্তা ফম্লগা লৈদুগী নুংশিবা ৰারী অমা নীপা অমনা লীগদৌরি অদুগা নুপী অমনা তাগদৌরি। লীগদৌরিবা মীসু মানা পামজবী চীংগী চনুরা অমগী মফমদা নুংশিবা তম্বীবগী ৰারী শানীংবগী নুঙাইজবা পোক্লুরি। তাগদবা অমসু তানীংবগী ৰাখলদুনা পুক্লিংদা নুংশি নুঙোলগী ৰাখলনা মথুম-মরাং হৌজরি।

ৰানা-ৰানা অহীংদু লেল্লে। খোগেনগা থংমিলাগা হায়নখিবা পুংফমদা উনদুনা ঙরাং খোগেম্না থেংনরম্বা লৈ শাৎহৌবা মফমদু য়ৌনবা ৰারী শানা-শানা লাকমিল্লে।

খুনদগী য়াম্না লাপথোরক্লুনা ওরাংগী ইঙেল্লৈ শাৎহৌবা মফমদু য়ৌরে। লৈ পাম্বীদুদা লৈ অমা শাৎলম্বদু উবদা খোগেন্না থংমিলাদা লৈদু সিনি হায়না তাকই।

থংমিলানাঃ "ওজা অসিগী লৈশিদি ঐসু হান্না উবনি অদুবু মমিং খঙদবগী বানী, ঐখোয়দি চর্চতা যিষুদা ওইনা কৎপিবনি।"

খোগেন্না মখোয় অনী ফম্নবা মনা পুংবা উশা খরা থেক্লিঙেদা থংমিলা খঙহৌদনা চংশিন্দুনা লৈরাং ইঙেল্লৈদু হেক্লুরে। খোগেন্না উশা পুরগা থংমিলাগী মনাক্তা চংলকপা মতমদদি থংমিলাদি লৈরাং ইঙেল্লৈ অমা হেক্লগা পায়দুনা লৈরম্লে। বারী খঙবা খোগেনগী পুক্লিংদা খংহৌদনা অবাবা বাখল পোক্লকই।

হায়রকই ঃ "থংমিলা নংনা করিগী লৈদুবু হেক্লুরিবনো?"

থংমিলা ঃ "ওজা করি তৌরব্রা?"

খোগেন ঃ "ঐবু বারীসি নঙোন্দা তম্লগদ্রা, ঐখোয় অনীগী অবাবা তাগদবা খুদম লৈবগী হায়বনি"।

থংমিলা ঃ "করিগীরা ওজা লৈসিবু হেকপা য়াদব্রা?"

খোগেন ঃ "লৈরাং মাবু লৈশা-পাখঙনা হেকপদা অপাম-নুংশি কায়নবগী বারী লৈবনিনে থংমিলা! ঐনা নঙোন্দা বারী লিবা হৌদ্রিঙেদা নংনা লৈরাং মাবু হেক্লুবনা লৈগী শাপ ফংগদ্রা কিবগী বানী।"

থংমিলা য়াম্না পাখৎনা ঃ- "অদু করম তৌগদ্রকো ওজা? ঐগী মবুক্তা নুংশা য়াম্না থীবনিকো ওজা! নংনা করিগী হান্না ঐঙোন্দা তাকপীদবনো ওজা!" হায়রগা খোগেন্দা ওজা নং ঐবু নুংশিবা মান্দে, ঐদি নংগী নশক উদবদা য়াম্না বাবগী নংনা হায়বা য়াদুনা নতুং ইন্দুনা লাকপনি হায়রগা কপ্পি।

খোগেন ঃ "করমদি তৌনি নংনা লৈদু হেক্লুরবনিনা লৈ মঙোন্দা মাগী শাপতু কোকপীয়ু হায়জসি!"

মখোয় অনীমক খোগেন্না হায়বা মতুং ইন্না মখুৎ লোম্নরগা লমগী লাইদা লৈদুবু লৈমায়দা থম্লগা মমিং উইশিন্দুনা মখোয়না লানথিবা খুদিংমক খঙদবদগী তৌখিবনি ঙাকপীয়ু হায়না খুরুমজরে।

লাই খুরুম্বা লোইরগা থংমিলানা ঃ- "ওজা শাপতু কোকদ্রকো" হায়না হংজে।

খোগেন ঃ "পূন্নমক ঈশ্বরগী থৌজান্নি"।

থংমিলা খোগেন্না উশা খরা থাদুনা ফম্লবা শেম্বা মফমদুদা খোগেনগী মনাক য়াম্না নক্না মশা-মশা ঙাথনদুনা ফম্মী। খোগেন্না মখুত্তা উশা মচা অমা পায়রগা মদুগী মনা অমমম থৎনা-থৎনা ৰারী হৌই। থংমিলাসু মচিন্দা নাপী অশংবা অমা চিক্লগা খোগেন্না লিরিবা ৰারী পুক্লিং চংনা তারি।

খোগেন ঃ "থংমিলা নংবু মৈতৈনা চৈরাউবা মতুংদা খুরুম্বা চৎনবা কৌক্র হায়বা লাইদু খঙব্রা"?

থংমিলা ঃ "তাবগুম তৌরে ওজা"।

খোগেন ঃ "ও! অদুদি তারো! কৌক্র মীনা ওনখিবা লাইগী ৰারীনি। মাগী মচানুপী লৈস্না কৌবী অমা মশক-মতৌসু য়াম্না ফজবী, শংলৈতোন পাখঙবগা লৌন-লৈনদুনা মচানুপী অমা পোকপনি। ঐনা হায়বা মৈতৈনা ইঙেন থা হায়বদো - হৌজিক ওইরিবা নোং লেপ্তুনা চুবা থাশে মসিগী তংখায় চনবা মতম নুমিদাংদসু থা ফজনা থোকপা মতমদা নোংমা নুমিদাংৰাইদা পোকই হায়দুনা মচানুপীদুগী মমিংদু ইঙেল্লে থোনবগী ৰানী। মপা-মমানা লুনা-চান্না তৌজবী ইঙেল্লে চহী তরা শুরক্রে। চীংগ্রী লমদা পোকপনা শীং-চনবা হৈরে, ঈশিং শোকপা খরা-খরা ঙল্লে। নোংমা নুমিৎ অমদা মপা শংলৈতোন পাখঙবদো অরুবা চৎতবা য়াদবা লাইগী য়াথংগুম্না লুবা থবক অমা চৎখিবনি। অয়ুক্কী চারা ৰান্দবগী অঙাংগা ওইবগা মমাদা ইমা চাক লাম্মে চাক থোংবীরো, অদু ঐ শীং খরা চল্লুরগা ঐনা হল্লকপদা ইমানা চাক লোইরম্মুকো হায়রল্লগা অঙাং পুকচেল ফজবীদো জঙ্গলদা চৎখিরম্মী। মমানা চাক থোংদুনা মচাবু পীজনবা হোৎনরিঙে, মচানা জঙ্গলদা শীং খুনবা হৌরকপগা চীংমাইদা অকনবা নোংহৌ লাক্তুনা অঙাং নুপীমচা চাউবা কাংদোং ফাজদ্রিবী ইঙেল্লেবু নুংশিৎনা হুমদুনা পুবীখ্রেদো। থংমিলা মরক থৎনা "অস! ওজা! মাদি য়াম্না ৰাগনিকো"! অসুম হুমদুনা পুখিবনা চীংমাইদগী ওম্বরক্তুনা পুলৈ

লোক্লুংদা তাদুনা য়াইবী থবায় মাঙলে। মচানা চাক লাম্লে ইমা চাক থোংলম্মু হায়রম্লগা হল্লক্লুবদা মমা লৈস্নানা মনাক-নকপা চীংগী জগা-জগা কোয়না থীবদা ফংদ্রে। পম্থৌ মপাসু হল্লকপা মতমদা মচা থিবা খঙদ্রে তম্বদা অবাবতনা মাইথোংদু য়েংবা য়াখিদ্রে। চাদ-থক্তনা মপা-মমানা মচাগী খোঙ্গুল লিরকপদা বামন্দুনা পম্থৌ মপাদো মিকপ অমা পুলৈ লোক্কী জগাদা তুমথক্লরে। মমঙদা মচানা লাক্লুনা পাউদম্লরে। "হাদা! পম্থৌ অপোকপা! ইপা নংদি খঙম্রবোই, নচাদি ইঙেন থাগী নোংলৈ-নুংশিৎ অকনবনা হুমদুনা পলেম ইমানা থোংবা চাকসু চারক্লে, তাইবংগী মপোক্ লোইদুনা পুলৈ লোক্লুংদা তাদুনা য়াইবী থবায় মাংলেদো। মথংগী মপোক শয়োন্দুনা মপুগী থৌগাই তুংইম্না লৈরাংগী শায়োন লৌরম্লগে পম্থৌ ইপানা নচাবু থিরকপদা লৈরাং ওইনা শাৎলমগেকো!" শংলৈতোন পাখঙবনা মঙগ্রেম-হাগ্রেম্নবগুম মিকপ খংথোক্ -থোরকপদা অঙাওবগী মতৌগুম মচাবু কৌদুনা কপচে। পলেম মমা লৈস্নাদো মপুরোইবগী মতৌদো য়েংঙমদ্রে। মচানা তম্লম্বা মমঙগী মপাউদো মমা ওইবী লৈস্নাদসু তমদুনা ঙাইহাক কপমিম্লরে। থুনা-য়াংনা পুলৈ লোক্লুং তাম্না মচাগী খোঙ্গুল লিরকই। মফম জগাদু য়ৌবদা মচাগী খুত্তা শিবিখিবা নুঙগী খুজি, ঙক্কী লৈতেং ওইজখিবা পলেম মমানা নুংশিনা থোনবীখিবা লিক-কোম্নচিংবা কয়াদু লৈমাইদা অতেক-অকায় ওইনা তারম্মী, মতৎ-মতৎ তৎলম্মী। পলেম ওইবী মমানা নোং খোংবগুম কপচরম্মী। মচাগী খুদমদি ফংলে, অদুবু ইঙৌন্নেগী মশাদি ফংদ্রে। মচাগী হকচাং উদনা করম য়ুমদা হনগনি খন্না থিজরকই। পম্থৌ মপানা উরে, মচানা ঙাইহাক্কী মমাংদা মমঙদা লাক্লুনা হায়রম্বা লৈরাং ওইনা শাৎলমগে পম্থৌনা খোঙ্গুল লিরকউ! ইপা-ইচা উম্নশি! চাউরবা নুংপাক থক্কী অকুৎপা মফম অমদা লৈপাক খরা তুংদুনা লৈরিবা জগাদুদা ফজরবা তগৎ-তগৎ তেক্লবা লৈরাং উরৈ অমা শাৎলম্লে। মচানা হায়রম্বা লৈরাংদু মসি ওইবা শোইদ্রে খল্লুদুনা লৈদুবু মচানি খন্না শংলৈতোন অমদি লৈস্নানা নুংপাকথক্কী লৈরাংদুবু য়েংলগা ও খোংনা চীংনুংদুদা চীংশা-নাপোম্ অনীদা খোম্থাং য়ৈবমখৈ কপ্রম্মী।

শংলৈতোন চান্নবী মশানৌদা য়েংলগা হায়রকই ঃ- "ইচাগী থবায়না ওনবা লৈরাংসে মপা ঐনা নুংশিনা ঙসিদগী "ইঙেলল্লে" হায়না থোল্লগেকো।

থংমিলা মমিত্তা মপি তানা খোগেনগী বারীদো পুক্লিং চংনা তারম্মী। ওজা ঐদি ইঙেল্লেদু ঐ ওইবগুম্ অমুক্-অমুক্ খল্লকপনি। ঐসু অঙাং ওইরিঙেদা নোংলৈ-নুংশিৎ হায়বদো অদুনা হৃম্বদগী চীংদা ওহুবনিনে। ইপানা উবদগী খুদোং থীবা নংদবগী বারী। ঐসু ইঙেল্লেগুম্ ইপানা উরমদ্রবদি লোক্লুংদা তাদুনা শিরম্লবদি ওজাগা ঙসি উম্নদুনা বারী শাবসি ফংলম্লোইকো ওজা!"

খোগেন ঃ "করিগীনো নংনা অদুম্না খল্লুরিবদে? নং ঐবু নুংশিব্রনে?"

থংমিলা ঃ "করি হায়গদবনো খঙদে ওজা। ঐগী মবুক্তা নংবু অসুম য়েংনীংবা, উদবদা বাবা, মতম চুপ্পা নংগী বারী নুঙাইবা তানীংবা, নংগী চাকশু ঐনা থোংনীংবা, ঈশিংসু শোকনীংবা মসিবু করিগীরা ওজা?"

খোগেন ঃ "মদুনি নুংশিবা হায়বদো, নং নুংশিবা মশক মুম্না খঙলে। অদু লৈগী বারী তারবনীনা যুমদা হল্লসিরা?"

থংমিলা ঃ "ঐদি ওজাগা শুম পুম্না লৈরগা বারী নুংশি-নুংশিবা তানীংবা"!

কদোমদগীনো খঙহৌদনা মঙলকপা নোংহৌ অমনা কম্না চুথরক্লুনা মখোয় অনী মশা পুম্বা লোইনা চোৎলে, মখোয় অনী য়েংনরগা পংনোক্তা নোকই। থংমিলাগী ইনখৎলকপগী লময়ৌনা ফজরবা মায়থোং, শম্লাং, শবান-মুত্তি লোইনমক নোংনা চোৎপদুদা হেন্না-হেন্না ফজবগুম তৌরে।

খোগেনগী বাখলদসু পৃথিবীগী ফজবা পুম্নমক্তগী ফজবা হায়বদু থংমিলানি খল্লুরমাল্লে। নোকলম্বদগী খোগেন্না থংমিলাবু মুম্না য়েংবদুদা থংমিলাদু ইকাইজদুনা মমায় খুম্মী। মখোয় অনী খঙহৌদবা নুংশিগী ইপাক অমদা পুম্না ঙাইহাক অকনবা থম্মোইগী ঈরে অমনা কম্না হৃমদুনা সংসারগী বাংমদা লৈরুরে। জ্ঞান তারকপদা মনাক্তা ঙসাই তগৎ-তগৎ তেক্লা নীংথিজনা শাৎহৌবা লৈরাং ইঙেল্লেদু মাগী বারী-লোইনা লীবীরুবদুনা ওইরমাল্লে থুনা লৈমন চনত্রবোই লৈমাইদা হাইথদুনা য়াম্দুনা লৈরম্লে।

নুরা-পাখঙ্ অনীদু লৈরাং ইঙেল্লেগী ৱারী লোইরগা খুন তম্না অমুক নোক নোক্তুনা মখুৎ শম্নদুনা হল্লকই। শোমদা মখোয় অনী পুম্না লৈরমদবা উবদা জোনসন খোগেনগী মথক্তা করিগুম্বা খরদি তৌরগে চপ য়ুংনা লেপখ্রে।

মখোয় অনীনা লাকপা য়াবা লম্বীদা জোনসন ঙাইদুনা লৈরে। মানা ঙাইরিবা লম্বীদুদা মখোয় অনী নোংনা চোৎলুরগা মশাদসু অমোৎ-অকায় লৈখোম্নজিংবা তৈবা উবদা মশাদা চিংনবা হেল্লক্তুনা খোগেনবু লম্বীদা থৎলগা নং খুন্দা চংবা য়ারোই, নং ঙসিদি অরোইবা নুমিৎনি হায়রগা মানা পায়রিবা চৈদুনা খোগেনগী মকোক্তা কন্না থারম্মী। থংমিলা য়াম্না পাখৎনা মখোয়গী মরোলদা লোল্লগা জোনসনবু থীনা চৈরম্মী। জোনসন্না থংমিলাবুসু খুপাক্কা অনীরক থাদুনা ফুবীরে। খোগেন মকোক কায়দুনা তুদুনা লৈরিঙেদা অমুক্কা চেনশিন্দুনা মাগী চৈদুনা লাইবক্তা হঞ্জিন-হঞ্জিন অনী-অহল্লক থাদুনা জ্ঞান মাংদুনা অশিবগুম তাদুনা লৈরবা মতমদুদা শিরমাল্লে খন্দুনা জোনসন খুন্দা হনখ্রে। মাগী অকি-তুজুংবা মতৌদুদা থংমিলা খুন্দা চেন্দুনা পাউদু তম্লুদুনা মী ময়াম অমা পুদুনা লাকপা মতমদদি খোগেন ঈ থোকপগী চাং য়াম্না হেনজিনখ্রে। থুনমক খুন্দা পুরক্লগা অনকপা হোসপিটালদা পুনবা হোৎনরিঙেদা খোগেনগী শ্বর লেপখ্রে।

থংমিলা অহীং চুপ্পা খোগেনগী মনাক্তা কপ্তুনা তেংথাদুনা লেল্লে। নোংঙাল্লগা অশিবা হকচাংদু পুলিস গাড়ী লাক্তুনা ইম্ফালদা রিমস হোসপিটালগী মীরেল শঙদা পোস্ট মোর্টেম লোইরগা ময়ুমদা পুরক্তুনা সংসকার তৌরে। থংমিলা খুন্দুদা অঙাওবী ওইনা ইঙেল্লে হৌবা জগা থিরগা মফমদুদা ফম্লগা ওজা খোগেন হল্লকপা ঙাইদুনা লৈহৌরি।

শোমদা হয়েংদি বসন্তিগী লুহোংবা নুমিৎনি দেবেন পাউ ফংদুনা খোগেন শিবগী সংসকার য়াওরুবা হল্লক্লগা মানা খৌরাংনা মতম অমদা হংজবদু অমুক্তংদি তাকপীসিরা খন্দুনা বসন্তিখোয়গী থোংগালদা লেপ্লুই। মানা খল্লি, - "ঐনা পাউশি তম্লুবদা বসন্তিগী থম্মোইদা অবা-মৈচাক্লা খাংঙমদদুনা ৱাহুখ্রো, নত্রগা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি করি ওইগনি," ঐ তম্নরোই খন্দুনা অমুক হল্লক্লে।

মানা হনখ্রবসু বসন্তিগী মমঙদা খোগেন লাক্তুনা ৱাফম অমদি তম্বীরল্লে। "বসন্তি নংগী অশেংবা নুংশিগী পাউখুম ঐনা হন্দক মপোক্কী পীরমদ্রে। ঐদি বসন্তী অঙাওবা খোইমু ওইদুনা অউ-অউবা লৈরাংবু মীহৌবা পোক্লুদুনা চীংগী

লৈখোঙ শংবা খোইমুগী খুত্তা থবায় মাংলে। অদুবু নংগী নুংশিববু মীরাইরুবগী ঐগী মথংগী মপোক্তি নংগী মিৎয়েংফম - ঐনা তত্তনা নংবু য়েংজখিবা মফমসিদা নংগা ঐগা তোয়না উননবা তোমাল পাম্বী ওল্লগা হৌরগেকো! নং ঐবু বারৌগনুকো!"

মিকপ থোক্লককপদা বসন্তি য়াম্না বারম্মী। অদুবু বানা-বানা অহীং অদুমদি লেপ্লে। নোং ঙানবা ঙাইবা ঙমদনা খোগেন্না হায়রম্বা মফমদুদা চংলগা য়েংলুবদা তোমাল পাম্বী মচা অমা ইনৌ-নৌনা হৌদুনা লৈরম্লে। চৈ কোয়না য়ুঙলগা খাদুনা ঈশিং, চাইবীরম্লগা বসন্তি মখোয়গী থোংগালদা চংখি।

মাগী লুহোং-খোংদোংবা লোইনা লোইখ্রে। ঙসিদি মঙানি চাক্লৌবনি। চাক তাক্কুনা চারমদাইদা ময়াম ফম্লনবা খবর অমমম্ য়েল্লকপদা খোগেনগী ফজরবা মতম অমগী বসন্তিনা মেমচাগী লাইরিক্তগী লৌথোক্লগা য়েংখিবা ফোটোদু য়াওরম্বা উরুরে। অসুম্না ইরম্মী ঃ- "অবাবা ফোংদোকপা" শ্রীথোকচোম, খোগেন সিংহনা মনুং-মতম চাদনা হৌখিবা ইঙেনগী কুন্নি পানবা ইরাই নুমিত্তা নুংশিরবা মরুপ-মপাং, মমা-মপা খ্বাই পুন্নমকপু থাদোক্লম্লগা ঈশ্বরগী খুয়াদা চংজখ্রে। মাগী আত্মা শান্তিগীদমক মিনিট অনী তুমিন লৈদুনা ক্লবকী মেম্বরশিংনা অবাবা ফোংদোকচরি।

বসন্তি হুমাং হঞ্জিন-হঞ্জিন কাংখি। খনখি, "ও! মানা ঐগী মঙদা পীরম্বা পাউদু অশেংবা ওইরবোইরেকো!" ঐ মানা ওনবা তোমাল পাম্বীসিবুদি ইপামদা লাকপা খুদিংগী তত্তনা য়েংলগা মাগী মৈচাকসি খাংবা তারেদো!

তাং ২৫/৮/২০০৩

# "তৎলুরবা ঈগী মরী"

উপেন দিল্লি য়ুনিভর্সিটিদা এমঃ এঃ হিস্টরি ফাইনেল ইয়ারদা তল্লি। মহাক এমঃ এঃ লোইবগা আইঃ এঃ এসঃ থাগে হায়বগী ৱাখলদা পুক্নিংদা অচেৎপা থাজবসু থল্লি। নোংমা মানা "ওল ইন্দিয়া ইনস্টিটুট ওফ মেডিকেল সাইনসেস" (এমস) তা মণিপুরদগী মহাক্কী মরী-মতা মমাগী মথুরা অমা কেন্সরনা নাবগী লায়েংবা লাকই হায়দুনা অনাবা হংবা চৎলুই। অতোপ্পা মণিপুরদগী ফজবী কৌবী লৈশাবী চহী তরানিপালগী অমসু মাবু পোকপী মমা জয়মতিগা লোইননা হোসপিটালদুদা লায়েংদুনা লৈরম্মী। জয়মতিগী মচানুপী ফজবী ওপরেসন তৌবা তারে। ঈ পীননবা মী ফংদদুনা মমা জয়মতিনা য়াম্না মায়থোং মকশিন্না লৈবা উরম্মী। মমানা য়াম্না নুংশা থীনা, পাখৎনা মী খুদিংগী মফমদা চংদুনা ইকাই-ইকি খঙদনা মণিপুরদগীরা, মৈতৈরা ঐবু তৌফম খঙদ্রে, উপাইসু লৈত্রে, ডাক্তরনা ঈ পীনবা মী ফংদ্রবদি ওপরেসন তৌবা ঙম্লরোই হায়রে হায়দুনা মী খুদিংগী মফমদা হংবদুদা উপেনগী পুক্নিংদা নুংঙাইতবা পোক্লক্লুনা মাগী ঈগা করিগুম্বা নুপীমচাদুগী ঈগা চানরম্লবদি মঙোন্দগী ঈদু পীরগে হায়দুনা ঈ টেস্ট তৌবা চংখ্রে। মমা জয়মতিনা ঈশ্বরদা মাগী ঈসি মচা নুপীগী ঈগা চানরম্লবদি ফগনি অমুক্তা চানহনবীয়ুবা! হে ঈশ্বর ইবুঙো! হায়দুনা মখুৎ অনী লোম্নদুনা মমিত্তা মপি তানা মমিৎ অনী উইশিন্দুনা নীজরম্মী। ঈশ্বরনসু চানবীরে, উপেনগী ঈদু ফজবীগী ঈগা গ্রুপ অমত্তা ওইরম্লে 'বী-প্লস' ওইরে। মমাদু হরাউজরে, মমিত্তা মপি তারকই। ওপরেসনসু হৌখ্রে, উপেন্দগী ঈ পীদুনা ওপরেসন মায় পাক্লা পাংথোকখ্রে। ঈ পীবা লোইরগা উপেন্না অনাবদুগী মমিং-মথা লৈকায়, লৈফম্ মপাগী মমিংশিংদু অনাবগী ম্লিপ্তা ইরিবদুদা য়াম্না মুম্না য়েংলম্মী।

য়ুম্নাম ফজবী দেবী, দস্তর ওফ লেটঃ ডাক্তর শ্যামানন্দা সিংহ লৈফম শীংজমৈ চীংঙা মথক থোকচোম লৈকায়, ইম্ফাল, মণিপুর।

উপেনগী মবুক্তা চিংনবা অমা পোক্লম্মী, অদুদগী অমুক্তু য়াম্না পুক্লিংদা য়িয়ঙমদবা নুঙাইবা অমসু ফাওরম্মী। ঈ পীবা লোইরগা ফজবীবু পোকপী জয়মতিদা, "ইমা ইচলগী মঙ্গল ওইবা ঈশ্বরনা পীনবীবা ওইসনু!"

জয়মতি : "ইবুঙো! ইচাগী লমন ইমানা পুন্সিগী কাউরোই ইচাগী মিং, লৈফম, ইমা-ইপাগী মিং নীংথিনা ইরগা ইমাদা পীরম্মু! ইমানা মণিপুর থোক্লগা ইচাগী য়ুমদা চত্তুনা ইচাবু পোকপী ইমা অমদি পাবুং উনদুনা ইচাগী মরমদা বারী শারুগনি।

উপেন : "ইমানা তাকপীরিবদুনা নচা পেঞ্জরে। ঐখোয়গী ইবুবোক অমা নাদুনা লৈ, ঐদি মাগী অনাবা হংবা চুম্না লাকপনি, দিল্লি য়ুনিভর্সিটিদা এমঃ এঃ তম্বনি, ঐগী লৈফমদি ইম্ফালদগী য়াম্না লাপ্পা খুঙ্গং অমদগীনি। ইমানা মফমদুদা চৎলুবা নুঙাইগদবা মান্দে, লৈফমদি পীজররোই, মিংদি উপেন কৌই, য়ুম্নাক্লা য়ুম্নামনি।

জয়মতি : "ইবুঙো! ঐখোয়গী শাগৈসু য়ুম্নামনি। নচন অসি য়ুম্নাম নীঙোলনি। নপাবুংদো ডাক্তর য়ুম্নাম্ শ্যামানন্দা হায়দুনা মণিপুরদা মমিং চৎলম্বনি। মিৎকী ডাক্তরশিংগী মনুংদদি মাদনি হায়নরল্লিবা! অদুবু চীংদা মেডিকেল কেমপ অমা চৎপদা গাড়ী লোংবদগী এক্সিদেন্ট থোক্তুনা কোক্তা থীনা শোকপদগী লৈখিদবনি। ইমানা মণিপুর কলেজগী ইংলিসকী সেনিয়ার লেকচররনি। ইচা নীপা অমগা নচনসিগা ইচা অনীদনি। ইচা নীপাদুদি আর্মি ওফিসারগী খন্দুনা চেন্নাইদা ত্রেনীং তৌরি। ইমানা শুতি লৌরগা অমুক্তংদি মচনগী মনাক্তা লাক্লবা হায়খিবনি। মা শোয়দনা লাকপা য়াই। অদু ইচাবু অমুক্তংদি লাকখোদনা! নচন নুপীনা নাবা ফরক্পদা ইচানা ঈ পীদুনা নচনগী থবায় কনবীবনি হায়না ইমানা নচনগী মফমদা তমদুনা শক খঙনহনগে, মানসু কয়াদা হরাউজগনি, পুন্সিগী কাউদনবা!"

উপেন : "হোয় ইমা! নচা শোয়দনা অমুক্ মথংগী নোংমাইজিংদা লাকচগে"!

বারী ঙাইহাক শারিঙেদা ওপরেসন লোইদুনা অনাবদু ট্রোলিদা ইথোরক্লে। মাগী লৈফম বেট তানা উপেনসু ইনবা য়াওরে। ময়াম চংদুনা ট্রোলিদগী ফমুংদা

থাংথরে। উপেন নুপীমচাদুগী মশক্তি উরে, অদুবু মমিৎ উইশিনবন্নিনা নুপীমচাদুনা মাবুদি উদ্রে।

উপেন : "অদুদি ইমা নচা কোম্না অমুক্ লাকচরগে, ঙসিগীদি অমুক্ হনজরগে?"

জয়মতি : "ইবুঙো! বারৌগদ্রা ইমানা পৈশা খরা ইচাগী মতেং ওইনবা?"

উপেন : "নত্তে ইমা! নচানদুম ইচনগী য়াম্না হেন্না পাংফম থোকপনি। ঙসিগী থৌদোকসি ঐঙোন্দসু থোক্লোই হায়নীঙাই লৈতে। ঐগী ওপরেসন তৌবগী ঈ ফংদবগী ঐবু পোকপী ইমাদুনা বাজবা মতমদসু ইমাখোয়গুম্বা অমনা ঐগী মতেং পাংদ্রগদি ঐখোয় মীওইবনা করম্না হিংমিন্নগনি?"

জয়মতি : "ইবুঙো! ইচাগী বাঙাংশিংসি তারুরগা নংগী পাবুংনা মরক-মরক্তা হায়রম্বা বাঙাংশিংদু লোইনা নীংশিংলক্রে। ইচাগী বাখলগা ঐখোয়গী নংগী পাবুংদুগী বাখলগা ওহ্লোক্লা মান্নখ্রেবো! নোংমসু মীগী অনাবগী ডাক্তর মানা মশাদগী ঈ পীদুনা ওপরেসন তৌহনবীখিবগী বারী তৌরম্মী। ইচা লেম্না মাংঙোই, ইচানা তৌরুবা থবক খুদিংমক্তা মঙ্গল ওইয়ুকো! ইমানা বর পীরবনি হায়রগা মকোক্তা নানবী। উপেনগী পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোকচৈ।

উপেন অমুক্ মাগী য়ুনিভর্সিটিদা হল্লক্রে। মাগী হোস্টেলগী কা য়ৌবগা শঙ্গোম গিলাস অনী শেন্নগা থকচিল্লে। হোস্টেল মেশতা চংদুনা চাক চানা-চানা খল্লি,! "নুপীমচাদু ঐগীদি ইপা তিন্নবা ইচন নুপী ওইরম্লবা! মমাদুনদি করিসু খঙহৌদ্রে। অদুবু করম্বা তানফম অমনা ঐনা মফমদুদা চৎলগা ইচন্দুগী চিরবা তানফম অমদা থেংনরুদুনা ঐগী হকচাংগী ঈচেলগী শরুক্তগী ঈ খরদং ইচলগী হকচাংগী ঈচেলদা তিলহন্দুনা মচিন-মৌপ্গাগী মরীদা হেন্না নকশিন্নহল্লুরবা! ঙসিগী ঐগী লাইবককসি কয়াদা ফগ্রবনো? লমলানবা কনাগুম্বী অমগী ঈ পীগে খল্লুরগা ঐগী ইচলদা পীবা ঈ ওইরম্লবা! ইপা অমত্তগী ঈদগী তোঙান তোঙানবা মমা অনীগী গর্ভদা থা তরা নাউপুদুনা পোক্লকপা ঈগী ঈচেল অনীখক্ মান্নবা ঈগী গ্রুপ্তা পুল্লমদুনা মচিন মৌপ্গাগী তোঙাল্লম্বা ঈচেল অনীনা পুনশিন্নীংদুনা ইচনগী

হকচাংগী ঈচেলদা তিঞ্জদুনা পূন্না চেনমিন্নদুনা মচিন-মৌপ্পাগী মরী হেন্না নকশিল্লকপা ওইহনবীরবা! ঐসি কয়াদা মরাইবক ফরবা মবুংনো? অদুবু ইচলদুনা ঐবু মবুংনি খঙদবসিদি অচৌবা অহাংবা অরাপ্পা ৱাখল অমদি শোয়দনা মাগী ৱাখলদা লৈহৌরি। ঐনা করম্না ৱাফমসি মঙোন্দা খঙহনগনি? ৱারীগী অহৌবা শরুক্ খঙলক্লগা মথৱাই নুংঙাইরোইদৌরিবদি মাবু পোকপী ইমাতোন জয়মতিনি। ৱাফমসি ঐনা ইচন নুপীগী মফমদা তোঙান্না ফোংদোকচরগদি মানদি হরাউজনি, মমিত্তা মপি তানা কপচগনি, মবুং ঐঙোন্দা ওইনজগনি, পুক্লিংসি নুংশিরকৃইদা! পূন্নমক ঈশ্বর মানা শীনবীবনিকো! মমা-মচা পুন্নিঙেদা ঐনা থম্মোই শেংবা শাদুনা ৱাফমদু ফোংদোক্লুবা মতমদা ইমা অদুনা ঐগী মফমদা থন্নল্লিবা থাজবা, নুংশিবগী চাং তাংখায়দা লোইনা হন্থখিগনি ঐদি লোন্নবী মচানি। অদুগা ইনাও অদুনা আর্মিগী ওফিসার ওইগদৌরবা। কয়াদা মরাইবক ফরিবা। মতম শাংনা তৎলুরবা ঈগী মরীসি ঐনা এমঃ এঃ লোইরগা আইঃ এঃ এসঃ অমুক্তং ফংলগদি পূন্নমকসি ঐনা জয় তৌদুনা ইমাতোনগী ৱাখলদসু ঐবু অপোকপা মচাগুম শোয়দনা নুংশিবীরক্কনি মাগী নুংশিবগী চাংদু মাংলোই। অদুনদি ঐ হোৎনদবা য়াদে, শোয়দনা আইঃ এঃ এসঃ ওইদবা য়াদে। মিৎ-না উইশিন্দুনা হোৎনবা তাই। মসি মাগী ফিরেপনি।

মথংগী নোংমাইজিং নুমিৎনি, উপেন মাগী রুমমেট বঙ্গালি মচা প্রমোদকুমার রায়গা লোইননা 'এমসতা' লাকই। মবুবোক্তু মাগী অনাবগী ফিভম খরা লুরে, ডাক্তরনা থা অনীগী মতম থারগা য়ুমদা পোৎথাহনবনা ফরনি হায়বদগী য়ুমদা হয়েং থোক্কনি হায়দুনা ঙাংনরম্মী।

শোমদা ফজবীগী লৈফম বার্টতা চংদুনা মমা জয়মতি উনদুনা মমানা ফজবীবু শক তাক্তুনা উপেন্দগী ঈ লৌরগা মাগী ওপরেসন মায় পাকখিবনি, নবুংবু পুন্সিগী কাউগনু হায়না তাকপীরম্মী।

ফজবী : "তামো! ইমানা তম্বদগী তারে, তামোনা পুকচেল চাউনা মতেং পাংবীরমদ্রবদি দিল্লিসিদা ঐখোয়গী কন্না লৈদুনা ঈ পীবীগদৌরিবনো? অদু তামোগা ঐগা ঈ চানরম্বা গ্রুপ অমত্তা ওইরম্বা অদুগা য়ুন্নাকসু য়ুন্নাম ঙাক্তা ওইরম্বসিদা নচন্দি ঐগা হেক পোকমিন্নবা ইবুং অমা ফংলে খঞ্জরিবনি। তামো নচন খুরুমজগে হায়দুনা ফমুংদগী মবুংদা

নোঙ্গদুনা খুরুম্মী। মবুংনা মকোক্তা নুংশিনা চুপ্পীরম্মী, মচন্নি খল্লুবদা ওইরমাগ্রে, করিমত্তা কোইখিদ্রে। মচনগী মকোক্তা নুংশিনা চুপ্পীবদুদা উপেনগী মমিত্তা মাদি থম্মোইদা ফুনগৎলক্লুনা মপি তারক্লুনা রুমালনা তৈথোকই। মমা জয়মতিনা "ও! অঙাংসি থম্মোই য়াম্না নৌইদা! মাগী থম্মোইনা অসি য়ৌনা পেৎথরক্রবা! মমিত্তা মপি তাবমখৈ ঐগী ইচাবু নুংশিবা ফাওরিবসিবু ......... অঙাংসিবু"? করিগুম্বা চিংনবা খরা মবুক্তা ফওরকই।

উপেন : "ঐদি নং অসুম্না ফরমগনি খঙদবনা ইচনগী চানবা করিসু লৈরক্রে"। ইচনগী চানবা শেম-অঙ্গুর খরা লৈরুগে হায়রগা অমুক্ থোকখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা অঙ্গুর শেম পুদুনা লাক্রে। মমা জয়মতিনা শেম খোক্লুনা অঙ্গুর খরগা প্লেৎ অমদা খাইদোক্লুগা চাননবা থম্মী।

উপেন : "ইচনবু হৌজিক য়ুমদা করি হোৎনরিগে?"

ফজবী : "তামো! ঐ টুবেলফ থারম্লগা লাকপনি। পরিক্ষাসু নুমিৎ খরনিগী মনুংদা শোয়দনা হায়দোরক্কদবা মাল্লি"।

মখোয়না বারী শানবদা ফজবীগী অনাবা লাইওংগী মতাংদদি গাইনিগা মরী লৈনবা ওইবনা হংনরুদ্রে।

উপেন : "অদু নাবদি ফরবনিনা অমুক য়ুমদা চৎপা তারেনে?"

ফজবী, "ঐ তামো! ঐদি চৎনিংবনা খোরো-খোরো খোৎলবনি, ডাক্তরনা য়াদবগী লৈবগী বানী।

উপেন : "অদুদি য়াম্না থুনা ফরগা মণিপুরদা থোক্লগা নংগী নহৈদা পুক্লিং-চংনা হোৎনরুরো। ইবুং পরিক্ষা নকশিল্লকপসিদা খরা কম্না হোৎনরুখিগে" হায়রম্লগা চৎকে তৌরে।

ফজবী : "অদু তামো! তামোনা পরিক্ষা লোইরগা মণিপুরদা থোক্লকপদা ঐখোয়গীদা শোয়দনা চংলকউকো! তামোগা চাক-চারা অমত্তসু চামিন্নশি! "হোয়-হোয় ইবুং শোয়দনা চংলক্কনি"।

উপেন মাগী বঙ্গালি মরুপ রায়গা থোকমিন্নখ্রে। মা মাগী অশেংবা হৌখিবা বারীদি মচন অমদি মমাতোনগী মফমদা করিমত্তা তাক্লমদ্রে। মচন অমদি

মমাতোনসু উপেনবু য়াম্না পুকচেল চাউবা মৈতে পাখণ্ড অমনি হায়না খল্লগা মণিপুরদা অনাবা ফদুনা থোক্লক্লে।

উপেন অনীংবা অমগী মখাদা মহাক ৱাখল অনী লোংদনা লাইরিক্তা পুক্লিং চংলক্লে। নোংমা হাজামদা চত্তুনা মরু শিৎ নাম্না কোকথোক্লগা মাগী হোস্টেলদা হল্লক্ই। নুমিৎ অদুদগী মপালকা অমত্তা থোক্খিদ্রে। মী তিম্নবা তোকখ্রে। মাগী সিলেবস কবর তৌনবা কুপ্না চেকশিম্না য়েংদুনা মাগী এমঃ এ ফাইনেল পরিক্ষা পীখ্রে। মানা খনবদা মানা পরিক্ষাদা ইথিবশিংদুগী হায়রুরগদি মা ফার্স্ট মক তাদ্রবসু সেকেন্দদি শোয়দ্রে খল্লি। অদুবু, পরিক্ষা হায়দোরক্পা মতমদদি মানা থার্দ তারে। অদুবু মা শাউদে, মাগী হোৎনবা ৱাৎপগীনি খন্দুনা শাংবা মপূং ফাদ্রিবা মশমদু অমুক্কা হজামদা চত্তুনা মরু কোকথোক্লুরে। মা আইঃ এঃ এসঃ কী প্রিলিমিনরি পরিক্ষা অমুক থাখ্রে। হোস্টেলগী মরুপ-মপাংশিংনা হন্দক্তি মৈতৈমচা অমদি শোয়দনা খনবা য়াই- মদু উপেন্নি। হায়বগা তৌবগা মান্নরে, উপেন প্রিলিমিনরি পাশ তৌরে। অমুক্কা কন্না হোৎনদুনা ফাইনেল অমুক ফল্লুরে। ফাইনেলনবু মঙোন্দা হেন্না নুঙাইবা হেল্লে। ফাইনেলগী পরিক্ষাসু হায়দোকরপদা ঙম্লে। হৌজিক্তি ভাইভা ভোসতমক ঙাইশিল্লক্লে। অদুবু মানা খনবদা মা অশাদি চাউনা অদুম লৈ। হায়না-হায়না ভাইভা ভোসসু পাংথোকখ্রে। মা মোমোন নোক্তুনা থোরক্ই। ঙসিদি মশম মনাদু থাউকা তৈদুনা থুনা শাংলবদি নুঙাইগনিদা খল্লি। মশমসু শাংবা মপূং ফারক্লে। নহানগী হাজামদুদা হন্দক্তি কোক্লরোই খরা ফজনা শেম্বীরো হায়দুনা নীংথিনা কক্তুনা শেম্বীরে, লু কোক্লুবা মান্দ্রে। মাগী ফিরাল মমায়দু মশানা হোৎনদুনা নমদুনা চুমহল্লে উপেন আইঃ এঃ এসঃ পরিক্ষা সেরিএল নম্বর তরামঙাদা ঙমলে। মাগী ফোটো অপোকপা মপাগী মমিং, য়ুম্নাক লৈফম খুদিংমক্ ময়েক শেংনা লাউথোরক্লে, রেদিওদসু খবরদসু। মণিপুরগী খবর পূম্নমক্তসু ইরক্লে য়ুম্নাম উপেন সিংহ সন ওফ লেট ডাক্তর য়ুম্নাম শ্যামানন্দ সিংহ, মশাগী লৈফম থাঙ্গা, মপাগী লৈফম শীংজমৈ চীংঙা মথক থোকচোম লৈকায়, মমাগী মমিং সলাম নীঙোল য়ুম্নাম ওংবী রঞ্জনা দেবী।

ফজবী খবরদা য়াওরিবা উপেনগী ফোটোদু উরুবদা চাক থোংলিবা মমাগী মনাক্তা চংলক্লগা ইমা! ইমা! পাউ নুংঙাইবা অমা য়াওরে, টু য়েংউ! ফোটোসে! তামো উপেনগী ফোটো নত্রা?" মমানা য়াম্না পুক্লিং চংনা মমিং-মথা, লৈফম,

মমা-মপাগী মমিং লোইনা অমত্তা চিৎথদনা পারুরগা উম! অদু, মতমদুদা মাদি ঐবু, ইচা নুপীবু মশক খঙগ্নবগুম মচিন-মৌপ্পাগী ঈচেল্লনা পুজনীংদুনা মানা মফম খঙদনা মফমদুদা লাক্কুনা মচনগী ঈ পীদুনা মচনগী থবায় কনবীরকখিবা। ঐনা থম্মোই শেংনা নুংশিনা পীরম্বা বরদুনরা মানা অশুক্-বাংবা মণিপুর মচানা তাংনা ফংবা আইঃ এঃ এসঃ হায়বা মিংদু ফংদুনা লৈবাক মমাংদা লৈখিদ্রবা মপাগী ইজৎপু হেন্না বাংবা-থাক্তা পুখৎপীরবা! মচন নুপীনা খুরুম্বদা মানা মচনগী মকোক্তা চুপ্তুনা মমিত্তা মপি তারক্কুনা রুমালনা তৈথোকখিবা, মাদি মরম পূন্নমক হান্না খঙলম্বা তাই। শিংইদা ইচাদো! ইমাগী ইবুঙো! ইমানা ইচাবু অমুক্তংদি পমনীংখ্রেদা! ঐনা পোকপদগীদি খুঙ্গংদা পোকপী ঐনা মতম অমদা তাথি-তাওইনা তৌবীখিবদগী মপাবুং শিবা ফাওবদা তাকপীখিদ্রবা, শকশু খঙনখিদ্রবা, মপামদা চৎখিবদগী অমুক হল্লকখিদ্রবা নমা-নচাগী অবাবা পুন্সি মরক্তগী অকনবা পল কয়া নমখায়দুনা নংনা ঙসি শাফোংলক্রবা। ইচাদনি নংগুম্বা মচাগী মমা ওইবা ফংজবদা মণিপুর ইমানা চাউথোকচনীঙাইনি। ইমাসু চাউথোক্লি মীপুম খুদিংগী মফমদা ঐনা চাউথোকচগনি ইচাগীদমক্।" ফজবী মবুংগী ফোটো খবরদগী য়েংনা-য়েংনা নুঙাইমনখিদুনা মমিত্তগী নুংঙাইবগী পিরাং শিন্থবা পাক হেক লোইদ্রে। মবুংনা মাগী মকোক্তা নুংশিনা চুপ্পীখিবা মখোয় অনীগী ঈগী গ্রুপ্পা পুল্লমদুনা মাগী বারবা তানফমদা মবুংনা ঈ পীবীখিবা, ঙসিনা মণিপুরগী মীপুম তিংনা পান্নরিবা আইঃ এঃ এসঃ পরিক্ষা ঙমদুনা অফাওবা মীশক ওইরবা। মা নুংঙাইবনা লুতোন শাৎপা হায়বদু য়ৌরে। মবুংগী মনাক্তা প্রপ-প্রপ চংশিন্দুনা কোঞ্জনীংই। খল্লি, "ঐগী ইবুংদো অমুক্তংদি ইনাক্তা উজগেবা হে ঈশ্বর!" মচন্না কাদা অমুক নোক-অমুক কপ তৌরিঙেদা মপালদা মী অমা লাকপগী বেন্দ খিংলকই। ফজবী মবুংগী বাখলদা ঙাওজরুবনা "তামো লাকএ! তামো লাকএ"! হায়দুনা চেম্মোরক্পদা থোংদা মখোঙ্দু খুদি থিদুনা তুশিল্লি। খোঙবী কায়দুনা খুজিল ফক্তোক্তুনা ঈ থোক্লে। মবুং উবদা ফজবী নুঙাইমন্দুনা মবুংগী মখোঙদা তুবদগী বাম্থখ্রে। মমানা ঈশিং পুথোরক্তুনা মকোক্তা থাই, মবুংনা মচনবু নুংশিনা কোনখৎপী। তশেংবসু মবুংসু মচনগী মফমদা মানা মশক থোকপা য়াম্না লেম্না মবুংনি তাকচনীংদুনা পুংফম চপ চারে খন্দুনা চংজরকপনি। মচন নুপীদু জ্ঞান অমুক্ তারক্লে। মখোঙদু হিদাক হাপ্তুনা বেন্দেজনা পুনবীরে, অদুবু মা নাবা ফাওদে। মচন নুপীনা মবুংদা, "তামো নংনা ঐবু নচান্নি খঙনা খঙনা মতমদুদা তাকপীদ্রিবা

করিগীনো? তামো নং ঙসিদগী য়ুমসিদা লৈরসি অমুক্ চৎখ্রনু!" মচিন-মৌপাগী কুম্মৈদু উবদা মমা জয়মতি মনাক্তা চংলক্লুনা, "নংনা মতমদুদা নচনগী মফমদা উৎখিবা শক্তম, ইচাগী মিৎলুদা পিরাং তৈথোকখিবা মতমদা ইমাগী থম্মোইনা চিংনবা পোকখিবা পাউখোংদু ঙসিদি ইচানা ফোংলেদনা! "লাউ! ইমা অমুক্তা কোনগে"? মমাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মমাবু করিমত্তা চিংনদনা খুরুম্মী। জয়মতি ঙসিদি উপেনবু মানা পোকপা নত্তে হায়বা পূমকাউ কাউখ্রে। তাইবংগী চৎনবীসি লুইদা। মমানা মচাবু লাইবক্তা নুংশিনা চুপ্পীরম্মী। উপেন মতমদুদা, মতম অমদা মানা খনখিবা মমাতোন্না মাবু অপোকপা মচাগী বাখল খলহনগে খনখিবা মিকুপ্তু ফংজখি। অনিমক মমিত্তা মপি তানৈ।

ঙসিদি মতম অমদা মানা খনখিবা বাখলগী পম্বুং য়ৌদুনা উপেন মচন অমদি মমা অতোম্বীনা হরাউনা পীজবা চাক্ চারগা নুমিদাংবাইদা অপোকপী মমাগী মনাক্তা থাঙ্গদা অমুক্ চৎখি।

তাং ২৩/১১/২০০৩

# "ৱারৌখ্রবা থম্মোই"

ইবোহল শিলোংদা লাইরিক্ তম্লিঙেদা মীচালু মরাক্ কৌবী মশক্ মতৌ ফজবী খৃস্টান ধর্ম্ম চৎপি অমগা নুংশিনদুনা মখোয়গী চৎনবী মতুং-ইন্না খস্টানগী চর্চ অমদা লুহোংলে। লুহোংবা মতুং থা অমা ফারবা কান্দা নোংমা মাগী নৌনা লুহোংলবী নুপী মীচালু পুরগা মণিপুরদা থোরক্ই। ইবোহলগী মপা গোপাল হিন্দু লাইনীংদা য়ক্ লাউবা মতম অমগী অমাং-অশেংদা য়াম্না কা হেন্না থাজবা অহল ওইনা তৌই। মচাশিংনসু মাবু য়াম্না কিনা হঙ্গোইনা চৎলি। মপাগী মগুণ ফজনা খঙবা মচা অহল ইবোহন্না ময়ুমদা পাক্-হেক্ চংবা ঙমদদুনা মাগী মরুপ থম্বৌগী য়ুমদা অহীংদু থুংলম্মী।

ইবোহলবু পোক্পী মমাদি মানা য়াম্না নৌরিঙেদা লৈখিদে। গোপাল মনাও নুপী রাধে অমুক্ লৌদুনা ইবোহলগী মখাদা মনাও নীপা ইবোয়াইমা, ইবোতোন অমদি মচন ইতোন তোম্বী মেমতোম্বী পোক্লুনা রাধেগা পান্নদুনা লৈবনি। রাধেনা ইবোহলবু মানা পোক্পমক্ নত্রগসু মচেনা পোক্লম্বনিনা মচাদা মচাগুম্ অদুম্ মতৌই। শিলোংদা মহে তম্বা চৎলমদাইদা নোংমা মমা রাধেনা চুন্না পৈশাবু কনানা থাবীদোইনো হায়রুবদগী ইবোহল শাউদুনা চরা হেনখি। মপানা থেমদুনা থাখিবনি। মাসু খল্লি, "ঐনা পুরক্লিবা নুপীসি বাবানা য়ারক্রোই"। অদুবু ঐ লুহোংলে হায়বসিমদি খঙহন্দবা য়াদে খন্দুনা পুরক্পনি। নুমিদাংদা মাগী মরুপ থম্বৌ লাক্লুনা ইবোহলগী মমাতোন রাধেদা তপ্না ইংনা ৱাফমদু হৌদোক্ই। মমাতোন্দু মচাগী পাউ তাবদা পুক্লিংদা ৱাজরম্মী। মানা পাউদু মপাগী মফমদা তম্লুবদা শোয়দনা মচাবু পুন্সিগী লম্বী কক্লে হায়রক্লনি হায়না কিজরম্মী। লৈকায়গী মপাগা লুনা তিন্নবা লোংজম বীধুবু হায়হনসি হায়দুনা বীধুদা ৱাফমদু তন্নে। বীধুসু য়ারক্লদবা মান্দে নখোয়গী বাবাগী মওংসিদি কিদি কিদা হায়রগা ঐ লাইবক্তি য়েংগে হায়দুনা বীধু গোপাল উনবা লাক্ই। বীধু মাংগোলদা কাখত্তুনা ফিদা অমদা ফম্মী। মতমদু ইবোহলবু পোক্পা গোপালদি মাগী গীরিরাজা শেবা অয়ুক্কী লোইদুনা লুক্ হৌদুনা

লৈরম্মী। বীধুনা ঝাফমদু পাক্-হেক্ হৌদোক্পা ঙমদ্রে। বীধুনা মাংগোলদা অসুম্ ফমদুনা লৈবদুদা গোপাল লাইবক্তা চন্দোন পাল্লা থিল্লগা মমায় ওনশিল্লকই, "আই বীধু নং লাক্পোইরে, করি থবক্কিনো?"

বীধু : "তাদা! নচানুপা ইবোহলদো শিলোংদগী থোরক্রে; থম্মৌখোয়গীদা লৈরি"!

গোপাল : "অদু মানা য়ুমদা চংলক্কিবদি করিগীনো?"

বীধু : "তাদা মা নুপী অমা পুরক্রে"।

গোপাল : "হা! কদায়দগী?"

বীধু : "শিলোংদগী চীংমী নীঙোল"!

গোপাল: বীক্ষু! বীক্ষু! লোইরে, ঐ লোইরে, ইবুঙোগী লুককাসি লোইনা মাংবা তারবা!" ঐনা মসি থোক্কনি হায়না মানা চৎলমদাইদা চীংনখিবদু চুম্লবা?" ইবুঙো বীধু! মা অমুক্ হন্না য়ুমশিদা চংলক্কনু হায়য়ু! মাগা ঐগগী মরী ঙসিদগী লোইরবনি, ঐগী ইচা ইবোহল শিখ্রে, নুপী ময়ুমদা য়াওং ইনগেরা মাগী ফগদবা লম্বী অমা য়েংজখ্রো, য়ুমসিদগী করিগুম্বা শমপতি অমত্তা তাল্লক্পসু য়াররোই হায়য়ু।

বীধুসু ইকায়-নুংশি য়াম্না হনখ্রে। গোপাল য়াম্না শাউনা মাগী লাইগী লুক্ হৌরম্বদু মৈ মুথৎলগা মাগী নুপী রাধেদা ওনশিন্দুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাংদুনা অমুক্ লৈরে। মচানুপা ইবোয়াইমা, ইবোতোন অমদি মচানুপী মেমতোম্বীসু করিসু হায়জবা ঙমদ্রে। ইবোহল মপানা মাবু শাওরে, পুন্সিগী অমুক্ উনবগী দরকার লৈত্রে নুপী ময়ুমদা য়াওং ইন্দুনা লৈখ্রো হায়রি তাবদা মমিত্তা মপি তানা কপ্পী। মাগী পুক্লিংদা মমা-মপাবু অমুক্তংদি কায়নরমদাইদা খুরুমজনীংবনি অদুবু বীধুনা চৎলুরনু হায়বদগী অমুক্ মমা-মপা উনরমদনা শিলোংদা হনবা তারম্মী। মপানা মমা অমদি মনাওশিং ফাওবা মাগা উনবা য়ারোই উনরুরবদি নখোয়বুসু ঐনা য়াদ্রবনি খঙউ হায়বদগী কিদুনা ময়াম্ববু উনবা চৎত্রে। নুমিত্তুমা লৈরল্লগা ইবোহল মথংগী নুমিত্তা শিলোংদা অমুক্ হনখ্রে।

ইবোহলগী নুপী মীচালু মরাক্তি করিগীনো ইবোহলনা মাবু মণিপুরদা পুরক্কগা ময়ুমদা পুশিন্দনা শিলোংদা অমুক্ হল্লসি হায়রিবসি মাবু ইবোহলগী মমা-মপানা

পামদবগীরা হায়না খল্লি। অশেংবা বাফমদু মীচালুদা ফোংদোক্তনা ইবোহলনা মীচালুবু শিলোংদা পুদুনা অমুক্ লাক্লে। মীচালুনা য়াম্না খঙনীংনা নুংত্তিগী হংবদুদা ইবোহলসু তাক্তবা য়াদদুনা মরমশিংদু লোইনা শেংনা মমিত্তগী মপি তানা মাগী নুংশিবীগী মফমদা তম্লে। অদুবু পীশক্ পীক্লিঙৈদা মাবু পোক্পীদুনা চাউনবা মী অমা ওইনবা হোৎনবদা বাজরক্রবা মমা-মপাবুদি পুক্নিগী কায়নরগনি খল্লুবদা তত্তনা কপ্পি। তপ্না-তপ্না পুক্লিং ফাথদুনা মা ঙসিদি খৃস্টান ধর্ম্ম চত্তুনা মীগী চৎনবীদা হেন্না নকশিনখ্রে। ময়ুমদা নোংমতা থোক্লকখিদ্রে। শিলোংদা ক্লার্ক ওইদুনা মেঘালায়া সরকারগী মখাদা থবক্ তৌরে। মচানুপা অমসু পোক্লে।

মণিপুরদা মাগী মনাও নীপা ইবোয়াইমা, ইবোতোম্বী অমদি মচন মেমতোম্বী লোইনমক্ মতমগী মতুংইন্না ময়ুম-মকৈ পান্দুনা মাগী-মাগী শরুক তন্নখ্রে। অদুবু খ্বাইগী অহল ইবোহলগীদি মপানা করিমত্তা তম্বীদ্রে। নোংমতসু মাগী বারী হৌদোক্লদ্রে। ইংখোলসু মচিন-মনাও অনীগী য়ুম্ তোঙান-তোঙান শানখিদুনা ইবোহলগী শরুক্তি খাক্পীদ্রে। পটটা নৌনা শাদুনা মচিন-মনাও অনীগী মমিং তোঙান-তোঙান পানখ্রে। ময়ুমসু তোঙান-তোঙান শানরে।

চহী কয়া মথং-মথং হৌখিবনা মচিন-মনাওশিং ময়াম্বা অহলগী বাখল অমদি ইবোহল মীরমদা লৈরি হায়বা লোইনা কাউখিবগুম তৌরে। শুম্নগী মাংগোলদা মখোয়না পীক্লিঙৈগী মতমদা নমখিবা ইমুংদুগী অপুনবা ফোটো অমথক ফক্লাংদা থেৎলিবদু মঙাইরে। মনাওশিংদুনা ময়াম্ববু কাউথ্রবসু ময়াম্বা ইবোহলনদি মনাও অনী অমদি মচন নুপী মেমতোম্বীবু মরক্-মরক্তা নীংশিংলি। মানা মতম অমদা মনাওশিং মখুৎ শমদুনা স্কুল চৎপদা পুবীখিবা; নুংত্তিগী লাইরিক্ তাক্পীখিবা; পুন্না স্কুল হল্লক্লগা চারা বানমিন্নখিবা। মনাও অনী অমদি মচল নুপী মেমতোম্বীবু মরক্-মরক্তা নীংশিংলকই; মখোয়গীদমক্ বাজে। "তুরেলগী ইচেলনা হঙ্গৎনা চেন্দে" হায়নৈ। করিগীনো নোংমতসু মনাও অনীদুনা ময়াম্বা অমা শিলোংদা লৈখিবদু করম লৈরি হংলম্রিবা? ময়াম্বনা বারৌই।

ইবোহল মচা নুপা অনীগা নুপী অমগা মচা অহম শুরে। মখোয় লোইনা লাইরিক্ হৈরে। মেত্রিক্ পাশ তৌদুনা কলেজ তমলে। মখোয়না তত্তনা মপাদা হংজে; "বাবা! ঐখোয়গী মণিপুরদা মরী-মতা অমত্তা লৈদ্রব্রা? ঐখোয়বু মৈতৈনি হায়বদাই? মণিপুরিশিংনা জগোই-ঈশৈ, থাং-তা, শান্ন-খোৎনবা অসুক্ য়াম্না

চাউখৎলগা ঐখোয়না মৈতে ওইরগা মৈতেগী থৌনা ফুদোক্পা গুমদনা লৈবসি চুম্লা? ঐখোয়সু মণিপুর য়েংনীংই, ইপা-ইপুগী লমদুদা চৎনীংই। বাবা নংনা ঐখোয়বু মণিপুরদা পুবীরোইদ্রা?" মচাশিংগী ঋাহংদু তাক্লরগা মপানা পাউখুম পীফম খঙদদুনা কপ্পী। শিলোংদা মণিপুরদগী লাক্পা ফুটবোল টিমগা অসামদগী লাক্পা টিম অমগা ফাইনেল মেটচ অমা শাম্লে। মদুদা মণিপুরনা থোইরে হায়দুনা ইবোহলগী মচাশিংদু হরাউদুনা মপাদা তমজে। য়েনছাং অহাউবা থোংলগা চাশি হায়জে অদুবু ইবোহলগী মচা অহমদো মৈতেলোন্দি তম্বীদ্রে, মসিনি মাগী অশোয়বা। মণিপুরদগী লাক্পা শিলোংদা তম্বা মৈতে মচাশিংদা ঐখোয়সু মৈতেনি হায়গদবদু লোনদি খঙদবনা হায়গদবা ইকাইজরে। অদুনদি লমদমদুগী মীনদি মখোয়না মৈতে মচানি হায়রক্লবদা নোক্লবীদৌরি, থাজবীরোইদৌরি। মমিংসু মমাগী লৌদুনা গারোগী মিংদা লোইনা থোনখ্রে। মরোলসু মীগী মরোলনা ঙাংনরে। শুপ্নগী মপা মণিপুরদগীনি, মৈতেনি, মখোয়সু মপা মৈতে নুপা অমগী মচানি হায়বদুত মঙাইরে। অদুবু মখোয়গী থম্মোইদা মৈতে মচানা মীথোই-মীহেন য়াওরক্পদদি হরাউজরি। কয়াদা নুংশিখ্রবা মাগী-মাগী ঈ হায়বসি মাগী কাংলুপপু নুংশিবগী ঋাখল অমদি অদুম লৈবোইরেকো! মচাশিংনা মৈতৈনা হৈ-শিংবা উরগা হরাউজবা, শিলোংদা লৈরগা মণিপুরগীদমক্ চাউথোক্চবা কয়াদুদা মপাসু নুঙাইবদি পোক্ই। অদুবু অপোক্পা মপানা মাবু য়াখিদবা ইনথোক্পীরকখিবা ঋাখল অদুনা মণিপুর চৎকে খল্লুরগা ঋাখল লাইমন হেক্তা ওইদুনা তোক্ই। মানা মমা লৈবাক্ মরমদম মণিপুরবু নীংজবা, মচিন-মনাও, মচননুপীবু নুংশিজবা ঋাখলদু চংদুনা পোক্খিবা মচাশিংদুগী ঋাখলদসু মণিপুরবু নুংশিবা, মাগী মপা-মপুশিংগী মরমদা খঙনীংবা পোক্পা ওইরম্বসু য়াই।

নোংমা মণিপুরদগী ইবোহলখোয়গী লৈকায়গী ইবোপীশক কৌবা ইবোহলগী চহী লোনগা হান্না ইবোহলগা হায়স্কুল তম্মীন্নখিবা মরুপ অমা ইবোহলনা ওফিস কুম্লকপগী লম্বীদা থেংনরুরে। শক্ মাল্লি ওইরম্বসু য়ায় হায়দুনা ইবোপীশক্লা হান্না ঃ- "আই! ইবোহল নত্রা হাউবম মরক্তগী"? ইবোহল খঙবগুম তৌদুনা ঃ- "ইবোপীশক নত্রা"?

ইবোপীশক ঃ "করম করম তৌরি মরুপ উনদবা কুইরেদা"!

ইবোহলনা চা অমমম থকমিন্নসি হায়দুনা হোটেল অমদা চংদুনা ফম্নগা ঋারী শাম্লে।

ইবোহল : "চুম্মী, কুইরে, উনদবা, অদু মরুপ্ ঐখোয়গী বাবাখোয়, ইমাখোয়, ঐগী ইনাওশিং, ইচল নুপীদু করম-করম তৌরি, পাউকা তাবীব্রা"?

ইবোপীশক : "ভায়! নংগী ননাও অনীদুদি নুংঙাইরে, মখোয় অনীমক সরকারগী থবক অমমম তৌরে। ইচন মেমতোম্বীগী নুপাদুদি খরা ফবা য়ৌদমান্নে। অদু বাবাদি লৈখিদ্রে, মরুপ্তা পাউকা অমত্তা তাক্রুক্ত ব্রা"?

ইবোহল থম্মোইদা দং লাউনা মপা লৈখিদ্রে হায়বা পাউদু তাবদা অৱাবা পোকখি। মবুক্তা মিকুপ্তুদা খনখি, ঐ বাবাবু অমুক্ উররোইদো! মপি তারক্ই, ফুরিংখাউদগী রুমাল লৌথোক্লুনা তৈথোকই। মখা তানা :- "মরুপ্ ইমাদি য়াম্না শোন্নম্নগনি"?

ইবোপীশক : "ইমাদি মপাল-ইপাল কয়া থোকপা উদ্রে"।

মখোয় অনী চা থকপা লোইদুনা হৌগৎলক্লে।

ইবোহল : "অদু কুইনসু উনদ্রে, ঙসিসি ঐগীদা লৈরুরসি হায়ববু কায়গদ্রা"?

ইবোপীশক : "নং উনবসিনা হেন্না নুংঙাইরে, ঐ মরুপ অমা হোটেলদা লৈহৌরি, মথং লাকপদদি শোয়দনা চংলক্কে" হায়রম্লগা মখোয় অনী মফমদুদা অমুক কায়নরে।

ইবোহল মতম অমগী মাগী লৈকায়গী মরুপ ইবোপীশক্লা তম্নম্বা পাউদুনা পুক্লিং শোম্থরকপগুম তৌই। য়ুম য়ৌরগা ৱাসু কয়া ঙাংদে, "ঐ চাক চাররোই" হায়বম্লগা ঙস্তানা ফমুং চংখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা চাক চারগা ঙস্তানা ওফিস কাখিবনি। ইবোহল খঙহৌদনা নুমিত্তুদা ওফিসতগী নারে হায়দুনা হল্লক্ই। মা ৱাখল নুংঙাইতবদগী বীঃ পীঃ খরসু ৱাংবা মাল্লি। মচাশিংনা য়াম্না খঙনীংনা মাগী মরী-মতা, মপা-মপুগী মরমদা তোয়না হংবদুদা ঙসিদি মাগী ট্রংক হাংদোক্হল্লগা মানা মতম কুইনা লোত্তুনা থম্লকপা মখোয়গী ইমুংগী গ্রুপ ফোটোদু পুথোক্লুনা মচাশিংদা য়েংহল্লগা মশক্ তাক্ই। মচাশিংদা মপাগী মমিং, লৈফম, লৈকায়, মাগী মরুপ থম্বৌগী লৈফম, মনাওশিংগী মমিং লোইনা চেদা ইশিলহল্লে। মানা চীংমী নিঙোল মচা অহমগী

মমা ওইরিবী মীচালু মারাক্ লৌরুবনা মরম ওইরগা মাবু পোক্পা মপা গোপালনা ইহোরক্খিবনি। মণিপুরদি হিন্দু ধর্ম্মদা য়ক্ লাউবা, অমাং-অশেং কন্না খায়বা জাতি অমনি। নখোয়না হয়েং মণিপুরদা চৎলুবদা নখোয়বুসু শোয়দনা মাংই হায়রক্কনি, ইমুংদা চংহল্লক্রোই, মখোয়গা পুন্না চাম্মিন্নবা য়ারোই, মখোয়না তুম্বা ফমুংদা নখোয়না তুম্নুবা য়ারোই, নখোয় মপালদা লৈবা তাবনি। নবুক্লিংদা মখোয়বু শোয়দনা শাওনীংবা পোক্লক্কনি। ঐবু পোক্পা ইপাদো কা-হেন্না অমাং-অশেং খায়বনি। ইপাবু মহাক্না নমাগা লুহোংলুবগী মাংই হায়দুনা ইহোরকখিবনি।

মপাগী নীংগুমদবা বারীশিংদু তারুবদগী হান্না মণিপুরগীদমক্ চাউথোক্চরম্বা অঙাংশিংদো পুক্লিং খঙশোন শোম্বগ্রে। মণিপুরবু অমুক্ বারৌবা হৌরক্রে। অদুবু অমুক্তংদি করি কমদৌনা হিংবা জাতিনো য়েংনিংখি।

ইবোহল বীঃ পিঃ বাংবগা বাখল নুংঙাইতবগা মচাশিংদা মাগী হৌগ্রবা পুন্সিগী বারী লীরুবদুনসু অমুক্কা হেন্না থম্মোইদা নুংঙাইতবা পোকখিদুনা বীঃ পীঃ স্ট্রোক্তা লৈখিদ্রে। খৃস্টানগী হৌনবী মতুং-ইন্না মাগী-মথৌ মঙম লোইখ্রে। ময়ুমদসু মা শিবগী পাউ অমত্তা থাখিদ্রে।

থা খরগী তুংদা মচানীপা অনীগা মচানুপী অতোনবী পুন্না মণিপুরদা অহানবা ওইনা লাক্নুনা মাগী মপা ইবোহলনা তাক্লম্বগী মতুং-ইন্না মাগী থায়নগী মরুপ থম্বৌগী এগ্রেসতা থিরগা থম্বৌগী য়ুমদা চংলকৃই। হিন্দি লোন্দা থম্বৌদা মখোয় অহম ইবোহলগী মচানি-মপা শিখিবা থা অনী ফারে, মপানা থম্বৌ থিরগা মাগী য়ুমদা পুরগা মখুরাশিং, মনে মেমতোম্বী লৈবদো শক্ খঙনহল্লু হায়রম্মী তম্বা মতমদা থম্বৌদু মাগী মতম অমগী লুনা তিন্নরক্পা অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ ইবোহল লৈত্রে তাবদা মাগী মচাশিংদুবু অমমমত ওইনা কোল্লগা কপমিন্নে। মচানুপা অনীদু মপাগী মশক্সু মাল্লি। মখোয় অহম্ম য়াম্না থুনা ইবোহলগী মচিন-মনাওগী ময়ুমদা পুবীরক্রে। মতমদু ইবোহলবু পোক্পা গোপালদি লৈখিদ্রে। ইবোহলগী মমাতোন রাধেদি য়াম্না অহল ওইরে। ইবোহলগী মনাও ইবোয়াইমা, ইবোতোন লোইনমক্ ময়াম্বগী মচাশিং শিলোংদগী লাক্ই হায়দুনা য়েংবা থোক্লরকৃই। অদুবু অঙাংশিংদু মাঙ্গোলদা কাথৎলকৃউ হায়বদা য়ারমদে। মরমদি মপানা তাক্পীরম্বা মখোয়দি অমাংবা জাতিনি, শুমাংদা অসুম লৈগে, ঐখোয় ইপাগী য়ুমদং খংগে লাক্পনি, হোটেলদা লৈগে, ইপানা মৈতৈগী মাঙ্গোলদা

কারুগনু নখোয়বু চংহল্লক্লোই হায়রম্মী হায়না তম্বদু তারগা ইবোহলগী মমাতোন মচাবু কৌরগা নোংখোংবগুম কপ্লম্মী। ইচাগী থম্মোইনা অদু য়ৌনা বারৌখ্রবা। চংশিল্লক্নুনা মগুশিংবু অমমম ওইনা কোনবীরম্মী। মথুরা অনীসু ময়াম্ববু কৌদুনা ঙসিদা শিবগুম কপ্লম্মী। মচন নুপী মেমতোম্বীসু কৌবীরুদুনা মবুংগী মচাশিং লৌইনা শকখঙনহল্লে। মতম অমদা মবুংনা নুংতিগী লাইরিক্ তাক্পীখিবা, নুংশিনা পোদুনা স্কুলদা সাইকলদা মাবু লৌবা, থিনবা তৌখিবা কয়াদো নীংশিংলুরগা মেমতোম্বী বাহুদুনা কপ্লম্মী। ময়াম্বা অমদি মবুংনা কয়াদা নীংবা কায়না নীংঙমদনা শিরমগদবদু খল্লুবদা বারী তারিবা য়েংলিবা ময়ামদুসু লোইনা কপ্লরে। মাংগোলগী ফক্লাংদা থেৎলিবা ইমুংগী অপুনবা ফোটোদা য়াওরিবা মপাগী মশক্ উরুবদা অঙাংশিংদুগী মবুক্তা মখোয়না পুরক্লিবা মপানা পীরম্বা ফোটোদুগা মান্নবদুদা অমুক্স হরাউজবা পোক্ই।

ইমুংদা পুশিন্দুনা ইচাশিংবু কনানা মাংই হায়রিবনো অসুক্ কুইবসি ঐখোয় লোইনমক্ নখোয়বু পোক্পা ইয়াম্বদো হল্লক্পা ঙাইরক্পনি। নখোয়গী নখৌদো হিন্দু ধর্ম্মদা খরা কা হেন্না থাজরুবা লাইরিক্ হৈবা বাৎখিবা মতমগী চৎনবী সমাজসিবু কিবদগী থোক্খিবা থবক্নি। ইচাশিংনা নখোয়গী য়ুমদা চংবদা কনানা থিংগদৌরিবনো? ঐনা পোক্লিবা ইচা, ইনাও নুপাগী মচাশিং নখোয় অহমগা নচিন-ননাও-নচিন-নৌপ্পা ঙাক্তনি। ইচাশিংগী করি বাৎলুগনি নখোয়সু অশেংবা মৈতৈ ঈগী মচা ঙাক্তনি।

ময়াম্বা শিবগী পাউ ঙসিখক্তা তাবদুদা মখোয় নুমিত্তু ঙাদি চান্দ্রে-অবাবা খরা খাংলে। মথংগী নুমিত্তা শ্রী শ্রী গোবীন্দজীগী মন্দিরদা চত্তুনা উৎশোপ অমা কত্তুনা ময়াম্বগী মিংদা শ্রাধা শোনবগুম শিলোংদগী লাক্পা মচাশিং মৈতৈগী ফৈজোম্ পুময়াৎ শেৎহন্দুনা মচানুপীবু পুঙৌ ফনেক্ শেৎপীদুনা উৎশোপ চাবা য়াওহল্লে।

মখোয়না খল্লুবা, মপানা মখোয়দা হায়রম্বদুগা কয়াদা খেন্নমনা পূন্নমক্লা মখোয়বু য়ান্না লুনা-চান্না মচাগুম্ তৌবীরম্বদুদা মচিন-মৌপ্পা অহমদো ইমা পুরুগা মণিপুরদা লাক্লগা চহী মুক্তং মণিপুরি লোন-চৎনবী ময়ামসি অমুক্তং মপুং ফানা তম্লসি বারেপ্পরে। অসুম্না মণিপুর মমা লৈবাক্ মপা-মপু পোক্ফম লমদম্ য়ৌরক্পদা মফমসিগী নুংশিৎনা খুদক্তা মখোয়বুসু নুংশিনা হকচাংগী কয়াৎ থুংনা চংদুনা শেংদোক্পীরে।

অনৌবা নুংঙাইবা লমদমসিগী মহাও অমদা মখোয়না চাউথোকচরম্বদু ঙসিদি মপুঙ ফাজরে। মখুরা অতোম্বনা মণিপুরগী য়েংবা য়াবা মফম লোইনা পুদুনা য়েংহল্লে। নোংমা-নীনী নুংঙাইনা লৈরম্লগা য়াম্না হরাউনা শিলোংদা অমুক্ হল্লগা মমাদা বাফম খুদিংমক্ তম্লুরে। লাম্না থল্লুরবা বাখলদা অনৌবা ময়োল চোংলক্তুনা মণিপুরি লোন তমদুনা মণিপুরি ফিজেৎ শেত্তুনা মৈতৈগী ইজৎ ঙাক্কে থনগ্রে মখৌয়গী পুক্লিংদা। মখোয় মণিপুরি মচা ওইনা পুকচেল চাউনা হিংবা ওইরসনু!

তাং ২/২/২০০৪

# "অহীং অমগী ৱারী"

নেসনেল হায়বে কুম্থামাপলগী লম্বী মপান্দনি। মরামগা তাদুবীগা লোম্নবা মফমদনি। য়ুম খরা লম্বীগী মনাক নক্লা লৈ। হায়রিবা জগা অসিৱাইদা ইতৎ-তত্তনা লুৎ-পাট তৌদুনা খুৎলাই-পায়বা নহারোলশিংনা ইম্ফাল-ডিমাপুর, ইম্ফাল-গুৱাহাটি চেনবা বস, ট্রক্কচিংবা কয়াদগী নমদুনা পৈশা মুনবা, গাড়ী মৈ থাদোক্পা নৎত্রগা লোকখাদা ফাওবা ইনথদুনা তত্তনা অৱাবা কয়া মায়োক্লে। থবক্ অসি তৌবদা চেন্নরিবা কাংবুদি তশেংবদি মফম অদুৱাইগী মীদি থোইনা য়াওরুবা নত্তে। অরাপ্পা মফমদগী লাক্লগা মখুত্তা অফবা খুৎলাই পায়রগা থবক্শিংদু তৌরম্লগা চৎনখিবা ঙাক্তনি। অদুবু মীয়ামগী মমিত্তদি মনাক্-নকপা লম্বী মনাক-নক্লা খুন্দারিবা কাংবুদুনা তৌরমগনি হায়দুনা মখোয়বু নুংশিদবা মিথয়েংনা য়েংবী। তশেংবদি মখোয় খরগী থম্মোইদা ঈশ্বরগী মিংদা ফত্তবশিংদুবু ৱারকপীয়ু হায়দুনা মপুক্লিংদা ৱাকৎচবা য়াওরিবনি হায়বসি খঙবীফম থোক্ই।

ইকোনোমিক্ ব্লোকেটকী মিংদা অসুন্না লম্বীদা ইতৎ-তত্তনা গাড়ী চৎহন্দনা থিংদুনা থম্বা নৎত্রগা গাড়ী থৌরিবা কাংবুনা কিবদগী গাড়ী থৌদদুনা লম্বীদা কুইনা-কুইনা পন্দুনা লৈ। কিশ্বর তাঞ্জা অমদগী মাগী ইয়ারবেক্তা লুপা-পৈশা খরা য়াম্না পুরগা গুৱাহাটিদগী লাক্লুনা মাসু মফমদুদা লৈবা য়াওরি। মাদি গুৱাহাটিদা টিক্কি ফর্নিচর সপ্লাই তৌবনি। নৌনা শাবা হোটেল অমগী ফমুং আলমিরা, টেবল-চৌকি লোইনমক্ ফ্রেম চল্লগা গুৱাহাটিদা মোরেদগী মাগী ট্রক্তা হেক্-হেক্ পুশিল্লি। গুৱাহাটিদগী অমুক্ মোরেদা য়োম্নবা ইন্দিয়াগী পোৎ-চৈ হাপ্লগা অমুক্ পুথোরক্ই। মাদি অয়াম্বা মতমদা ফ্লাইটতা চৎপনি। তাঞ্জা অমদগী মাসু ঙসিদি মশাগী গাড়ীগা ওইবদুদা ট্রক্তুদা ইচম-চম্বা পেসেঞ্জর শাদুনা য়াওরক্পনি।

গাড়ী ময়াম পরেং শানা থিংবদা মাগী গাড়ীসু য়াওদুনা মাসু নুমিৎ নীনীগী মমাংদগী মফমদুদা পন্দুনা লৈরক্পনি। ঙসিসু নুমিদাংগী পুং তরেৎ-মখায় তারক্লে।

চীংদদি চাক চানরগা তুম্নখিব্না অয়াম্বা ওইরবনি, হয়েং ঙস্তনা হৌরগা পামদা থবক্ শুবা চৎনবা।

পীকখ্রবা মণিপুর হায়রিবা লমদম চীংলৈবাকসিদা জাতি মচা-মচা কুনথ্রামথোইগুম্বনা পুন্না খুন্দাদুনা পুন্না মী মশীং লাখ কুনমরিরোম শুরক্লে। অদুবু ঐখোয় জাতি অমনা জাতি অমগী ইমুংদা চংদুনা অমনা অমগী মতেং লৌনবগী ৱাখলদা চিংনবা অমা পোক্হল্লক্রিবসি কনাননো? মসিগী মরম্ অমা থুনমক্ থিদোক্লুনা মতম-চানা চুমথোক্হৌদ্রগদি অমনা অমবু থাজদবগী চাংসি নোংম-নোংমগী ৱাংখৎলক্লুনা লৈবাক্সি কাং-খোঙ্ চাইদুনা মাংখিগদ্রা হায়বগী অকিবা লাক্লে। মীশীং য়ামখৎলকপগী মতুং ইন্না, শুফম-নোমফম নোংম-নোংমগী হম্ফরক্পসিনসু ফত্তবা থবক্ তৌরক্লবগী মরম্ ওইহল্লি।

কিশ্বর চাক্লা লাম্বনে, চানবসু ফংলক্তা, নুমিৎ নীনী তুম্নক্তবগা মা য়াম্না ৱারে। লম্বী মপান্দা খুন্দারিবা মীশিংদুবুসু মখোয়সু তৌরিবা থবক্ গাড়ী থিংলিবা, মৈ থারিবা কয়াদু য়াওরমগনি হায়না পুক্লিংদা চিংনবা লৈবদুনা কনানসু য়ুম অমত্তদা চংদুনা মৈখেৎ ফাওবা ৱায়রুদে।

কিশ্বরনা খল্লি ঃ- "ঐবু মনাক নকপা য়ুম অমদা চংলগা অহীং সিমত্তং পোৎথাজগে হায়রুসিরা?" মতোমতা খল্লম্বদগী মচিন থোরক্লুনা ড্রাইভরদুদা; "ইবুঙো! ইয়াম্বা য়ুম অমদা চংলগা অমুক্তং হংলগা য়েংঙুগে"!

ড্রাইভরদুনা ভাবনা লান্না খল্লুবদগী হায়রক্ই ঃ- "ভাইবীখো তামো! অরেম্বদা থৱায় মাংদুনা? হংবীরুনুদা!"

কিশ্বরদু লাইবক্ য়েংনীংলক্লে, হায়রক্ই ঃ- "ভাইখো, ইয়াম্বনা খনবা পুক্লিংগী ৱা অমখক্ লৈ 'বীন লাদেন' হায়বা আরবতা পোক্পা নুপা অদুনা অফগানিস্টান্দা লোত্তুনা লৈরগা মাগী মী খুৎপু টালিবান শেন্নগা অমেরিকাদা এটেক তৌখিবনি" মদুগী মতুং তারক্পদা মাবু ফানবা, হাৎনবা হোৎনরক্পদা অমেরিকাগী প্রসিদেন্টনা য়াথং পীবদগী থাদখিবা বোম ময়াম্, শিখিবা মীগী মশীং অয়াম্বনা করিসু খঙজদবা, মরাল থোইনা লৈজদবা অফগানিস্টানগী প্রজাশিংনি। বীন লাদেনগী মীদি হান্ননা লোইনা চেনখিদুনা হৌজিক্ ফাওবা থিবা ফংদ্রিবনি। মী চারুরবা কৈ অমা কুল্লগা লৈরম্বনা কৈদুবু ফানবা হোৎনবদা জঙ্গল কয়া তুন্না মৈ থাদুনা মদুদা শিখিবা

মরাল লৈজদবা জীবশিং মশীং থীবা ঙমলোই। পীরুবা উচেক-বায়া, মরুমদগী মচা ওঙ্গদ্রিবা, মচিঞ্জক চাবা হৈরবা, পাইবদি ঙমজদ্রিবা কয়া-কয়া, অতোপ্পা কৌজেং-হারৌ, জীব মচা-মচা মশীং থিঙমদনা হাৎখ্রবনি। মদুগা চপ মান্নবনি তৌরিবসি! কৈদুদি হান্নবা অরাপ্পা মফম অমদা থিবা ফংলরোইদবা কনানসু য়ৌরুবা ঙম্নরোইদবা মফমদা লোৎখ্রবনি। মৈনা অরেম্বদা চাকথ্রিবা থবায়শিংদুগীদমক্তা কনানা বাবীরি, তেংথারি? কনানসু খল্লুদে।

ঐখোয়গী মণিপুরগী লৈকায়, খুঙ্গং, সহরগী মফম কয়াদসু মখোয়না পাম্বা মীশক্ অমা ফানবা থিবদা চন্নবা মনাক-নক্লা লৈরম্বা মীচম কয়াগী পুক্নি নুংতিগী মশীং খঙদনা হাৎতোকপীদুনা, শিরবা তুংদা মোর্গতা মীশক্ তারুবা পোস্ট মোর্টেম লোইরগা থন্নিবসিনি। থবকশিংসি তৌবদা মনাক-নকপা মীদি মুন্না থিরুবা কান্দা অমত্তা য়াওরমদে অদুবু দথাদি মখোয়তনা তারি"!

"ইয়াম্বগী বেগতু পীয়ু! ইয়াম্বা ইমুং অমদা অমুক্তা চংলুগে?"

অসি হায়রম্নগা কিশ্বর মাগী বেগতু পুরগা থোকখ্রে।

ইমুং অমগী মনুংদা থোং অহোবদগী পোদোন মঙাল অমদি উই। পোদোন্দুগী মঙালদুনা থোংগী অহোবদা য়েংবদা ইমুংদুদা মী লৈ হায়বদি খংই।

কিশ্বর থোংদা কাক্-কাক্ থীল্লগা ঃ- "য়ুমসিবু কনা-কনা লৈবীবগে?" ইমুংদগী নুপী অমনা ঃ- "করি হায়রা?"

কিশ্বর ঃ "ঐ মৈতৈনি, থোং অমুক্তা হাংদোক্পীয়ো।" নুপী অমা থোরক্লুনা থোংদু হাংদোক্ই।

নুপীদুনা অমুক্কা ঃ "করি হায়রা?"

কিশ্বর ঃ "ঐ মৈতৈনি, গাড়ীদা ঙরাংদগী লাকপদা য়াম্না বারে, নখোয়গীসিদা অহীংসিমতং থরা তুম্বা য়াগদ্রা হংগে চংলকপনি"!

নুপীদুনা মাগী নুপা কৌরগা মৈদু পুদুনা থোরকই।

নুপাদুনা ঃ "ওজা! কদাইদা তুমগদ্রকো?"

"ইচা নুপীগী ফমুং অনানবদা তুমপীয়ো।"

কিশ্বর ঃ "ও! ফরেদা মরুপ!"

নুপীদুনা ঃ "চাকতি চারব্রা ইপুং?"

কিশ্বর ঃ "চাদে ইচন! ঙরাংদগী চাদ্রি।"

নুপীদুনা ঃ 'ইস! অদুদি য়াম্না লামগনি, ইচা লৈশাবু কৌগে, মাবু চাক থোংসনো! নং হংগোইগেরা?'

কিশ্বর ঃ "করিগী হঙ্গোইগনি ইচনসিদি এ! অদুদি ইচা কৌবীগে হায়রম্নগা মমাদু উচানগী মৈরা অমা চন্নগা থোক্খ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মচা নুপীদো মমাগা লোয়ননা লাক্লে।

কিশ্বর ঃ "ইচা নুপীরা?" "হোয়, মানি", মাবু ইপুংগী চাক থোংহনগে মাদিকো মীতৈগী চাক থোংবগুম্ থোংবা হৈবনে!"

কিশ্বর ঃ "ফৈ-ফৈ, ইচাগী মিংদি করি কৌই?" "লালা অদানি কৌই ইপা!" "ও! লাইরিক্তি কয়াম তম্লে?" "মেত্রিক পাশ তৌরে" "ইচাদি লাইরিক্তি য়াম্না তম্লবজাৎনিদনা"! কিশ্বর মাগী বেগতু হাংদোক্লগা মোম-বটি মচৈ অহুম লৌথোকই। মথং-মথং চন্নগা মৈদু খরা ঙান্না থাক্লে। নুপীমচা লালা অদানিনা কোন মচা অমদা চাক থোংবা হৌরে। "ইপা! কোবীগা, আলুগা দশকুশকা থাও ঙৌরগা থোংবীগেকো!"

কিশ্বর ঃ "য়ারে, য়ারে, ফমনখ্রে ইচাসিদি!"

লালা ঃ "অদু, ইপা ঋাগনি, ঐ তুমফম শেম্বীগে হায়রগা মাগী ফমুংদা ফি নান্না থারগা মোনখুম অমসু কুপ্পীদুনা সিদা পোৎথাবীয়ো ইপা! ঐ চাক লোইরগা হৌদোকপীগে?"

কিশ্বর ঃ "ফরে, ফরে, হায়দুনা ফমুংদুদা চংলগা লোংনা ঙাইহাক হিপ্পুনা পোৎথাই। মানা খল্লি; "ঐনা খনবদু চুম্মীদনা, মখোয়সু মীনি, মখোয়দি করিসু য়াওরমলোই, মনাক্তা লৈরুবগী মখোয়বু মীনা চিংনবীবনি।" খন্না-খন্না উইথখ্রে। লৈশাবীদুনা চাক লোইরে হায়দুনা হৌদোকরক্পা মতমদদি মাদি নুংঙাইনা ময়ুমগুম্ তুম্নুরবনি।

নুপীমচা লালা অদানিনা ঈশিং শাহন্দুনা খোঙ-খুৎ হান্নবসু খুদেং অমদা হৈরগা শাপোনককা পীদুনা মায়-মিৎ, খোঙ-খুৎ নীংথিনা হামদোক্লে। খোঙ্ হাম্বগী ইশিংদুসু অদানিনা পুদুনা হৈদোকপীরে। অদানিগী শেবাদুদা কিশ্বর পেল্লুরমাল্লে, য়ুমদা ফাওবা অসুন্না তৌবীদে কয়াদা পুক্‌চেল শেংব্রবনো খন্দুনা মাগী ইয়ার বেগতু হাংদোক্লগা মচাগীনি লৈরক্‌পা সলবার কমিজদু চুনিগা পুথোক্লুনা লালাদা পী।

লালা : "ইপা! ঐ লৌরোই, ইপাগী ইচা নুপীগী লৈবীবা ওইরমগনি, য়ুমদা হোরেন মানা শোয়দনা কপকনি।"

কিশ্বর : "নংসু ঙসিদগী ঐগী ইচানি, ঐগী ইচাগী মমিংদি সাধনা কৌই, মাসু ক্লাস এলেভেন্দা তম্মী। নংগা নতা শান্নহনগনি, ইপানা নোংমা শোয়দনা পুরক্কেকো!"

লালা : "অদু ওইরবদি ইপাগী মবুক য়াম্না শেংবগীদমক ঐ লৌবীগে!"

লালা হরাউনা মানা থোংবা চাক্লু পুখমদা থিরে, য়েঙ্খাংসু তেংকোত্তা হাপ্লে, ঈশিং গীলাসতা হৈরে "অদু ইপা হাউগদ্রকো! ঐখোয়দি অসুন্না পংচা তাবনি, নখোয়গুম্না হাউনা চাবা ঙমদেকো!"

কিশ্বর : "ইচানা থবায় য়াওনা থোংববু করিগী হাউরোই, ইপা চাক য়াম্না লাম্লে, চাক-চারগে, নং ইপানা পীবা ফিদো শেৎলগা লাকউ ইপা পকচব্রা য়েংগে"!

লালা ফিদু পুরগা মপান্দা থোকখ্রে। শোমদা কিশ্বর চাক চারি। মাদি ঙরাংদগী চারক্কবনা চাক য়েনছাংদুসু য়াম্না হাউরুরে, মোন্দা নুঙাইনা চারি। লালা ফিদু হোংলগা নীংথিনা শেৎলগা "সি ফজবরা ইপা হায়না কিশ্বরদা ওনশিল্লগা মোমবর্টিগী মৈঙালদা হংই"।

কিশ্বর : "আ! ফজরে, ইপা পেল্লে, নংগী চাক-য়েঙ্খাংসু য়াম্না হাউরে, চৎলো-চৎলো নংসু পোৎথাজরুরো!" লালা অদুদি ইপা মঙ ফৌকো! হায়রম্লগা চৎখ্রে।

কিশ্বর : "লালাগী মপাদা মঙ ফৌকো হায়বদি করি হায়বনো হংই"! নুংঙাইনা

মঙ-মঙদুনা তুম্বীয়ো হায়বনি ওজা! "ও! ইচানা ঐবু নুঙাইনা তুম্নবসু হায়রম্লবা, কয়াদা চমথ্রবা চীংগী পুন্সিনো!

কিশ্বর : "অদু মরুপ! ৱা অমত্তা হংগে।" "করি ওইত্রা ওজা?" সিদা ইকোনোমিক ব্রোকেট তৌদুনা গাড়ী থিংলিবসি কনানা তৌবনো, মরুপখোয়সু য়াওব্রা?" "কদাইদগীনোদা! আদগী লাকপা মশকশু খণ্ডদবা লমহেনবা কাংবুনা লাক্লগা তৌবনি, ঐখোয়দি মনাক্তা লৈরব্বগী মীনা ঐখোয়বু ফত্তনা লৌবীবগী ৱানী। অদুনা ঐখোয়সু য়াম্না খাম্বনি, খাম্লুবগী ঐখোয়বুসু মখোয়না ফুবীবনি। কদাইদগীরা ওজা! ঐখোয়দি য়াওদেদা!" "অদু মরুপকী ইচাদি কয়ানো?" ইচা মরিগী মনুংদা অমদি হাকুম য়ুম মৈ চাকপদা মৈনা চাক্লুনা মাগী লায়েংবদা পৈশা তিংদুনা ঐদি য়াম্না ৱায়দা ওজা!"

কিশ্বর : "ইচাদুদি কদাইদা চংখ্রে?" আদা শঙ মচাদা ময়াম্বগা তুম্মী।" "ও! লৌদি উব্রা?" "লৌদি পামলৌ খরা উবনি, মদুসু কোন্নবা ৱায়, পান-মাইরেন য়াম্লগা খরসু চাবনি; হৌজিকসু মীগী পৈশা তোনবগী থৌবদা ঐ য়াম্না ৱাবনি; হাকুম, য়ুম মৈনা চাক্খিবদগী ঐ ৱাবনি, নৎত্রবদি করিসু ৱারোইদবনি।"

কিশ্বর : "ফরে, অদুদি ঐসু তুম্নগে মরুপ তুম্বীরো" হায়রগা ফমুংদা চংখ্রে।

কিশ্বরনা খল্লি, "মখোয়সি য়াম্না চমজবা প্রজা অমনি অদুবু মণিপুরগী মীপুম খুদিংমক্লদি মখোয়বু লান্না উবীরি, চিংনবীরি, মসিদি চুমদবনি, মখোয়গী থম্মোইদসু মমা লৈবাক্ মরমদম্বু নুংশিবগী ৱাখলদি লৈফম থোকই। অৱাবা তারবা ঐবু নুঙাইনা পোৎথানবা শীনবীরি; মখোয়না গাড়ী থিংবা য়াওরম্লবদি ঐঙোন্দা লুনা কৈদৌঙেদা তৌবীরোই, ঐ মখোয়গী করিগুম্বা খরদি তৌরম্নগে খন্দুনা মাগী ইয়ারবেক্তগী লুপা লিশিং মঙা লৌথোক্লগা এনভেলপ অমদা হাপ্লগা মোন মখাদা চে অমদা মরোল খরা ইরগা থম্লে। মা শেনফমদু খরমখৈ নীপাদুনা ফংজহৌরগা মীগী তোল্লিবা শেনফম খরদু শিংদোক্লগা অৱাবদু কোকচশনু খল্লে। মানা খল্লি, মন্ত্রিশিংনা এরোপ্লেন তোংদুনা চৎপনা অসিগুম্বা খুদোংথিবা কয়াসি উদে; হোটেলদা নুংঙাইনা লৈ। মখোয়না ঙসি ঐনা থেংনরিবা থৌদোকসি থেংনরগনা করিবু খনবীগনি? ঐসু করিগুম্বা কান্দা এরোপ্লেন্দা চত্তুনা লুপা লিশিং মঙাদি অদুম

ভারাদা লোইখি। অদুবু ঐনা ঙসি থনমগদৌরিবা লুপা লিশিং মঙাসিদি মাগীদি য়ামথ্রবা পৈশা হায়বদু ওইগদৌরি। মসিনা মাগী ইমুংদা ঐনা নুংঙাইনা অহীংসিমা লৈরম্বগী ভারা ওইহৌরসনু। ৱাখল খন্না-খন্না মা তুমথখ্রে। মিকপ অমা নুংঙাইনা তুম্নুরবা তুংদা ময়াম লাপ্না লাউনবা তায়, গাড়ীগী লুট তৌখ্রে, ড্রাইভর ফুরমলে, গাড়ীগী মিংশেল থুগাইরম্লে। ঙাইহাক লাংলম্লগা লাউনবদু তাখিদ্রে।

নোংঙাল্লে, লালা ঙস্তানা হৌরগা মমায়-মমিৎ তাথোক্লগা মচিন-ময়া শেংদোক্লগা ঙরাং মখোয়গীদা থুংলবা মঙোন্দা সলবার কমিজ পীরক্পা মপাদুগী চা লোন্নবা মৈ থাগৎখ্রে। কিশ্বরসু হৌগৎলে; মনীং-ময়া চংলুরগা মায়-মিৎ তানবা লালানা ঈশিং অশাবা পীদুনা শেবা তৌবদুদা মা য়াম্না পেল্লে। লালানা চা অমুক পুথোক্লক্লুনা চাসু থক্লে। ঙরাং নুমিদাং মানা তাখিবা ৱারী ইমুংদুগী মচানুপা মৈনা চাকখি হায়বদো য়ুম-মচা অমদগী থোরকপা উরুবদা কিশ্বর থম্মোই শোক্লম্মী। মমায়সু তংখায় অমা য়েংবা য়াদ্রে, মখুৎসু অনীমক খুৎশা লোইনা য়াওদ্রে। মা য়েংবা ঙমদদুনা মমায় লৈথোকই। অদুবু অদানিগী নুংশিবা মায়থোং, ৱাহৈ-ৱাতাদুবুদি মা কাউবা য়ারোইদৌরি।

নোংঙানবগা নীপা অমা লালাগী মপাদা পৈশা থৌবা লাকই। য়াম্না শাউনা মখোয়গী মরোলদা চৈরম্মী। লালাগী মপাদু মমায় লৈমায়দা লুকথদুনা খাংই।

নীপাদু চৎথ্রবা তুংদা কিশ্বরনা হংই; "মরুপ নীপাদুনা নংবু শাউনা চৈরম্বদু করিগীনো?" মাগী লুপা লিশিং অমা ইচাগী লায়েংবদা পুবগী মদু থৌবা লাকপনি ওজা! শেন্দোই শেল্লেপ পুল্লগা লুপা লিশিংঅমা চামঙা পীগদবনি, হয়েং ফাওবগী মনুংদা পীদ্রবদি ফুগনি হায়রম্বনি। অদু ঐ কনাদগী অমুক থিশিরা খল্লিবনি।

কিশ্বর : "লাইনা তম্বা লাকনি, ঈশ্বরনদি শোয়দনা অবাবা মীগী মতেং পাংবনি ঈশ্বরবু চেৎনা থাজৌকো!" ঐসু অমুক চৎলগে। ইচাশিংগা য়াম্না নুংঙাইনা লৈয়ুকো। "ইপাগী লালা! নংদি ঐগী ইচানি, ইপা নোংমা লাকেকো! ইচা নুপীগা নংগা নতা শান্নগদবনি।"

লালানা ইয়ার বেগতু পুথোক্লগা কিশ্বরদা শিন্নে। "ইপা অসুম্ লৈহৌগেকো ইপা নুংঙাইনা চৎপীয়ুকো!" মমা-মপা, মবুং লোইনা মখুৎ হাইদুনা লৈহৌরে। কিশ্বর মাগী গাড়ী থাফম য়ৌনা অঙম্বা চীংদুদা তপ্না-তপ্না কুমথখ্রে। মাগী গাড়ী

থারিবা মফমদু য়ৌবগা ড্রাইভরনা তম্বদগী তারে। ওরাং অহীং গাড়ী ময়ামদগী অয়াওবা পৈশা খায়বা লাকখি। তামো লৈরমদবা ফরবনি, লাইনা কনবনি; ঐঙোন্দা য়াওরম্বা লুপা চামগু পীরগা য়ানখি। তাঙ্গাদুদা মাওদগী লাকপা গাড়ী ইস্কোর্ট থুংলদুনা ইস্কোর্ট গাড়ী অনীনা মাং থংলগা খ্বাইগী তুংদা ইস্কোর্ট গাড়ী অচৌবা অমনা ইম্নরগা গাড়ী ময়ামদু মথং-মথং পরেং শানা থৌবা হৌখ্রে।

লালা মাগী ফামুংদা চংলগা ফমুংদা থারিবা মোমপাক ফিদক অহনবদু লৌথোক্লগা শিন্দোক্কে তৌরুবদা মোন মখাদা এনভেলপ অমখক লৈরম্বা থেংনরে। তমগী মপানা কাউথোক্লম্না য়েংই। মনুংদা য়াওরিবা পোত্তু হাংদোক্লুনা য়েংই। লুপা চামগু চৎপী অহনবা ঙাক্তা মশীং তরাখক য়াওরম্লে, চে-অমদসু করিনো বাহে খরা ইরি। থুনমক মমা-মপা কৌরগা লালানা "ইপা! মীতৈ ইপাদুনা মোন মখাদা লুপা লিশিং মঙাগা চিঠি অমগা থনম্লে, ঐ পাগে "মরুপ! ঈশ্বরবু থাজৌ ঈশ্বরদি ঋরবা মীগী মতেং শোয়দনা পাংবীগনি"।

লালা মমিত্তা মপি তানা পৈশাদু পুরগা অঙম্বা চীংগী চীংমায়দা চেম্বরকই "হো ইপা! হো ইপা! হায়না কপ্না কপ্না কৌজে।

অদুবু অহীং কয়া তুমদ-চাদনা ঋনা খাংলক্লবা থবায় কয়াদুনা ময়ুম য়ৌরগনি খল্লুবদা হরাউমনখিদুনা গাড়ীশিংদু লোইনা স্টার্ট তৌনদুনা পরেং শানা ইম্ফাল তম্না কন্না-কম্না থৌনখিবনা লালা অদানিনা চীংমায়দা মীতৈ মপাবু নুংশিনা মমিত্তা মপি তানা ইপা! ইপা! কৌদুনা কপহৌবদু তমগী মপাগী নাকোংদি য়ৌখিদরে!

তাং ২৩/৯/২০০৩

# "নুংশিবী ইতা"

অয়ুক্কী পুং নিপাল-মখায় তারক্পা মতমদা মহৌশাগুম অচম্বা ফিজেৎ শেত্তুনা ভনিসনা প্লাস্টিক্কী পোলাং মনাপানবী অমা পায়রগা শীংজমৈ কৈথেলদা য়েঙ্খাং-নাপী লৈবা থোরক্ই। শীংজমৈ কৈথেলদা য়েঙ্খাং-নাপী, মনা-মশীং য়োনবী নুপী কয়া নুংতিগী মখারোমদগী লেপ্তুনা নোংঙাল্লমদাইদগী বসতা তোংদুনা বোরাদা মনা-মশিং থন্না-থন্না হাল্লগা য়োন্নবা পুখৎলকই। বোরা ময়ামদু রিক্সোদা অমুক্ হাপ্নগা কৈথেল তান্না পুশিল্লি। মাগী-মাগী পোৎ য়োন্নবা ফমফম্ মুম্নবগী খৎনবসু য়াওই। মাং থানা মচিন ওইনা য়োল্লগা পোৎশিং খরসু মহেল্লি। আ-খ্বাইগী মতাইদা মৌ-নহা ভানিসনাগী চহী লোনগা ওইনা তৌবী অমসু মানা পুখৎলক্লিবা বোরাদু হাংদোক্লগা য়োন্নবা কোবী, হংগাম, মরোই-মপাং, থম্বৌনচিংবা মথং-মথং লৌথোক্নুনা মথা-মথা লুপা মঙাগী, তরাগী শিন্দোকপা লাক্লরি। ভানিসনা উবদা মঙোন্দগী পোৎ খরদি শোয়দনা লৈবীরনি খল্লুবদা মায়থোংদু মোমোন নোকচে। ভানিসনাসু অতৈনা য়োল্লিবা পোৎশিংদু য়েংলুদে, মাগী মনাক্তা চুমদ্রিং চংখি। মনাক্তা ফল্লিবী অতৈ পোৎয়োনবীশিংদুনা হায়হৌই; "ওন্থোক্লসু চান্নজেদা নোংমতসু ঐখোয়গী পোৎফমদগী পোৎ অমত্তসু লৈবীদে"। ভানিসনা ঙাংনরিবা কয়াদু থৌওইনা তারুদে। ভানিসনানা মানা পাম্বা পোৎ মথাশিং পায়-পায়দুনা মাগী প্লাস্টিক্কী পোলাংদুদা মথং-মথং হাপচিল্লি। পৈশা কয়া থোক্লে হংঙি। অথোকপা পৈশাদু সেনগাও পুথোক্নুনা শৎলগা পী। নুপীদুনা পৈশা লৌবা লোইরগা সে-সে, হঙ্গামদু মপুল সিমগা হাপখিগে হায়দুনা পোলাংদুদা হাপ্পী, মদুনা মথংগী নুমিত্তা মাবু কাউদনবা, মাগী পোৎফমদগী পোৎ লৈবীনীংনবা ওইরমাল্লে।

অসুম্না ভানিসনা মানা শীংজমৈ কৈথেল কাবা খুদিংগী মতা শকপী করি লমদগী করি লৈকায়দগীনো খঙদবী নুপীদুদগী য়েঙ্খাং-নাপী লৈরে।

চহী অনীরোম্ অসুন্না তিন্নরক্পদা নোংমতসু অমনা অমগী মরমদা অমুক্তসু হংনদে। অদুবু মখোয় অনীগী কৈথেল মরুপ ওইনা ভানিসনানা শীংজমে কৈথেলবু কারবা নুপীদুগী পোৎফম তানা বাখল অমদা অদুম চংখিদুনা নুপীদুগী মনাক য়ৌখিগনি। নুপীদুনসু ঙসিসি ঐগী ইতাদু লাক্রবদি লুপা কুন-কুম্থাদসু শিংকদবনি খনজে।

ঙসিদি নোংমাইজিং নুমিৎনি। হয়েং নিংথৌকাবদি বন্দসু লৈ, মাগী পোৎতু ঙসিদি খরা য়াম্না লৈরগা হয়েং-হংচিং ফাওবগী থম্নগে খন্না ভানিসনা খাউ খরা চাউবা অমা পুরগা কৈথেল কারক্ই। মাগী কৈথেলগী মমিং খঙদবী মতাদু ঙসিদি কৈথেলগী মাগী ফমফমদুদা লৈরমদ্রে। ঙাইহাক লেপ্তুনা গাড়ী ফংহৌদদুনা থেংনা লাকদৌরিব্রা খন্দুনা ঙাইদুনা লৈরে। অদুবু মাদি ঙসিদি লাক্ত্রে। মা লাক্তবদুদদি ভানিসনা অতোপ্পা পোৎয়োনবীগী পোৎফমদগী যেঙ্থাং-নাপী খরা লৈরগা বাখল নুংঙাইতনা হল্লক্রে।

ভানিসনা নহান মখৈদি নোংমতসু নুপী, মশুং-মমান্নবী অদুগী মরমদা খল্লুদবনি। চুম্না কৈথেল মরুপ ওইনা যেঙ্থাং-নাপী, মনা-মশীং য়োনবী ওইনা তিন্নরুবগী বানি। কৈথেল য়ৌবগা মাবু নীংশিংবা, লম্বীদা অমুক্ কাউথোক্রম্বা, অদুবু ঙসিদি ভানিসনা কৈথেলগী মতাগী বাখলদু কৈথেলদা লৈহৌরো য়াদবগুম্ তৌরে। ময়ুম্ য়ৌবা ফাওবা মতাদুগী শকফমদু উদুনা লৈরে। মা নুপীদুগী মরমদা খঙনীংবা পোক্রক্রে। মীওইবগী নুংশিবগী মরী অমা লাকপগুম তৌরক্রে।

মথংগী নুমিত্তু বন্দ তৌদুনা মী-অমত্তা মপাল-ইপাল থোক্লদনা লৈরে। বন্দ তৌখিবগী নোং-ঙানবদা ময়াম কৈথেল কানরকপা মতমদা ভানিসনা মাগী কৈথেলগী মতাদুগী পোৎফমদা চত্তুনা মা লাকপ্রা য়েংলুই। অদুবু মাদি লাক্রমদ্রে। কন্নাদা হংলগা মাগী মরম খঙগনি, পূক্লিংদা খঙনিংবা পোক্রক্ই। থংনবা পোৎফম ফম্বী অমদা হংই "ইচে! সিদা পোৎয়োনফম ফম্বী ঐখোয়গী লোন ওইগদবী নুপীদুবু খঙবীব্রা?" নুপীদুনা "মুন্নদি খঙদে, বাইথৌদগীনি হায় মমিংদি মেমচা কৌই। মাগা কামিন্নরক্পা চাউবী কৌবী অমা আ মচিন্দা য়েঙ্থাং য়োল্লিবনি, মঙোন্দা হংলবদি খঙগনি।" নুপীদুনা মখা তানা, "ইবেম্মগী পৈশাকা পুখিবা লৈব্রা?"

ভানিসনা : "পুখিদে, চুম্না মানা পোৎ য়োনবা কারক্তবদুদা মাগী মরম্ খঙনীংলক্তুনা হংজবনি"।

ভানিসনা খঙনীংবনা লাংতক্লবা পোক্লকুনা চাউবী হায়রিবী নুপীদুগী পোৎফম থিরক্ই। চাউবীসু থেংনরে।

ভানিসনা ঃ "করিগুম্বা অমত্তা হংজগেবা!" চাউবী, "য়ানী, হংবীয়ু!" "অসিগী কৈথেল মতাইদা পোৎফম ফম্লম্বা-য়েঙ্খাং য়োনবীদু মমিংদি মেমচা কৌই হায় মাবু শোম্বু খঙবীব্রা?" য়াম্না চিংননা চাউবীনা, "পৈশা তোনবীখিব্রা?"

ভানিসনা ঃ "নত্তে, নত্তে, পৈশাগী বা নত্তে, ঐ মানা কৈথেল কারক্তবদুদা মাগী মরম্ খঙনীংদুনা হংজবনি।"

চাউবী ঃ "মাগী বারীসি মীনা তাবীনীংলোই, বারীদু তারুরগদি মানা য়োল্লিবা য়েনছাং ফাওবা লৈবীনীংলোই। মা এদসনা নারবনি। মাগী নীপাদু মোরে চত্তুনা কারবার তৌরম্বদগী এদসনা নারক্তুনা শিখিবা চহী ফাবদা ঙাইরি। মচাসু নীপাঙাক্তা অহুম্নি। মাগী অনাকপী ফিভম্না নোংম-নোংমগী শোঙ্গিল্লক্তুনা মা কৈথেল ফম্বা ঙম্লক্তদুনা কারকখিদ্রবনি। মা অমুক হন্না কৈথেল ফম্বা ঙমগনি থাজদ্রে। ঐখোয়না বারিবদি মাগী নত্তে, মচাশিংদুগীনি। মা শিখ্রগা মচাশিংদুনা করম্না হিংহৌগনি অসিনি।"

নুপীদুগী বারীদু তারুবদগী ভানিসনা য়াম্না পুক্লিং নুঙাইতনা ময়ুমদা হল্লক্রে। মা কৈথেলগী মতাগী বারীদুনা চানীং-থক্লিংবা পোকখিদ্রে।

অসুম্না নোংমা চৎকে খল্লি ঙমদে লৈরিঙেদা মঙানি হৌখি, তারানি হৌখি তৌদুনা মাগী ওজা ওইবগী তলবনগা ফংদবগা তলব ফংলগা চৎলগে ঙাইরঙেদা থা অমরোম হৌগ্রে। ঙসিদি ভানিসনা মখুত্তা লুপা লিশিং অহুমথক পায়রগা মাগী কৈথেলগী নুংশিবী মতাগী য়ুম থিবা বাইথৌ তাম্না লাকই। বাইথৌ বজার য়ৌদুনা বস খামদুনা বসতগী কুমথরগা ভানিসনা লৈনা-লৈনা কোয়য়েং-কোয়য়েং য়েংই? দুকান অমদা চংলগা হংলুই, "মেমচা কৌবী ঐগী লোন ওইগদবী মনা-মশীং, য়েঙ্খাং-য়োনবী শীংজমে কৈথেল ফম্বী অদুগী য়ুম্ খঙবীব্রা?"

দুকান ফম্বীদুনা ঃ- "মশা লায়না লৈবী, এদস পকপীদুরা?"

ভানিসনানা খল্লি, "মাদি লৈকায় সারা সম্না ঙাংনবীরবোইরেকো!" খুন্নকই 'হোয়, মীনসু মাবু অদুম্না হায়নৈ"। মাদি কৈথেল মতাগী মরমদা মীনা থীনা ঙাংনবীবদু তাবদা বাজে।

দুকান ফম্বীদুনা ঃ "মাদি শিরে, ঙরাং মাগী শোরাথনি।"

ভানিসনা মখুত্না মকোক্তা পায়রগা 'অস'! হায়রগা লৈবাক্তা ফমথখি। "ঐদি ওস্থোক্না নীঙমহৌদ্রেদা! ঐনা পাংথোক চাল্লিঙেদা মাদি ঐবু ঙাইরমদনা মাগী ঐগী ইমুংগী অবা-অনা পাউদম্নদনা কৈথেলখক্তগী বারীনা কৈথেল মরুপ ওইদুনা লোইশ্লবা!" লৈখিদ্রবা মানা ঐনা মঙোন্দগী পোৎ লৈবা খুদিংগী অরোইবদা হঙ্গাম মপুল অমা, ফদিগোম মপুন অমা নৎত্রগা য়েনম মপুল অমা লেম্না তত্তনা হাপখিবদো লৈজদ্রবসু পুকচেলদি ফজবনিদা ঐগী ইতাদো!"

ভানিসনা দুকান ফম্বীদুগী মমাংদা মপি শিন্থদুনা কপ্পী।

দুকান ফম্বীদুনা, "করি থোক্লবীবনো মেমচাগা"?

ভানিসনা, "ঐগী নুংশিবী কৈথেলগী ইতানি, মরুপ্নি, মাগী শীংজমৈ কৈথেলগী মতাইদা থারম্বা বোরা মতৎশিংদুনা কৈথেলগী ফৈরেন্দা য়াম্থদুনা মাবু লাকখিগদ্রা ঙাইহৌরি। শোয়দনা ঐনা কৈথেল কারুবা মতমদা মখোয়না হংলক্কনি ঐঙোন্দা নংগী নতাদি কদাই? মাবু অমুক লাক্লরোইদরা? নীংশিং মমিদুনা ঐগী থম্মোইদা লৈহৌরগনি মাগী মমাংদা হঙ্গাম্ মপুল, কোবী মনা খরা, থম্বৌ খরা, মরোই, মনা-মশীং খরা থারগা মদু য়োনজরগা অশিৎপা অতোংবা পৈশানা য়ুম অমা পুজরম্বদো, কনানসু খংবীখিদে ঐগী ইতাগী অশেংবা বারীদো! কৈথেল মতাইগী বারী ওইদুনা মী কনানসু তাবীনীংদনা মোৎলবা কাচিন্দুদা মদোম মাঙখ্রগনিদো! অদুবু ঐনা কৈথেল কাবা খুদিংগী মাবুদি নীংশিংখিনি। মাগী ফম্নম্বা মাইকৈদা শোয়দনা য়েংলুগনি, খাম্বা য়ারোই। মাগী মমিদি কৈথেলগী চিদাইদা লৈহৌরি, খোঙ্জেলদুসু ঙংহৌরি। মাগা মান্নবা ইতা কয়ামসু মণিপুরগী কৈথেল মশীং-শুনা মান্নবা বারী লিরমদুনা ঐগুম্বা মতা কয়াগী থম্মোই কায়হল্লমগদ্রা? তম্বদি ঙমদে লৈরমদবা ওইসনু! দুকান ফম্বীদুনা তাকপদগী মাগী য়ুমদা চংলুবদা মচাশিংদুনা লৈরম্লিবা ফিভমদু উরুবদা মখোয়গী কনাসু লৈজদবদুদা ভানিসনানা মখোয়বু লোইনা মাগা লোইননা শীংজমৈ তানা পুবীরক্লে। মফি-মরোল অহনবা

ঙাক্তা থোনবীরে। শীংজমৈ কৈথেলদা পূদুনা মমাগী পোৎফমদা ৱাইরম তৈথোক্রগা ধুপ-থাউমৈ থাদুনা মচাশিংবু মমাগী মফমদা খুরুমজহল্লে। অহীং অমা মাগী য়ুমদা নীংথিনা পীজ-পিথক তৌবীরগা মথংগী নুমিত্তা মচিন-মনাও অহমদুবু দ্যুলালেন্দগী ওর্ফান হাউসতা গাড়ী অমদা পুরগা থিনবীরুরে। নুমিত্তুদা ভানিসনানা লূপা লিশিং অনি অমগা ওর্ফান হাউসতা ডান তৌরমথি। মদুনা মাগী কৈথেলগী মতাগী মফমদা উৎপা তৌবীমল খণ্ডবা শ্রধাঞ্জলি ওইথি।

তাং ২০/১২/২০০৩

# "লাইগী বায়েল"

য়েংখোম চাউবা মাগী নুপী সম্বিগা মরম মোল্লা গু-নোমজবদগী মখোয়গী কৈরক খুঙ্গংদুদা মশা-নাম্না হিংজদুনা মমা-মপানা লৌ পরী অমা খাইবীবদুগা মচা পীশক্ অনীগা নুংঙাইনা হিংজে। মপাগী ইংখোলগী মখা থংবা শরুক্তা য়ুম অমা তরু-তনাম্না শাদুনা মদুদা য়ুম শাঙ্গাদুনা লৈবা চহী ফাদ্রি। চাউবগী লৌ উনবা যন কোনাবী জুরা অমা লৈ। চহীদি খরা য়াম্লক্রে, অদুবু মপাঙ্গলদি থোইনা হন্দ্রি। ফজনা পিজ-পিথক তৌবনা য়াম্না নোয়-পেল্লি। নোংমা মানা থৌবাল অথোকপমদা লুহোংবগী বার্তোন অমা ফংবদগী মরুপ গুলাপকী মচন নুপীগী লুহোংবা য়াওবা লাকই। লম্বীগী চংফমদা পুথ্রি অচৌবা অমা লৈরিবদুগী নাকন্দা লমপাক অমদা বাগোসতা যন লমচা অঙাংবী অনীথক মমায় থম্বাল চপ মান্নবা শাৎপা, শজিক চাদুনা লৈরম্বা থেংনরুরে। যন অনীদুগী ফজবা, মশা নানবা, মচিগী মওংদা য়াম্না মান্নবদুদা, চাউবা যন জুরাদু পামজবনা মতিনবু য়োৎলি। চংশিল্লগা মশা নান্দুনা য়েংলুবদা যন অনীদু করিসু তৌরমদে। ময়াকাদু শজিক খরা থাংগৎলগা পীজদুনা য়া তারব্রা হায়নসু য়েংলুরি। ঙাইহাক য়েংলল্লগা লুহোংফমদা চংদুনা মাগী মরুপ গুলাপকা উম্নরে।

গুলাপ্তা মানা পামজবা যনদুগী মরমদা গুগায়না ফোংদোক্রে। গুলাপ্না যনদু মাগী ময়াম্বশিং অমগীনি, মাদি যন কারবার তৌবনি, লৌবা য়াগনি, মা ঙাংনবীগে হায়রে।

নুংথিলদু লুহোংবা য়াওদুনা লুহোংবা লোইরগা অহীংদুসু লমনা খরা লাপ্লবনিনা থৌবালদা লেক্রে। নোংঙানবগা গুলাপকা লোইনবা চাউভলগী য়ুমদা যনগী মরমদা হংবা লাকই। চাউভল উনদুনা হংনবদা য়োনগনি অদুবু নহান নীপা অনীথক পৈশা থিরুরগা অমুক্ লাক্কে, মীঙোন্দদ্রি য়োনবীগ্রনু হায়রম্মী। করিগুম্বা হায়নখিবা লৈবনিনা মখোয় লাকপ্রা অমুক্তংদি য়েংনীংই। গুলাপনা তাদনা মরুপকী

অনীংবসি খরা থুংহনবীদ্রবদি হায়বদুদা চাউভল অদু ওইরগা মথংগী ইরাইদা পৈশা পুরগা থুনা লাকপা ঙস্রা য়েংলো মখোয়গীদু থোক্র-থোক্রবা খুম্বা হায়বদুনি।

মমলদি কয়া কমদৌবনো হংনবদা লুপা লিশিং কুন্দগী তারবদি মাংই, কুন্দি শুহল্লু!

চাউবা হরাউনা শোয়দনা মা ইরাই নুমিত্তা পৈশা শুনা থিরগা পুজরক্লগে হায়রম্লগা ময়ুমদা হল্লক্লে।

ময়ুম য়ৌবগা চাউবা মাগী হান্নগী নুংশিরবা যন কোনাবী জুরাদু য়োল্লগে হায়দুনা লৈনবা মী থিরম্মী। মাগী যন্দু য়োনগনি তাবদা অতোপ্পা থংনবা খুঙ্গংদগী নীপা অনীখক লাক্কুনা য়েংলরে। মখোয়না যনদু উবদা পামলে। নুমিৎ য়েংনবদা হংচিৎ য়ুমশংকৈশা নুমিত্তা ঙস্তানা পৈশা পুরগা লাকচরগে হায়রম্লগা হনখ্রে।

চাউবখোয়গী লৈকায়দা খাবা কৌবা আইঃ আরঃ বীঃ য়াওবা হান্নদি নহারোলগী থবক তৌরম্বদগী সরেন্দর তৌরগা আইঃ আরঃ বী খনখিবা হুরান চিঙ্খি খরা পামজবা অমা লৈ। খাবগী নুপী ইবেলৈ চাউবগী নুপী অঙৌবীগা শাগেনি। মতম অমদা ইবেলৈনা চাউববু য়াম্না পামজখি। অদুবু চাউবনা মাগী বা অমত্তা তাবীখিদে। কোন্নথংদা অঙৌবীগা অহল-লমন হায়নদুনা লুহোংখিবনি। মদুগী ইবেলৈদা কল্লকচবা চাউববু মাগী ওইবা ফংহৌদবগী নুংঙাইতবা অমা অদুম লৈজে। হন্দক চাউবগা অঙৌবীগা য়ুম অহনবা শাদুনা পৈশা পায়দুনা ইনাক খুল্লকপা উবদা লৈকায়গা ওইবগা ইবেলৈ কল্লকপদা লোইরে।

কদোমদগীনো ঙসাইগী যন য়েংবা লাক্রম্বা নীপা অনীদো খাবগা লম্বীদা দোং থেংনরুরে। মখোয়দি মপা-মপা মরুপ শান্নবা হান্নদগী খঙনবা মরুপ ওইরম্লে। করি থবক্কী কদাইদা চৎলুবনো? ঐখোয়গীদা চাক চাখ্রসি! তোয়নসু উনবা ফংদে, ননাও ঙসিদি তলব ফংই হায়বদুদা নীপা অনীদু লিংথোকপা ঙমদ্রে। খর-খরদগী মতমগী হিদাক্ লৈরুদুনা থক্কুনা অহীংদুসু য়ুমদা হনবা নংদদুনা ইমুংদুদা লেক্লে।

চাউবগী যন লৈবগী মমল, পৈশা থীনগদবা নুমিৎ, পুংফম লোইনা খাবদা চিংনদনা তাক্থোক্লুরে। অসুম্না অহীংদুমা লৈরম্লগা অনীদু মখোয়গী খুঙ্গংদা অমুক্ হনখ্রে।

খাবনা খল্লি, "মখোয়না ষন লৈবগী পীরমগদবা লুপা লিশিং কুম্নিথোই ফংলবদি কুমশিগী অচিনবসি খরদি কোক্কনিসে।" মাগী নুপীগা তানবদা নুপীনসু য়ারে। য়ুমশংকৈশা য়ৌরক্রে। অয়ুক্তু খাবা চাউবখোয়গী মপাদা হঙ্গৎ-হন্দা অনী অহল্লক চৎলম্মী। হোরেনগী লম্বী, তৌগদবা প্লান য়েংবা লাকপা ওইরমাল্লে। মা লাক্লম্বদু চাউবগী নুপীনসু উখি।

ষন লৌগদবা নীপা অনীদুসু থুংলদুনা পৈশা শুনা থীনদুনা দলিন অমসু ইদুনা যন্দু পুনবা থৌরাং তৌই। অঙৌবী মমিত্তা মপি তানা, নুংশিনা লোইনরক্লবা ষন কোনাবী অনীদুবু ফি অমনা নীংথিনা নানবীরগা চাউবনা ষনগী থৌরি শিন্নদুনা পীথিবদো উবদা কপচে। নীপা অনীদুনা ষন অনীদু চিংদুনা পুখ্রে। পীক্লিবা মচা অনীদু ফাওবা বাবা ঐখোয়গী ষন করিগী য়ৌল্লিনো? নুংশিদ্রা? মীগী ওইশ্রবনিনা মীনা পুখ্রে। পৈশানা কৈকান্দোইনো হায়জে।

অদুবু নুংশি হায়দুনা কৈদৌনি, মসিনি "শা-ষনগী অশেংবা ময়ুম লৈতে" হায়নবদো!

পৈশাদু মাগী নুপী অঙৌবীদা পীরগা চেৎনা থমজিল্লু, হংচিৎ ইরাই নুমিত্তা থৌবালদা চৎলগা অমুক্ অনৌবা যন্দু লৌরুদৌরিবনি হায়। অঙৌবী পৈশাদু গোদরেজ উপুদা থল্লগা শো নীংথিনা লোনশিল্লুরে। ষন য়োনখিবগী ইমুংদু ঙসিদি ইচিক-চিকই। ষন অনীদুনা চাবা লোইরমদবা শজিক খরা বাগোসতা য়াওরি, কক্তবা শজিক খরসু পোলাংদা লৈরি। অঙৌবী নুংতিগী শজিক হুনবা মতম ওইরকপগা হেক্তা নীশিংলকই। নুমিদাংবাইদু দানা নুংতিগী পীজবনি। কাউদুনা দনা চফুদু পায়রুই। নীংশিংলুবদা মিৎলুদা পিরাং ইহৌরকই। জীবশিংদু নুংতিগী লোইনরকপগী নুংশিবা মরীদুদি তৎতরি।

নুমিৎ তারে, চাক-ঈশিং থোংদুনা চাবা থকপা লোইদুনা তুম্না হিপ্নখ্রে। খাবা আইঃ আরঃ বীগী নত্তবা খুৎলাই অমা ময়ুমদা লোৎলগা মী অতোপ্পা খঙহন্দনা থম্মী। মা মতম থেংজিল্লকপা, মী চিকপা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরকই। নুমিদাংগী পুং তরামথোইরোম তারক্পা মতমদা মমায় খুল্লগা খুৎলাই অশেংবদু পায়রগা চাউবগী য়ুমদা থোং হাংদোকউ ঐখোয় নহারোলনি হায়রে। অঙৌবী য়াম্না পাখৎনা মপুরোইবদা কমদৌনি, থোংসিবু হাংগদ্রা হংই। চাউবসু মশাদু নীকই। মপান্দগী নখোয়না থোংশি হাংদোকউ য়াদ্রগদি নোংমৈসিনা কাপথায়রগা হাংবা তাবনি হায়বদুদা অঙৌবী হাংজগে হায়রগা থোংদু হাংদোক্রে।

নোংমৈ পায়বা নীপাদুনা, "কদায় নংগী নীপাদি ?"

চাউবা : "ঐ শোমদা লৈজরে? করি তাকপীগদবনো?"

নোংমৈপায়বা : "ঐখোয় পার্টিগী মীনি, মখোয় অতৈদি থোংগালদা মী য়েংলি। অদু, ঐখোয় পার্টিগী অচিনবা খরা লৈরে নংগী যন য়োনবগী লুপা লিশিং অদু পীরো! য়াম্না থুনা শিংবীরকে!"

অঙৌবীনা : "পৈশাদি ঙসাই মোইবানা বেক্কতা থম্লুরে।"

নোংমৈ পায়বা : "ওইদবা ঙাংগনু হায়দুনা অঙৌবীগী মমায়দা খুপাক্না শেৎ লাউনা থায়। হায়রক্‌ই, "ঐনা পায়রিবসি অশাবা নত্তে, অশেংবনি, থুনা পুথোরকউ!" অঙৌবীদো কিরমাম্লে, মপুরোইবনা পীখ্রো হায়বদগী উপু শো হাংদুনা পৈশা ময়োমদু পুম্নপ্না অদুম্ পীখ্রে। ঙসাইনা অদুম্না পীরকপা য়াদ্রা হায়রম্লগা থুনা থোকখ্রে।

চাউবা নীপাদু মখোঙনা চৎখিবা উহৌই। ঙাইহাক লৈরগা অবাংলোমদা হুই থেংনরুরমাম্লে, হুই অনীখক হৌনা-হৌনা খোঙবা তারকই। চাউবা প্রপ-প্রপ থোরক্লুনা নীপাদুগী মতুং ইন্নদুনা তান্নখি। খরা চৎলগা নীপাদু খাবা খোয়গী থোংগালদা চংখ্রে হায়বা খঙলে।

চাউবসু কিরক্লে। তপ্না শুমাংদা চংলগা য়েন্নখাদা লুমদুনা থোংনাও অহোবদা ইমুংদা করি-করি ঙাংনবা তাদুনা ঙাইহাক লৈরে। খাবনা মাগী নুপীদা পৈশা ময়োমদু শিন্নরগা মখোয়গী উপুদা হাপ্না ফাওবা থোংনাউ অহোবদগী য়েংলম্লগা ময়ুমদা অমুক্ হল্লক্লে। মাগী নুপীনা কপ্না-কপ্না মাগী নুপা হল্লকপা ঙাইদুনা কপ্লুনা লৈরম্মী।

মখোয় অনী তান্নরগা নোংঙান্দ্রিবৈঙেদা থংনবা য়ুমদা মনাও তোম্বা হৌদোক্লুনা তোম্বগা লোইননা পুলিস স্টেসন্দা চত্তুনা কমপ্লেন্ট তৌরুরে। পুলিস পার্টিদু পুদুনা থুনা য়াংনা খাবখোয়গী থোঙ্গালদা নোংঙাম্লকপদা খাম্লরে। চাউবনা হায়বগী মতুং-ইন্না য়ুমদু রেট তৌরে। মনুংদনা পুলিস অনী চংদুনা উপু হাংদোকহন্দুনা য়েংবদা পৈশাদু কায়দনা লৈরমদুনা ফংলে। অদুগা মানা পায়বা খুৎলাইদুসু ফারে। খাবা মখুৎ অনীমক য়োৎছুিং থাংদুনা পুলিসতা পুখ্রে। খাবা হুরানবগী চার্জদা নোংমৈসু ফারবনিনা খুদক্তা থবকসু সসপেন্দ তৌরে। চাউবা পুলিসতা লুপা

লৈশিং অনীখক মতেং পাংবীবগী পীরে। নুপা লিশিং কুন্দুদি কায়ত্রবনিনা মদু পুরগা ইরাই নুমিত্তা মানা পামজবা থৌবালগী ঘন্দু লৈরুদুনা পুরক্রে।

হাংলুরবা ষণগোলদু অমুক থঞ্জরে। বাগোসতা শজিক হুন্দুনা, দানা লোন্দুনা অঙৌবীনা নুংতিগী শেবা তৌজদুনা ষন অনীগী মরীসু হান্নগুন্না ফগৎলক্রে।

থা মঙা-তরুক হৌখ্রে। লৌ-লোকপা-খোৎপা পোইনুগী অবাবা থবক কয়াসু লোইখ্রে। ইংনা চিক্লা শান্তি ওইনা মতম খরা লৈরুরবা তুংদা খাবদু জেলদগী থাদোরক্রে, থবকসু অমুক হঞ্জিল্লে। মা চাউববু অমুক্তংদি লমন খুমগে খল্লি। অশেংবদি চাউবগী মরাল নত্তে, মানা মীগী ষন য়োনবগী পৈশা হুরানবীরে। মানগা কোম্নবা ফারে, পৈশাসু শুনা ফংজগদবদু পুলিসতা মা ফাবগী লুপা লিশিং অনী তিংলে। অদুগা হৌজিক অমুক মরাল লৈতবা চাউবগী মফমদা লমন খুম্নিংলি। মসিবু অচুম্বা বাখল্লা? মসিনা চৎনবী ওইরগদি কনানা থম্মোই শেংনা কন্না থবক শুদুনা, লৌউদুনা, ষন থাক্কুনা হিংনীংগদৌরি!

মসি কনানা থিংগনি? চাউবদি অচৌ-অশাং মীনা মশকখঙবা মীশু নত্তে। ইচম-চমজবা লৌমীনি। মাগী হায়ববু মীঙোন্দা অকায়বা চৎতে, নুপী-অঙাং লুনা তৌজবা, থবক্ কন্না শুজবতনি। মাবু ঙাকপী-শেনবীনবা সরকারদা সিফাই-সন্ত্রি পীবীয়ু খুদোং থীবা থোক্কদৌরে হায়রুবদা য়াবীরক্কদ্রা? মাগী মথক্তা অচুম্বা তৌরুবগী চাউরবা দন্দি অমদি শোয়দনা পীগদবগী তত্তনা শেন্নবা হৌরে।

খাবদু চাউবগী অচিৎ-অকোম, চৎথোক-চৎশিন অচিকপদা থেংনরগা ফাবা য়াবা মফম থিরক্ই। নোংমা লৌ-শুরুবা কারকপদা খাবনা মাগা তিন্নবা, হুরান-চিষ্থি পুন্না তৌমিন্নবা মমান্নবা অমগা চাউবনা লাক্কদবা লম্বীদা ঙাইরগা চাউববু ফারগা পুবিখ্রে।

লাপ্পবা পাৎকী ময়াদা বাহং-পাউহং মানা খুম্বা ঙম্নরোইদবা মরাল কয়া শিবীরগা মমিৎ খুমঞ্জিল্লগা, ফুবা-য়াবা ফুরবা তুংদা নোংমৈনা মকোক্তা মরু অনী কাপ্লগা ঈশিংদা ইষ্দুনা থম্বীরম্লে। চাউবা শিরে।

লৌ চৎখিবদগী হল্লক্তে, লৌদা লৈব্রা হায়দুনা লৌদা থিরুরে, ফংদ্রে। মথংগী নুমিত্তা পাত্তা ঙা ফাবা চৎপা কাংবুনা থেংনরুদুনা পাউ তম্বদগী তাদুনা চাউবগী হকচাং লৌখৎলুদুনা সংসকার তৌখ্রে। মবুকচেল শেংজবা, মীঙোন্দা

কায়জদ্রবা মাগী যন্দু খরা অহল ওইরক্রে, মপাঙ্গল কনবা চহী মতম খরা শাংনো শিজিন্নবা য়াগদবা অমা শিন্নগে খল্লুদুনা মাগী হান্নগী যন্দু য়োল্লগা অতোপ্পা অনৌবা অমা লৈগে খল্লুবদুনা মরম ওইরগা নোংমখক উপুদা চংলুবা লুপা লিশিং কুম্নিথোইনা চাউবগী পুন্সি লোইনবা মরম্ ওইগ্রবা? জগৎশি থম্মোই শেংদবা মীগী হিংফম নোংম-নোংমগী হেনগংলক্রি। মখোয়না অবাৎ-অপা লৈতনা নুংঙাইনা হিংবা পুন্সি ওইরক্রি।

পিরাংলক্তা চাউবগী শোরাৎ-কর্ম্ম লোইখরে। মাগী বাখন্না শোল্লবা মমা-মপা মচাগী নুংঙাইরকপা উরগা হরাউজরম্বা মচাগী বাখলনা লাইমন ওইদুনা শিগদৌরে। শোমদা লুখ্রাবী ওইহৌরবী মমৌ অঙৌবীগী মতৌ য়েংবদা বারে। মথং-মথং মখোয়সু শোঞ্জিল্লকুনা শিরগনি। মসিবু চাউবগী ফত্তবা মপোক্কী মহেরো? নৎত্রগা নহানমুক্কী মপোক্কী তৌখিবা কর্ম্মগী ফল ওইগদ্রা?

অঙৌবীগী থম্মোইগী মৈচাক ফিঙৌ শেৎপা উরগা মনাও থোকপী খাবগী নুপী ইবেলৈনা পুক্লিংদা পেনখিবা, লমন খুন্নে খনখিবা, কয়াম কুইনা পেনবগে, নোকপগে অমুক য়েংবো তারি।

"কলি যুক্তা খুঁদে কংদে" হায়নৈ। নুমিৎ খরনিগী তুংদা নেসনেল হায়বে ৩৯দা বোমগী লাংদা মন্ত্রিগী এস্কোর্ট গাড়ী অনী লৌবা য়াদনা থুগাইখ্রে, মৈনসু তুম্না চাকখ্রে। আইঃ আরঃ বী মরি শিরে, অনী অমনা য়াম্না থীনা শোক্রে। অমদি মমিৎ অনীমক উদ্রে, মখোঙসু নাম্মা ককলে হায়না চাউবা শিবা নুমিৎ ১৮নিগী মতুংদা খবরদা থেংনৈ। আইঃ আরঃ বীঃ দুগী মমিং খাবা কৌই, লৈফম্না হৈকোল লমখায়দগীনি।

শোইনাইবা, মপোক অমা লেনবা তারিবা! চহী কয়া, থা কয়া কনানা মাগী শেবা তৌগদৌরিবা? শিখিবদি অবাবা পুন্নমক্তগী লানথোকখ্রবনি অমুক্ মঙোন্দা বাররোই। অদুবু মিৎ অনীমক উদনা মখোঙসু নাম্না য়াওদনা করম্বা নুংঙাইবা পুন্সিনো মানা লেনগদৌরিবসে? মী অমা মরালসু লৈতনা মরাল্ পীশিল্লগা ইরাই লাইনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎতোক্রুবগী দন্দিরা মসিবু নৎত্রগা লাইগী বায়েল্লা? খল্লু পাপ হায়বসি কুইরমদ্রে, ঐঙোন্দা মৈচাক্তু ফংলগদা সি ওইরবোইরে হায়বদুনা কাম্নরিব্রা? খুবাক খুৎলমগী অর্থ নুমিৎ ১৮ নিগী মতুংদা হোংবা তাখি। মীবু মীনা মরাল লৈতনা দন্দি পীবা হৌনদে। ঈশ্বরনদি লোইনমক উরিবনি হায়বসি মীওইবনা

হেক-হেক কাউবগুম তৌই। মীগী অবাবদা থক নোক্লুগনু নংগীসু ঙাইদুনা লৈরবনি। পুন্নমক লান্দবনা জয়নি, লান্দনবা হোৎনসি।

তাং ২৫/৯/২০০৩

# "মীহাৎপগী দন্দি"

মীওইবগী থম্মোইসি মফম মতমগী মতুং ইন্না মমায় ওল্লি হায়বসি অয়াম্বনা চুম্মী। মতম অমদা য়াম্না চম্বা পুন্সি মরেল অমদা হৌখিবা, হৌমিন-কামিন্নরকপা অঙাং ওইরিঙেদা চাক-চাক্রুক অমদা, পুখম অমদা পুন্না চামিন্নখিবা নুংশিনা লুনা-চান্না তিন্নরক্পা মরুপ-মপাং মতমগী মতুং-ইন্না অদুক লুনা তিন্নরকপা মরুপ অনীদু অমনা অমবু থাজনরক্তবা পুন্সিগী ওইনা কায়নবা কয়া ঐখোয়না উরে। স্কুলগী, কলেজগী ওজা ওইদুনা অঙাংশিংবু লুনা-চান্না তৌজরম্বা ময়াম্না নুংশিবীদুনা ভোৎ লেপ্পু, ভোৎ লেপ্পু! ঐখোয় ময়াম নংগীদমক্তা লোইনা পুকচেল তিংগনি হায়বদগী লৌ-শীং লৈজরম্বা শমপতি লোইনা কায়থোক্তুনা ভোৎ লেপ্লুবদা কাদবদগী শমপতিসু তুন্না মাংবা ভোৎশু কাহৌদবা, থবকসু তোকপা মী কয়াসু উরে। অদুগা মরাইবক ফবা অমনা ভোৎ কাখ্রগা অনৌবা সংসার অমদা চংলুবদগী জীপ কার তোংদুনা, চানীংবদা চা-শেৎনীংবদা শেৎ, মীপুম্ খুদিংমক্কা অনৌবা মিংগৌ, অনৌবা ব্যবহার, চান-থক্লবা থিল্লকপা, বানোম্বা কয়া তোয়না লাকপদগী মরুদা নোং চুরগা তুরেলগী ঈশিংগী ঈমাই থাক-থাক নাইনা বাংখৎলকপগুম মীওইবগী বাখলদসু মা মশা মীনি, শিবা নাই হায়বা ফাওবা কাউখিবগুম্ মাগী হৌফম-শাৎফম লুনা তিন্নরক্পা মরুপ-মপাং লোইনা কাউথোকখিদুনা মশাগী হৌজিক্কি নুংঙাইবদমক খনখিদুনা তোপ-তোপ্পা পুন্সি মরেল অমদা হোংখ্রি। হাবী-জাবী ওইদ-পাদবা করন্না করি তৌরগা মাগী ওইবা শমপতি কয়া-য়াম্না তানশিনবা য়াগদগে হায়বরোমদা লোইনা পুক্লিংগী মায়ওনসু হোংখি। মসিবু অচুম্বা লিচৎলা? মী অমনা তৌগদবা মরুওইবা পুন্সিগী শিল্লাবু মসিরা? খনথরুবদা, নৈনরুবদা যুগসিনা মতমসিদা শিথলিবা নুংশিৎ য়েংলুরগা পুন্নমক ওইজবা পাম্বা ঐগী হায়বা বাখলসিদা লোইনমক মাং থাখিদুনা মসিবু অচুম্বা অমা ওইনা লৌনরক্পা অসিনি। মসিগী বাখলসিদা অয়াম্বা মীগী বাখলদা, থম্মোইদা চুম্মী হায়না খনবা তারগদি ঙসিগী সমাজসি শেমদোকপদা অচুম্বা

মাইকৈদা পুরকপদা য়াম্না বানা থোকদৌরি। মসি কোল্লবা উপাইদি করিনো? পীক্লিঙৈদগী পুন্সিগী ফিরেপ অমগা লোইননা তৌগদবা মী অমনা হিংলিঙৈদা মী অদুগী পুন্সিগী তাংকক্ চহী অশুক্তগী অশুক্ ফাওবনা সি, সি তৌবা, চহী অশুক্তগী অশুক্ ফাওবা অমদনা সি, সি তৌবা হায়না কুপ্পা য়াৎথোক্লুনা শেন্নগা মদুগী পোদু য়েংলগা চৎত্রগদি মতম-মতমগী থোকঅ-থোকঅবা ঙাইরগা তৌবা থবক্লদি তুং কোইবা ফজবা অমত্তা ওইররোই। মসিদি মানা-মানা অপাম-অপাম্বা তৌবা, লাইবক ফরুরগা পংফ-ফবা, ফত্রগা পুম্মাং-মাংবগী মওং অদুনি।

লুনা তিন্নরকপা মরুপ অনীগী পুন্সিদা করি থৌদোক থোকখিবা হায়বগী মতাংদা অমুক্ য়েংলসি;-

রতন অমদি রোমেস য়াম্না লুনা-চান্না তিন্নরক্ই। লাইরিক-লাইশু তম্বা, শান্নবা, কুম্মৈ-ফিয়োং য়েংবা খুদিংমক্তা মখোয় অনী লোইননা অদুম চৎমিন্নে। চাক পুখম অমত্তদা তোয়না চামিন্নবা, তুমিন্নবা কয়া তোয়না তৌরক্ই। অতোপ্পা অউবা মীনসু-মখোয় অনীসি লুনা তিন্নৈদা হায়না ঙাংনৈ। লাইরিক-লাইশু বীঃ এঃ ফাওবা তম্লগা মখা তমথদনা মখোয় অনী কারবার অমা পুন্না তৌমিন্নে। রোমেস করবারগী কোক ফজনা লৈবা নীপা অমা ওইরম্নে। মানা প্লান অমা হেক্ তৌরক্পদা মদু শেন্দোং লৈবা য়াম্না থুনা কান্নবা হেক্তা ওইদুনা মখোয় অনীগী কারবার মমায় চুমদুনা পৈশা পায়রক্লে। পৈশা খরা পায়রকপসিদা নোংমা রতন্না রোমেসতা "ভায়! ঐখোয় অনী গাড়ী মারুটি অমমমদি লৈরগা তোংলসি"! রোমেসনা ঐখোয় মতম চাদ্রি মীগী মমিৎ চাউনবনি, মদু তৌবা য়াদ্রি হায়রম্মী।

রতন রোমেসকী বাহৈদুদা কয়া নুংঙাইরমদে। রোমেস মানা হায়রিবা বাদুদা মাগী মরুপ রতন্না করিসু খল্লমলোই, মা চিংনরম্লোই হায়না খল্লি। অদুবু রতনদি বাফমদু য়াম্না লুনা খল্লম্মী। মতম খরা অমুক্ লৈরগা রতন্না বাফমদু অমুক্তা হন্না রোমেসতা হৌদোকই। রোমেসনা ফরে, মরুপ্পা লৈসি হায়রগদি পোৎ হোনদোক-হোনজিন য়াগদবা কারবারগা মরী লৈনবা, টাটা ওটোমোবাইল ওইনা লৈরসি হায়রে।

রতন : "ভায়! ঐনা হায়বদি খরা লেম্না নুপী-অঙাংনা তোংবা য়াবা গাড়ী অমমম্ তোংশি হায়বগী বানী। পুন্সিসি খরসু নুংঙাইথোকসি কৈনো"!

রোমেস : "ঐদি ঐখোয়না তৌরিবা থবকসি হৌবদা ঙাইহরি তুং কোইনা কান্নগদবা লম্বীদি উদ্রি অদুনা মীমাংদা অরং-অরাক উহল্লগা মীনা মিৎয়েং চংব্রগদি কারবারসি মাংথরকত্রা খল্লি। মরুপ্না লৈদবা য়াদে হায়রগা মরুপকী অমা লৈবীরো। ঐগীদি লৈজররোই"। রতন মবুক্ ফত্তবা হৌরক্লে। করবারদি চহী অনীসু ফাম্রি, কোকসু মাগী কোক্লা, মাগী প্লান্না চাউখৎলকপা নত্তে। রোমেসকী হৈ-শিংবা বাখলদগী থুনা চাউখৎলকপনি। মদু রতন্নদি খংজদে।

নোংমা রতন্না রোমেসতা, "ভায়! ঐদি মারুটি কার অমা থুনা লৈবা পাম্লে, অদু ঐনা মদু লৈবদা মরুপ্নসু নুংঙাইররোই, অদুনা ঐখোয় অনীগী কারবারসি তোঙান-তোঙান তৌনরসি! হান্নগী দুকানসি মরুপ্না তৌহৌগেরা নৎত্রগা ঐবু তৌহৌ হায়ব্রা অপাম্বা অমা হায়রো?" রোমেসনা মবুত্তা খল্লি, "ঐগী মরুপ রতনসি ওহ্লোক্লা থুনা পুকচেল হোৎলকইদা! মঙোন্দা কনানা ইনশিনবা য়াওবনো? মা মতোমতা মসিগী করবারসি তৌবদা মা-মায় পাক্লোই, অদুবু মাবু করন্না ভাব তাহনগনি"?

রোমেস মাগী মরুপ রতনগী য়ুমদা লাক্লগা মাগী নুপী রুহিনীদা তপ্না ইংনা, "রুহি! ইবেম্মা! ঐগী মরুপ রতন্না হন্দক কারবার তোঙানবগী বাফম অমা হৌদোরক্লিবসি নংনা খরা থেন্নগা পুন্না অসুম্ তৌমিন্নসি হায়য়ু! মীগী চাউখৎপা লমদদি পুন্না তৌনবা ঙাক্তনি। ঐনা নাবা-য়েক্পা থোকপদা মানা থবক তৌগনি, মানা নাবদা ঐনা তৌগনি। নংনা খংলিবদুনি ইবুংগীদি ইতোমতনি, ইচিল-ইনাওসু লৈবা নত্তে, ইচাসু য়ান্না পীক্লি।

রুহিনী "তামো! নুপী ঐনা হায়বা য়াগদবা মান্দ্রে, ঙরাং নুমিদাং পাবুংগা মচা অতোম্বা প্রগ-চারম্বদো 'রাখেস নত্রো? "হোয়"। মাগা পুন্না তৌহনগনি, মীগা পুনবদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা খৎনরক্কনি হায়না বা লোইনম্রে। হায়রিঙেদা রাখেস লাক্তুনা তামো রোমেস! "তামোদি ঐখোয় তামোচাগা তিন্নরগা মপান্দা চৎলগা মপানগী মীগা পৈশা য়েন্নে হায়বা পাউ অমা তারিবসিবু কমদৌরিজাথনো? তামোনা কলকটাদা তোয়না চৎলমলিবসিদি মরম্ চাউনা লৈরম্নেদনা?

রোমেস "এ! ইনাওদদি কনানা অদুম্না তম্লিবা?"

"হেরা ! তামো রোমেস, নুংশিৎ শিত্তনা উনা লেংদে হায়নরিবনি। তামোনা তৌদ্রগবু ঐখোয় তামোচানা শাওগদ্রা ?"

রোমেস : রাখেসকী বাদুদা মকোক পায়রগা "অস। ঐনা অসুক থাজনা তিম্নরক্পা মরুপ অমগা কারবার পুন্না তৌরুবদগী ঐগা কায়নবা তারবা !" অদুবু মানা লম্বীসিদা মতোমতা চৎলগদি মা শোয়দনা মরায় চাইথরক্কনি, মাগী মকোক্তা শিনফমসিদা মায় কৈদৌঙেদসু পাক্রোয়। মাগী বাখলনদি পুন্নমকসি মাগী কোক্তা খল্লগা চাউৎলকপা করবার ওইনা খল্লি। "ও ! ওহ্মোকপনিদা, মাগী পুক্লিগী হোল্লিবা হি কায়বা হৌরবা ! মতম চানা হোরিবা, য়ুরিবা জগাদু চেকশিন্না ফোৎহৌদ্রগদি ঈশিং চংবা হৌরক্লবদি নোংমদি ঈশিংদুনা মবুক থল্লগা ঈয়ায়দা হিদু লুপকদৌরি, মাবু ঐনা করম্না কনসিগে ?"

রুহিনীনা পুথোরক্পা চাদু য়াম্না হৈনীংদনা থক্লগা ইবুং চৎলগে হায়রম্লগা থোরক্লে। লম্বীদা রুহিনীগী মপামদা মখোয়গী পাবুংদু মতম অমদা রোমেসপু য়াম্না থাজনা খনখিবনি, মাগী মনাক্তা চৎলগা তাম্নরুগে খন্দুনা লাকই। ইমুংদা চংদুনা অহন্দুগা উনরে। অহনদুনসু রতম্না তম্বা পাউদগী রোমেসনা পৈশা তংখায়-তাংখায় পুথোরুদুনা কারবার তৌমিন্নরগা মপালগী মীগা লৌতুনরগা তোঙাম্না পৈশা তাপ্লে, কারবার পুল্লরোয় হায়রি হায়না য়াম্না চিংনবা বাঙাং অমুক্ তৌরক্লে।

রোমেসনা খল্লি, "ঐগী মরুপ রতনসিবু পীশক-পীক্লিঙৈদগী ঐখোয় অনী চাক চাক্লুক্ অমত্তদা চামিন্নদুনা য়াম্না লুনা তিম্নরকপনি। অদুবু মাগী পুকচেলনা অসি য়ৌনা থুনা ঐবু চিংনরম্লিবসিবু করম্ননো ?" ঐনদি মাদি লোন-লি কয়া খঙদবা, ইবা খোৎপা কয়া য়ৌদবদুদা ঐনা খরা ঙাংনে-শরুবা, চিঠি ইথোক-ইশিন তৌবদুদা মাদি ঐবু য়াম্না চিংনরম্লবোইরে ?" য়াররোই মানা মীপূম খুদিংগী ঐগী মরমদা য়াম্না ফত্তনা উহম্নবা হোৎনরম্লবা ! ফরে, দুকানসি মা তৌজহৌরসনু ! ঐসু তেক্লি-তেক্লি তোঙাম্না তৌবা তারেদনা ! মখোয় অনীগী পোৎ য়েম্নরে, দুকান খাইদোক্লরে। হাম্নগী দুকান্দু রতন্দা পীরম্লে। রোমেস বেক্ককী বেলান্স য়েংলগা শরুক অহুম থোকপগী অমত্তমক্ মাগী ওইরগে হায়রুরে। অদুবু রতম্না অমুক্ মশানা লাম্লুরবা হেন্না লৌথোকখিবা মরম্না অহুমথোকপগী শরুক অমত্তমক্ লৌগে হায়রিবনি হায়বীরে। রোমেস রতনগী মফমদগী ফজবা মাবু মীনা থাজগদবা বাহে অমত্তা তাখিদ্রে, মাগী ফত্তবগী মরমদমক্ তাপ্লে।

দুকানগী পোৎ-চৈ য়েনথোক্লবা লোইরে। রোমেস মাগী হান্নগী কারবারদু থাদোক্লগে খল্লে। বজারদগী লাপ্পা উরিবোক লাইন্দা হায়থরগা অনৌবা দুকান মচা অমদা মাগী তোঙান্না কারবার অমা তেক্রি-তেক্রি তৌবা হৌরে। হান্নগী দুকান্দুনা রতন্না মাগী মচিন-মনাওশিংগা তৌহৌরে। য়াম্না থুনা রতন মারুটি অহনবা অমা লৈরে। মদু তোংলগা রোমেসকী দুকান অনৌবদুগী লম্বীদা নুংতিগী থৌদুনা চৎপা উই। মখোয় অনী খর-খরদগী লাপথোক্লরক্রে।

খরা লৈরগা রতন মাগী দুকানগী রিসিপসনিস্ট ওইনা থম্বীদু মাগী নুপী অতোম্বী ওইনা পুশিল্লক্রে। মাগী নুপী রুহিনী লাক্লগা নোংমা রোমেসতা, "তামো! তামোনা মাবু করবার তোঙান খাইদোকপীরম্বদগী মাগী লমচৎ-শাজৎ পূমহোং হোংখ্রে, নুংতিগী য়ু লিক্রি অমমম পুরক্লগা নুপী অতোম্বীগা থকমিন্নে। ঐ তুংদা য়াম্না ৱাগদবা মাল্লে, তামোনা অমুক্তা থেম্বীয়ুবা!"

রোমেস : "হোয়, হোয় ইচন্না অদু য়ৌনা নুংঙাইত্রবদি হায়দুনা অমুক্তং য়েংগে।" রোমেস তশেংনা মাগী মরুপকী অহোংবা লমচৎতুগীদমক্তা য়াম্না ৱাজে। রতনগী নুপী রুহিনীনা থম্মোই শোক্লা হায়জরম্বদুদা রোমেস মাগী মহৌশাগী মরুপ রতন উনবা লাকই।

রোমেস : মরুপ উনদবসু কুইরে, কমদৌরি? কারবারদি খরা কান্নরিবা নত্রা?" রতন, "ভায় কারবারগী ৱা নত্তবা ৱারী অতোপ্পা শাসি!"

রোমেস : "মরুপ! নং য়ু থক্লব্রা? অদু, নুপী অনী লোনবসি তুংদা মথা য়াম্না শানবনি, অঙাং য়াওব্রিঙৈদা থেমদুনা থাদোকখিবনা ফরোইদ্রা? রুহিনীগীসু অঙাং অহুন্নি, হয়েং মরুপ তুংদা মথা য়াম্না শারক্কনি।

রতন : "ভায়! ঐনা য়ু থকপদা মরুপ্পা ৱাবীফম থোক্তে, ঐগী রিসিপসনিস্ট মেমীসে শোম্না পাম্বগী ৱারা? পাম্মী হায়রগনা ঐ হেক্তা খাইনগে?"

রুহিনী থোরক্লগা, "তামো! লেংঙসি ঙাংনবা য়াররোই"।

রোমেস খরা শাউরপ্পা : "রতন! নং ঐ চাক চাক্লক্ অমত্তদা চামিন্নরকপনি, নংগী ৱাদু খরদি হেনমল্লি"!

রতন : "থায়নগী ৱাদু তোকশি! হুজিকী ফোং-ফোং শাবা ৱারী শাসি! নংনা ঐঙোন্দগী করিদা হেল্লি? দুকানসু শঙ মচা অমদা অতোম্বীগী

মচাদৌনা নবুক্ ফওবদগী আদা কুমথদুনা তেক্লি-তেক্লি তৌরে ঐখোয়দি রাজাগুম লম্বা চাবা মী নৎত্রবদি তিন্ননীংদ্রে! য়েংউ! শুমাংদগী কার অঙাংবসি ফজদ্রা? ঐনা হায়বা য়ারন্নবদি নংসু অসিগুম্বা কার তোংবা ফংলমগদবনি। অদুবু নবুক্ ফত্তবনা তোংজদ্রেদো?"

রোমেস : "ঐনা লাক্লুরিবসি লম্বী ওন্নরম্লে, রুহিনী! ইবুং চৎলগে?" ঐ নখোয়গীদা খোঙ্গুল অমুক্ হন্না তারক্লরোই" হায়রম্লগা মমিত্তা মপি ইরা চেল্লগা থোকখ্রে।

রোমেস নোংঙানবগা কলকটাদা চত্তুনা মাগী হান্নগী কারবারগী মীওইশিং উনরগা ৱারী শানরুই। মখোয় অয়াম্বনা খঙহৌদনা রোমেসনা বতনগা করবার তোঙান-তোঙান তৌখ্রিবদুগী মরম, মখোয়গা য়াম্না থুনা মরী তৎখিবদুগী মরমদা ৱারী তৌনে। মাগী পুকচেল শেংবা য়াম্না কারবার হৈনা জর-জর চাউখৎলকপা কয়াদুদা কলকটাগী কাংবুদুসু হরাউরুরবনি। মখোয়না মাগী পোৎ ক্রেদিৎতা লোইনা থারক্কে, মাগী অনৌবা এদ্রেস য়াওবা চে-চাং খরা পীরম্লো হায়বদুদা মাসু চে-চাং খরা শিন্নরম্লগা য়ুমদা থোরক্লে। মা রতনগী ফাগী জোগাইগুম্না মাবু উশিত্তবা মীঙোন্দা অরানবা পাউ কয়া শন্দোক্তুনা মাবু লৈখা তানবা শীনখিবা ময়ামদু অমুক্তং থুনা হিংগৎহনবা পামখি। থুনমক্ কলকটাদগী পোৎ-চৈ অনৌ-অনৌবা টিঃ ভিঃ, ৱাশিং মেছিন, ফ্রিজ, ওভন, অতৈ-অতৈ কয়াসু মথং-মথং লাকপা হৌরে। টেলিফোন অমসু কনেকসন লৌরে। মা হান্নগুম্না নোর্মেল ওইবা তাংকক্ অমদা অমুক্ লাকপা হৌরে। থংনবা দুকান অমসু লৌদুনা চাউথোকহন্লে। দুকান ভারা মপুদুনা ইবুংঙোগী দুকানগী পোৎ থম্বা নুংঙাইনবা বিলদিং শারগে হায়দুনা মনাক্তা ফজবা দুকান অমসু কন্না শারি। লম্বী অদোমদা লুহোং-খোঙদোংগী অরু-অপানগী পোৎ-চৈ লৈবা লাকপা মীনা কৃক্ - কৃক্ ইন্নরে।

রোমেস মাগী নুপী ৱাসি, মশেননুপা ইন্দ্রকুমার লোইনা মাগী দুকান্দা য়াওহন্লে। মাগী কারবার থা খরগী মনুংদা ফগৎলকপা উবদা রতন মথৱায় চারুই, খাংবা ঙম্লমদে। মানা মীদা রোমেসনা মাগা পুল্লিঙৈদা হৈ-শিংনা লোৎশিলহৌবা পৈশানা মানা ফিভম ফগৎলকপনি, নৎত্রবদি কদায়দগী মানা অসুক-থুনা ফিভমসি য়ৌফম থোক্কে হায়না মী খুদিংগী ৱারী অমুক্ শায়। মাগী ৱারীদু মানা মাগী ফিভম নোংম-নোংমগী শোকচিল্লকপদুনা মীলসু তাবীদ্রে।

মীনা অমুক্ ঙাংনবা হৌরে "রতনমুক পংবা অনীগুদে, মানা কোক-লৈবা রোমেসপু তাম্নোক্লগা মা মতোমতা ওইনীংলুবগী মাদি নোংম-নোংমগী মুৎথরক্লে। য়ুমদনা নুপী অতোপ্পীসু মচা অমা য়াওশিল্লক্লে। নুপী অনীদু ঙাইহাক্তা কাংদনা লাউনদুনা লৈরি। রোমেসতি মাগী দুকান্দবু ইরৈ-লৈতে। কলকটা, দিল্লিদা অনৌ-অনৌবা পোরম য়াত্তুনা হেন্না চাউখৎপা ট্রেনীং তৌদুনা লৈগ্রে। দুকান্দা মাগা য়ানবা থাজবা অঙাংশিংনা তৌদুনা লৈরে। মাগী নুপীনা য়াম্না হৈ-শিংনা লোইনমক্ পানবা ঙম্লে। ভারা মপুনা নৌনা শাবা দুকানসু মথক মখা প্লাস্টর তৌবা লোইদুনা রং-পং তৌবা হৌরে। উ-শুবা খরসু কা খরা খাদুনা শেল্লি। মথং থাদা মদুদা হোংজিল্লগনি হায়না কন্না লেপ্তুনা থবক শুরি।

রতন লক্ষ্মীদুদা চৎথোক-চৎশিন তৌবনিনা হোংলক্লিবা ময়ামদু নুংতিগী উরি। দুকান মমাংদা টাটা-গাড়ীদগী থাংথরিবা পার্সেলশিংদু পেক্কিং উপু ময়ামদু উবদা মবুক্তা খল্লি, "মাগী ফিভম্না অসুক থুনা চাউখৎলক্লিবা অদুগা ঐগীনা পোৎ লৈবা অমত্তসু লাকপীদবা"। মপালগী ময়াংশিংসু মাগী মী ঙাক্তা ওইগ্রবা।

নোংমা কলকটাদগী রতন্নসু হান্না-মশক খঙবা ময়াং বঙ্গালি প্রকাশ চটর্জি কৌবা সেল্‌স ইঞ্জিনীয়ার অমা রোমেসকী দুকান মমাংদা লাক্লগা রতন্না দুকান্দগী কৌথোক্লগা মাগী মারুটিদা হাপ্লগা পুরগা চৎখ্রে। মানা চটর্জিদা রোমেসতা পোৎ পীবা য়ারোই হান্না মাগীদা পীরম্লগা হৌজিক্লা মমল তারগা রোমেসতা পীদুনা য়োলহনবদগী মাগী পোৎ শিন্তবনি হায়দুনা ধমকা তৌদুনা ফুবীরে। নুমিদাংবাইদু চটর্জি মমায়দু পোমদুনা রোমেসকী দুকান্দা লাক্লগা ঐখোয় মণিপুরদা পোৎ পীবা ঙম্নরোই রতনগী মীনা মাবু রোমেসতা পোৎ পীরবদি হাৎকনি হায়না কিহল্লে হায়না তম্লম্মী। রোমেসতি লৈতবনা মশেন নুপা ইন্দ্রকামারনা রতনগী দুকান্দা চৎলগা করিগীনো মী মপালদগী লাকপদা ফু-চৈবা তৌদুনা ধমকা তৌরগা ঐখোয়গী দুকান্দা পোৎ পীবা য়ারোই হায়বগী মরম্ পীয়ু হায়রুবদগী বা কনখৎনরক্তুনা ফুনগে তৌরুরে। দুকান অনীগী মরক্তা নুংশিনদবা, য়েংথীনবা নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লে।

কলকটাদগী লাকপা সেলস ইঞ্জিনীয়ার প্রকাশ চটর্জিদি নোংঙাল্লগা ফ্লাইটতা হনখ্রে। কলকটাদা রোমেসকা উনদুনা রতন্না তৌরক্লিবা ময়ামদু য়াম্না নুংঙাইতে রোমেসপুসু রতন্দগী চেকশিল্লু। মা হুই অঙাওবগা মান্নরে হায়রক্ই।

রোমেস য়ুমদা থোরক্রে। মা থোরক্পা নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মখোয়গী দুকান্দু অনৌবা বীলদিংদা হোংজিন্নে। মিংশেলচনবা প্রোপ্রাইটর ফন্নবা, সেলস মেন ফন্নবা কা-কা য়াম্না নান্না শেমদুনা মশক-ফজবী লৈশাবী হিন্দি-ইংরাজি লোন ফজনা ঙাংবা ঙম্বী রিসিপসনিস্ট অমসু হাপ্লুনা য়াম্না এত্রেক্টিপ ওইরে। টেলিফোনসু কা খুদিংগী থন্নে। মানা কলকটা চৎপদা হান্নগী মাগী মেনুফেকচরর কমপনিগী অভিনয় ভটটাচার্জিনা সন্ত্রো কার অহনবা অমা মাগী পোৎশিৎ ফবগী প্রজেনটেসন ওইনা পীরক্লুনা নম্বর থারুরগা অনৌবা দুকানগী মমাংদা খামদুনা থম্মী। রতন নুমিদাংবাইদু দুকানসু খুৎলামগাম কৌদে হায়দুনা ঙক্সনা থোং লোন্নগা হন্নকপনি। দুকান শঙ্গাবগী তিল্লিবা মীয়াম দিসকাউন্ট ১০% থাবা ফেস্টুন অমসু য়ানবা উই। নৌনা শঙ্গাবগী নুমিৎ তরামঙানি দিসকাউন্ট উৎলি। দুকান মমাংদা খামলিবা সন্ত্রোকার পুন্নমকতু উরুরগা রতন কল্লকপা পোক্রম্মী রতন মনাক নকপা হোটেল অমদা চংলগা রম বোটটল অমা লৌহল্লুরগা হোটেল মপুদুগা করিনো খরসু চামিম্নে। রোমেসকী মরমদা ৱারী শানে।

রতন্না : "ভায়, রোমেসকী দুকান মমাংদা খান্নিবা সন্ত্রো কার মচু অঙৌবসিবু কনাগীনো?"

হোটেল মপু : "কার অসি ঐনা তাববু মাগী য়োল্লিবা পোৎশিংসিগী পোৎশিৎ ফবগী এজেন্ট ওইরুবগী কমপানিনা লেন্না পীরকপনি হায়না তায়দা!" নীপাসি হৈদি হৈকো! কারবারগী চপ-চাবা নীপানি, শৎ-শৎ-কলকটা, দিল্লি, বোম্বে এরোপ্লেন্দা শৎ-শৎ পোৎশি থুঙঙবগী লোইখম্বা লৈতে। তুংদা য়াম্না নুংঙাইরক্কনি, মবুক্সু য়াম্না সেংই হায়নৈ অদুননি ময়াংনা মাবু থাজরিবা।"

রতন : "ও! মানা লৈবা নত্তবোইরে, ঐনা খল্লুরিবসি ওন্নরেদনা? ফৈ-ফৈ-মাগী পীরিবা দিসকাউন্টদগী ঐনা হেন্না পীরগা য়োনগে, ঐগীদি হয়েংদগী ২০% দিসকাউন্ট থারগে খল্লি"।

চাবা থকপা লোইরগা মাগী কারদু থৌরগা চৎখ্রে। য়ু ঙাওরগা থৌবা গাড়ীদু নীয়মদা থৌবা ঙমদদুনা অহল লম্বী মতাইদা চৎচবা চৈশু পায়বা অমা থেংদুনা নুংদা মকোক য়েশিন্দুনা শিরে। মাগী কারগা মশাগা ফারে। গাড়ীদু ইন্সুরেন্সসু রিনিউ তৌহৌদ্রে। শিরিবা মীদুগী শোরাৎ শোন্নবা, ক্ষেত্রিপুরোন লুপা লাখ অমা পীয়ু হায়রকপদু মমৈদা উকিলগা তানবদগী পীদবা য়ারোই হায়বদগী

অরৈবা মাল-চাং য়োম্নবা তাম্নবদা মাগী কারদু য়োনবদা তারে। লৈগদবা মীনসু য়াম্না হোংনা লৌগে ঙাক্তা হায়রে। মমৈদা দুকানগী পোৎ খরসু বন্ধান থমদুনা মীগীদি পীখ্রে। রতন অঙাওবগুম তৌরে। রোমেসত্তি নোংঙানবগা দিল্লিদা চৎখিদুনা পাউদু তাদ্রে। মাগী নুপী রুহিনী লাক্লগা রোমেসকী নুপী রাসিদা পৈশা খরা পুগে হংলবদা রাসিনা মোইপাবুং লাক্লগা খন্নদ্রবদি ঐদি করিসু ঙস্বা নত্তে হায়বদগী নীংবা কায়না হল্লক্লে।

রতন হান্না আইঃ আরঃ বীঃ য়াওরম্বা নোংমৈ উৎলগা নহারোল শাদুনা পৈশা লাক্লবগী থবক তত্তুনা লৈরবা নীপা "ঙাংবা" কৌবা অমগা তত্তনা উনদুনা হিদাক থকমিম্লে। মানা ঙাংবা হায়রিবা নীপা অসিদা রোমেসনা মাবু মাংহনবগী বারী ঙাক্তা শাজিন্দুনা রোমেস য়াম্না মবুক্ শেংদবা মরুপ হাৎপা মীনি, মাগী মথক্তা লমন খুমদবা য়াদে, মতেং খরা পাংবীয়ু হায়রম্মী।

ঙাংবদা নোংমৈ অতেনবী অমা থিরকুউ লুপা লিশিং মঙা পীগে হায়বদগী ঙাংবনা নোংমৈদু পুরক্কুনা পীররে। অদুবু মাদি মীহাৎ-মীপুনগী থবক হান্না অমুক্তা তৌরক্তবনা ঙাংববু মতেং পাংউ লুপা লিশিং য়াংখৈ পীগনি হায়না য়ানৈ।

রোমেস দিল্লিদগী অমুক্ হল্লক্লে। মা সম্রো গাড়ী থৌরগা রাসিগী মপাম লমশাংদা রাসিগী মনাও নুপী শাগৈগী অমা লুহোংবগী টিঃ ভিঃ কলর মচা অমা পাংবগী পীরম্নবা ইরোইশেম্বগী লম্বীদা লমশাং লোমদা থৌখিবা উহৌই। নুমিদাংবাইরমনি মল্লি-মল্লি তৌরক্লে। মী খরা চিকপা ইরোই শেম্বগী থোং লানথোরকপা চীংয়াগী জগাদুদা নহা অহম থোরক্লগা রোমেসকী সম্রোদু খাম্মী। "ঐখোয় নহারোলনি, ঐখোয়বু ফুমলৌ তানা অমুক্তা থিনবীরম্মু হায়রগা ফারগা মখোয়সু গাড়ীদা তোংদুনা চৎমিম্নখ্রে। রতনদি স্কুটর অমদা গাড়ীগী মতুংদা ইম্নদুনা লাকপনি। লমহাং অমদা রোমেসপু গাড়ী খামহল্লগা মমিৎ অমদি মখুৎ অনীমক পুল্লে। রতনসু মফমদুদা য়ৌরক্লে। রতন্না খোঞ্জেল ওল্লগা রোমেসতা বাহং খরা হংই, "লুপা লাখ তরা পীয়ু! পার্টিগী মতেং খরা পাংউ!" রোমেস, পীশক পীক্লিঙৈদগী চাক পুখম অমত্তদা চামিম্নরক্পা মরুপকী খোঞ্জেল করিগী খঙদনি, রোমেসনা কৌরকই, "রতন।" রতন, "ঐগী ইমিং রতন কৌদে, ঐ রতন নত্তে"! রোমেস "ও! ঐদি ঐগী মরুপ রতন মাল্লুরে! অদু ঐদি দুকান ফম্বসু য়াম্না কুইবা নত্ত্রি, অদুক য়াম্বা পৈশাদি লৈজদে, অঙম্বা লুপা লিশিং তরামুক্তংপাংজগে"।

রতন : "নচিন থিগনু! নং ঐখোয়না পাল্লিবা শেনফমদু শুনা পীদ্রবদি শিবগী চৈরাক ফংবা তাবনি।"

রোমেস "শিবা হায়বসিদি মীওইবগী অবাবা কোক্লগদবা নুংঙাইরবা পুংফমনি কৈদৌঙে শিগনি খঙদবগী নোক্লিবনি, হরাউরিবনি, চারিবনি, থক্লিবনি, মায়াদা তাউরিবনি, পৈশা তাল্লিবনি। ঐ নোংমদি শোয়দনা শিগদবনি, মরুপসু শিগনি, অদুবু অহান-অকোন খঙনদবগী ৱাতনি। ঐ অশেংবা হায়জবনি, ঐগী হায়রিবা শেনফমদু লৈজদে, মরুপখোয়না অশেংবা লৈবাক্কীদমক থৱায়না পোম্থা পীগে চোংথোরকপা মীশক ওইরগদি ঐগী মিৎ পুনফম থোক্তে, খুৎশু পুনফম থোক্তে। মসিদি করিগুম্বা শরৌ অমা শিন্নরগা তৌবা থবক্নি। ঐ শিরবসু য়ারে। মাগী ৱাঙাংদুদা রতন য়াম্না শাউনা মমায়দা খুপাক্লা অনীরক থাই।

রোমেসনা মখা তারক্ই: "য়ুমদা লৈহৌরিবা নুপী-অঙাং ইচাশিংগীদমক্ খরদি খল্লি, মখোয় উচেক মচাগুম্না পাইবা মপুং ফানা হৈত্রি। অদুবু করিসু কায়দে, মখোয়দি খরা ৱাহৌবা তারেদো!"

রতন : "নংনা তশেংনা শেনফমদু পীরোই হায়রগদি নং মফমসিদা শিবা তাবনি।" রতন খোঞ্জেল হান্নদি খরা শেম-শেমদুনা মাল্লমদ্রবসু ৱা য়াম্না ঙাংবদগী রোমেসনা রতন্নি হায়বা চপ-চানা খংলে।

রোমেস : "মরুপ রতন! ঐনা নংবু করিগী খঙদনি, পীশক-পীক্লিঙৈদগী লোইনরক্পা নংনি। ইমা-ইপা পুন্দে হায়বগী ৱাতনি, নংবু ঐনা করিগী খঙলোই।" মাগী ৱাদু তাবদা রতন, "নংনা খঙলবসু খঙদ্রবসু থোইনা কায়দ্রে, মরমদি নংদি ঙসি শিরগদবনি, নংনা অমুক্ হিংনা চৎখিদুনা কনাদা পাউসি তম্লুনবগী তাঞ্জাদুমদি ঐনা পীররোই"।

রোমেস : মরুপ, নংগী থম্মোইবু ঐনা থাগৎলি, নুংশিপ্রবা মরুপ অমগী মখুত্তা থৱায় থাবা ঙম্বা মরুপ অমা ওইবা ফংবা ঐগী লাইবক্ কয়াদা ফরিবনো?"

রতন : "ঐনা হায়বদা নংনা তাদ্রবনিনা নং করম্বা খুৎশিদা শিনিংই?"

রোমেস : "মরুপ! ঐগী অরোইবা মতমদা ঐনা খ্বাইদগী নক্লবা ইমা-ইপা, নুপী, ইচা অমত্তা উনবা ফংলরোই। অদুবু ঐগী নুংশিবা মরুপ্পুদি মিৎসিনা

অমুক্তং উনীংই। নোংমা নথত্রগা নোংমদি নংনা ঐগী নুপী অঙাংশিংবু শোয়দনা য়েংবীরক্কনি থাজে।" মপা শক্লা কোনবীরক্কনি, ঐগী মিথসি অমুক্তদি হাংদোকপীয়ুবা।"

রতন : "ঐ নংবু শিরমদাইসিদা ঐগী ইশক য়েংহন্নীংদে, নংনা ঐবু অমুক তন্নরক্পা য়াই। নং চথলো পোৎথাজরুরো" হায়রগা নোংমৈ মরু অনীখক থংন-থংননা কাপশিন্দুনা রোমেসপু ফুমলৌগী লমহাং মী চৎনদবা মফম অমদা হাৎলগা হন্দোক্রমলে।

থুনমক মখোয় মফমদু থাদোক্তুনা সন্ত্রো থৌরগা চৎখ্রে। খরা চৎলগা লম্বী ময়াদা গাড়ীদু হন্দোক্রমলে। রতন মাগী স্কুটরদা ময়ুম তান্না হনখ্রে।

নোংমৈ মখোল তাখিবদুদা মী খরা মফমদুদা চংশিন্দুনা য়েংলুবদা অশিবা হকচাং অমা তাদুনা লৈরম্বদুদা পুলিসতা পাউ পীদুনা পুলিস লাক্তুনা হোসপিটালগী মোর্কতা পুখ্রে। গাড়ীসু লম্বীদগী ফংলে। নোংঙানবগা পাউ তানরক্রে। উরিবোক রোটতা দুকান তৌবা রোমেস হাৎলমলে। মাগী সন্ত্রো গাড়ী অহনবদুসু লমশাং ময়াদা হন্দোক্রল্লে।

মথংগী নুমিত্তা রতন মাগী দুকান্দা মাগা পুন্না থবক পাংথোকমিন্নরুবা নহা অহমগা মনুংদা হিদাক থক্তুনা করি-করিনো অঙৌবা অতাউবা চাদুনা লৈ।

থবক লোইশ্লবনিনা পৈশা পীরো লুপা লিশিং য়াংখৈনা য়ারোই লুপা লাখ অমা পীগদবনি হায়না মখোয়গী চাংদু বাংখৎলক্রে।

রতন : "করিনো নীপাদুনা পৈশা পীয়ু য়ারম্নবদি নখোয়দা লোইনা পীগে খনবনি, অদু মানদি পীয়ু য়াদ্রবনিনা লুপা লিশিং য়াংখৈদা অদুম য়ানরসি"। অমনা শুকয়া য়ারোই, হয়েং ফাওবগী মনুংদা পীদ্রবদি নংসু নংগী মরুপকী মনাক্তা চৎলে খঙউ হায়রম্লগা থোকখ্রে। ফত্তবা মী করম্না লোইনগনি হায়বসু মাদি খঙদবনি।

নুমিদাংবাইদু পোস্ট মোর্টেম লোইদুনা রোমেসকী অশিবা হকচাং য়ুমদা পুথরক্তুনা মীয়াম পুন্না সংসকার তৌখ্রে।

শোমদা রতনখোয়গী য়ুমদা রোমেস শিবগী পাউ তারে। রুহিনীনা য়াম্না পাখৎনা মপুরোইবদা তামো রোমেস শিরে হায়না খবরদা য়াওরে। কনানা হাৎপা ওইরমগনি? মোইবা! খরা হংবীরুবা য়ারোইদ্রা?"

রতন : "ঐগা খৎনখ্রবা ঐগী মাংনবা তৌবা মী শিরগা ঐনা করিগী বারুগনি হংবসু চৎফম থোক্তে।

রুহিনী : "ওম্বোকপা নংগী থম্মোইনি, করম্বা কান্দা তামো রোমেসনা ঐখোয়গী মাংনবা তৌব্রবগে? মোইবানা খৎনবা হৌদুনা কায়নখিবা নত্ত্রা?" রতন, "নুপী নং নপাম য়ৌজনি, নং রোমেস করম্বা মীনো হায়বা খঙদেনে?"

রুহিনী মমিত্তা মপি তানা শুৎ-শুৎ কপ্পী, মাদি মথংগী নুমিত্তা ওইনা চৎলগে খল্লি। মাগী মবুক্তা খল্লি, "ঐগী ইপুরোইবনা অসুক য়াম্না ফৎলক্রিবসিবু শিরিবা মীশিসিবু মাদুম চেম্নরমগদ্রা?" "ও! তামো রোমেসত্তু ঐবুদি মচন্দা মচনগুম, খঙখিবনি, মানা অরোইবা লাক্রম্বা নুমিত্তা হায়রম্বা বাহে ঐ নীংশিংলি "ঐ লম্বী লাম্না লাক্রুরমাম্লে, রুহিনী! ইবুং নখোয়গীদা অমুক হন্না খোঙ্গুল তারক্রুরোই। তামোদু অমুক লাক্ররোইদো নুংশিদা।"

মশেন নুপা ইন্দ্রকুমারনা মাগী নুংশিবা মবাইগী সংসকার লোইরগা কারকপদা কলকটাদগী টেলিফোন অমা লাকই মদুদি, রোমেস য়াম্না থুনা কলকটাদা লাক্তবা য়াদে।

ইন্দ্রকুমারনা য়াম্না নুংঙাইতনা মবাই খুৎলাই পায়বা কাংবুনা লুপা লাখ তরাগী দিমান্দ পীয়ু য়াদবগীদমক হাৎলমলে হজিক্তা সংসকার লোইবদা ঙাইরি মা অমুক্ উররোই হায়না কপ্না-কপ্না তম্মী।

নহান রতন্না ফুখিবা প্রকাশ চটর্জিনা টেলিফোন্দু মখা চৎথনা পায়রগা ঐনা নহান ইম্ফালদা লাকপদা হায়রম্বদু শোয়রোই, পুন্নমক রতনগী হাথ ওইগনি, মা ফারগা থোক্কদবনি হায়রক্ই। পাউদু খঙলবা মতুংদা ইন্দ্রকুমার নোংঙানবগা থিবা খঙখিদ্রে। মা অরাপ্পা মফম অমদা চৎলগা অশেংবা পার্টি অমগী মকোক্কা বারী শানরুবনি। থুনমক পার্টিগী খুৎথাংদা মী থারক্তুনা রোমেস শিবা হন্নি শুবদা রতন নহারোলনা ফাখ্রে হায়না লাংনরক্রে। খরা ফু-চৈবা তৌবদা লোইনা মাগা

অতোপ্পা নীপা অহমগা পুন্নগা থবক্তু তৌরুবনি হায়রে। রোমেসকী শোরাৎ মমাংদা মখোয় অহমদুসু পীর্টিদা চংজরক্তুবদি অহৎকপা চৈরাক পীগনি হায়না খবরদা ফোংলক্লে। মখোয়গী লম্নাইগী ওইবা থবক্তা পার্টিগী মিং শীজিন্নরগা মীবু হাৎপা পৈশা মুনবা তৌরিবসি মরু ফংনা মাংহনগনি হায়না খবরদা লোইনা ময়েক শেংনা ইরক্লে। রোমেসকী নুপী রাসি পীক্লিবা মচা অহমগা তৌফম খঙদনা কণ্ডুনা লৈরম্মী। রোমেসকী আস্টি লোইখ্রে। মী হাৎপা য়াওরুবা মখোয় লোইনমক পার্টিগী মফমদা শুনা লৈরে। ইন্দ্রকুমারনা হায়জবদগী খরদি থীনা মখোয় লোইনমক ফুবা-য়াবা ফুরবা তুংদা আস্টি নুমিৎকী নুমিদাংদা পাউমী ময়ামসু য়াওনা মফম অমদা রতন অমদি মাগী পার্টি ফাদুনা থন্নগা রোমেসকী নুপী রাসিগী মচা অহমগা পুরগা মফমদুদা লাকই।

পার্টিগী মকোক অদুনা রাসিদা হংই, "ইচনইবেম্মা! থোকপ্লিবা থৌদোকশি য়াম্না পেন্দে, অদুবু ঐখোয়না অসিগুম্বা অরানবা ফজদবা থৌদোকশিংসি থোক্তনবা ফম-কম্না হোৎনজবনি, পাউ মতম চানা ফংদবদগী মখোয়গী থবকসু শেংদবা ওইবনিনা অখাং-কনবা ঙমদবা, পাউ লিক ওইবা য়াওরক্কনি কিবদগী হেকতা হাপ্তোকপীবা মসিনি। অদু হৌজিক ইচম্না মখোয়গী মফমদা মরুপ রোমেস হাৎপগী থবকসি মা মশামক্লা তৌবনি হায়বা তশেংনা খঙলবনিনা করি করম্বা দন্দি পীবীনীংবা? বাহে অমত্তংদি তাখিগে খন্দুনা পুজরকপনি। নৎত্রবদি মাবু হেক ফাবগা লোইশিল্লম্বা য়ারবনি।

রাসি : "ইবুং-ইপ্পা পুন্নমক্! লৈবাক্কীদমক কৎথোক্তুনা থবায়না ইমা লৈবাক্কীদমক্তা পোনথা পীগে খন্না চোংথোরক্লিবা পুন্নমক্কী মফমদা ঐনা হায়জনীংবা বাফমদি মণিপুরদা মরম অমা নৎত্রগা অমা অচুম্বগীদমক্ শিবা, অরানবগীদমক্ শিবা মীগী মশীং নোংম-নোংমগী লেপ্তুনা হেনগৎলক্লি। ঙসি তরুক্লিগী মমাংদা ঐগী ইপুরোইবা শিরে, ঙসি মাগুম্বা অমা অনীদি শিরি। অসুম্না নোংমা কাংদনা মণিপুরগী লোইজি-লোইয়া শিনবা থুংনা শিরিবা, হাৎলিবা মীগী মশীংনা লেপ্তুনা অসুম চৎথবা তারগদি নোংমদি মীশীং য়ামজত্রবা ঐখোয় লমন খুম্নবগী ঐখোয় মশেল কল্লকুবা, য়েংথিবা, অমনা অমবু হাৎপা, অমগী মচা মনাওনা ঙরাং হাৎথিবদুগী লমন খুম্বগী ঙসি অমদু অমুক্

হাৎপা, মসিগী লানশি লোইরোইদৌরি। মীয়ান্না তৌবীরিবা, পীবীরিবা দন্দি মতিক চাদে, মরম চাদে হায়জবা নৎচদে। মাইকৈ খুদিংমক্তা য়েংলগা অফবগীবু ওইরো, ফত্তবগীবু ওইরো অমনা অমগী লমন শিংনবগীদমক্ (মীওইবা) মণিপুর সমাজসিগী নুপাশিংসি মাংশৎ তান্নবগী মওংদা হাৎনবশি লেপত্রগদি ঐখোয় শোয়দনা মুৎথ্রগনি কুইগদবা মান্দ্রে। ঐগী ইচা অহমসি চাউহঞ্জনীংদ্রে। ঐ তামো রতন্দা মচন অমনা পোকমিন্নবা মবুং অমদা পীবা ব্যাবহারদু পীজনীংই। তামোগা ঐগী ইপুরোইবগদি লুনা তিন্নবা মরুপ্নি, মীনা মচিন-মনাওদগী হেন্না লুনা তিন্নে হায়না ঙাংনখিবনি। মচন ঐগী মফমদা তত্তনা লাক্লগা ইচন্না থোংবা চাক চাদবা কুইরে, ঐগী চাক হাপ্পু ঐ নখোয়দা চাক চাদোইনি হায়জরম্বনি। অদুবু দুকান তোঙান তৌনখিবা নুমিত্তগী অসুম-অসুম নোংম-নোংমগী লাপথোক্লরক্পদগী ঙসিগী ফিভমসি ওইরকখিবনি। তামোনা মাগী মরুপকী মফমদগী অপাম্বা খরা শোয়দনা লৈরমগনি। মদু মাগী মফমদা বাৎপদগী মদু ফংনবা হোৎনরক্পদা ঐগী ইপুরোইবগী অরোইবা নুমিৎ ওইরমদুনা মাগী নুমিৎ তাজখিবনি, ঐ করিসু নুংঙাইতবা লৈজদে। শিবা হায়বসিদি মীওইবা ঐখোয়গী খ্বাইদগী নুংঙাইবা পুংফম্নি। শান্তি হায়বদো শিরগা ফংই হায়নৈ। মাদি পুন্যা তৌজরক্পনা নুংশিনা লুনা-তিন্নবা মরুপকী মখুত্তা পুন্সিগী অরোইবা শ্বর হোঞ্জখ্রে। মামুক্ মপোক ফরকপা লৈরম্লোই। পাপ্তি ঐনা তৌরুবনা ঐনা মা য়াওদনা হিংবা ঙম্নবা হোৎনগদৌরিবসিনি। ঙসি তামো রতনবু নোংমৈনা কাপ্লগা শান্তি ফংহনবীবদা তামোদি লৈগী দোলাইদা নুংঙাইনা চৎথ্রগনি। অদুবু ঐগুম্না মরাইবক থীহৌগদৌরিবদুদি তামোগী ইনম্মা অনী অমদি মরাল লৈজদ্রিবা মচাশিংদুনি। "ঐগী অপাম্বদি তামোগী অবাৎপা অপাম্বদু ঐনা পীবা ঙম্রা য়েংজগে অমুক্তা হায়বীয়ুবা?"

রতন মমিত্তা শিরমদাইগী মতমদা মাগী মরুপ রোমেসনা মঙোন্দা "মরুপ নংনা শিগদৌরবা ঐগী মিৎসি অমুক্তদি হাংদোক্পীয়ু। ঐগী নুংশিবা মরুপকী শকফমদু অমুক্তা য়েংজগে" হায়খিবা। মাগী মিৎলু অনীদগী পি চদুম-চদুম লেপ্তনা শিন্থদুনা মরু লুকথদুনা খাঙই। রাসিনা শিবা অমদি হিংবগী লাংদাইগী মরমদা অশেংবা বারী অমা তাহন্দুনা অতাবা পুন্নমক্কী পুক্লিংবুসু লোইনা শুমহৎখ্রে।

কনা অমত্তা বা ঙাংখিদ্রে। মফমদু মিকুপ খরদি উন বাইমুক চিকখি।

মখুত্তা খুৎলাই পায়দুনা দন্দি পীগদবগী ঙাইরিবা লানমীশিংদু খুদাংশিংদু খঙহৌদনা চোকথরকপগুম, খুৎলাই অমুক থাংগৎপা ঙম্লরোইদবগুম তৌরে।

মী অমত্তা পাউখুম পীরক্লবদুদা রাসিনা, "তামো রতন! ঐখোয়গী দুকান্দা ঐগী ইপুরোইবনা হাংহল্লম্লবা চৌকৃসিদা ফম্বীরগা পৈশা তাম্লগা তামোগী ইচাশিং, ঐগী ইচাশিং পুন্না য়োকমিন্নদুনা অনৌবা মপোক্ অমদা পুন্না হিংমিন্নবদু উজরগা সর্গদগী মাগী থবায়না নুঙাইনা পোৎথাজবা ওইসনু।"

বলিগী হায়েংগুম শিগদবা পুংফম ঙাইদুনা লৈরম্লবা থবায় মরিদো থাংগী ময়া বাংনা থাংগৎলুরগা খুত্তগী থাং তপ্না-তপ্না অমুক্ লৈমায়দা থমখিবগুম তৌবদুদা রাসিগী মখোঙদা চংলক্লুনা মরাল য়াজরম্মী। মতুংদা অসিগুম্বা থবক্তা অমুক্ হন্না য়াওজররোই, ঐখোয় মরিমক ইবেম্মগী দুকানগী মীনাই ওইদুনা থবক শুরগা হিংজরগে হায়বদগী পার্টিগী মকোক্লসু রাসিবু বাখল লৌশিং লৈবী মীবু জ্ঞ্যান তানবা লমজিংবগী গুণ লৈবী মৈতৈ চনুরাশিংগী মরক্তা অথোইবীনি হায়না হন্না-হন্না থাগৎখি। প্রেসমেনশিংসু অঙকপা পোক্লখি। অসুন্না মরুপ অমনা মরুপ অমা হাৎপগী লমন মাগী নুপীনা ফজবা খুৎশিংদা থবায় কনবীদুনা ফজবা মীনা পীনদবা দন্দি অমা পীরগা লোইশিনখি।

অদুবু পার্টিগী বায়েলনা অরোইবা বায়েল ওইবদি য়াদবনা পার্টিনা থাদোক্লম্লবা মখোয় মীরমক্ পুলিস লাক্লুনা ফারগা কোর্টতা বিচার তৌরবা মতুংদা মরালগী মতুং ইন্না জেলদা লোইনা থাজিনখ্রে। বিচার মনুংদা শোরাৎ নুমিত্তা রতন্না হায়জবদগী পুলিস গাড়ীনা রতনবু পুরক্লুনা রোমেসকী ফোটোদা লৈ কত্তুনা শ্রাধাঞ্জলি কৎপা য়াওরম্মী। রোমেসকী নুপী রাসিনা য়াম্না চেকশিন্না, হৈ-শিংনা শীন্দুনা দুকান্দু হান্নদগী হেন্না ফগৎলক্লুনা উরিবোক্ মাইগৈদা মমিং লৈবা দুকান অমা ওইনা লৈরি।

তাং ২/১০/২০০৪

# "মঙফাওনরকপা"

নাগেশ্বর বীজেন্তি উনবা খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়দগী শীংজমৈ ময়েংবম লৈকায় তান্না মমান্নবগী গাড়ী মচা অমা ৱায়রগা লাকই। ময়েংবম লৈকায় য়ৌদুনা লৈরক্ মনুংদা থৌজিল্লুবদা টোটি ঈশিং য়াদুনা লৈরম্বী সুনিতিবালানা নাগেশ্বর উদুনা; "হায়মা! তামো, কদোমদগীনো" হংই। নাগেশ্বর; "ঐখোয় ইন্দোমচা খোয়দা চৎলুগে তৌবনি। অদু অমদুবু লৈবা উব্রা?" সুনিতিবালা; "হৌজিক্তা সিদা লৈরম্বনি।" নাগেশ্বর; "মীনা উরগা নুঙাইতে, ঐ লৈরক্ মচিন্দা লৈরমগে; অমুক্তং থোরক্উ হায়বীগেরা?" সুনিতিবালা; "ঐ হায়রুগে" হায়রল্লগা থংনবা বীজেন্তিখোয়গী য়ুমদা চংখ্রে। নাগেশ্বর মাগী গাড়ীদো মমায় লৈরগা থোকখ্রগা লৈরক্ মচিন্দা বীজেন্তি থোরক্পা ঙাইদুনা লৈ। বীজেন্তিদু সুনিতিবালানা তম্বদগী মফি প্রপ-প্রপ হোংদোক্লগা প্লাস্টিক্কী খাউ অমদা ফনেক-ফিরোল খরা হাপ্লগা মদু মখুত্তা য়াল্লগা থোরক্ই। নাগেশ্বর বীজেন্তিগা উনরে। ঙাইহাক লেপ্লগা ৱারী শানৈ। নাগেশ্বর ঃ- "বীজেন্তি! নং হৌজিক করি খল্লি, নখোয়গী অহল-লম্মন্না ঐবু পামদে হায়বা পাউসু ইন্দোমচানা তম্বদগী তারে। ঐনা ইন্দোমচাখোয়দা লাকপা ফাওবা মখোয়না লাকহন্নীংদে। ঙসিদি অশেংবা অমা চপ-চানা, খঙনরসি হায়গে লাক্লবনি। নংবু লাইরিক্ মখা তমখিগে খল্লিব্রা? ঐদি থবক পাক-হেক ফংগদবদি মান্দে, ঐনা চৎলুরিবা ট্রেনীং অসিনসু ঐ মণিপুরদা থবক্ ফংগনি হায়বগী আশা উদে। অঙাং খরা প্রাইভেৎ তম্বীবসিনদি ওইবা য়াগদবা মান্দে। অদু নংসু বী: এ: দি লোইরে, নংবু করি খল্লিবগে?"

বীজেন্তি ঃ "তামো! ঐ মখা তম্লরোই, লাইরিক্কা ঐগা পক্লদে, ঐগী বী: এ: গী মার্কসু য়াম্না ফংদে; বী: এ: লোইবা ফাওবা তল্লিবসে লাইবক ঙরবনি। অদু পাউ অনৌবা অমা তমগে?"

নাগেশ্বর ঃ "করি অনৌবা পাউ লৈরবগে নুংঙাইবা থবক্কী পাউরা, হায়রো তারগে?"

বীজেন্তি ঃ "তামো! ঐ অহল-লম্মন্না নুপা অমা ঙাংনদুনা লৈরম্নে। নুপাদু থবক্তি তৌই, এস: ও: নি হায়, মশক্তি খঙদে; ঐখোয়গী মথা খরা হাইথরগা লৈবা ওইনাম থিঙেলদগীনি; হয়েং ঐবু য়েংবা লাক্কনি হায়রি। অদু, অহল-লম্মন য়ানথ্রবদি কমদৌনি?"

নাগেশ্বর ঃ "অহল মশেল য়াম্নবদুদা নংসু য়ানীংলবা নত্রো?"

বীজেন্তি ঃ "য়ানীংলগবু তামোনা কৌবদা ঐবু থোরকত্রা?"

নাগেশ্বর ঃ নংনা থোরক্লিবদুদি নং এস: ও: অমদা য়ুম পান্দৌরে, ঐঙোন্দগীদি এস: ওদুনা হেল্লি হায়বা থোরক্পা শোয়দনা ওইরমগনি, মদু নখোয়গী চৎনবীনি, নুপীশিংগী অহেনববু পামজবগী, মীঙোন্দা লেম্ননীংবগী"।

বীজেন্তি ঃ "করিনো জাৎ অমগী নুপানিদনা সিদি; ঐসিসু পঙদি পঙবজাৎনি, হায়রমদ্রসু ফগদবা, তামোনা ৱারৌদনবা অশেংবদু হায়জবগী ৱানী।

নাগেশ্বর ঃ "অদুদি কৈদৌরুনি, লাইর-মচা থবকসু ফংদবনিনা চাক্লা-চাক্লা লৈহৌবা তারেদনা? নুপাদু মমিংদি খঙব্রা?

বীজেন্তি ঃ "ঐ তশেংনা খঙদে হায়রিসিনি"।

নাগেশ্বর ঃ "অদু নং অহল-লম্মন্না হায়বদু ইল্লগা নুংঙাইনা নুপাদুগা লাক্লিবা কুমসিগী ফাইরেন থাসিদা লুহোংলোকো! ঐদি চৎলগে" হায়রগা গাড়ীদু স্টার্ট তৌই।

বীজেন্তি মমিত্তা মপি ইরা চেল্লগা; "করিনো ৱা অমত্তা জ্ঞান-তানা ঙাংনবা য়াদবসিবো, অসুক শাওগনবসিবো! ঐগী ৱাসি অমুক্তা তাবীখো! ঐ তামোনা হায়বা য়ারগে ঙসিমক চৎলসি হায়রবসু ঐ তুং ইঙ্গরগে হায়দুনা থোকচরক্রবনি"!

নাগেশ্বর ঃ "ঐদি করিনা নংবু থাক্তোইবা?"

বীজেন্তি ঃ "অদু ওইরগা কৈদৌবৈই ঐবু নুংশিবা হৌবীদুনা তত্তনা থীবীরকইবা?"

নাগেশ্বর ঃ "অদুসু চুম্মীনে, ঐনা গাড়ী ৱায়রগা সিয়ৌনা লাকইসে থাউ লিটর . অমা হাপ্লগা নং উননীংবদগী লাক্লিবনি।

বীজেন্তি ঃ "উননীংলবদি ঐবু ননাক্তা থম্বীবদা করি অকায়বা লৈবগে?"

নাগেশ্বর : "কায়বুদি কায়দে হায়ববু হয়েং থবক ফংদবনিনা ঐখোয় অনী য়ান্না বাগত্রা খনবগী বানী। নংনা অবাবা খাঙবা হৈনরক্তদুনা নপামদা লৈখ্রবদি ঐদি অমুক্ লৌরবগী বাদি লৈত্রেদো! ফরে, অদু নং নবুকচেল চপ-চানা লেপ্লব্রা?"

বীজেন্তিগী বাহৈনা নাগেশ্বরবু নুপা মান্দবা নুপীনা চেল্লসি থোরক্লগা নুপানা কিদুনা লৈথোকপা তারগত্রা খল্লুদুনা, "ফরে অদুদি নং য়ুমদা চংঙুবা অমুক্ দরকার লৈরিব্রা?"

বীজেন্তি : "ঐদি থৌরাং পূন্নমক্ লোইরগা লাক্লবনি।"

নাগেশ্বর গাড়ী স্টার্ট তৌরে। গাড়ী মনীংদা বীজেন্তি তোংখত্তুনা মখোয় অনী চেল্লে। নগেশ্বরগী মরুপ উতমখোয়দা শোইবম লৈকায়দা থৈরে।

নোংঙাল্লগা নাগেশ্বরগী মপা তোল্লমু মাগী ময়াম্বা তাদা য়াইমা, মবাই ইবোতোম্বীগা মখোয় অহুম্ নুপী চেনবগী পাউ হায়দোকপা খুরাই লাইরিকয়েংবম্ লৈকায়দগী শীংজমৈ ময়েংবম্ লৈকায় তান্না ভান অমা বায়রগা লাকই। বীজেন্তিবু পোকপা বাবুয়াইমা বীজেন্তিগী মমা ইবেচাউবী নীংবা কায়বগী, নুংঙাইতবা পূন্নমক্ ফাজিল্লগা বাবু য়াইমনা হায়রকই; "ইচাদো ঙসিমক থিনবীরকও লুহোংনবা তৌরসি।"

তোল্লমু : "ননাই ঐবু বাফম অমত্তা হঙ্গৎচগে? অঙাং মচিনগা হংবীরগা হয়েং ওইনা, ঙসিসি একাদসি ওইবদুদা?"

বাবুয়াইমা : "ঐনা ঙসি থিনবীরকউ হায়বসিদা য়াদ্রগদি লুহোংবসি নুপা ময়ুমদা অদুম হোংবীরো! য়ারে লেংবীরো! ঐখোয় মচিনকা অমত্তা হংজররোই!" নুপা ময়ুমগী হায়দোকপা লাক্লিবা কাংবুদু খুমফম খঙদদুনা তানবগুম তৌবা বাঙাংদুদা করিমত্তা হায়রমদনা হল্লক্লে। বাবুয়াইমনা মাগী নুপী ইবেচাউবীদা মচিন হংবসু চৎলুরনু হায়দুনা চৎহনদ্রে। মরমদি মমা-মপাসু হান্নদগী মাগী মচানুপা কোইহল-লাইহন খুরাইদগী নাগেশ্বর কৌবা অমনা তোয়না শেন্নরি হায়বসি তারবনি। মখোয়সু মচানুপী হয়েং য়েংবা লাক্কনি হায়নরগা চেনখ্রে হায়বগী ইকায়বদুগা মীনা লৈকায়না নোক্লগদবা, ঙাংনগদবা কয়াদু খল্লুবদা শাউরিবনি।

বীজেন্তি নুপা ময়ুমদা পুররক্রে অদুবু মচিন হংবদি লাকপীদ্রে, নুপা ময়ুমনসু থিল্লুরনু বাঙাংদু তাবদা নুংঙাইতে হায়বদগী বীজেন্তিবু মপামদসু থিনবীদ্রে।

বাবুয়াইমা নোঙানবগা গুবাহাটিদা মাগী কারবারগী থবক অমা লৈ হায়দুনা চৎখ্রে। নুপা ময়ুমগী মী লাক্লগা লুহোংবদু নুপা ময়ুমদা হোংলো ঐদি য়াওররোই হায়য়ু হায়রম্মী তম্মু হায়বদুদা; নুপা ময়ুমগী মী লাকপদা অদুম্মাইনা মাগী নুপী ইবেচাউবীনা তম্মে। নাগেশ্বরবু পোকপা তোল্লমু মথবায় নুংঙাইতদুনা ঐবু লাইরে হায়বগীরা, ইচানুপা থবক তৌদে হায়বগীরা মখোয়না উশিৎত্রিবসে খল্লি।

বীজেন্তি মমা-মপাগী মতৌদুদা মাসু মথবায় য়াম্না নুংঙাইরমদে। মীনা চৎনরিবা মচিন হংবা ফাওবা লাকপীদবা! মা নাগেশ্বরগী মফমদা ইকাইজদুনা তৌফম খঙজদ্রে। তোল্লমু নুপা ময়ুমগী মী অমত্তা য়াওদনা বীজেন্তিগী লুহোংবা লোইরে। মাগীনি হায়বা ফনেক্ ফিরোল অমত্তসু মমা-মপানা তম্বীদ্রবদুদা মচা নুপীনা মীগীদা লৈবদা করম্না নুংঙাইদৌরি।

অসুম্না বানা-বানা চহী অমা ফারক্রে। নাগেশ্বর মপালদা চত্তুনা থবক্কী পরিক্ষাদি লেপ্তুনা লাইরিক্ পাদুনা থারুই। অদুবু রিটন খল্লগা ভাইভাদা হেক্তা লৈহৌবা। মাগী নুপী বীজেন্তি কুম-থা শুদুনা অঙাং-উনবগী হোসপিটালদা পুখৎলকই রিমসতা। পাউ তাক্তবা য়াদদুনা বীজেন্তিগী মপামদা অঙাং অমা থাদুনা পাউ পীরুই। মমাদং লাকই। মচাগী ফিভম্না য়াদদুনা ওপরেসন তৌবা তারে। মদুগীসু পৈশা চংগদৌরি। নাগেশ্বর কোই-শুপ তৌদুনা পৈশা খরদি ফংলে। বীজেন্তি ওপরেসন তৌদুনা মচা নুপা অমা পোক্রে। বীজেন্তিগী মমাদু মচানুপী মচা পোক্রবনিনা তৌদবা য়াদবনা নাগেশ্বরখোয়গীদা অয়ুক্-নুমিদাং মচাগী চাক-থোংবা, ফিশু-ফিজামগী নুংতিগী লাকই, অহীংদি লেক্তে। মখোয়গী ইমুং অনীসিগী মরীসি ইফ-ফরক্কদবা মান্দবগুম্ তৌরে। যস্টিসু বীজেন্তিগী মপানা য়াদদুনা নুপা ময়ুম্না শোঙ্গরগা নুপী ময়ুমগীদি নুপী মঙা-তরুক্ চৎলগা তোক্রে। মপাদি মচানুপীগী ময়ুমদা ঙসি ফাওবা চংদ্রি, মা তুংদসু চংলোই খল্লি।

খরা লৈরগা বীজেন্তিগী মমা ইবেচাউবীনা হায়বদগী মচানুপীগী মপোৎ-মচৈ খরদি পীবীরসি হায়দুনা অউনপোৎ খরদি পীরক্রে। মদুসু য়াম্না শম্না মী য়াওদবীদা মতৈ-মনাওদং কৌরগা তোকখিবনি। বীজেন্তিবু মমা-মপানা নীংথিনা য়েংবীরক্লগসু মাগা নুপা ময়ুমগী ইমুংগী মীশিংসিগা লৈনবা মরীদদি থোইনা

অকায়বা উদে। অদুবু ইমুং অনীসিগী নুংশিনদবা, নুংদা উশিংহনদবা অমদি অদুম লৈরে।

মতম খরা লৈরগা বীজেন্তিগী মনাও নুপী-বীনাসু লুহোংলে। মাগীদি মমা-মপানা হায়ন-শীংনবা নুপাদা হোংবনিনা অউনপোৎসু চাউনা উন্দুনা চাকৌবদা মী চামণ্ডা চাদুনা য়াম্না ধুম-থামদা পাংথোকখ্রে। বীজেন্তিদি লুহোংবদু য়াওরুই অদুবু নাগেশ্বরদি মখোয়না কয়া থৌওইদবদুদা চৎতে।

চহীগী নীঙোল চাকৌবা মতম য়ৌরক্রে। বীজেন্তিগীসু চাকৌবগী বার্তোন তৌরক্নুনা চৎনবা থৌরাং লোইজরে। মচাসু থা তরুক শুরক্নুনা চাউম্বা লোইখ্রবনি। বীজেন্তি ঙসিদি মাগী নুপা নাগেশ্বরদা ঃ "মোইবা! খরা থিনবীয়ু" হায়জে।

নাগেশ্বর ঃ "ঐ নখোয়গীদা চংবা ঙম্লোই রিক্সো অমদা কোক চৎলো!"

বীজেন্তি মবুক্লীং নুংশিদুনা শুৎ-শুৎ কপ্পী। মাগী মমা-মপানা নাগেশ্বরবু ময়ানুপা ওইনীংদবদগী নাগেশ্বরনা শাউরিবনি; অদুবু নাগেশ্বরনা অমুক্তং ইমুংদুদা চংদুনা হরাউ-হরাউ বাবা, ইমা! নচানা লানখিবা পুম্বা ঙাকপীয়ু! হায়রবদি মাগী মমা-মপানা শোয়দনা নুংশিবীরক্কনি হায়না বীজেন্তিনা খঙে। অদুবু নাগেশ্বরনা মদু মা হায়বা শুকওম ঙম্লোই, ঐনা মতিক-চাদবগী নংবু এসঃ ওঃ দুদা পীহৌদবগী নুংঙাইতবদুনা মখোয়না ঐবু উশিত্তবনি, ঐশু মীনি, নোংমদি মখোয়গী মমাংদা শোয়দনা মতিক চাবা মখোয়না কল্লকপা মী অমদি ওইগে খল্লি হায়রম্মী। মানা থিনবীয়ু য়াদবদুদা বীজেন্তি পুননবা পোৎশিংদু প্লাস্টিক পোলাং অমদা হাপচিল্লগা থোঙ্গাল ফাওবা রিক্সো ফাবা থোকখি। রিক্সো অমা পুরগা লাক্রে। মাগী পোৎশিংদু রিক্সো মথক্তা হাপকৎলে। মচাদু পল্লগা রিক্সোদুদা কাখৎপদা হুৎকি য়োৎ মচৈদুনা মচাগী মখজাইদা খোৎখ্রে, ঈশু ঙাংশং-ঙাংনা থোক্রে। নারবনিনা অঙাংদুসু শিথ-শিথ কম্না কপ্পক্রে। বীজেন্তি মবুক্তা নীংহন্নবা পোক্রে। রিক্সো ড্রাইভরদুদা পোৎতু থাংথবীরো; ঐ চৎলরোই, তোক্রগে, অঙাংসি অমুক্তা য়েংননবা তৌখিগে, হায়বদুদা রিক্সো ড্রাইভরদুনা মাগী পোৎতু অমুক থাংথবীরে। মাগী ভারা ঙাইহনবগী লুপা তরা পীবদা ড্রাইভরদুনা ইকাইদুনা লৌদ্রে। মাসু মাগী রিক্সোগী হুৎকী য়োত্তুনা ঙসিগী মীগী নুংঙাইরবা নুমিৎসিদা অঙাংদুগী মমায়দা খোৎলুবদুদা ইকাইজরে। বীজেন্তি চাকৌবা চত্তনা অমুক হঞ্জিল্লক্রে। থুনমক ফার্মাসিদা চেন্দুনা বেন্দ-এদ অমা লৈরুরগা মচাগী দাকফমদুদা নপ্পীরে। মফি-মরোল হোংদোক্রগা ফমুংদা

মচাবু থেন্নগা তুমহনখ্রে। কয়াদা নীংবা কায়বী নীঙোলগী পুন্সি অমা ওইরবা। ঙসিগী অসিগুম্বা সনা-লুপা, ফিজেৎ-লৈতেং ফজবা শেৎ-চাদুনা লম্বী-শোরোক্তা হিদান্নবগুম চৎনবা মতমসিদা ফমুংদা মচা শুমদুনা লেল্লিবী নুপী মৌনহা অমগী থম্মোইদা করি ফাওরমগনি? মতমদু নাগেশ্বর ঙাইহাক চৎথোক্লবনি। মানা হঞ্জিল্লকপদা বীজেন্তি চাক্লৌবা চত্তুনা য়ুমদা লৈরম্বদুদা কৈদৌরে চত্তুবদি হংই। বীজেন্তি, ঐ চৎলরোই হায়দুনা চৎত্রবনি খুম্মী। নাগেশ্বর মচাগী মমায়দা নপ্লিবা বেন্দ-এদদু কৈদৌবদা শোকখিবনো হংই। খাঙবা ঙমদ্রমাল্লে, বীজেন্তি কপথোরক্লে, মমায়না ফমুংদা উপশিল্লগা হিক্লা-হিক্লা কপ্তুনা লৈখ্রে। নাগেশ্বর; "মসিনি ঐনা নঙোন্দা নোংমা হায়খিবদো, পৈশা য়াওদনা হিংবদা শোয়দনা অৱাবা, খুদোংথিবা থেংনরক্কনি, ঙসি থেংনরিবসিনী, খরদি খাঙবা তম্বা তারেদনা হায়রগা থেমজিল্লি। বীজেন্তি তপ্না অমুক হৌগৎলগা মচাগী অশোকপদুদা মখুৎনা তপ্না নাল্লগা ঐনা ইচাশে পল্লগা রিক্সোদা কাখৎপদা রিক্সোগী হৎকী য়োক্তুনা খোৎখিবনি, ঐবু খুদোংথিবা অচৌবা অমা থোক্লমগদবদগী কল্লবনি খল্লগা হঞ্জিল্লক্লবনি খুম্মী। নাগেশ্বরগী মচে-মচন লোইনমক্ লাক্লরে। মখোয়না বীজেন্তিবু চাক্লৌবা চত্তুব্রা হংই। বীজেন্তি ঐগীদি থিনবীনবা লৈতবনা চত্ত্রে খুম্মী। বীজেন্তি ময়াম চাক-চানবা মতমদসু অঙাংদু শুল্লগা ফমুংদা হৌখিবা থৌদোক ময়াম নীংশিংদুনা লৈরে। ময়াম্না চাক-চাশি কৌবসু কোন্না চারগে হায়দুনা চাবা য়াওদ্রে।

অশোমদা বীজেন্তিখোয়গী ময়ুমদা মচিন-মনাও ময়াম শুনা লাক্লরগা বীজেন্তি লাক্তবদুদা মমা-মপা, মচিন-মনাও লোইনমক নুংঙাইদ্রে। ফনা থেংলবা ফাওবদা ঙাইরম্লগা লাকমন্দ্রবদুদদি মখোয় চাক চারে। লৌরুগদবসু কয়া লোন্দিন্নদবা ইমুং ওইবদুদা কনা মত্তা চৎলু হায়বা য়াদদুনা তোক্লে।

বীজেন্তি চাক্লৌবা চৎখিদবা, মাগী নুপানা মমা-মপাবু য়ানীংদবা, অমরোমদা মাগী মমা-মপানসু মাগী নুপা অমদি ইমুংবু কয়া উশিত্তবা পুন্নমকসিনা মানা ইমুংসিদা ঙসি ওইরিবা ফিভমসিদা লৈবদা মা নুংঙাইগদবা মান্দ্রে। মাগী-নুপানসু নুপা থোক্লা থবক্ অমা তৌদুনা ঙন্ন-ঙম্নবা তান্দুনা নীংতম্না চাবসু ফংদ্রে। মা মতম খরা য়ুমদা লৈরুরগা মাগী নুপাসি করিগুম্বা থৌনা খরা তৌরকপ্রা য়েংনীংলক্লে। চাক্লৌবা মতুং তরুক্লি শুবা নুমিত্তনি। মচাগী মমায়গী রিক্সোগী য়োৎনা খোৎখিবগী হস্নুসু কেনখ্রে। বীজেন্তি মপাম চৎলুগে হায়রম্লগা য়ুমদগী থোকখি। মা মাগী নুপা নাগেশ্বরনা য়ারক্লোইদবদু খঙবদগী থিনবীয়ু হায়জদ্রে।

রিক্নো অমা ফারগা চৎখ্রে। ময়ুম য়ৌবগা চাক্কৌবদদি লাক্কগা ঙসিদি কৈদৌবা লাক্রিবা, সনা লৈতবগীরা, ফি লৈতবগীরা হায়না চৈবীরে। বীজেন্তি ময়ামদুনা ঙাংশিল্লকপা ময়ামদু তাবদা মনাকোং মেল্লগা খাঙই। ময়াম চাক-ঈশিং থোঙ-থাকপা লোইদুনা মাসু চারে। বারী-বাতাই অমা-অমা শারিঙেদা নুংথিলগী পুং অহুম তারে। মীগী চৎনবী ইন্নদবা ইমুং অনীগী মরীনেনা নুপানসু লৌবা লাক্লে, মমানসু চৎলুরনু, নশাসু নয়াং য়াম্না কংলে, ডাক্তরদা য়েংহল্লগা হিদাকা চারগা খরা নোয়নবা শুম লৈরো। নচাশিসু পীবু পীজদ্রব্রা কৈনো অসুক্ কংলিবসিবো। ইবেম্মা! নং মী ওইররোই, য়ুমদুদা অমুক্ হল্লুরনু। ইমানা হায়বা ইল্লন্নবদি কয়াদা নুংঙাইনা লৈজরমগদবা! নুপাদু থবক তৌবী অমা লৌদুনা মারুটিদকা পুদুনা নুংতিগী ওফিস অকা-অকুম চৎমিন্নে।

বীজেন্তিদু খর-খরদগী নুমিৎ তাশিল্লক্লে, চৎতবদা তারে। লৌবসু লাক্লে, থিনবীনবসু লৈত্রে, মাগী বাখলনসু মতোমতা লেপচবা ঙমদ্রে।

অহীংদুমা মপামদা লৈরে। শোমদা নাগেশ্বর মমা-মপানা মমাদু লাক্কবসু অঙাংদু লৌরুচো ইশুদো উদবা নুংঙাইতে হায়বদগী মা ইকাই-ইকাইনা নুপী মপামদা নোংঙানবগা লাকই। মচাদু বীজেন্তিগী মনাও নুপী অতোম্বী মেমীনা পল্লম্মী। মপা উবদা মখুৎ অনীদু লাম্মকই। নাগেশ্বর মচাবু লৌরগা পম্মী। বীজেন্তিগী মমা ইবেচাউবী থোরক্লগা; "ইবুংঙো! বীজেন্তিসে মপামদা মতম খরা মবুক্-থন্না চারগা লৈজরসনু! ডাক্তরদকা পুরগা অমুক্তা য়েংবীখিগে, ইচাশি পুন্সিগদবা মান্দ্রে। খঙদে, মাগী মরাইবকসে, করম্ থোকঅদোইনো? চহী অমগী মনুংদা নোংমতং থোকপা চাক্কৌবদসু থিনবীনবা লৈতে হায়দুনা হেক-মতোকপা; ময়ামগী চৎনবী অমা য়াওবা ইফং-ফংজদ্রে ইচাশে! মা মতম খরা সিদা লৈজরসনু"!

নাগেশ্বর : "ফরে, অদুদি ইমা! ঐ অঙাংসি পুজখ্রগে?"

ইবেচাউবী: "হায়মা! মমা লৈবা মফমদা অঙাং লৈতনা খোমগী অঙাংসিবু ইবুঙোনা কম্মাইনা য়োক্কে হায়রিনো?"

নাগেশ্বর : "ফরে, অদুদি ঐ য়ৌজরগে" হায়রল্লগা চৎকে তৌই। অঙাংদু মপা চৎখিবদুদা হৌনা কপহৌই। নাগেশ্বর হল্লা মচাবু অমুক্তং য়েংলল্লগা

থোংগাল য়ৌখ্রে। বীজেন্তি ইমুংদগী মপি ইরা চেন্না নাগেশ্বরনা চৎখিবা য়েংদুনা লৈহৌই। নাগেশ্বর ওরাং অহীংসু মাগী কাদু ইহাং-হাংই। ওসিসু কাদু বীজেন্তি মমা-মচা য়াওদ্রবনিনা মা তৌফম খণ্ডে। মসিরা য়ুম পানবগী নুঙাইবা হায়বদো? পৈশা য়াওদ্রবদা নুংঙাইগদবসি কদাইদনো? মীনসু উশিংপীদ্রে, মাগী মহৈ-মশিং তমজরুবা পুন্নমক কাংখ-থাং তাদুনা লৈরে। ৱানা-ৱানা অহীংদুমা লেপ্লে। নোংঙানবগা মাগী লৈজবা মাল-চাং খরা কায়রগা মা মণিপুরগী বাংমদা চৎখিদুনা দিল্লি য়ৌখ্রে। মানা থা খরগী মমাংদা য়াওখিবা কমপনি অমগী দুবাইদা তৌগদবা থবক অমগী এপোইন্টমেন্ট ওর্দর থাগদবগী তয়ারিদা লৈরম্লে। মা থুনমক মযুমদা পাউ পীরক্তুনা মাল-চাং খরা কায়রগা ভারাদং পুথোক্লগা থবক্তু জোইন তৌরবদি থা অমা অনীগী মনুংদা পৈশাদু অমুক্ শিংবা ওমগনি হায়বদুদা মযুমদসু মান-চাং কায়দুনা মাগী পৈশাদু থারক্লে। মা ভিসা তান্নদুনা ভিসাসু ফংলে, দুবাইদা চৎপা তারে। নাগেশ্বর দুবাইদা চৎখ্রে। বীজেন্তি মপুরোইবগী পাউদু সুনিতিবালানা তম্বদগী তারে। "ও! দুবাইগী নহানবাই য়াওখিবা ইন্টর্ভিউদু মা খল্লবোইরে"। ওহোকপা ঐগী লাইবক হায়বদুনি, ঐনা য়ুমদু হেক থাদোক্লম্বা নুমিৎ খরনিগী মনুংদা মাগী থবকসু ফংলবা ঐনা মাগী মনাক্তা লৈরগা অসুক্-কুইবা মতমসি থবক ফংনবা হোৎনরক্পদা ফংদ্রগা ঐনা য়ুমদুদগী হেক থোক্লক্পগা মাগী থবকশু ফংলবা, ঐনা য়ুমদুদা লৈবসি তশেংনো পক্লদ্রবরা? নত্রগা মাগা-ঐগা লৌন-লৈনবসি কুঠি য়েংদুনা অহল-লম্মন্না পক্ল-ৱাইনা য়েংলগা লৈমিন্নখিবা নত্তবনিনা য়াম্না পক্লরমদ্রবা জাৎলা? মানা মফমদুদা লৈদুনা পৈশা নীংথিনা পায়বদগী মপালগী মশক-মতৌ ফজবী মশা-নানবী অমা লৌরগা থোক্লক্তনা লৈখ্রবদি ঐদি মাংজরেদো! নুমিৎতো ঐসু থেংলবসু থেংনা হল্লম্বা য়াবনি। অদুবু ইমানা কন্না চৎপ্রনু হায়বদুদা নুমিৎসু তাশিনখিবদুদা ঐ অদুম চৎখিদবনি। মানা নুমিদাং তুল্লমদাই খুদিংগী মচা নুপাগী লাইবক্তা হেক-হেক চুপচবদু মানা চৎলমদাইগী নুমিৎ খরনিদুদি মচাবু উবা ফংখিদ্রেদো! মানা অহীং অনীদু কয়াদা ৱানা মমা-মচা অনী য়াওদনা

কাদুদা ইহাং-হাংনো লেল্লমগনি। ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্লম্বদসু মচানুপাসিনা মানা চৎখিবদা কপ্তুনা লৈহৌখি। মা হনখিবগী লম্বীদা ঐবু বারৌরমগনি, থম্মোই শোয়দনা কায়রমগনি।

ঐখোয় অনীনা অহানবা উনখিবদো দি: এম: কলেজগী নোংপোক থংবা গেৎ ময়াদনি। ঐ ঙসিসু নীংশিংলি। সুনিতিবালাগা ইবানীগী কাইনেটিক হোন্দা য়াদদুনা স্টার্ট হৌদদুনা লৈরম্বদা থেংনখিবনি। ফনা কন্না মানা শেম্বা লাক্লবদা স্টার্ট হৌদবদগী থাউ য়াওদ্রব্রা য়েংলুবদা থাউ কংবদগী হৌদবা ওইরম্বদগী মানা অৱাং বী: ও: সি: তানা ইল্লগা থাউ হান্নবা চৎপদু সুনিতিবালাগা ঐগনা মাগী মতুংদা ইন্নখিবনি। লম্বীদা মানা ঐখোয়বু করি লৈকায়দৈনো হংখি। ঐনা শীংজমৈ ময়েংবম লৈকায়দৈনি খুমখি। মখা তানা মানা ঐখোয় ইন্দোমচাসু শীংজমৈদা ওংই নখোয়গা লৈকায় পুল্লে হায়রকপদা ঐনা করি মমিং কৌবনো হংলুবদা মানা মোমোন কৌই হায়রকপদা ঐনা মাইবমদা ওংব্রা হংলুবদা মানা- মানি খুল্লকখিবা! ও! অদুদি ঐখোয়গী মরী-মতানি মাম্মা ইরাবোটকী নুপীনি ইনেনি হায়রুবদা অদুদি হয়েং লাকতারে হায়খিবা! ৱারী শানা-শানা চৎমিন্নবনা বী: ও: সি য়ৌদুনা থাউ হানবগী পৈশাসু মানা পুথোকখিবা! তাঞ্জাদুদা নোং অমুক্ চুরক্তুনা হোটেল অমদা করিনোমা চাখিসি হায়বদগী খঙনরবনিনা হোটেলদা চংদুনা চামিন্নখিবা! মমায়দু অমুক 'মুক ঐঙোল্লোমদা থাংগত্তুনা য়েংলকপদা ঐনা ইকাইবা খাঙখিবা! নোং-হাংদুনা মানা খুরাইরোমদা হনখ্রগা সুনিতিবালাগা ঐগনা শীংজমৈরোমদা অমুক্ হল্লকখিবা।

নোংঙানবগা য়ুম থিবা লাকখিবা, মানা মখোয়গী মন্দোমচাখোয়দা চংলুরগা থোক্লক্পদা ঐ কলেজদা শোয়দনা ঙাইরমগে হায়রম্বদা মথংগী নুমিত্তা কলেজ ঙন্না চৎনীংখিবা! কলেজদা উনদুনা ৱারী শানবদা হান্নগী অকোয়বা, নুংশিনবা লৈরমদৌ মাল্লি শেংনা হায়য়ু তখৎলকপদা ঐনা সুনিতিবালাগীদি লৈ ঐগীদি লৈতে খুম্লুবদা সুনিতিবালাদা হংবা তারে হায়খিবা! নোংমসু ঐনা য়ুমদগী খজুর হৌরগা ঐনা হৌবনি পীজনীংদুনা পুরকপনি চামিন্নশি হায়না বেগতগী লৌথোক্লগা ঐগী ক্লাসকী এক্সসরসাইজ বুক মথক্তা থল্লগা উখোংদা ফমদুনা চামিন্নখিবা! খজুর লাম্বদা মাগী খুৎকা ঐগী খুৎকা খুৎ অনী হঞ্জিন-হঞ্জিনথেংগাইনবদগী মাগী খুৎনা ঐগী খুত্তা পায়নীংলক্তুনা খজুর পায়দনা ঐগী খুৎ পায়দুনা লৈখিবা মতমদা ঐনা ইমায়দা হমাং কাংখিবা, মীনা উখিগদ্রা পাখৎখিবা। মাগী মখুত্তু থুনা

খুৎ অনী চংদুনা থাদোকহল্লগা হয়েং 'খৈদি খজুর অমত্তা পুরক্লরোই হায়রুবদা মানা খজুর হৌবা খুত্তু নুংশিজদুনা তৌবনিদা, নংনা শাউরবসু নংগী খুজি চরোং শিবী খুত্তুনদি ঐবু নুংশিরম্বসু কনানা খঙনি হায়খিবদো ঐ কাউদ্রি। ঐনা ইকাইজদুনা ইখুত্তু লোৎখিবদা মানা ঐগী খুৎতু য়েংগদবগী লৈ-লৈদুনা য়েংবদা ঐনা নমদুনা য়েংহনখিদবা! মানা গুসি দুবাইদা খজুর হৌবা হৈবী অমগা খজুর চামিন্নবদা মাগী মখুত্তুনা খজুর হৌবীদুগী খুজি চরোং শিবী অনৌবা খুদাংদু পায়রুরবদি ঐদি মাংজরেদকো!

বীজেন্তি মাগী মতম অমদা নাগেশ্বরনা পামজনা পায়খিবা মখুত্তুবু য়েংজরুই। খুজিনসু ইচু-চুরে, খুজিসু অমত্তা য়াওদ্রে, ইহাং-হাংলে, লাইরবী গতি লৈজদ্রবী অমগী খুদাংগুম্লে। মতম অমগী খুৎশা অনীদা খুৎনিংথৌদা অমা, খুদোম্বীদা অমা খুদোপ্ অনীনা ঙাম্ভোইরম্বী থোৎনা-মেংনা পায়বদা মোন-মোন লাউবা খুৎতুদি ওইদ্রে। চগন-চগন লাউরে। করি থাউ তৈরগা, করম্বা কোসমেটিক শীজিন্নরগা থোৎলকখিগনি? বীজেন্তি ফদি-শাপোন থিদুনা খুজিন্দু ফেংজে, গ্লিসরিন তৈদুনা মখুত্তু হান্নগুম্না থোৎনবা বাখল খল্লকই। মদুগী বাখলদুনা কদোমদগীনো? নাগেশ্বরনা মাবু য়েংবা লাক্কদবা লৈবগীরা? মশকসু মিংশেল য়েংলুবদা হান্নগী মাগী ইনখৎলকপগী ফজবদুদি ওইদবগুম তৌরে। অদুবু নুংঙাইবা বাখল খল্লগা অফবা চিঞ্জাক চাদুনা মনুংগী মরী-মতাংদা অনৌবা ময়োন চোংহনবা ঙম্নবদি বীজেন্তি হান্নগুম ফজরকখিগনি খঞ্জরি।

নাগেশ্বর দুবাইদা লৈখিবা থা তরুক হায়রক্লে। মা য়ারিমখৈ পৈশা হৈনা শীজিন্নে। অরেম্বদা খর্চ তৌদে। অদুনা মাগী পৈশা মফম খঙনা ময়ুমদা থারক্তুনা মীগী পুরুবা, মাল-চাং বন্ধাল থন্নুবা কয়াদু লোইনা অমুক্ হন্দোকচরে। মচা পোকচবগী মহৈ চাবা ফংজরে তোল্লমু। নাগেশ্বরনা পৈশা থারক্পা মতমদা মচাগী ফিরোল ফুরিৎ-খোঙগ্রাও, খোঙুপ য়াওনা পেকেৎ অমসু পার্সেল ওইনা থারকই। মা বীজেন্তিগীদি করিমত্তা হাপ্পক্তে। মরী তৎপগুম তৌরে। মন্দোমচা মোমোনগীদা অঙাং অমা থারক্তুনা মচাগী মফি-মরোল য়াওবা পেকেৎতু হাংদোক্তনা মচাগী মমিং থারগা "মাস্টর লাইরিকয়েংবম নাগমনি সন ওফ এল: নাগেশ্বর, দুবাই" হায়না থারক্ই, মন্দোমচা মোমোন্না নুমিদাংবাইদা পুরক্লগা বীজেন্তিখোয়গীদা পীররে। বীজেন্তি লৈরমদদুনা মমা ইবেচাউবীদা ওইনা পীরম্লে। বীজেন্তিদু য়ুমদা অসুম্ লৈগদৌ শরুক্ নাগেশ্বরনা থবক্ ফংলবনিনা মাসু করিনো অমদি হোৎনগে

হায়দুনা এদ্রোইদরি য়াওবা চৎখিবনি। হল্লকপগা মমানা তমদুনা "হো নখোয়গী দুবাইদা লৈ হায়ব্রা করিনো নাগেশ্বরনা থারকপনি হায়নে" হায়দুনা পেকেত্তু মচানুপীদা পী। য়াম্না হরাউনা থুনমক্ পেকেৎতু হাংদোকই। মচাগী ফুরিৎ-খোঙগ্রাও, খোঙুপ্‌শিংদু লোইনা লৌথোক্লগা মচাদা শেৎচিনবীরে। মচাদু য়েংবা নুংঙাইরে, ফজরে। মচাগী অহনবা মপানা থারকপা ফিজেৎশিংদু লোইনা শেৎচিনবীরগা বীজেন্তি মানা লৈবা কাদা মচা পুদুনা চংখ্রগা মচাগী লাইবক্তা হন্না-হন্না চুপ্পগা কন্নী মা নাগেশ্বরবু তত্তুনা মথং-মথং নীংশিংলকই। অদুবু মাগী অবাবদু কোক্লনবা নাগেশ্বরনা মাগীনি হায়বা পোৎশক মচা অমত্তসু তম্বীরক্তে, চিঠি অমত্তসু ঐ শুম-শুম লৈরি হায়বসু খঙহল্লক্তে। "ও! মানা ঐবু বারৌরিবসি মপামদা চৎখ্রগা হল্লকতবগী, অহীং লেক্লক্লে, হায়রমদে, মঙোন্দা অশেংবা তাক্লমদনা মবুক্তা হান্নদগী ময়ুমদা চৎলগে, মপামদা লৈরগে খনবদগীনি হায়বা বাখলনা শোয়দনা ওইরমগনি। মানা মচা পুরগে হায়রম্বদুসু ঐ মপান থোক্তুনা মাগা উনখিদে; মদুনসু মাগী অশাউবা ওইখ্রবরা? মা তশেংনা ঐবুদি শাউরি অদুবু ঐখোয় অনীগী ইচা ইবুঙো নাগমনিবুদি মানা কাউদ্রি। মানা ঐবু য়াম্না ফত্তুনা অতোপ্পা নীপা অমদা লৈখ্রগদ্রা চিংনরবা জাৎলা? মাগী এদ্রেসসু য়াওরক্তে, ঐনা মঙোন্দা চিঠি অমা ইগদবসু, করিনো ঐনা হৌজিক তৌগদবসি লুইদা খল্লি। অদুবু বীজেন্তি মানা এদ্রোইদরি তম্বদগী লোনবা হৈদুনা জরসি অমদি নাগেশ্বরগী লোল্লগা করিগুম্বা মানা থোরক্লবদি পীগে খঞ্জে।

নাগেশ্বর ময়ুমদা চাং-নাইনা পৈশা থারক্তুনা মাগী ইমুংগী ফিভম জর-জর ফগৎলক্লি। মা কুমসিগী সি: সি: মিট নংনবা থোরক্কে, মানা সি: সি: মিটতা প্লেয়র খরদা মনা খরা পীগে খল্লি, শান্নবু পুক্লিং থৌগৎনবা হায়রক্‌ই।

সি: সি: মিট: হৌরমদাইদা নাগেশ্বর ময়ুমদা থোরক্লে। থোরক্‌পগা মা মচানুপা নাগমনি অমদি বীজেন্তি নীংশিংলক্তুনা মারুটি কার অমদা মন্দোমচা মোমোনখোয়দা লাকই। অঙাংদু অমুক্তা লৌবীরুচো হায়বদুদা মন্দোমচা মোমোন্না বীজেন্তিখোয়দা চৎখি। বীজেন্তিসু মনাও নুপীনা তম্বদগী ইচে ইতৈ নাগেশ্বর য়াম্না মানবা নীপা অমা মারুটি কার অমদা লৈরক মনুংদা চংখি হায়বদুদা ওইরম্বা য়ায় খন্দুনা মফি হোংদোক্লগা লৈরম্মী। মচাবুসু মপানা থারক্‌পা ফি-রোল খোঙুপ লোইনা শেৎহল্লগা মাংগোলদা পল্লগা করন্না চৎশিগে খন্দুনা লৈরম্মী। মোমোন্না ইবেম্মা! নাগেশ্বরদু ঐখোয়দা লৈহৌই, মা ঙরাং থোরকই হায়, মচাদু উনীংমাপ্লে।

বীজেন্তি, ইনে ঐসু য়াওজগে হায়রগা মখোয় অহম পুন্না চৎথিন্নখ্রে। মোমোনখোয়গী মাংগোলদা নাগেশ্বর ফমদুনা লৈরম্মী। বীজেন্তি নাগেশ্বর উবদা ইকাইজরে, নাগেশ্বরসু ইকাইবগুম্ তৌরে। মখোয় অনী উনদ্রিবসি থা নিপাল হেল্লক্নে। কায়নবগুম চৎলমদাইদা য়ুমদা লৈহৌদবদুদা ফাক খরদি লৈবগুম তৌরে। কৌনবা ঙমদ্রে। বীজেন্তি লকক তৌদুনা চংবা ঙমদ্রে। মচাদু মনে মোমোন্দা পীরগা ইনে মপাদা খরা পীবীয়ু হায়রগা চৎকে তৌই। মোমোন্না লাকখোদনা বারী শানখো লাউ! নাগেশ্বরনা বা অমত্তা হায়দবা মঙক খজিত্তা ফাওবা লেংদবদুদা বীজেন্তি ইনে! ঐ কোন্না লাকচরগে হায়রন্নগা তপ্না-তপ্না অমুক থোকখ্রে। লম্বীদা বীজেন্তি কপ্না-কপ্না ময়ুম য়ৌখ্রে। মচাদু মনে মোমোন্না মপা নাগেশ্বরদা শিন্নবদু মচাদু করিমত্তা কপ্না-লাকপা তৌদনা মপানা লৈরকপা চোকোলেটতু পীবদা হরাউনা লৌরগা চায়। মপানা হায়রিমখে য়াবদুনা নাগেশ্বর মচাবু মরাইবক্তা নুংশিনা চুপ্পগা মমিত্তা মপি তারক্ই। মচাগী মরাইবক্তা রিক্সোগী য়োৎনা খোৎখিবগী দাকতু কুৎশিন্দুনা মমি অমদি কোক্তুনা অদুম লৈরম্নে। মপানা নুমিত্তুদা বীজেন্তিনা ফমুংদা কপ্তুনা চাক্কৌবা চত্তনা তোকখিবদু নীশিংলকই।

নাগেশ্বর : "ইচাবু বাবাগা কারদা তোংলগা য়ুমদা চৎলসিরা?" মরোল খরা-খরা থোকপা হৌরবা অঙাংদুনা দু...... তোংলগা চৎশি হায়। মপা-মচা অসুন্না বারী শাদুনা লৈরিঙৈদা মন্দোমচা মোমোন্দু অমুক বীজেন্তিখোয়দা লাকই। বীজেন্তি মাগী কাদা ঙসাইদগী কপ্পুবগী মমিত্তু ঙাংশং ঙাংনা থোরক্ই। মানা নাগেশ্বরগী লোঞ্জবা ফুরিত্তুসু লৌথোক্লগা পায়দুনা লৈরম্মী। মোমোন্না মপান্দা অমুক্তা থোরকউ হায়বদুদা বীজেন্তি মপাল থোরকই।

মোমোন : "অঙাংদু মপানা য়ুমদা পুরুগে হায়রি অদু পুহনখ্রসিরা?"

বীজেন্তি খুমদে।

মোমোন : "নংনা য়াদ্রগদি মাসু পুরোই হায় হংবীয়ু হায়বদুদা লাকপনি, অদু পুহনখ্রসিরা হায়বনি?"

বীজেন্তি : "ইনেনা ফগদবা অমা তৌবীরো।"

মোমোন : "অদুদি পুজখ্রসনু, ঐসু চৎলগে" হায়রন্নগা ময়ুমদা হনখ্রে। বীজেন্তি মাগী কাদা চংলগা ওন্না-থোইনা কপ্তুনা অমুক্ লৈহৌরে। নগেশ্বরবু

মচানা হরাউ-হরাউ কারদুদা তোংশি য়াবদুদদি অঙাংদু পুরগা ময়ুম তান্না কারদু থৌরগা থোরক্ই। বীজেন্তি মচাদু পুম্ররগনি শঙবদগী নাগেশ্বরনা মচা পুরগা মখোয়গী মপাদা লাকপদু থোংনাউদগী য়েংগদকগী ঙাইদুনা লৈ। গাড়ীদু য়েংজে। মিৎলু অনীদা তারক্লিবা পিরাংদুনা থুমহৎখিদুনা মচা অমদি নাগেশ্বরবুদি ময়েক্ শেংনা উহৌবা ফংখিদরে।

নাগেশ্বর মথং-মথং মচা পুরগা থৌখিবনা ময়ুম য়ৌরে। ময়ুমদা মপা-মচা পুন্না লাকপা উবদা নাগেশ্বরবু পোকপা তোল্লমু মমা অশংবী কয়াদা হরাউজরে। অদুবু মখোয়না বীজেন্তিবুদি হংবীরমদে। অহল-লম্মন নুংশিনদবদা মরাল লৈজদবী বীজেন্তিবুসু মরাল লৈবীগুম উবীরি। মসিনি সমাজসিগী চৎনবী। অঙাংদু করিমত্তা নীঙাই তৌদে।

শোমদা বীজেন্তিদি অঙাওবী ওইহৌরে মপুরোইবনসু কৌবীরমদ্রে,মচাবুসু পুবীখ্রে। মমা ইবেচাউবীনা অঙাংদু পুম্ররবনিনা নংসু হয়েং চৎলগা লৈরুরো হায়রে।

বীজেন্তি : "ইমা ঐ মদু ঙম্লোই, ঐনা য়ুমসিদা লাকখিবদা মাগী অয়াবা লৌরক্তবদুনা মানা শাউরিবনি। মানা নোংঙানবগা অঙাং লৌবা লাকপদসু ইমানা ঐবু চাক্ মবুক্ থম্না পীজদ্রমাম্লে হায়খিবদুদা মা শাউবা মাম্রি। মমানা; "নংনা হায়রিসিনদি ঐনা লোইনা লানবনি সিনিনে?"

বীজেন্তি : "ইমা! মাদি দুবাইদা অমুক থুনা চৎখিদৌ ওইরমগনি"?

নুমিদাংদু অঙাংদু তুম্নমদাইদা নীঙাই তৌরক্লে। ফমুং ওম্নবদুদা, মমা উরক্তবদুদা মমাদি-মমাদি তত্তনা হংবা হৌরক্লে, কম্না কপখৎলক্লে। কনা অমত্তনা থেম্বা য়াদ্রে, মমাদি-মমাদি তৌদুনা লৈরে। নাগেশ্বর অঙাংসিসু নীঙাইদি কল্লিদা, ঐসু মমাদু কোক কৌবীরম্নসু ফংগদবা! খল্লি। মমৈদা কম্না কপ্লুবগী বারমাম্লে হিক্লা-হিক্লা মমাদি-মমাদি হায়ন-হায়না মবোক অশংবীনা থেম্নগা উচিন-নাচিম্না তুমথখ্রে।

নাগেশ্বরনা অমুক খল্লকই : "ঐনা তৌরিবসি চুমদ্রমাম্লে, বীজেন্তিদু হয়েং নোং হেক ঙানবগা লৌবীরুরগে? মাসু অহীংসিদা মচানা নীঙাই তৌদুনা কপ্লমগদ্রা

খঞ্জরমগনি, মচাগী মৈচাক শোয়দনা খাঙলমগনি। মানা ইন্দোমচাদা মচা, পীরল্লগা ঐ উনরমদনা হনখিবদু ঐনা কৌদবদগীনি। নুপী হায়বী কাংলুপসিগী অশোনবা অমা লৈ। মদুদি মাগী ওইজবা কনাগী মফমদা বা অমত্তা হৌদোকচবা ঙমজদবা! নুপাশিংনা মখোয়বু নুংশিবা বাহে অমনা থেমজিনবীরক্পা হৌদোরকপা ঙাইজবনি। মখোয়না হান্না পুন্সিগী নুংশি-নুংঙোনগী মতাংগী ওইরবসু মতম চুপ্পদা নুপাশিংনা হৌরক্পা ঙাইজবনি। লৈরাং অমত্তনা খোইমু থিনদে, খোইমুতনা কোইপাই পাইদুনা লৈরাং শাংফম থিবগুম্বনি। খুদিংমক্তা নুপাতনা হৌরগা নুপীনা তুং ইনজবনি। ঐনা বাহে অমনা নং কমদৌরি হায়না হংলম্বদা মা ঐগী ইনাক্তা অদুম চংলক্লমগদবনি। ঐনা বাহে অমত্তা হায়দবদুদা মা মথম্মোই পুবা ঙমদদুনা মচা থনম্লগা হনখিবনি। ঐখোয় অনীগী নুংশিগী মরীদি তত্ত্রি। মাবুসু ঐনা বাহনবীরে, অদুগা মানসু ঐবু বাহনবীরে। ঐনা মাবু অতোপ্পা নীপা অমগা মরী লৈনরমগদ্রা খল্লুরবদি মানসু ঐবু অতোপ্পা নুপী অমগা মরী লৈনরমগদ্রা চিংনরমগনি। ঐবু মাবু য়ুমসিদা লৌশিল্লগা থম্বীরমদ্রগদি মাগী বাখলদসু নুপা অতৈগী বাখল জাৎ-জাৎ খনখিদুনা ফত্তবা মরী অমা ওনখিবসু য়ায়। মানা ঙরাং মচা পল্লগা ইন্দোমচাখোয়দা ইল্লিবা ফিদুনা মকোক খুল্লগা চংলকক্লম্বদু ঐদি মুন্নসু য়েংহৌদ্রে। মাবু খরা নোয়রম্লগদ্রা, হান্নদি ময়াং য়ান্না কংহৌবনি। মানা মতমদুদা মমা-মপানা হায়নবা এস: ও: দুদা লৈরোইদবগী ঐগী ইতুং ইন্ননবা ফি-রোল খাউ অমদা হাপ্লগা থোরক্খিবদু ঐবু নুংশিবদগীনি। অদুবু ঐনা ঙসি নুংঙাইরবা মতমসিদা মাবু কাউথোকপীরবদি ঐ শোয়দনা মাগী পাপ লৈগনি।

নোংঙাল্লে। নাগেশ্বর মারুটি কারদা মচা পুরগা শীংজমৈ তানা লাকই। লম্বীদা অসাম রাইফল মপা য়ৌরক্পদা ভান অমদা বীজেন্তিগী মমা ইবেচাউবী মানবা অমা নাগেশ্বরনা উখিবগুম তৌই। নাগেশ্বরনা মচা পুরগা বীজেন্তিগী মপামগী ইমুংদা ইকাই-ইকাই চংলুবদা মী অমত্তা লৈরমদ্রে। অঙাং অমনা মখোয়গী ইচে বীজেন্তি বাম্বদুনা হোসপিটালদা ভান অমদা পুখিবনি তল্লে। নাগেশ্বর মানা লম্বীদা উখিবদু চুম্বা তারে খন্দুনা রিমস তান্না মাগী মারুটি কারদু কন্না থৌরগা লাকই। কেজুএলটিদা মী ময়াম অমা শঙদুনা বীজেন্তি ড্রিপ য়ান্দুনা লৈরল্লে। নাগেশ্বর মচা পল্লগা চংলকই। বীজেন্তিগী পাবুং বাবুয়াইমা উবদা মকোক নোম্না খুরুম্মী। বীজেন্তিগী ফমুংদা চংশিল্লগা লাইকক্তা চোইনা তারিবা শম্লাংদু হাইগৎপীরগা মনাক্তা ফমদুনা ঐ নং লৌবা লাক্লবনি, নং করিগী থম্মোই অদুক্ শোঙ্করিবা?

ঐখোয় অনী দুবাইদা ইচা নাগমনি পুরগা পুন্না চৎলসি। ঐখোয় হান্নগুন্না বাররোই।" বীজেন্তি মপুরোইবগী বাহেংশিংদু তাবদগী মাগী অনাবদু খরা ফরে। নুমিদাংবাইদা নাগেশ্বরগী মারুটি কারদা খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়গী য়ুমদা বীজেন্তি পুখ্রে।

মানা পাংথোক্কে খনখিবা সি: সি: মিটকী প্লেসু হয়েংদগী হৌরগনি। মানা সি: সি: মিটকী প্লেয়রশিংদা পীগে খনবা প্রাইজশিংদু সি: সি: মিট হৌদোকপগী থৌরমদা লাউথোক্কুনা মীয়ামদা খঙহল্লে। মদুদি বেস্ট প্লেয়রদা লুপা লিশিং মঙা, বেস্ট গোল কিপরদা লুপা লিশিং মঙা, বেস্ট স্কোররদা লুপা লিশিং মঙা, চেম্পীয়নগী বিন্নর টিমদা লুপা লিশিংতরা, রন্নর্স অপ টিমদা লুপা লিশিং মঙা পীরগনি।

অসুন্না সি: সি: মিটকী ফাইনেল মেটচ নুমিত্তা নাগেশ্বর মাগী প্রাইজ মনি মশানা চেক অমমম সাইন তৌরগা প্রাইজদুসু মখুৎমক্লা পীদুনা শান্নবদা পূক্নিং থৌগৎখি। মতম অমদা মনেম-মকুনা মী ওইররোই খন্দুনা মচা নুপীবু নীংথিনা লুহোংবীখিদবা, দান ফাওবা পীবীখিদবা নাগেশ্বর ঙসিদি মীয়ান্না লমদমসিদা মশীং থাবা মীশক্ অমা ওইরক্লে।

অসুন্না নুমিৎ খরনি বীজেন্তিগা, মচা নুপা নাগমনিগা অমুক হন্না মাগী অশেংবা য়ুমদা পুন্না লৈবগী নুংঙাইবদু ফংলবা তুংদা মতৈ-মনাও হেন্না-হেন্না নকশিন্নরকখি। দুবাইদা পুন্না চৎলসি হায়দুনা দিল্লিগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। দিল্লিদগী দুবাই চৎননবা মাগী নুপী বীজেন্তি অমদি মচা নাগমনিগী ভিসা লৌদুনা মখোয় দিল্লিদগী দুবাইদা অমুক্ পাইখি।

মতম খরা মতৈ-মনাওগী মরীদা তৎলুরবসু অমুক্ হঞ্জিন্নদুনা ইনৌ-নৌবা নুঙাইবা পুন্সিগী মহাও অমা অমুক্ ফংজরে। হৈরাং লৈরাংনা কুমগী নোং লাক্লিঙৈ, অশিৎ-অবানথা লাক্লবদা মখোঙদা ঈশিং য়াওদদুনা মনা-মশা খ্রক-খ্রক কংদুনা বানা খাঙজবগুম, শেন-থুম মরাং কায়দবগী, ইমুং-মশেল মরী ফত্তবগী, অবা চৈথেং মরক্তা ঈশিং ফংজবগী হৈরাং-লৈরাংগী অবাবা চৈথেংদু বীজেন্তিদসু চপ-মান্নবা ফংলুরগা কুমগী নোং অমুক্ চুরক্কুনা নৌনা মতোন চোংজরক্পা লৈরাংগুম মশা নানজরে বীজেন্তি। মতম অমগী মাগী হাংলুরবা খুদাংদু নাগেশ্বরদা নীঙাই তৌজদুনা সনাগী খুজিঙাক্তা শাবীরে, খুৎশাসু খুদোপ শিবীরে। অমুক্ মপোপ-মতাং ফরক্লে। নাগেশ্বরগী মমাংদা মখত্তু ফজে হায়সনু তোয়না উৎলক্লে। অদুবু

নাগেশ্বর মাগী ওফিসকী অচিনবা শিনফমদা মকোক ফজনা থাদখিবনা, পুক্লিং চংখিবনা মমিত্তা ফাইল বার্ক ঙাক্তা উখিবনা মতম অমগী বীজেন্তিগী খজুর লান্নবদা পায়রুবা মোন-মোন লাউবা খুদাংদু ঙসিদি লোইনা কাউখিবগুম্ তৌরে। "তুমদবা মী হৌদোকপা লুই" নাগেশ্বর তুমদি তুমদে অদুবু বীজেন্তিনা খুজি খিংদুনা হৌদোকচবদু নাগেশ্বরগী নাকোংদদি চংদবগুম তৌরে। বীজেন্তি মতোমতা মাগী খুৎনমদুবু চুপচরুই।

নোংমা খঙহৌদনা দিল্লিদগী দুবাইদা টেলিফোন অমখক্ লাকই। বীজেন্তিগী মপাবুং বাবুয়াইমা কিদনি য়াদদুনা ওল ইন্দিয়া মেদিকেল সাইন্সেসতা পুরগা লায়েংলি। কিদনি শিনবা তারে, দোনর ঙাইরি। মপাগী পাউ তাবদা বীজেন্তি বাজে, অহীংদু তোয়না হৌগত্তুনা তুম্বা য়াদবগী অবাবা থাঙই, নাগেশ্বর মাবু মতম অমদা লাইরবনি তুংদা করিসু তৌবা ঙমলোই খনখিবদু মতাং চারে, লমন অমদি ফজনা শিংহৌরগে খন্দুনা নোংঙানবগা, দিল্লিগী টিকেৎ অমা তান্নদুনা ফংলে। মাগী একাউন্টতগী লুপা লাখ অনী লৌথোক্লগা দিল্লি চৎনবা থৌরাং লোইরে মাগী নুপী বীজেন্তিগা মচাগা নুমিৎ খরনিদি চেকশিন্না লৈরম্মু, ঐনা ঐগী মরুপ প্রকাশ অমদি মাগী নুপী প্রীয়াদসু মরোল লোইনবা শিন্নরন্নবনি হায়রগা মাদি দিল্লিদা পাইখ্রে। এমসতা চত্তুনা মকুবোক্ অমদি মনাও নুপী লৌবা শ্যামো উন্নরে। কিদনিগী দোনরদি ফংলে, অদুবু ইম্ফালদগী পৈশা লাকপা ঙাইরি হায়রে। পৈশা কয়াম চংগদবনো হংবদা লুপা লাখ অমগা মখায় লৈরবদি ওপরেসনদি পাংথোকপা য়ারগনি হায়রি হায়বদুদা মাগী অয়াওবা পৈশাদু দিপোজিৎ তৌদুনা ওপরেসন তৌনবা থৌরাং লোইরে। মণিপুরদগী পৈশাসু মথংগী নুমিত্তা খরা য়ৌরক্লে। ওপরেসন মায়-পাক্লা পাংথোকপা লোইরে। অনাবগী ফিভমসু থোইনা অকায়বা লৈররোই হায়বদগী ঐদি কুইনা লৈবা য়াদে হয়েংমেক্ চৎলগে হায়রগা লুপা লিশিং য়াংখৈ অমনা শেন্নরিবা শ্যামোদা শিন্নরন্নগা অরাৎ-অপা মদুনা শিনবীরো, কোন্নদ্রগা টেলিফোন্দা হেক্তা হায়রকউ হায়রন্নগা মকুবোক্ বাবুয়াইমা খুরুন্নরন্নগা অমুক্ দুবাইদা হনগ্রে।

বাবুয়াইমা ময়ানুপা নাগেশ্বরনা মাগী মফমদা হন্দক উৎলন্নিবা ব্যাবহারসিনা মাবু মচানুপী বীজেন্তিনা চেনখিবা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবসিদা থোকত্রিবা থাজরমদবা, ওইথোক্লমদবা কয়া মমাংদা প্রমান শৎ-শৎ পীদুনা থবক ওইনা ময়ানুপা নাগেশ্বরনা উৎলম্বদুনা নোংপোক্খক্তা ওন্দুনা য়েংলম্বা মাগী মিথয়েংদু হৌজিক্তি খা-বাং,

নোংচুপ মাইগে শুনা য়েংবা হৌহন্নে। অনাবা ফদুনা বাবুয়াইমা য়ুমদা থোরক্লে। মাগী নুপী ইবেচাউবীদা ময়ানুপানা পাংলকপা মতেংদুগী মরমদা বারী শারগা হরাউমিন্নে। মাদি মণিপুরগী অপীকপা বাখলদা ফাজিন্দুনা থম্বা য়াবা মী ওইরমদ্রে। মাগী বাখল য়াম্না পাক-চাউবনা ঐখোয়না উবা শুন্নমদবনি। মাবু ইয়া ওইনা ফংবসিদি ঐখোয়গীদি ইরাইবক্ য়াম্না ফরম্নে হায়না তম্মী।

নোংঙানবগা মানা খোঙ্গুল তারক্লিবা নাগেশ্বরগী য়ুমদুদা চংলুব্বু ফোরেনগী য়ুমগুম নুংঙাইনা লৈরম্বদু উবদা থাজদবা পূন্নমক্ থাজবরোমদা মায় লোইনা ওনখরে। ঙাই-শেন শক্ খঙনবা নুমিৎ হায়বদো ঙসিখক্তা ওইবগুম তৌরে। অহীংগী মতম লোইরক্তুনা নুমিৎনা নোংপোকতা তপ্না-তপ্না থোক্লক্কদবগী নোংপোক থংবা মাইগৈদা মঙাল হাম্না লাকপগুম বাবুয়াইমগী মন্নম্বা বাখলবুসু ময়ানুপা নাগেশ্বরনা নোংঙাল্লকপগুম্ ময়েক শেংহনবীখি অচুম্বা মশক খঙহনখি। অশোমদা মথংগী সি: সি: মিট নংনবা য়ুমদা থোক্লগা মমা-মচা য়ুমদা মতম খরা অমুক্ লৈরসনু দুবাইদা পুন্সি চুপ্না লৈবা য়াবা নত্তে, মাগী থবকসু কন্ট্রেক্টি চহী তরাগীনি। মানা পাম্নগদি চহী মঙাগা অমুক্ শাংদোকহনবা য়ায়। অদুবু মানা মদু পামদ্রে, মমা লৈবাক্ মণিপুরগীদমক্ অফবা থবক খরদি তৌরমগে খল্লি। বীজেন্তি অমুক মশা বাই-শংদবা থা নিপাল শুরক্লে। সি: সি: মিটসু য়ৌশিল্লক্লে। মচানুপা নাগমনি চহী মরি চংলক্লে। লাইরিক-লাইশু তাম্বা হৌবা য়ারে। মরোল থোক্তুনা বা-ঙাংবা ফজনা ঙম্লে, অরাবিক্, ইংলিস লোইনা খঙলে। মমা-মপানা তম্বীবদগী নুংতিগী তুন্নমদাইদা মমা-মপাগী ময়ায়দা তুন্নগা মমাগী মখজাইদা অমুক্ চুপ্পী, মপাগী মখজাইদা অমুক চুপ্পী। পীক্লিঙৈদগী তম্বীখিবা পারাগুম মানা তুমলমদাইদা মমা-মপাদি হেক্তা থিরক্লে, কিস তৌনবা। মদু হেক তৌহৌদবদা মা নীঙাই তৌদুনা তুম্মু য়াদ্রে। হন্দক্তি দিল্লিদগী গুবাহাটি ফাওবদি ট্রেন্দা ভারতকী পাক চাউরবা কুইনা উরুদ্রবা লমহাংশিং, পাৎ, তুরেলনচিংবা কয়াদো য়েংনীংবদগী ট্রেন্দা ওইনা চৎলসি হায়নদুনা দুবাইদগী দিল্লি ফাওবা এরোপ্লেন্দা পাইরক্লগা দিল্লিদগী গুবাহাটি ফাওবা ট্রেন্দা লাকই।

ট্রেন মনুংদা বীহার য়ৌরকপদা অকনবা-অনৌবা অঙাংশিগী লাইচৎ দিপথেরিয়া শন্দোরক্লে হায়দুনা খবরদা থ্রেংনৈ। চেকশিন-থৌরাংগী মতাংদা য়াম্না কুপ্না ডাক্তরগা তান্নবগী মতাংদসু ইরি। নাগেশ্বর বীহারসিদা লাম্থোক্লবদি খরা থুনা য়ৌরবদি ফগনিদা খল্লি। হায়না-হায়না বীহার লাম্থোক্লে। মখোয় ট্রেন মনুংদা

অচাপোৎকা অমত্তা চাদ্রে। উচিন-নাচিন্না গুবাহাটি য়ৌরে। গুবাহাটি ইয়ারপোর্টতা য়ৌদুনা এরোপ্লেন অমুক তোংলে। অদুবু মচাদু শ্বর যুনবগী লাইনাদু বীহারদগী চংলক্রবা জাৎনি। এরোপ্লেন মনুংদা মশাদু মৈ হৌনা শারে, শ্বর হোনবসু বাদুনা মমা-মমা কৌদুনা পংকথ্রা কপ্লে। উচিন-নাচিন্না ইম্ফাল ইয়ারপোর্টতগী টেক্সি অমদা রিমস তান্না পুরে। ডাক্তরনা সিদি পুং কুনমরিগী লাইনানি স্টেজ খরদি হেঞ্জিল্লে, ওপরেসন তৌরগা কনবা ঙম্লা য়েংশি হায়দুনা ওপরেসন তৌরে। অদুবু অঙাংদু খক-খক অনীরক্ চিংলল্লগা কনবা ঙমহৌদনা লৈখিদ্রে। মমা বীজেন্তি মচাগী পাউদু তাবদা বাহুখ্রে। নাগেশ্বরসু তৌফম খণ্ডদ্রে, য়ুম য়ৌরক্পগী নুংঙাইবদু লোইনা মচা লৈখিদবদা মাংখিবগুম তৌরে। টেক্সিদা থবায় য়াওদ্রবা মচাগী হকচাংদু ময়ুম খুরাই তান্না পুরক্লগা পিরাংলক্তা সংসকার লোইখ্রে। দুবাইদগী য়ুম য়ৌরগা মাবু য়েংগদবগী ঙাইরিবা মপাগী মরী-মতা, মমাগী-মপামগী মরী-মতা মগুগী অশিবা হকচাং ওইনা উরে ঙসিদি। মপানা শান্নববু য়োকখৎনীংবা পামজবা লৈবদুদা মচানা চহী নৌনা লৈখিদবা মচাগী মমিংদা ট্রোফি অমা কৎলম্নবা লাইনা শিল্লব্রা? মপাসু মচাগী মমিংদা ট্রোফি অমদি কৎলগে হায়না পুক্নিংদা লেপ্লে। লুপা লাখ অমা মচাগী মমিংদা কত্তুনা "মাস্টর এল: নাগমনি ফুটবোল ট্রোফি" হায়না মমিং থোক্লে। সি: সি: মিটতসু মচাগী মমিংদা কুমসিসু হৌখিবা চহীগা মান্নবা কৎতুনা নাগেশ্বরগী মখুৎ-মক্লা ফাইনেল মেটচ লোইবা প্রাইজশিং য়েন্থোকখি। মচাগী বাখলদা ঙাওজরবী বীজেন্তি তুল্লমদাই খুদিংগী মচাগী নুংশিরবা চিম্বাল অনীদুনা পুন্সিগী কাউদনবা থম্বীরম্বা, মচানা চুপ্লম্বা মপাদুদা খণ্ডহৌদনা মারুই। ঙসিসু শান্নবগী প্রাইজ পীরুবা হল্লকপা নুমিদাংসিদা তুমথগে তৌবগা মচানা মামি কিশ হায়খিবগুম্ তৌদুনা মখজাইদা নাল্লুই। মখোল হৌনা কপ্লকই মচাবু হন্না-হন্না কৌরক্ই ইমাগী নাগমনি নংবু কদাইদা চৎলিবনো ইমাবু কনা য়েংদুনা লেল্লসিগে, হায়না তেংথাদুনা কপ্লম্বদগী বীজেন্তি তুমিল লৈখ্রে। নাগেশ্বর করি তৌরবনো য়েংলুবদা য়ান্না বাবা মাল্লে, ডাক্তরদা পুনবা হায়দুনা রিমসতা থুনমক পুখৎলক্রে। ডাক্তরনা সিদি গাইনিদা ওইনা পুবীরো অঙাং উনবগী মতম য়ৌরে হায়বদগী থুনমক গাইনিগী ডাক্তরনা য়েংবদা পেরেসন তৌদবা য়াররোই হায়দুনা ওপরেসন তৌদুনা মচা নুপা অমা পোক্রে। হাংলুরবা বিজেন্তিগী তমপাক্তা মচানুপা অমা নৌনা অমুক পমজবা ফংবসিদা মচা নাগমনি লৈখিদবগী বাখল খরদি কাউজরে। বীজেন্তিগী মমাগা পাবুংগনা হন্দক্তি ষস্টি দেবীগী পোৎ-চৈ ময়াম অমা পুদুনা চাক তৌদুনা মচা-ময়াগী বাখল খরা নুংঙাইজনবা হোৎনবীরে।

থা অমা হেক ফাবগা দুবাইগীদমক দিল্লি তানা অমুক পাইখ্রে। দিল্লিদগী দুবাই তানা পাইরগা মাগী থবক মফমদা জোইন তৌদুনা হৌখিবা দুবাইদগী ইম্ফাল য়ৌবগী মচানুপা নাগমনি লৈখিদবগী ৱারীদু কপ্না-কপ্না মাগী থবক তৌমিন্নবা স্টাফ পুন্নমক্কী মফমদা ৱারী তৌই।

নাগেশ্বরদি ওফিসকী থবক্তা পুক্নিং চংখিবনা মচাগী ৱাখলদু খরবু কাউখ্রে। অদুবু মমা ওইবী বীজেন্তিদি মচানা ঙাংলম্বা, হায়রম্বা কয়াদু নীংশিংলুরগা মরক্-মরক্তা কপচৈ।

চহী মঙা অমগা অমুক্ মফম খঙহৌদনা হৌখ্রে। মচানুপা অনীশুবা জ্ঞ্যানেশ্বর ময়াম্বগা মশকসু চপ্ মান্নরে। ৱাঙাং-শাঙাং তৌথোরক্পা খুদিংমক ইমাস্তা মান্নবদুনা মমা বীজেন্তিদু মচা অহনগী ৱাখল ঙসিদি লোইনা কাউখিবগুম তৌরে। দুবাইদগী হন্দকমুক্তি মাগী কন্ট্রেক্ মতম লোইদুনা মতম পুন্নমক্কী ওইনা মাগী কমপানি থাদোক্রম্বা তারে। নুংশিনা ময়াম পুন্নমকপু বীদাই পীরম্লে। ময়াম্না পীরক্পা খুদোলপোৎ অমদি-ৱিশ ময়ামগা লোয়ননা মচানুপা জ্ঞ্যানেশ্বর পুরগা দাইরেক্ট দুবাই-দিল্লি-দিল্লি-ইম্ফাল তান্না পাইরক্লুনা ইম্ফালগী ইয়ারপোর্টতগী অমুক্ টেক্সি তোংদুনা খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়গী য়ুমদা থুংখি। মচানুপা জ্ঞ্যানেশ্বর উবদা ময়াম্ পুন্নমক্লা নাগমনি অমুক্ হল্লক্লে হায়না হরাউনখি।

তাং ৮/৪/২০০৪

-ঃ অরোইবা ঃ-



**অইবগী কোওগ্রবা লাইরিকশিং ঃ**

| | | |
|---|---|---|
| অরোইবা বিচার (বারী মচা) | - | মার্চ, ২০০৩ |
| কৎথোক্রবী (বারী মচা) | - | ওক্টোবর, ২০০৩ |
| খোঙ্গুলদা তারুরবী (বারী মচা) | - | জুন, ২০০৪ |

**মথংদা কোওলগদবা ঃ**

| | | |
|---|---|---|
| রোমোনি (উপন্যাস) | - | হৌজিক হৌজিক প্রেসতা লৈরিবা |